

# শ্রীমদ্ভগবদগীতা

( অপূর্ব বাণী লোয়নবা অন্বয়ব্যাখ্যা )

অহমসত্তবা শঙ্কক

শ্রীমৎ পরমহংস
স্বামী যোগেশ্বরানন্দ গিরি
যোগাচার্য্য

ফোঙদোকচবা
জ্ঞান মন্দির, ইম্ফাল
(রেঃ নং ৩৪০২)



অহান্ব থুংনম - ১৯৮৬
কোপী মশীং—১২০০

মহাক পূন্নমক অফোঙবগীনি মমল লুপা ২০.

নম্কম :— আরঃ কেঃ প্রিন্টরস্, পাউনা বাজার,
ইম্ফাল— ৭৯৫০০১



শ্রীমৎপরমহংস স্বামী যোগেন্দ্রানন্দ গিরি
বেদান্তাচার্য্য

# ৱা অম'নীদং

শ্রীমৎপরমহংস স্বামী যোগেন্দ্রানন্দ গিরিজীনা ইবা শ্রীমদ্ভগবদ্ গীতাগী অথূপ্প ৱাগা লোয়নবা অন্বয়ব্যাখ্যা ঈংশোক ১৯৮২ দা অনীশুবা শরুক (অধ্যায় ৮ ফাওবা) ফোংলবা তুংদগী অমুক ফোঙবা শুমদনা লৈরুরে। মসিগী মরমদি শ্রীমৎপরমহংস মহারাজনা মতম কুইনা হকচাং ঈদুনা (নাহুনা) লৈরুরে। শ্রীমহারাজগী হকচাং খরদং ফগৎলকপদা ফোঙজরিবা অধ্যায় অসি ইবিরগা থাবিরকখি অমস্তুং থুনা ফোঙদোক্নুনা গীতা প্রেমীশিংগী খুত্তা হাপ্নবা য়াখং তাকপিরকখি। ৱাংলিবা অধ্যায় তরুক (অধ্যায় ১৩দগী ১৮ ফাওবা) অসিস্তু থুনা ফোঙনবা ইবীবক্তনি হায়না তাকপিরকঈ। ঐখোয়না থাজে মতুদি শ্রীমৎপরমহংস মহারাজগী অনীংবা পূম্নমক শোয়দনা ওইগনি হায়না।

লাইরিক্ অসি পীক্ত উরবস্তু বৈষ্ণবশিংগী সাধন পূম্নমক্তি শুনা য়াওরে। অসিগুমবা গীতাগী শরুক্ অসি ফোঙবদা পূকচেল চাউরবা, মণিপুরদা শরুাইরবা শ্রীলোংজম কুলবিধু সিংহনা চেঃ লৈঃ-বদা মতেং ওইনবা লুপা ১৫০০্ (লীশীং অমা চামঙা) শেন্গং ওইনা দান তৌবীরকঈ অতুগা ডাঃ দ্রোণীজয় সিংহনা লাইরিক্ অসিগী মখুম পানবদা তেঙবাং ওইনবা লুপা ৫০০্ (চামঙা) দান তৌবীরকঈ। অসিগুমবা পূক্‌চেল চাউরবা ভদ্রলোক অনী অসিবু জ্ঞান মন্দিরনা হনা হনা ধন্যবাদ তৌবগা লোয়ননা জগৎপতি ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণনা মখোয়গী য়াইফবা পীনবিসন্নু হায়না প্রার্থনা তৌজরি।

লাইরিক অসিনা গীতাপ্রেমীশিংদা খরদং কান্নবা ফংবীরবদি ঐখোয়গী হোৎনজমল মহয় য়াললে হায়না লৌঃজগনি।

ময়ামগী সেবাদা
ডাঃ শ্রীহাওবম বারুনী সিংহ
প্রেসিডেন্ট, জ্ঞান মন্দির
ঈম্ফাল

ঈম্ফাল
তাং ১৫/২/৮৬ ইং



# শ্রীমদ্ভগবদ্ গীতা

## মাপনগুবা অধ্যায়

(অথ নবমোঽধ্যায়ঃ)

"ভগবতে গীতামৃতদুহে নমঃ"

মাপনগুবা অধ্যায়'সগী মমিং রাজবিদ্যারাজগুহ্য যোগনি। অধ্যায় অসিদা পরব্রহ্মগী অশেংবা মশক্ তাক্কনি অমসুং মতুগা লোয়ননা পরমাত্মানা লয়্‌শেন্বগী মতৌ অতুগা ঈবুংঙো মাবু ফং-ননবা মথল্ মথা অয়াম্ব উপায় উপাসনা-নচিংববুস্ম হায়গনি। মতুদা নীপানগুবা অধ্যায়দা "অক্ষরং ব্রহ্ম পরমং" (৮/৩) অসি-নচিংবনা য়ামনা শম্ন ব্রহ্মগী অশেংবা মশক্ হায়খিবতুবু গুগায়না তাক্কনা সত্তমুক্তি হায়বদি হিংনা হিংনা মুক্তি ওইনা লৈবগী সাধন-জ্ঞান ফংহনগে হায়বগীদমক্ শ্রীভগবান্ন অন্নুমনা হায়বা হৌই--

শ্রীভগবানুবাচ

ইদং তু তে গুহ্যতমং প্রবক্ষ্যাম্যনসূয়বে।
জ্ঞানং বিজ্ঞানসহিতং যজ্‌জ্ঞাত্বা মোক্ষসেঽশুভাৎ ॥১॥

অন্বয়ব্যাখ্যাঃ—শ্রীভগবান্ উবাচ = শ্রীভগবান্ন হায়বিখি—গুহ্যতমং — খ্বায়দগী হেননা থুপ্পবা, বিজ্ঞানসহিতং — শংশঙ্না খঙ্‌বগা

লোয়নরবা. ইদং তু জ্ঞানং—অক্ষর ব্রহ্মগী জ্ঞানসিমক্তবু, অনসূয়বে = অতোপ্পশিংগী মফমদা ফত্তবা ৱাখল্ তৌতুনা অৱানবগী মীৎয়েংনা য়েংত্রবা, তে=অর্জ্জুন নঙ্গীদমক, প্রবক্ষ্যামি—কৃষ্ণ ঐনা হায়গে, যৎ জ্ঞাত্বা—অসিগুমবা জ্ঞানসিবু ফংলগা, অশুভাৎ=অৱাবগী মশক ওইদুনতা লৈবা সংসার অসিদগী, মোক্ষসে=নহাক্ লাম্থোক্পা শুমগনি ॥ ১ ॥

**অপূন্ন অর্থঃ** শ্রীভগবান্ন হায়বিখি—খ্বায়দগী হেননা থূপ্পবা অমসুং শংশঙ্না খঙবগা লোয়নরবা ব্রহ্মগী জ্ঞান অসিমক্তবু, অতোপ্পগী মফমদা ফত্তবা ৱাখল্ তৌতুনা অৱানবা মীৎয়েং য়েং-ত্রবা অর্জ্জুন নঙ্গীদমক্ কৃষ্ণ ঐনা হায়গে, অসিগুমবা জ্ঞানসিবু ফংলগা নহাক্ন অৱাবগী মশক্ ওইবা সংসার অসিদগী লাম্থোক্পা শুমগনি ॥ ১ ॥

## অথুপ্পা

মথক্ত নীপান্শুবা অধ্যায়দা হায়খিবা অর্চি-নচিংবা লম্বীদা চৎলগা ফংগদবা মুক্তি অদুদি য়ামনা কোননা মহাপ্রলয়গী মতমদা ফংগদবা ক্রম-মুক্তিনি। অদুগা মদুগী সাধনদি ধ্যেয় ওইবা হায়-বদি ধ্যানগী বিষয় ওইবা সগুণ ব্রহ্মগী উপাসনা তৌদুনা ধ্যান তৌবনি। হৌজিক মাপনশুবা অধ্যায়সিদা তাক্কদৌরিবা মুক্তি অসিদি হৌজিক্মক্ হিংনা হিংনা ফংগদবা সদ্য মুক্তিনি; অদুগা মসিগী সাধনদি জ্ঞেয় হায়বদি জ্ঞানগী বিষয় ওইনা খঙ্গদবা নির্গুণ ব্রহ্মবু শংশঙ্না খঙ্বগী মশক্ ওইবা আত্মজ্ঞান নি। মরম্ অসিনা ক্রম মুক্তিগী সাধন—সগুণ ব্রহ্মগী উপাসনা ওইবা জ্ঞান

অদুদগী সত্ত মুক্তিগী সাধন—জ্ঞান অসিবু খেন্নবা তাকে হায়বগীদমক্‌ মফম অসিদা "ইদং তু" অস্নুমনা "তু" শব্দ পীদুনা জ্ঞানগী বি-শেষণ হায়বনি। অদুগা বিষয় উদনা মতুবু খঙবা জ্ঞানদগী হায়-বদি পরোক্ষ জ্ঞানদগী সত্ত মুক্তি ফংবা য়াদে স্নপ্ন ব্রহ্মবু শংশঙ্‌না মশামক্তি খঙ্‌বা জ্ঞানদগী হায়বদি অপরোক্ষ জ্ঞানদগী সত্ত মুক্তি ফংবা য়াই হায়বসি তাক্লবগীদমক্‌ "বিজ্ঞান সহিতং" অস্নুমনা জ্ঞানগী বিশেষণবুস্নু পীরিবনি। মরম অসিনা "অহং ব্রহ্মাস্মি" (বৃঃ উঃ ১/৪/১০) "ঐ ব্রহ্মনি" অস্নুমনা শংশঙ্‌না মী অদু সত্ত হায়-বদি হিংন—হিংনমক্‌ মুক্তি ফংদুনা লৈ, অদুগা শিবমক্কুদা সংসারী জীব ওইনা লৈনবা উপাধি অন্তঃকরণ মাঙ্‌খিদুনা মহাক্‌ মশাগী অশেংবা মশক্‌ ব্রহ্ম ওইনা লৈ। মসিবুস্নু অস্নুমনা হায়রি "ব্রহ্মৈব সন্‌ ব্রহ্মাপ্যেতি" (বৃঃ উঃ ৪/৪/৬)—'হি'লিঙৈ মতমদা ব্রহ্মমক্‌ ওইদুনা লৈরগা শিবমক্কুদা ব্রহ্মদা তিল লী"।

অসিগুমবা জ্ঞান অসিবু ফংবদা মতীক্‌ চাবা কনানো হায়-বসি খঙহন্নবগীদমক্‌ অর্জ্জুনগী বিশেষণ ওইনা "অনসূয়বে" হায়বা ৱাহয় অসি পীরিবনি। মশাগী দোষ (ফত্তবা) অদুবুদি করিমত্ত য়েংদনা অতোপ্পগী গুণবু দোষ ওইনা য়েংলগা অরানবা হায়ববু "অসূয়া" কৌই, অদুগা মতৌ অদুমনা য়েংদনা অরানবা হায়দ ববু "অনসূয়া" কৌই। মতৌ অস্নুমনা অসূয়া লৈতবা অমসুং মশাগী দোষ য়েংদুনা মদু শেংদোক্লবা হোৎনবা মীগী অন্তঃকরণ (পূক্নীং) শেংবা মরম্‌দগী মহাক্‌ জ্ঞান ফংবদা মতীক্‌ চায়; অদুগা "অসূয়া" লৈবা মীগী পূক্নীং শেংদবা মরম্‌না মহাক্‌ জ্ঞান ফংবদা মতীক্‌ চাদে হায়বা অসিবু শ্রীভগবান্ন তাক্‌পনি। মরম্‌ অসিনা

জ্ঞান ফংনীংবা অমস্থং মশাগী য়াইফবা পামবা মীনা অসিগুমবা অসূয়া-নচিংবা দোষশিংবু পুক্লীংদগী লোঁঃথোক্লবা হোৎনত্থনা লৈগদবনি, মত্থৌদা জ্ঞান ফংবদা মতীক্ চাগনি ॥ ১॥

অসিগুমবা জ্ঞান অসিবু থাগত্থনা মত্থৌদা য়ামনা অপামবা পোক্হল্লগা পুক্লীং চঙনা মত্থ ফংনবা হোৎনহনগে হায়বগীদমক্ অমুক্ অস্থমনা থাগৎলি—

রাজবিদ্যা রাজগুহ্যং পবিত্রমিদমুত্তমম্।
প্রত্যক্ষ্যাবগমং ধর্ম্ম্যং সুসুখং কর্ত্তুমব্যয়ম্ ॥ ২ ॥

**অন্বয়ব্যাখ্যাঃ** ইদং=ব্রহ্মবিদ্যাগী মশক্ ওইবা হায়রিবা জ্ঞান অসি, রাজবিদ্যা—মখল্ মখা অয়ামবা বিদ্যা পুম্নমক্কী নিংথৌনি হায়বদি বিদ্যা পুম্নমক্তগী খ্বায়দগী অথোইবা বিদ্যানি, রাজগুহ্যং—অথূপ্প পুম্নমক্কীস্থ নিংথৌনি হায়বদি অথূপ্প, অথূপ্প হায়দূনা লৈরিবা পুম্নমক্কী মত্থংদা খ্বায়দগী অথোইবা অথূপ্পনি, উত্তমং—খ্বায়দগী ফবা, পবিত্রং শেংহনবা ঙমবনি, প্রত্যক্ষ্যাবগমং- শংশঙনা খঙনবা প্রমাণনা মসিগী মহয় খঙবা ঙমবনি, ধর্ম্ম্যং=ধর্ম্ম কায়দবনি হায়বদি ধর্ম্মগী মশক ওইবনি, কর্ত্তুং সুসুখং=তৌবদস্থ (ফংবদস্থ) য়ামনা লায়না থোক্পনি অব্যয়ম্=অত্থগা ময়েং তাবস্থ লৈতবনি হায়বদি মাঙবা লৈতবনি ॥ ২ ॥

**অপূর্ব অর্থঃ** ব্রহ্মবিদ্যাগী মশক্ ওইবা হায়রিবা জ্ঞান অসি বিদ্যা পুম্নমক্কী নিংথৌনি, অথূপ্পা পুম্নমক্তগীস্থ থোইনা থূপ্পনি, খ্বায়দগী হেননা ফবা শেংহনবা ঙমবনি, শংশঙনা খঙনবা প্রমাণনা

মসিগী মহয়্ খঙবা ওমবনি ধর্ম্মগী মশক্ ওইবনি, তৌথদস্ু হায়-বদি পাঙথোক্লবা হোৎনবহ্ু য়ামনা লায়না থোক্পনি অমস্ুং মাং-বস্ু লৈতবনি ॥ ২ ॥

## অথুপ্প ৱা

আত্মজ্ঞানগী মশক্ ওইবা ব্রহ্মবিদ্যা অসিবু পরা বিদ্যা হায়-নস্ু কৌই, অদুগা মসি নত্তবা সংসারগী বিদ্যা পূন্নমক্ অসিদি অপরা বিদ্যানি, মতুদগী সংসারদগী অরান্ খুবমগী মশক্ ওইবা ব্রহ্ম ফংবা য়াদে। পরা বিদ্যা কদায়বু কৌই হায়বা অসিবুদি মুণ্ডকোপনিষৎতা অস্ুমনা তাক্লি— "পরা যয়া তদক্ষরমধি-গম্যতে" (১/১/৫) — 'বিদ্যা অদুনা মরম ওইদুনা অক্ষর হায়বদি মাঙ তাক্পা লৈতবা ব্রহ্ম খঙবা অমস্ুং ফংবা য়ারবদি মদু পরা বিদ্যানি।' মরম্ অসিনা অসিগুমবা ব্রহ্ম বিদ্যাসিবু শ্রীভগবান্ন "রাজবিদ্যা" হায়বনি। মসিবু থাগত্তুনা মতুংদস্ু অস্ুমনা হায়-গনি — "অধ্যাত্মবিদ্যা বিদ্যানাং" (১০/৩২)— 'বিদ্যাশিংগী মনুংদা কৃষ্ণ ঐ অধ্যাত্মবিদ্যানি (ব্রহ্মবিদ্যানি)।' মসিবু মনুনস্ু অস্ুমনা হায়রি—

> সর্ব্বেষাং চৈতেষামাত্মজ্ঞানং পরং স্মৃতম্ ।
> তদ্ধ্যগ্র্যং সর্ব্ববিদ্যানাং প্রাপ্যতে হ্যমৃতং যতঃ ॥
> (মনু স্মৃঃ ১২/৮৫)

"বেদ তমব-নচিংবা থবক্ পূন্নমক্তগী খ্বায়দগী অখোইবদি আত্মজ্ঞান ফংবনি, মসি (আত্মজ্ঞান অসি) বিদ্যা পূন্নমক্কী মকোক্নি। মরম্দি মসিদগী মীনা অমৃত ( ব্রহ্মগী মশক্ ওইবা মোক্ষ ) ফংই।"

অদুগা শুকরহস্যোপনিষত্তদি মসিবু তশেং তশেংনা অস্তুমনা হায়রি -

অন্যবিদ্যাপরিজ্ঞানমবশ্যং নশ্বরং ভবেৎ।
ব্রহ্মবিদ্যাপরিজ্ঞানং ব্রহ্মপ্রাপ্তিকরং স্থিতম্॥
(শু' র: উ: ২/১৪)

"অতোপ্প বিদ্যাশিংগী জ্ঞান ফংবসিদি শোয়দনা মাওগদবনি, অদুগা ব্রহ্মবিদ্যাগী জ্ঞান ফংবসিদি ব্রহ্মবু ফংহনবনি হায়বসি লেওদবনি।"

অদুগা মপোক্ কয়ামুক্ত তৌখিবা পুণ্য কর্মশিংনা মরম্ ওই-দুনা অন্তঃকরণ শেংলবা মীদনা ফংবা য়াবা অদুগা অন্তঃকরণ শেংদবা অচমবা মীশিংনা শুকফং ফংবা য়াদবা ওইদুনা য়ামনা থূপ্প লৈবদগী মসিবু "রাজগুহ্য" হায়বনি। অদুগা মসিবু খ্বায়-দগী অফবা শেংহনবা ওমবনি হায়বগী মরম্সু অসিনি— শাস্ত্রনা তাক্পা প্রায়শ্চিত-নচিংবা কর্ম পূন্নমক্সিদি পাপ মচেৎ অমত্তংদবু কোক্হললী, মীদুবুদি পূমশেং শেংহনবা ওমদে মদুদগী মী অদুনা সংসারদা অৱা-অনা ফংদুনা লৈবসিবু থাদোক্পা ওমদে। অদুবু হায়রিবা ব্রহ্মবিদ্যা অসিদি পাপ পূণ্য পূন্নমক্পু পূম্কোক্ কোক্-হন্দূনা ব্রহ্মদা তিলহনবা ওমঈ। পাপ পূণ্যশিংগী মতুং ইননা সংসার চক্রসিদা অমুক্ কোয়দূনা লৈহনদে। মবম্ অসিনা অহান্ন-দসু শ্রীভগবান্ন অস্তুমনা হায়খি— "নহি জ্ঞানেন সদৃশং পবিত্রমিহ বিদ্যতে" (গী: ৪/৩৮) "জ্ঞানগা মান্নবা শেংহনবা ওমবা অতোপ্প পোৎ অমা সংসারসিদা লৈতে।" অদুগা শাস্ত্রনা

তাক্‌পা কর্ম্মশিংগী মহয়শিংদি শিরব। মতুংদা পরলোকতা ফংগদবা ঙাক্তনি, অদুগা ব্রহ্মবিদ্যা অসিগী মহয়দি হৌজিক্‌মক্ শংশঙনা ফংগদবনি হায়বসিবুসু "প্রত্যক্ষাবগমং" হায়বা ৱাহয়্ অসিনা তাক্‌ই। ফীবম অসিদা জ্ঞানীনা মশামক্‌পু অমসুং সংসার পূম্ন-মক্‌পু ব্রহ্মনি হায়বসি খঙই —( সর্ব্বমিদমহং চ ব্রহ্ম )। মরম্ অসিনা মীনা মসিবু চৎনরিবা ধর্ম্ম করিমত্ত কায়দনা য়ামনা নীং-থিনা হোৎনহুনা ফংবা য়াই। অদুগা হোৎনবহুবুসু য়ামনা লায়না তূমিন্ন ফমহুনা আত্মাগী মরমদা ৱাখল্ তৌহুনা লৈবতনি। মহু তৌবদা হুমাং তানা নোম্ব অমসুং শেল-থুম য়ামনা চঙবা মসি পূম্নমকসি, কর্ম্ম অমা তৌবদা চঙবগুমনা লৈতে। অদুগা কর্ম্মগী মহয়গী মতৌগুমনা মসিগী মহয় মাঙবসু লৈতে হায়বা তাক্ত্না শ্রীভগবান্ন মসিবু তৌহন নবগীদমক্ হায়রিবসিনি। মরম্ অসিনা য়াইফবা পামবা মীশিংনা জ্ঞান অসিবু ফংনবা হোৎনগদবনি ॥ ২ ॥

মহুমক্ ওইহুনসু মীনা জ্ঞানসিবু ফংনবা হোৎনদবগী মরম্ তাক্ত্না অসুমনা হায়রি—

**অশ্রদ্দধানাঃ পুরুষা ধর্ম্মস্যাঽস্য পরন্তপ।**
**অপ্রাপ্য মাং নিবর্ত্তন্তে মৃত্যুসংসারবর্ত্মনি ॥ ৩ ॥**

**অন্বয়ব্যাখ্যাঃ** - পরন্তপ=য়েক্নবশিংবু অবাবা পীহৈবা হে অর্জ্জুন।, অস্য ধর্ম্মস্য=আত্মজ্ঞানগী মশক্ ওইবা ধর্ম্ম অসিবু, অশ্রদ্দধানাঃ= থাজদহুনা অতোপ্প লমচং চৎপা, পুরুষাঃ=মীশিংনা, মাং=পর-মেশ্বর কৃষ্ণ ঐবু, অপ্রাপ্য= ফংবা ঙমদনা, মৃত্যুসংসারবর্ত্মনি=

শোয়দনা শিবা নাইবা সংসারগী লম্বী অসিদা, নিবর্ত্তন্তে—হল-লক্তুনা লাকই হায়বদি পোক্ল—শিরা তৌহনা লৈ।

**অপূম্ব অর্থ** - য়েক্লবশিংবু অৱাবা পীহৈবা হে অর্জ্জুন। আত্মজ্ঞানগী মশক্ ওইবা ধর্ম্ম অসিবু থাজদহনা অতোপ্প লমচৎ চৎপা মীশিং না পরমেশ্বব কৃষ্ণ ঐবু ফংবা ঙমদনা শোয়দনা পোক্ল-শিরা তৌবা সংসারগী লম্বীদা হললক্তুনা লাকঈ॥ ৩॥

## অথুপ্প ৱা

ধর্ম্ম কর্ম্ম য়ামনা তৌহনা লৈবা মী ওইরবস্থু আত্মাগী মবম্দা সংস্কার নীংথিনা লৈতবদগী অমস্মুং জ্ঞানী ওইবা অখণ্ডবা মীনা হননা হননা তাক্লবস্থু থাজবা ৱাংপদগী মশামক্পু সাক্ষাৎ পরব্রহ্মনি হায়বসি য়ানিংদনা লৈ অদুগা আত্মাসিবু ব্রহ্মশক্তি হায়বা উপ-নিষৎ-নচিংবগী ৱা কক্থত্তুনা মহাক্না তৌরিবা অমস্মুং চৎলিবা উপায়-লমচৎ অদুতদা থাজহনা লৈ। অসিগুম্বা মীনা কদৌডৈদস্থু পরমাত্মবু খঙবা অমস্মুং ফংবা ঙমদে। মরম অসিদগী মখোয়শিং অদুদি পোক্ল শিরা তৌহনা লৈবা সংসার অসিদা হননা হননা লাক্তুনা মখল্ মখা অয়ামবা অচৌ অপীক্ নাইবা হকচাংশিংবু ফংহনা লৈ। মরম্ অসিনা অসিগুমবা অজ্ঞানীশিংগী মরম্দা শ্রুতিনা অস্থমনা হায়রি—‘**মৃত্যোঃ স মৃত্যুমাপ্নোতি য ইহ-নানেব পশ্যতি**’’ (বৃঃ উঃ ৪/৪/১৯) “আত্মাগী মশক্ ওইবা ব্রহ্ম অসিদা মখল্ মখা অয়াম্বগী মতৌগুমনা অতোপ্পশিংবু উহনা অমস্মুং খঙহনা লৈ। অদুগুমবা মী অদুগী অশিবগী মতুংদা অশিবা অমবু

ফংহুনা লৈ।" অদুগা মশাবু খণ্ডদনা লৈবা মীশিং আত্মঘাতীনি হায়বসিবুসু তাক্লুনা মখোয়না ফংগদবা লোকপু অসুমনা তাক্লি —

**অসূর্য্যা নাম তে লোকা অন্ধেন তমসাবৃতাঃ।**
**তাংস্তে প্রেত্যাভিগচ্ছন্তি যে কে চাত্মহনো জনাঃ॥**

(শুঃ যজুঃ ৪০/৩)

"আত্মাবু হাত্তুনা লৈবা .মশাবু কনানো খণ্ডদবদগী (আত্মঘাতী ওইহুনা লৈবা) মী কনা অমসু ওইসন্নু মখোয় পূম্নমক্ শিরবা মতুংদা অজ্ঞানগী মশক্ ওইবা অমম্বনা কুপ্পুনা লৈবা অসূর্য্যা কৌবা লোকশিংদা চত্নুনা লৈ।"

মরম্ অসিদগী মশাগী য়াইফবা পামবা মীশিংনা থাজবগা লোযননা মশাগী অশেংবা মশকপু খণ্ডননবা কন্ন হোৎনহুনা ব্রহ্ম-দগী অতোপ্প আত্মা নত্তে হায়বসি লেপ্ কদবনি, মসিদা কবিমত্ত চিংবা তৌরোইদবনি। বৈষ্ণবশিংগী থ্বাযদগী অথোইবা প্রমাণ ওইনা লৈবিবা অমসুং সাক্ষাৎ শ্রীকৃষ্ণগী অবতারনি হায়না য়াব্রিবা শ্রীমদ্ভাগবত মহাপুরাণগী অরোইবদা শ্রীশুকদেবনা পরীক্ষিৎপু অসুমনা উপদেশ পীরি —

**ঘটে ভিন্নে যথাহহকাশ আকাশঃ স্যাৎ যথা পুরা।**
**এবং দেহে মৃতে জীবো ব্রহ্ম সম্পদ্যতে পুনঃ॥**
**অহং ব্রহ্ম পরং ধাম ব্রহ্মাহং পরমং পদম্।**
**এবং সমীক্ষন্নাত্মানমাত্মন্যাধায় নিষ্কলে॥**
**ন দ্রক্ষ্যসি শরীরং চ বিশ্বঞ্চ পৃথগাত্মনঃ॥**

(ভাগবত ১২/৫/৫,২১,১২)

"উপাধি ওইবা চফ্ কায়খ্রবদা মতুগী মন্থুংদা তোপ্প খণ্ডলম্ব আকাশ অতু হাননগী মতৌগুমনা পাক্—চাউববা অকাশতা তিন-থুনা অমত্ত ওইবগী মতৌগুমনা কারণ শরীর অবিদ্যাগা লোয়ননা অকুপ্প অমস্থুং অপোৌবা হকৃচাং শিরবদা (মাঙখ্রবদা) জীব অসি অমুক্ হননা ব্রহ্মদা তিল লী। (মরম্ অসিনা হে পরীক্ষিৎ!) ঐহাক্ অথোইবা খুবম ওইবা ব্রহ্মনি অমস্থুং অথোইবা ফংনফম ওইবা ব্রহ্মতু ঐনি অস্থুমনা য়েংথুনা হাযবদি নীংথুনা মচেৎ মকায় লৈতবা অশেংবা ব্রহ্মগী মশক্ ওইবা আত্মাদা আত্মারু (নশাবু) হাপ চিল লু। মতুমনা তৌবরদি মহাক্ল হকৃচাং অমস্থুং তাইবঙ পূম্নকৃসিবু আত্মা দগী (নশাদগী) অতোপ্পনি হাযনা উরোই-খণ্ডলোই॥ ৩॥

মতৌ অস্থুমনা জ্ঞানবু থাগত্তুনা মতু ফংনবা হোংনবদা পুল্লাং চঙহল্লবা মতুংদা জ্ঞান অতুবু অস্থুমনা তাকৃপা হৌই -

**ময়া ততমিদং সর্ব্বং জগদব্যক্ত মুর্ত্তিনা।**
**মৎস্থানি সর্ব্বভূতানি ন চাহং তেম্ববস্থিতঃ॥৪॥**

**অন্বয়ব্যাখ্যা** ঃ— অব্যক্তমূর্ত্তিনা = ফোংদোক্তবা মওঙদা সৎ অমস্থং চিং ওইনা লৈবা, ময়া = সাক্ষাৎ পরমেশ্বর কৃষ্ণ ঐনা, ইদং সর্ব্বং জগৎ = লেঙলি পাললিবা সংসারপুম্বসি, ততং = শীন্-থুংলি-বনি, মরম্ অসিনা - সর্ব্বভূতানি = অচৎ-চত্ত সংসারপুম্বসি, মৎ-স্থানি = চঙজক্ষম (অধিষ্ঠান) ওইবা কৃষ্ণ ঐঙোন্দ চঙজতুনা লৈবা ঙাক্তনি, চ = অতুগা, অহং = কৃষ্ণ ঐদি, তেষু = অচৎ-চত্তশিং অসিদা, ন অবস্থিতঃ = লৈতে ॥ ৪ ॥

**অপুন্ব অর্থঃ**— ফোংদোক্তবা মওঙদা সৎ-চিৎ ওইনা লৈবা পরমেশ্বর কৃষ্ণ এনা লেঙলি-পাললিবা তাইবঙপুন্বসিদা শীন্ থুংলি-বনি, মরম্ অসিনা অচৎ—চত্ত তাইবঙপুন্বসিগী চঙজফম ওইবা কৃষ্ণ এঙোন্দ চঙজহনা লৈবা ঙাক্তনি, অদুগা কৃষ্ণ এদি মখোয়-শিংসিদা লৈতে ॥ ৪ ॥

## অথ্‌প্প রা

কৃষ্ণ নওদি অর্জ্জুন এগা লেংমান-নবা মী ওইনা লৈবা য়ামনা পাকপা মওঙনি ; মরম্ অসিনা অস্তুক্ য়ামনা চাউবা তাইবঙ পুন্বসি কবম তৌনা নহাক্ত শীন্ থুংনা লৈগনি হায়না অর্জ্জুনগী চিংনববু কোক্হনগে হায়বগীদমক্ শ্রীকৃষ্ণনা মশাগী অশেংবা মওঙ তাক্তুনা— "**অব্যক্ত মূর্ত্তিনা**" হায়বদি ফোংদোক্তবা মওঙদা লৈবা হায়বা বিশেষণ অসি পীরিবনি। অর্জ্জুননা উরিবা অমস্তুং মাগী দোলাই থোঃহুনা লৈরিবা কৃষ্ণ অহুদি মায়ানা মরম্ ওইহুনা মীওইবগী হক্চাং লোৎবগুম তৌহুনা পীক্ত লৈরিবনি, মাগী অশেংবা মশক্ মওঙদি সৎ-চিৎ ওইনা সংসারপুন্বসিগী মনুং মপানদা শীন্‌থুনা লৈহুনা চঙজফম ওইরিবনি। শ্রুতিনা অস্তুমনা হায়-রি— "আকাশবৎ সর্ব্বগতশ্চ নিত্যঃ" (ছাঃ উঃ ৩/১৪/৩)— "পরমাত্মাদি আকাশগী মতৌগুমনা পুন্নমক্ত শীন্-থুংনা লৈ অমস্তুং মাঙবা লৈতে।" মরম্ অসিদগী ঈবুংঙো মাগী সৎ ওইবা মশক্ অদুগী সত্তানা হায়বদি অরৈবনা মঙোন্দ চঙজহনা লৈবা জগৎ-পুন্বসি সৎনি হায়বদি লৈ হায়না খণ্ডনরিবনি, অদুগা ঈবুংঙো মাগী চিৎ (জ্ঞান) ওইবা মশক্ অহুনা ঙানথোক্তুনা জগৎ অসি

উবি-নি। মবম্ অসিদগী ঈবুংঙো মাগী সত্তা (অবৈবা) অদু নত্তনা জগৎ অসিগী মনীং তমবা অতোপ্প সত্তা (অরৈবা) অমা লৈতে, স্বপ্ন ঈবুংঙো মঙোন্দ আরোপ তৌদুনা (থাংগত্তুনা) জগৎ অসি উবদনি; অশেংবা মশক্তদি জগৎ অসি মতম অহুমমক্ত লৈতে, মিথ্যানি। মবম্ অসিদগী আত্মপ্রবোধ উপনিষৎতা অস্থমনা হায়রি—

সার্পদৌ রজ্জুসত্তেব ব্রহ্মসত্তৈব কেবলম্।
প্রপঞ্চাধাররূপেণ বর্ত্ততেঽতো জগন্ন হি॥ (অঃ ১২)

"থৌবী মকক্ত উবা লিল, থৌবী মকক্কী সত্তা অদু নত্তনা অতোপ্প সত্তা লৈতবগী মতৌগুমনা জগৎ অসিদস্থ স্বপ্ন ব্রহ্মগী সত্তানি, তোপ্প তাইবঙগী সত্তা লৈতে। সংব্রহ্ম (থৌবী মকক্ত লিনগী চঙজফম ওইবগী মতৌগুমনা) জগৎ অসিগী চঙজফম ওইনা লৈ, মবম্ অসিদগী ব্রহ্ম নত্তনা জগৎ মতম অহুমমক্ত লৈতে।"

করিগুমবা পোৎ অমা উববস্থ, খঙলবস্থ অদুগা ব্যবহারদা শীজিন্নববস্থ বিচার তৌদুনা যেংবদা পোৎ অদুগী মতম অহুমমক্ত অবৈবা হাযবদি সত্তা লৈত্রবদি মদুবু মিথ্যানি হায়না খঙনগদবনি। খূদম ওইনা হাযরবদি- থৌবী মকক্ত উরিবা অমস্থং খঙলিবা লিনবু বিচার তৌদুনা থৌবী মকক্তগী অতোপ্প অমা নাত্তে খঙলবদি মদু মতম অহুম-মক্ত লৈতবা পোৎ অমা ওইবা মরম্দগী মিথ্যানি। অদুগা লিল অদুগী চঙজফম ওইনা লৈনবা মফম থৌবী মকক্তি, মদুদা মহাক্ থৌবী মকক্কী অজ্ঞানদগী (খঙদবদগী) আরোপ তৌদুনা লৈবনি। মতৌ অস্থমনা পরব্রহ্মগী মশক্ ওইবা

অমম্তুং ফোংদোক্তনা লৈব। শ্রীকৃষ্ণদা চঙজহ্না লৈবিবা জগৎ অসিস্তু বিচার তৌহনা য়েংবদা শ্রীকৃষ্ণগী অতোপ্প অমা ওইনা মতম অচুম মক্ত লৈতবা মবম্না মিথ্যানি। ঐখোয়না তাইবঙ পূম্নমক্কী চঙজফম ওইনা লৈবিবা ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণগী অশেংবা মশক্ খঙদবগী মরম্ ওইবা অজ্ঞানদগী জগৎ অসিবু মতোন্দ উরিবনি খঙলিবনি অতুগা ব্যবহার পূম্নমক তৌবিবনি। শ্রীকৃষ্ণগী অশেংবা মশক্ খঙবমক্তদা জগৎ অসি মতম অচুম-মক্ত লৈববোই, য়েংউ-উকনা পোৎ পূম্ন-মক্ত শ্রীকৃষ্ণগী অৈববা (সত্তা) অতুদবু উগনি। শ্রীমদ্ভাগবতকী মমুং-দস্তু ব্রহ্মাগী মফমদা শ্রীভগবান্ন অস্তুমনা হায়বি—

অহমেবাসমেবাগ্রে নান্যং যৎ সদসৎ পরম্।
পশ্চাদহং যদেতচ্চ যোঽবশিষ্যেত সোঽস্ম্যহম্॥৩২॥
ঋতেঽর্থং যৎ প্রতীয়েত ন প্রতীয়েত চাত্মনি।
তদ্বিদ্যাদাত্মনো মায়াং যথাঽঽভাসো যথাতমঃ॥৩৩॥

(ভাঃ ২/১০/৩২-৩৩)

"লয়্শেমদ্রিবৈগী মমাঙদা স্বপ্ন ঐ ঈতোমদমক্ (ভগবান্তমক্) লৈবমঙ্গ ঐ (ভগবান্) নত্তনা ফোংদোক্তনা লৈবা নত্রগা ফোং-দোক্তনা লৈবা কবিগুমবা পোৎ অমত্ত লৈবমদে, মতুংদস্তু ঐমক্ত (ভগবানমক্ত) লৈগনি, হৌজিক পূম্নমকসিস্তু এমক্তনি হায়বদি ভগ-বান্মক্তনি অতুগা মহাপ্রলয়গী মতুংদা লেম্হৌগদবা অতুস্তু ঐমক্তনি ভগবান্ ঐগোন্দগী অতোপ্প অমত্ত লৈতে॥৩২॥ পূম্নমক্কী আত্মা ওইবা ভগবান্ ঐগোন্দগী অতোপ্প পোৎ অমত্ত লৈত্রবস্তু তোপ্প

উরিবসিবু আকাশদা (অহাঙবদা) থা অনী থোক্ল উবগী মতৌগুমনা মিথ্যানি হায়না খঙউ, অতুগা মতম পূন্নমক্ত অমস্তুং মফম পূন্নমক্ত লৈবা ভগবান্ ঙৈবু মীনা খঙদ্রিবসিস্থ আকাশতা থৱানমিচাক-শিংগী মরক্ত মতম পূন্নমক্ত লৈবা রাহুবু মীনা উদবগী মতৌগুমনা মায়ানি হায়না খঙউ ॥ ৩৩ ॥"

মবম অসিনা যোগশিখোপনিষত্তস্থ অস্থমনা হায়রি— "জগন্নাম্না চিদাভাতি সর্ব্বং ব্রহ্মৈব কেবলম্" (৪/১৮)—"জগৎকী (তাইবঙগী) মিং লৌঃতুনা চিংকী (জ্ঞানগী) মশক্ ওইবা ব্রহ্মমক্ উরিবনি। মবম্ অসিনা পূন্নমক্সি স্থপন্ন ব্রহ্মমক্নি।"

মতৌ অস্থমনা তাইবঙ পূন্নমক্সি শ্রীভগবান্দ থৌবী মকক্ত লিল উবগুমনা উবিবনি। অতুগা চঙজফম ওইনা লৈবা থৌবী মকক্, চঙজবিবা লিল অতুদা লৈতবগুমনা জগৎ পূস্বগী চঙজফম ওইবা শ্রীভগবান্—চঙজতুনা লৈবিবা জগৎ (তাইবঙ) অসিদা কদৌ-ঙৈদস্থ লৈতে। শীন্ থুংনা লৈবা পোৎ অতোপ্পগী চঙজফম ওই অতুগা মহাক্ অতোপ্পদা লৈতে হায়বসি লেঙদবা নিয়মনি। মরম্ অসিনা শ্রীভগবান্ন হায়বিবনি— মহুদ জগৎপূস্বসি ঐঙোন্দ চঙজতুনা লৈবা ঙাক্তনি, অতুগা ঐদি তাইবঙ (জগৎ) অসিদা চঙতুনা লৈতে ॥ ৪ ॥

ঈবুংঙো নহাক্ল ফোংদোক্লনা শীন্-থুংনা লৈরগা জগৎপূস্বগী চঙজফম হায়বদি লৈনফম ওইনা লৈরবদি শোয়দনমক্ নহাক্ জগৎসিগা মবী লৈনতুনা শম-নগনি, অতুগা মতুদগী জগৎ অসিগী দোষ-গুণশিংস্থ নঙোন্দা শোয়দনা লাক-কনি হায়না চিংনরবদা, জগৎসিগী

আরোপ তৌনবা মফম ওইনা কৃষ্ণ ঐঙোন্দ চঙজফম ওইবনি, অশেংবমক্তি জগৎ অসি কল্পিত ওইবা মরমদগী ঐগা শমনহুনা লৈতে হায়রবসিবু অস্নুমনা তাক্লি—

**ন চ মৎস্থানি ভূতানি পশ্য মে যোগমৈশ্বরম্।**
**ভূতভৃন্ন চ ভূতস্থো মমাত্মা ভূতভাবনঃ॥ ৫॥**

**অন্বয়ব্যাখ্যা ঃ**— ভূতানি=অচৎ-চত্ত জগৎপূম্বসিস্নু, মৎস্থানি ন—কৃষ্ণ ঐঙোন্দ অশেংবা মওওদা চঙজহুনা লৈতে হায়বদি স্বপ্ন লৈ হায়না কল্পনা তৌবতনি মে=কৃষ্ণ ঐগী, ঐশ্বরং=ওইথোক্তববুম্ন ওইথোকহনবা ঙমবা, যোগং -ঈতীক্ ঈগুণসিবু, পশ্য= অর্জ্জুন নঙনা পুক্নীং লয়তানা বিচার তৌহুনা য়েংউ, ভূতভৃৎ= কৃষ্ণ এসে জগৎসিগী উপাদান (শা-নবা মচাক্) ওইনা মখোয়-পূম্ববু পুহুনা লৈ, চ=অহুগা, ভূত ভাবনঃ—জগৎ অসিগী নিমিত্তস্নু (শাবিবস্নু) কৃষ্ণনি, অহুবু— মম আত্মা কৃষ্ণ ঐগী সৎ-চিৎ আনন্দ ওইবা অশেংবা মশক্ অসিদি, ন ভূতস্থঃ=জগৎসিগা শমনহুনা লৈতে॥ ৫ ॥

**অপূন্ন অর্থঃ** - অচৎ-চত্ত জগৎ পূম্বসিস্নু কৃষ্ণ ঐঙোন্দ অশেংবা ওইনদি চঙজহুনা লৈতে। কৃষ্ণ ঐগী ওইথোক্তববুস্নু ওইথোক্হনবা ঙমবা ঈতীক্ ঈগুণসিবু অর্জ্জুন নঙনা বিচার তৌহুনা য়েংউ। কৃষ্ণ ঐসে জগৎপূম্বসিগী শা-নবা মচাক্ (উপাদান) ওইনা মখোয়পূম্ববু পুহুনা লৈ, অহুগা তাইবঙসিগী (জগৎসিগী) শাবিবস্নু (নিমিত্তস্নু) কৃষ্ণ ঐমক্লি; অহুবু ঐগী সৎ-চিৎ আনন্দ ওইবা অশেংবা মশক্ অসিদি জগৎ অসিগা শমনহুনা লৈতে॥৫॥

## অথ্‌ুপ্প ৱা

শ্লোক অসিদা শ্রীভগবান্ন অর্জুনবু রাজবিদ্যা ফংহনগে হায়রগীদমক্ য়ামনা থ্‌ৃপথ্রবা ৱা তাক্লি। শ্রীভগবান্ লেঙলি-পাললিবা অচং-চত্ত জগৎ অপূ্হসিগী উপাদান অমস্তুং নিমিত্ত (মচাক্ অমস্তুং শাবিবা) ওইতুনা জগৎ অসিগী চওজফম অমস্তুং ঙাক্পি শেনবিবা ওইতুনা লৈবৱস্তু মহাক্ জগৎ অসিগা লোয়নননা (মরী থমতুনা) কবিমত্ত শমনদে হাযবি। মসি ব্যবহাবগী মীংয়েংদা যেংতুনা চংনবীগী মতুং ইননা বিচাব তৌববদি ওইথোক্কনা উই। মবন্‌দি উপাদান কাবণ (শা-নবা মচাক) মতম পুন্নমক্ত পরিণামী (মওঙ ওন্থোকপা য়াবা পোৎ) ওইদুনা শাবিবা পোৎ অতুগা শমনৈ। শাগদৌবিবা পোৎকী মন্নুং চননা অমত্ত ওইনা লৈবা মবম্‌বু উপাদান কাবণ কৌই থৃদমদি লৈবাক্ অসি চফ্‌গী উপাদান কাবণনি, মবমদি – লৈবাক্ অসি শাগদৌবিবা চফ্‌তুগী মন্নুং চননা অমত্ত ওইনা লৈবা মবম্‌নি। লৈবাক্ অতু মানা হাননা লৈবমবা মওঙ অতু ওন্থোক্কনা (থাদোক্কনা) চফ্‌ ওইবা ঙমদে, মওঙ ওন্থোক্লবতদা চফ্‌ ওইবা ঙমগদবনি। মবম্ অসিনা লৈবাক্ পবিণামী উপাদান কাবণনি অতুগা চফ্‌ মাগী থবক্ পবিণামনি (মওঙ ওন্থোক্লক্লবা পোৎনি)। মতৌ অস্তুমনা শ্রীভগবান্‌বু জগৎ অসিগী উপাদান কাবণনি হায়রবদি মহাক্ শোয়দনা পবিণামী (মওঙ ওন্থোক্লবা পোৎ) ওইগনি অতুগা জগৎ অসি মাগী পবিণাম ওইগনি। অতুগা চফ্‌বু শেমবি-শাবিবা মী চফ্‌গী নিমিত্ত কারণনি হায়বদি শাবিবা মীনি। মঙোন্দস্তু ক্রিয়া লৈত্তনা

হায়বদি অতৌবা লৈতনা মহাক্ চফ্ শাবা ওইবসি ওইথোক্ত-বনি। মতৌ অত্তুমনা শ্রীভগবান্দস্সু ক্রিয়া লৈতনা মানা জগৎ শাবসি ওইথোক্লে; মরম্ অসিদগী শ্রীভগবান্দ ক্রিয়া লৈ হায়-বসিবু শোয়দনা য়াবা তাই। অত্তুবু মহাক্ জগৎ অসিগী উপা-দান ওইনা চঙজফম ওইরবস্সু পরিণামী নত্তে, অমস্সুং নিমিত্ত ওইরবস্সু মঙোন্দ ক্রিয়া লৈতে হায়বসি করমনা য়াগনি? মরম্ অসিনা শ্রীভগবান্ন হায়রিবা অমস্সুং জ্ঞানগীদমক্ তাক্লিবা ৱাসিবু নীংথিনা খঙননবগীদমক্ অহানবদা খুদম অমা লৌঃসি— থৌরী মকক্কী অজ্ঞাননা (খঙদবনা) মরম্ ওইত্তুনা থৌরী মকক্ অত্তু লিন-নচিংবা পোং কয়ামুক্কী মশক্ ওইনা উই। উরিবা লিন-নচিংবা পোংশিং অত্তুগী চঙজফম ওইবা উপাদান কারণ থৌরী মকক্কি, থৌরী মকক্ লৈত্রবদি কদৌঙৈদস্সু লিন-নচিংবা উবা য়ারোই। মরম্ অসিনা থৌরী মকক্ অত্তুমক্তবু লিল ওইনা উরিবনি; অত্তুবু মত্তুমক্ ওইত্তুনস্সু উরিবা লিন-নচিংবা পুম্নমক্ অত্তু থৌরীমকক্কা লোয়ননা ষ্কৃশম শমনদে, থৌরী মকক্ অত্তুদি মাগী হান-নগী লেঙদবা অমস্সুং কায়দবা মওঙ-মশক্ অত্তুদা মতম পুম্বদা লৈ। মতৌ অস্সুমনা শ্রীভগবান্বু খঙদবগী মশক্ ওইবা মায়ানা মরম্ ওইত্তুনা শ্রীভগবান্দ লেঙলি পাললিবা জগৎপুম্বসি উরিবনি অমস্সুং ঈবুংঙো মহাক্ পুম্নমক্কী চঙজফম ওইনা উপাদান কারণ ওইরিবনি। অত্তু-মক্ ওইত্তুনস্সু মঙোন্দ উরিবা জগৎ অসিগা লোয়ননা মহাক কদৌঙৈ-দস্সু শমনদে। মতম পুম্নমক্ত তোপ-তোপ্পা মশাগী মওঙদা লেঙদনা লৈ। মরম্ অসিনা বেদান্তদর্শনগী অধ্যাসভাষ্যদা শ্রীশঙ্করা-চার্য্যজীনা অস্সুমনা ইরি— "যত্র যদধ্যস্তং তৎকৃতেন গুণেন

দোষেণবাহণুমাত্রেণাপি ন সংবধ্যতে।" হায়বদি চঙজফম ওইনা লৈরিবা পোৎ অহুদা আবোপ তৌহুনা উরিবা পোৎ অহুনা তৌবা গুণ নত্রগা দোষ অহু চঙজফম ওইবা পোৎ অহুদা মবীক্ অমত্তং ফাওবা শূক্সম শমনদে।

অহুগা থৌবী মকক্ খণ্ডলবা মতুংদা মহুদা চঙজহুনা উবমবা লিন-নচিংবা পূন্নমক্ অহু থৌরী মকক্তগী অতোপ্প নত্তে হায়না খণ্ডবগী মতোগুমনা জগৎ পূন্নমক্সিগী চঙজফম ওইনা লৈবিবা ঈবুংঙো মাগী অশেংবা মশক্ মওঙ অহু খণ্ডবমক্তদা মঙোন্দ চঙ-জহুনা উবিবা জগৎ অসিবুসু ঈবুংঙো মঙোন্দগী অতোপ্প নত্তে, স্বপ্ন ঈবুংঙো মাগী মাযানা তোপ্প উবদনি হায়বসি লেপ্প ঙমগনি। শ্রুতিনসু অসুমনা হায়রি -

উপাদানং প্রপঞ্চস্য ব্রহ্মণোঽন্যন্ন বিদ্যতে।
তস্মাৎ সর্ব্বপ্রপঞ্চোঽয়ং ব্রহ্মৈবাস্তি ন চেতরৎ॥
(যো: শিঃ উ ৪/৩)

"জগৎ অসিগী উপাদান কাবণ ব্রহ্মদগী অতোপ্প পোৎ অমা নত্তে। মবম্ অসিনা জগৎ অসি ব্রহ্মনরি, অতোপ্প অমা নত্তে।"

যথা রজ্জুং পরিত্যজ্য সর্পং গৃহ্লাতি বৈ ভ্রমাৎ॥
তদ্বৎ সত্যমবিজ্ঞায় জগৎ পশ্যতি মূঢ়ধীঃ॥
রজ্জু খণ্ডে পরিজ্ঞাতে সর্পরূপং ন তিষ্ঠতি।
অধিষ্ঠানে তথা জ্ঞাতে প্রপঞ্চে শূন্যতাং গতে॥
(নাদবিঃ উঃ ২৬-২৮)

"শেরাম্ন-না হায়বদি লাননা খণ্ডবদগী থৌরী মকক্ লোঃবগী মহুত্ত লিল ওইনা লৌঃবগুমনা ঈবুংঙো মাগী অশেংবা মশক্ খণ্ড-দবদগী জ্ঞান লৈতবা অপঙবা মীনা ঈবুংঙো মাগী মহুত্ত তাই-বঙ (জগৎ) অসিবু উবিবনি। অদুগা থৌরী মকক্ খণ্ডলবদা লিল লৈথিদবগী মতৌগুমনা জগৎকী চঙজফম (তুংনফম) ওইবা ঈবুংঙো মাবু খণ্ডলবদা জগৎ অসি স্নুকৃলৈ লৈরোইদবনি।"

"জগন্নাম্না চিদাভাতি সর্ব্বং বৈষ্ণব কেবলম্"—(যোগ-শিঃ উঃ ৪/১৮)- "জগৎ হায়না মিং লৌঃহুনা চিংকী (জ্ঞানগী) মশক্ ওইবা ব্রহ্ম উবিবনি. মরম্ অসিনা পূম্নমক্সি স্নুপ ব্রহ্মমক্নি।"

মতৌ অসুমনা শংশঙনা খণ্ডবসি জ্ঞান-বিজ্ঞাননি, মসি বাজ-বিদ্যানি, মসিবু তাকে হাযবগীদমক্ শ্রীভগবান্ন অর্জ্জুনবু নিমিত্ত ওইনা লৌঃহুনা জ্ঞান ফংবদা মতৌক্ চাবা মীশিংগীদমক্ ঈবুংঙো মঙোন্দগী অতোপ্প অমা লৈতে, যেংউ—য়েংউবদা ঈবুংঙো মহাক্রবু যেউ হায়বদি উবিবা পূম্নমক্ ঈবুংঙো মহাক্মক্নি খণ্ডউ হায-বনি। অদুগা ঈবুংঙো মহাক্কগী অতোপ্প অমা লৈতবা মরম্-দগী মশামক্পু ক্রিয়া লৈত্রবস্নু নিমিত্ত কাবণনি হায়না হায়—বনি ॥ ৫ ॥

কবিগুম্বা পোৎ অমত্তগা লোয়ননা শমনত্রবস্নু ঈবুংঙো মঙোন্দ জগৎপূম্বসি চঙজহুনা লৈ হায়বসিবু খূদমগা লোয়ননা অসুমনা তাক্লি—

**যথাহহকাশস্থিতো নিত্যং বায়ুঃ সর্ব্বত্রগো মহান্।**
**তথা সর্ব্বানি ভূতানি মৎস্থানীত্যুপধারয় ॥ ৬ ॥**

**অন্বয়ব্যাখ্যা** :—সর্ব্বত্রগঃ=মফম পূম্নমক্ত চত্তুনা শীংলিবা, মহান্=য়ামনা পাক্-চাউবা, বায়ু=নুংশিৎ যথা=অমুমনা, নিত্যং=মতম পূম্নমক্ত, আকাশস্থিতঃ=করিমগুশমনদবা আকাশদা লৈ, তথা=মতৌ অতুমনা, সর্ব্বাণি ভূতানি=অচৎ চত্ত জগৎ পূম্বসি, মৎস্থানি ইতি=করিমত্ত শমনদনা লৈবা সাক্ষাৎ পরমাত্মা কৃষ্ণ ঐভোন্দ চঙজত্নুনা লৈ হায়না, উপধারয় =পুক্লীংদা বিচার তৌত্নুনা লেপউ ॥ ৬ ॥

**অপুম্ব অর্থঃ**—মফম পূম্নমক্ত শীংলিবা অতুগা য়ামনা পাক চাউবা নুংশিৎনা মতম পূম্নমক্তা করিমত্ত শমনদবা আকাশদা লৈ-বগী মতৌগুমনা অচৎ-চত্ত জগৎপূম্বসিস্থ করিমগু শমনদনা লৈবা কৃষ্ণ ঐভোন্দ লৈ হায়না পুক্লীংদা বিচাব তৌত্নুনা লেপ্উ ॥৬॥

**অথ্প্র রা**

আকাশগী অহাঙবা মফমদা নুংশিং শীত্তুনা লৈ হায়বসি-বুদি মী পূম্নমক্ত খঙনরিবনি। মরম্ অসিনা নুংশিংকী চঙজফম (লৈনফম) আকাশনি। অতুগা নুংশিংতা নত্তনা তাইবঙ (জগৎ) পূম্নমক অসিস্থ আকাশদা লৈরিবনি। অতুবু আকাশ অসি মভোন্দ চঙজত্নুনা লৈবা করিগুমবা পোৎ অমত্তগা শমনদে অমসুং লৈরিবা নুংশিৎ-নচিংবা পোৎশিংগী দোষ-গুণস্থ আকাশদা লাক্কে। মতৌ অতুগুমত্নুনা পোৎ পূম্নমক্ক লোয়ননা আকাশগীস্থ চঙজফম ওইনা লৈরিবা পরমাত্মাসি করিগুমবা পোৎ অমত্তগা শমনদে। মরম্ অসিনা শ্রুতিনস্থ অমুমনা হায়রি—"**অসঙ্গো হ্যয়ং পুরুষঃ**" (বৃহঃ উঃ ৪/৩/১৫)— "থৱায় পানবা পূম্নমক্কী হৃদয়দা লৈরিবা

আত্মাসি কনা অমত্তগা শমনদবনি।" "অলেপকং সর্ব্বগতং যদদ্বয়ম্" (মুঃ উঃ ২'৭৩)— "অনীগুবা লৈতবা ব্রহ্মগী মশক্ ওইবা আত্মাসি মফম পূম্নমক্ত শীন্-থুংনা লৈবনি অতুগা পাপ পুণ্য—নচিংবা কবিগুমবা পোং অমত্ত পক্তবনি।" মবম্ অসিনা অসিগুমবা পরমাত্মতত্ত্বসিবু মীপূম খুদিংনা মশামক্তি খণ্ডনবা হোৎ-গদবনি হায়বসি শ্রীভগবান্‌গী অথুপ্প অভিপ্রায়নি ॥ ৬ ॥

মতৌ অস্তুমনা লযশেম্‌তুনা জগৎ লৈরিঙৈগী মতম অসিদা ঈবুংঙো মঙোন্দা করিগুমব। পোং অমত্ত শমনদে হায়বসি তাক্লগা হৌজিক লয় মাঙবা (প্রলয) মতমদস্তু শমনদবা অতুবু শ্রীভগবান্ন অস্তুমনা তাক্লি

সর্ব্বভূতানি কৌন্তেয় প্রকৃতিং যান্তি মামিকাম্।
কল্পক্ষয়ে পুনস্তানি কল্পাদৌ বিসৃজাম্যহম্ ॥ ৭ ॥

**অন্বয়ব্যাখ্যা :**— কৌন্তেয়= কুন্তীগী মচা হে অর্জ্জুন! কল্পক্ষয়ে– কল্প লোইখিতুনা লয়্ মাঙবা (প্রলয়) মতম লাকলবদা সর্ব্বভূতানি=অচং-চত্ত জগৎপূম্নসি, মামিকা' পরমেশ্বব কৃষ্ণ এগী, প্রকৃতিং=সত্ত্ব, বজঃ, তমঃ গুণ অহুমগী মশক্ ওইবী মায়াদা, যান্তি=তিনতুনা থুপ্পুনা লৈ, পুনঃ=অতুগা অমুক্ হনন৷, কল্পা-দৌ=কল্পগী অহৌবা লয়্ শেমবা (সৃষ্টি) মতম লাকলবদা তানি= থুপ্পুনা লৈরিবা মখোয় পূম্নমক্ অতুবু, অহং বিসৃজামি=কৃষ্ণ ঐনা তোঙাল-তোঙাননা শেমদোক্‌ই ॥ ৭ ॥

**অপূম্ব অর্থ :**– কুন্তীগী মচা হে অর্জ্জুন। কল্প লোইখি-তুনা লয়্ মাঙবা (প্রলয়) মতম লাকলবদা অচং চত্ত তাইবঙ (জগৎ)

অপূম্বসি কৃষ্ণ ঐগী মায়াগী মশক্ ওইবী প্রকৃতিদা তিনহুনা লৈ অহুগা অমুক্ কল্পগী অহৌবা লয়্‌শেম্ব (সৃষ্টি) মতমদা মখোয় পূম্নমক্ অহুবু কৃষ্ণ ঐনা শেমদোকই ॥ ৭ ॥

## অথ্‌প্প ৱা

অহানবদা শ্রীকৃষ্ণ ঈবুংঙো মহাক্ অচং চত্ত জগৎপূম্বসিগী চঙজফম ওইনা উপাদান কাবণনি অহুগা শেম্বি শাবিবা ওইনা নিমিত্ত কাবণনি হায়বসিব শ্রীভগবান্ন তাক্লে। মহুদা থবক্ ওইনা লৈবা পোৎনা মাঙবা মতমদা মাগী উপাদান কাবণদা (শা-নবা পোৎচাক্) তিনবা ময়েক্নি। মসিবু খুদম ওইনা উত্থনা ভাক্লব্দি—থবক ওইনা লৈবা চফ্‌না কাযদনা মাঙবা মতমদা লয বাক্ত িনহুনা লৈখিবসি মযেক্ল তাবনি, মহাক্ লয়বাক মবী লৈনদে অমম্নুং শমনদে হাযবা যাদে। মতৌ অহুমনা শ্রীকৃষ্ণ ঈবুংঙো মহাক্ জগৎ অসিগী উপাদান কাবণ (পোৎচাক্) ওইবদগী জগৎসি মাঙবা মতমদা মঙোন্দ শোযদনা তিনহুনা শমনগনি, অহুবু ঈবুংঙো মঙোন্দ কবিমত্ত শমনদে হায়বসিগী অথ্‌প্প ৱাদি অসিনি থৌরী মকক্ত চঙজহুনা লৈরিবা অমম্নুং উরিবা লিনগী উপাদান কারণ (মচাক্ ওইবা মরম্) থৌবী মকক্ ওইরবস্নু লিল অহু মাঙবা মতমদা থৌবী মকক্ অহুদা কবিমত্ত শমনদে। মতৌ অম্নুমনা কার্য্যগা হায়বদি থবক লোয়ননা শমনদবা উপাদান কারণ অসিবু বিবর্ত্তী উপাদান কাবণ কৌই। অহুগা বিবর্ত্তী উপাদান কারণনা (পোৎচাক্) শাবা থবক (পোৎ) অহুবু বিবর্ত্ত হায়না কৌই। থৌরী মকক্ত উরিবা লিল থৌরী তাহুগী থবক্ ওইবা

বিবর্ত্তনি, অদুগা থৌরী মকক্, মদুগী বিবর্ত্তী উপাদান কারণনি। মতৌ অসুমনা জগৎ অসি শ্রীকৃষ্ণ ঈবুংঙো মাগী বিবর্ত্ত ওইবা থবক্নি, অদুগা ঈবুংঙো মহাক্ বিবর্ত্ত ওইবা তাইবঙ (জগৎ) অসিগী বিবর্ত্তী উপাদান কাবণনি। মরম্ অসিদগী জগৎ মাঙবা মতমদা ঈবুংঙো মঙোন্দ খজিক্কং ফাওবা শমনদে হায়বদি সূক্-শম শমনদে। অদুগা চফ্গী পবিণামী (মওঙ ওন্থোক্না লৈবা) উপাদান কাবণ (পোৎচাক) লয্বাক্ত, চফ্না মাঙবা মতমদা তিন-তুনা লৈবগী মতৌগুমনা তাইবঙ (জগৎ) ওইবা থবক্ অসিসু মাঙবা মতমদা মাগী পবিণামী উপাদান কাবণ ওইবা প্রকৃতিদা তিনতুনা লৈ। মরম্ অসিদগী জগৎ অসিগী পবিণামী উপাদান কাবণ ওইবী প্রকৃতি অসিদি শ্রীভগবান্গী শক্তি ওইবী অমসুং সত্ব, বজঃ অমসুং তমঃ গুণ অহুমগী মশক্ ওইবী মাযানি। মসিবু শ্রুতিনা অসুমনা তাক্না খঙহললি— "মায়াং তু প্রকৃতিং বিদ্যান্মায়িনং তু মহেশ্বরম্" (শ্বেতঃ উঃ ৪/১০)" "মাযাবুদি প্রকৃতিনি হায়না খঙউ অদুগা ভগবান্ মহেশ্বববু মায়ীনি হায়বাদি মায়াগী মশক্ ওইবী শক্তিগী মপুনি হাযনা খঙউ।" মরম্ অসিনা পবিণাম ওইবা জগৎ অসিনা মাঙবা মতমদা পবিণামী উপাদান প্রকৃতিদা তিনতুনা যামনা কুপ্ন মওঙদা থুপ্লুনা লৈ হায়বসিবু শ্রীভগবান্ন তাক্পনি। থাঙ্গৈশেংনমক্ মওঙ ওন্থোক্না থবক্ ওইনা লৈবা পোৎপু পরিণাম কৌই, অদুগা মওঙ ওন্থোক্লিবা পোৎ অদুবুদি পরিণামী উপাদান কাবণ কৌই। অদুগা মওঙ ওন্থোক্রুবসু ওন্থোকপগুম তৌদুনা থবক্ ওইনা উরিবা পোৎ অদুবু

বিবর্ত্ত কৌই। মতুদি থৌবী মকক্ মওঙ ওস্থোক্রুবস্থ মওঙ ওন্-থোকপগুম তৌত্তুনা উরিবা লিল অত্তু থৌবী মকক্কী বিবর্ত্ত ওইবা থবক্নি। অত্তুগা থৌবী মকক্ অত্তুদি মওঙ ওন্দনা মশাগী মওঙদা লেঙদনা লৈবা বিবর্ত্তী উপাদান কাবনি। মতৌ অস্থুমনা শ্রীভগবান্ন লীলাগী মশক্ ওইনা জগৎ অসিবু ঙমখে লৈতবা মতমদগী হৌত্তুনা হননা হননা কল্প খূদিংদা স্থষ্টি অমস্থুং প্রলয় তৌত্তুনা লৈ। কল্প অমমমদা মীও-বগী চহী ৪৩২০০০০০০০ লৈ হায়বসিদি ৮ শুবা অধ্যায়গী ১৭ শুবা শ্লোককি অথূপ্প ব্রাদা শনদোক্ল ইখ্রে ॥ ৭ ॥

ঈবুংঙো নহাক্তি করিগুমবা পোৎ অমত্তগা শম-নবা তৌদনা নশাগী নওঙদা লেঙদনা লৈবা মবম্দগী নহাক্ত জগৎ স্থষ্টি অসিবু করমনা তৌই হাযনা চিংনববদা মসিগী পাউখুম অস্থুমনা পীবি—

প্রকৃতিং স্বামবষ্টভ্য বিস্থজামি পুনঃ পুনঃ।
ভুতগ্রামমিমং কৃৎস্নমবশং প্রকৃতের্বশাৎ ॥ ৮ ॥

অন্বয়ব্যাখ্যা ঃ স্বাং=পবমেশ্বব কৃষ্ণ ঐগী উপাধিগী মশক্ ওইবী, প্রকৃতিং—হাযফম খওদনা তাঙকপগী মশক্ ওইবী মাযাবু, অবষ্টভ্য—কৃষ্ণ ঐনা ঈখা পোননা থমলগা, প্রকৃতেঃ বশাৎ= মায়া অসিগী মখা পোনত্তুনা লৈবা মরমনা, অবশং—মনীং তমবা ঙমদ্রবা, ইমং কৃৎস্নংভূতগ্রামং=অচং-চত্ত লেঙলি-পাললিবা জগৎ পুম্বসিবু, পুনঃ পুনঃ—হননা হননা, বিস্থজামি= মখোয় মখোয়না তৌখিবা কর্ম্মশিংগী মতুং ইননা মখল মখা অয়ামবা মওঙ ওইনা শেমঈ ॥ ৮ ॥

**অপুন্ব অর্থ:—** পরমেশ্বর কৃষ্ণ ঐগী উপাধিগী মশক্ ওইবী মায়াবু ঈথা পোননা থমলগা, মায়াগী মথা পোনহুনা লৈবা মরম্না মনীং তমবা ঙমদ্রবা অচং-চপ্ত জগৎ পুন্বসি মখোয় মখোয়না তৌখিবা কর্ম্মশিংগী মতুং ইননা মখল্ মখা অয়াম্ব মওঙদা কৃষ্ণ ঐনা হননা হননা শেমঈ ॥ ৮ ॥

## অথ্‌প্প ৱা

পরমেশ্বর মশাগী অশেংবা মওঙদা লৈহুনা করিমত্ত তৌদ্রবস্থু মহাক্ মাগী উপাধি ওইনা মথা পোনহুনা লৈবা মায়াগী সত্ত্বগুণ-দগী জ্ঞানশক্তি, রজোগুণদগী ক্রিয়াশক্তি অমসুং তমোগুণদগী ইচ্ছা-শক্তি ওইরক্নুনা অহুম অসিনা তিনহুনা লৈবগুম তৌই। অশেং-বমক্তি শক্তি অহুম অসি মায়াগীনি, পরমেশ্বরগী নত্তে। অহুগা মশৌ অসুমনা শক্তি অহুম অসি তিনহুনা লৈরিবা মায়া অহুগী মমুংদা অহানবা কল্পদা ওইখিবা জীব পুন্নমক্কী পাপ-পুণ্যগী মশক্ ওইবা সংস্কার পুন্নমক্ তিনহুনা লৈবা মরম্দগী সংস্কারশিং অহুনা মরম্ ওইহুনা কল্প অসিদা অমুক্ হননা মখল্ মখা অয়াম্ব অচং-চপ্ত ভাইবঙ (জগৎ) পুন্নমক্সি ফোংদোক্লকঈ। অসুমনা জগৎকী ফোং-দোক্লক্পা অসিবু শ্লোক অসিদা শ্রীভগবান্ন মাগী থৃংশেম্নি হায়না তাক্পনি। মসিগী মরম্দা শ্রুতিশিংনসু অসুমনা হায়রি—"**তদৈ-ক্ষত বহুস্যাং প্রজায়েয়েতি তৎ তেজোঽসৃজত**" (ছাঃ উঃ ৬/২/৩)— "(মথক্ত হায়খিবা মায়াগী জ্ঞানশক্তি-নচিংবা শক্তি অহুম লৈবা মরম্দগী) পরমাত্মানা খল্লী (ইচ্ছা তৌই)—ঐ ইতোমদা ময়াম ওইহুনা প্রজাশিংবু শেমগে। মহুদগী মহাক্ময়্বু (মৈংবু)

শেমঈ।" "স ঈক্ষত লোকান্নু সৃজা ইতি। স ইমাল্লো-কানসৃজত।" (ঐতঃ উঃ ১/১)— "মহাক্ল লোকশিংবু শেম্‌গে হায়না বিচাব (ৱাখল্‌) তৌই। মতুদগী মহাক্ল লোকশিংবু শেমখি।" "অস্মান্মায়ী সৃজতে বিশ্বমেতত্তস্মিংশ্চান্যো মায়য়া সংনিরুদ্ধঃ" (শ্বেতঃ উঃ ৪,৯)—"মাযাবু উপাধি ওইনা লৌঃহুনা লৈবা মাযী পবমাত্মানা অচং-চত্ত জগৎপুম্বসিবু শেমঈ, অতুগা মাযা অতুনা মবম্‌ ওইহুনা অতোপ্প পূম্নমকসি মঙোন্দ চঙজহুনা লৈ।"

মবম অসিন। চংনবীদা জীবাত্মানা মঙগী মতমদা মনদা লৈবা মখল্‌ মখা অযাম্ব সংস্কাবনা মবম্‌ ওইহুনা মঙগী অচং-চত্ত পোংশিংবু শেম্বগুম তৌবা অতুগুমনা পবমাত্মানস্তু মশাগী মঙঙদা অশেংবা ওইনা কবিমত্ত তৌদ্রবস্থু মাযাদগী ওইবকপা জ্ঞানশক্তি, ক্রিয়া-শক্তি অমস্তুং ইচ্ছাশক্তি অহুমসি মঙোন্দ লৈবগুম তৌবদগী মায়াদা লৈবা জীবশিংগী সংস্কাবশিংনা মবম্‌ ওইহুনা কল্পগী অহৌবা মতমদা অচং-চত্ত, মখল্‌ মখা অযাম্ব জগৎ অসিবু শেম্ঈ হায়বসি শ্রীভ-গবান্‌ মশামক্ল মফম অসিদা তাক্‌পনি॥ ৮॥

অতুবু ঈশ্বর ওইবা ঈবুংঙো নহাক্ল মখল্‌ মখা অয়াম্ব অৱা-মুংঙাই ফংহুনা লৈবিবা অচং-চত্ত তাইবঙ পূম্বসিবু শেম্লবদি মতুদা কনাবুনা মুংঙাইহনবা অতুগা কনা অমবুনা ৱাহনবা অসি নচিংবা তৌবা মবম্‌দগী মীচঙ মীখায় নাইবা অমস্তুং থৌজাল হৈতবা থোক্কনি মসিদা নত্তনা মানা তৌৱিবা কর্ম্মশিং অতুগা মরী লৈনবস্থু থোক্কনি হায়না চিংনরবদা মতুগী পাউখুম অস্তুমনা পীরি—

**ন চ মাং তানি কর্ম্মাণি নিবধ্নন্তি ধনঞ্জয়।**
**উদাসীনবদাসীনমসক্তং তেষু কর্ম্মসু ॥ ৯ ॥**

**অন্বয়ব্যাখ্যা :—** চ=অদুগা, ধনঞ্জয়=নিংথৌ পূম্নমক্পু জয় তৌদুনা লল খোমজিনবা ওমবা হে অর্জ্জুন ! উদাসীনবৎ—অপাম মিহৌ অমস্তুং মীচঙ-মীথায় নাইবা থাদোক্তুনা তূমীন্ন লৈবা মীগী মতৌগুমনা, তেষু কর্ম্মসু সৃষ্টি, প্রলয়-নচিংবা থবক-শিং অদুদা, অসক্তং আসীনং=অপাম-মিহৌ থাদোক্তুনা অতৌবগী নাপল তৌদনা লৈরিবা, মাং—পবমেশ্বর ওইবা কৃষ্ণ এঙোন্দ, তানি কর্ম্মানি=লযশেম্ব নচিংবা থবকশিং অদুগী অফ-ফত্ত মহয় পূম্নমক্, ন নিবধ্নন্তি=কবিমত্ত পক্তে ॥ ৯ ॥

**অপূন্ব অর্থ :** অদুগা হে ধনঞ্জয়। অপাম-মিহৌ অমস্তুং মীচঙ-মীথায লৈতনা তূমিন্না লৈবা মীগী মতৌগুমনা লয্শেম্ব-নচিংবা থবক্শিং অদুদা অপাম-মীহৌ থাদোক্তুনা, অতৌবগী নাপল লৈতনা লৈবিবা কৃষ্ণ এঙোন্দ থবক্শিং অদুগী অফ-ফত্ত মহয় অমত্ত পক্তে ॥ ৯ ॥

**অথ্প্প ন্ন।**

পরমাত্মানা অচৌ-অপীক্ মথল নথা অযাম্ব লয়শেম্ব-নচিংবা থবক্ তৌবদা কবিগুমবা মথল অমত্তগী মীচঙ মীথায় নাইদে হায়-বসিগী মরমদা বেদান্তদর্শনদা অস্নমনা হায়রি— **"বৈষম্যনৈর্ঘণ্যে, ন-সাপেক্ষত্বাৎ তথাহি দর্শয়তি"** (বেঃ দঃ ২/১/৩৪)—"ঈশ্বর জগৎকী শেম্বি-শাবিবা মপু ওইবা যাবোই মরম্দি মহাক্ জগৎকী শেম্বি-শাবিবা মপূ ওইরবদি মীচঙ মীথায় নাইবা (বৈষম্য)

দোষ শোযদনা লাক-কনি। মবম্‌দি কনাবু য়ামনা মুংঙাইহনবা, অদুগা কনা অমবুনা য়ামনা ৱাহনবা অমস্তুং কনাবু ময়ায ওইনা থমবা অসি-নচিংবা তৌবদগী মহাক্‌ মীচঙ-মীথায় নাইবা থোক্কনিঃ অদুগা মীচঙ-মীথায় নাইববদি মহাক্‌ ঈশ্বরনি হাযবা য়াদে। মসিদা নত্তনা মঙোন্দ থৌজাল লৈতবা (নৈর্ঘণ্য) দোষস্থ লাক-কনি। মবমদি মহাক্‌ মশামক্ত শেমদুনা লৈবিবা জীব পুম্নমক্‌পু মতম পুম্নমক্ত অৱা-অনা পীদুনা হাত্তুনা লৈ. অদুগা মহাপ্রলযগী মতমদদি পুম্নমক্‌পু পুম্নাঙ মাঙহল্লী। মবম্‌ অসিনা অসিগুমবা ঈশ্বব অসিবু য়াবদা কবিমত্ত কান্নফম থোক্তে হাযনা চিংনববদা পাউথুম অস্নুমনা পীবি— ন-ঈশ্ববগী মবম্‌দা অস্নুমনা হাযবসি চুমদে, মবম্‌দি -সাপেক্ষত্বাৎ =মানা নৌবিবা লযশেম্ব-নচিংবা থবক্‌ পুম্নমক্‌ জীবশিংনা অহানবদা তৌথিবা পাপ পুণ্য কর্ম্মশিংগী মতুং ইনবা ঙাক্কনি অমস্তুং মতুদগী অচৌ-অপীক্‌. অৱা-নুংঙাই-নচিংবা খাযবনি। মহাক্ত মনীং তমনা কনাবু বাহন্দে নুংঙাইহনদে অমস্তুং হাত্তে; স্বপ্ন জীবশিংনা তৌথিবা কর্ম্মশিংগী মতুং ইননা মহয়্‌ পীবদনি।" খুদম ওইনা হায়ববদি কনাগুমবা অফবা বিচারক জজ অমনা মাগী মথৌ ওইনা ৱাযেনদুনা কনাবু ফাঁসী পী, কনাবু জেলদা থায় অদুগা কনাবুনা থাদোকঈ। মতৌ অস্নুমনা মানা তৌরিবা অদু মীশিং অদুগী কর্ম্মগী মতুং ইনবা ঙাক্কনি। মবম্‌ অসিনা মতুমনা তৌবদা জজ অদুবু কনা অমত্তনা মীচঙ-মীথায় নাই অমস্তুং থুংশিহৈতে হায়দে। মতৌ অদুমনা ঈশ্বরগী মরমদস্থ খঙগদবনি। তথাহি দর্শয়তি-মসিবু শ্রুতিনস্থু অস্নুমনা হায়রি— "পুণ্যো বৈ

পুণ্যেন কর্ম্মণা ভবতি, পাপ পাপেন" ( বৃঃ উঃ ৩/২/১৩ )— "পুণ্য কর্ম্মনা মরম্ ওইনা পুণ্য ওইবা দেবতা-নচিংবগী মপোক্ ফংই অদুগা পাপ কর্ম্মনা মরম্ ওইদুনা পাপ ওইবা তীল্-কাণ্ড, হল-নচিংবগী মপোক্ ফংই।" য ইহ রমণীয়চরণা অভ্যাশো হ যত্তে রমণীয়াং যোনিমাপদ্যেরন্ অথ য ইহ কপূয়-চরণা অভ্যাশো হ যত্তে কপূয়াং যোনিমাপদ্যেরন্।" (ছাঃ উঃ ৫/১০/৭) — "মপোক অসিদা অফবা থবক্ অমসুং নীং-থিবা লমচং চত্না লৈবা মীশিং অদুনা শিরবা মতুংদা য়ামনা ফবা মপোক্ ফংই, অদুগা ফত্তবা থবক্ অমসুং অমোংপা লম-চং চত্না লৈবা মীশিংনা য়ামনা ফত্তবা মপোক্ ফংই।" মরম্ অসিনা শ্রীভগবান্ন মীচঙ-মীথায় নাইদুনা অফ ফত্ত মপোক্ ফং-হনদুনা অৱা-মুংঙাই পীবা নত্তে, জীবশিংনা মখোয়না তৌখিবা কর্ম্মগী মতুং ইননা ফংবা ঙাক্তনি। শ্রীভগবান্দি নোংগী মতৌগুম-বনি। নোংনা ঈশিং চাইদুনা লয়্বাক্ মনুংদা কৃষদুনা লৈরিবা মখল্ মখা অয়াম্ব মরূশিংবু মখোয় মখোয়গী মওঙ মতৌদা হৌঃ হনবনি, মখোয়না খেন্নবা হৌরকপদু নোংনা তৌবা নত্তে, মরূ-শিংদা লৈবা সংস্কার খেন্নবদগীনি। মতৌ অসুমনা জীবশিংগী খেন্নবা লৈরিবা সংস্কারশিং অদুগী মতুং ইননা পরমাত্মানা মরম্ ওইদুনা খেন্ন-খেন্নবা জীবশিংনা পোকপনি। গীতাদসু শ্রীভগবান্ন অসুমনা হায়খি — "যে যথা মাং প্রপদ্যন্তে তাংস্তথৈব ভজাম্যহম্" (গীতা ৪/১১) — "মীশিং অদুনা কৃষ্ণ ঐগী ঈফমদা চঙজরক্পা অদুগী মতুং ইননা কৃষ্ণ ঐনসু মখোয়গী মফমদা তৌই।"

মরম্ অসিনা ঈশ্বরদা মীচঙ-মীখায় নাইব নচিংবা দোষ কন্নিমত্ত লৈতে হায়বসিবু শোয়দনা য়াফম থোক্লঈ।

অতুগা মহাক্ তাইবঙগী মপু ওইতুনা পুন্নমক্সিবু শেম্বি শা বিবা ওইরবস্থু মখোয়গা স্থক্শম শমনদনা লৈ, সুপ্প মাগী মথা পোনতুনা লৈবা মায়ানা মবম্ ওইনা ঈবুংঙো মানা শেম্বি শাবি হায়নবদনি। অশেংবা মওঙদদি মহাক্ মতম পুন্নমক্ত করিগুমবা পোৎ অমত্তগা শমনদনা লৈ। শ্রুতিনস্থু মসিবু অস্থমনা হায়রি—
"নিরিচ্ছত্বাদকর্ত্তাসৌ" (মঃ উং ৪/১৪)—"করিগুমবা পোৎ অমগী অপামবা লৈতবদগী পরমাত্মাসি করিগুমবা থবক্ অমগী কর্ত্তা (অতৌবা মী) নত্তে।" নিস্কলং নিষ্ক্রিয়ং শান্তম্" (শ্বেতঃ উঃ ৬/১৯) "পরমাত্মা কায়াৎ লৈতবনি, ক্রিয়া লৈতবনি অমস্থং য়ামনা তপ্প লৈবনি।" "অনন্তশ্চাত্মা বিশ্বরূপো অকর্ত্তা" (নাঃ পঃ উঃ ৯/৮)—"আত্মা ওমখৈ লৈতনা শীন্থুংনা লৈ, পুন্নমক্সি মহাক্কী মশক্তি, মহাক্ অতৌবস্থু (কর্ত্তাস্থু) নত্তে।" অসঙ্গো ন হি সজ্যতে" (বৃঃ উঃ ৩.৯/২৬)—"আত্মা কনা অমত্তগা শমনদে, শম্নদনা লৈবা মাগী স্বভাবনি।"

মরম্ অসিদগী শ্রীভগবান্দ কর্ম্মগী পাপ-পুণ্য ওইবা মহয়্স্থ করিমত্ত পক্তে॥ ৯॥

মথক্তা হায়খিবা অসিমক্তবু অমুক্ হননা তশেংনা অস্থমনা তাক্লি—

**ময়াঽধ্যক্ষেণ প্রকৃতিঃ সূয়তে সচরাঽচরম্।**
**হেতুনাঽনেন কৌন্তেয় জগদ্বিপরিবর্ত্ততে॥ ১০॥**

**অন্বয়ব্যাখ্যা :—** কৌন্তেয়= কুন্তীগী মচা হে অর্জ্জুন। ময়া অধক্ষেণ=ঈশা ইতোমদা ঙানহুনা লৈবা জ্ঞানগী মশক্ ওইবা কৃষ্ণ ঐনা মপু ওইহুনা য়েংহুনা লৈবা মরম্‌দগী, প্রকৃতিঃ—সত্ত্ব, রজঃ, তমঃ গুণ অহুমনা তিনবী মায়াগী মশক্ ওইবী প্রকৃতিনা, সচরাচরং= অচৎ-চত্ত থব্রায়পানবশিংগা লোয়ননা জগৎপূম্বসিবু, সুয়তে= পোক্‌ই, অনেন হেতুনা=মতৌ অসুমনা মপু ওইবা কৃষ্ণ ঐনা মীয়েং তাহুনা লৈবা মরম্‌দগী, জগৎ=তাইবঙ অসি, বিপরিবর্ত্ততে—সৃষ্টিদগী প্রলয় ফাওবদা মখল্ মখা য়ামনা মওঙ ওন্‌থোক্কুনা লৈ ॥ ১০ ॥

**অপূম্ব অর্থ** — কুন্তীগী মচা হে অর্জ্জুন! পূম্নমক্‌পু ঙালহনহুনা থমবা জ্ঞানগী মশক্ ওইবা কৃষ্ণ ঐনা মপু ওইহুনা য়েংহুনা লৈবা মরম্‌দগী গুণ অহুমনা তিনবী মায়াগী মশক্ ওইবী প্রকৃতিনা অচৎ-চত্ত জগৎপূম্বসিবু পোক্‌ই। মতৌ অসুমনা মপু ওইবা কৃষ্ণ ঐনা মীয়েং তাহুনা লৈবা মরম্‌দগী জগৎ অসি মখল্ মখা য়ামনা মওঙ ওন্থোক্কুনা লৈ ॥ ১০ ॥

## অথুপ্পা

মায়া উপাধিনা মরম্ ওইহুনা পরমেশ্বরবু জগৎকী কর্ত্তা—নচিংবনি হায়না মীনা খঙনরবসু অশেংবা মওঙদদি মহাক্ করিমত্ত তৌদে, মহাক্কি মঙালগী মশক্ ওইবা চেতন (জ্ঞান) ওইবা মরম্‌দগী পূম্নমক্‌পু মতম পূম্নমক্ত ঙান্‌থোক্‌হনহুনা সাক্ষী ওইনা য়েংহুনতা লৈবনি। মরম্ অসিনা শ্রুতিনা অসুমনা হায়রি—

"সাক্ষী চেতা কেবলো নিগুর্ণশ্চ" ( শ্বেতঃ উঃ ৬/১১ )—

"পরমাত্মা পূম্নমক্‌পু য়েংজুনতা লৈবা সাক্ষীনি. মহাক্‌ চেতন ওইজুনা পূম্নমক্‌পু মঙাল পীবিবনি, মহাক্‌ মথন্ত ওইবনি, মঙোন্দগী অতোপ্পা অমা লৈতবনি অমস্থুং করিস্থু তৌদনা তুমিননা লৈবনি।" মতৌ অস্থুমনা মহাক্‌ করিস্থু তৌদনা লৈরবস্থু মাগী মথা পোনবী, সত্ত্ব, রজঃ, তমঃ গুণ অস্থুমনা তিনবী মায়াগী মশক্‌ ওইবী প্রকৃতি অসিনা জীবশিংনা অহানবা কল্পদা তৌখিবা কর্ম্মশিং অদুগী মতুং ইননা মখোয়বু মহয়্‌ (ফল) পীগে হায়বগীদমক্‌ জগৎসিগী মওঙ ওইনা মশামক্‌পু ফোংদোক্‌হনবনি অদুগা পবমাত্মাদি মাগী (প্রকৃতিগী) চঙজফম ওইনা মপু ওইজুনা মাবু (প্রকৃতিবু) ঙানথোক্‌হনজুনা লৈবদনি, মহাক্কি করিস্থু তৌদে, পূম্নমক্‌সি প্রকৃতিনা তৌবা ঙাক্তনি। মরম্‌ অসিনা শ্রীমদ্ভাগবত পুরাণদা অস্থুমনা হায়রি—"এষা মায়া ভগবতঃ সর্গস্থিত্যন্ত কারিণী" (ভাঃ ১১/৩/১৬)— "শ্রীভগবান্‌গী মায়াসি তাইবঙ শেম্নবা, লৈনবা অমস্থুং মাংনবা ত্রৌবগী মরম্নি।" অসিগুমবা মায়াসিবু শ্রীভগবান্ন মাগী মথা পোননা থমলগা থবক্‌ তৌহল-লী হায়বসিবুস্থু অস্থুমনা হায়রি— "ঈশ্বরস্য মহামায়া তদাজ্ঞাবশ বর্ত্তিনী" (ত্রিঃ বিঃ উঃ ৪/১)— "ঈশ্বরগী মহামায়া অসি মহাক্কী য়াথং ঙাক্তুনা মথা পোননা লৈবীনি"। মতৌ অস্থুমনা ঈশ্বরগী মথা পোনজুনা লৈবী মহামায়াগী মশক্‌ ওইবী প্রকৃতি মতোমদনা ওস্থোক্‌-ওনশিন নচিংবা তৌজুনা তাইবঙ শেম শাব-নচিংবগী থবক্‌ তৌজুনা লৈবনি, অদুগা শ্রীভগবান্দি মাগী চঙজফম লৈজফম ওইনা লেঙদনা অমস্থুং করিমত্ত তৌদনা লৈবনি। মসিবুস্থু

শ্রীভগবান্ মশামক্ত মনাই ভক্ত উদ্ধবকী মকমদা অস্থমনা হায়রি—

**প্রকৃতির্হ্যস্যোপাদানমাধারঃ পুরুষঃ পরঃ।**
**সতোঽভিব্যঞ্জকঃ কালো ব্রহ্ম তত্ত্রিতয়ং ত্বহম্॥**

(ভাগ ১১/২৪/১৯)

"জগৎ অসিগী শান-নবা মচাক্ প্রকৃতিনি পরমাত্মা মসিগী চঙজ লেজফমনি, অদুগা কালনা মসিবু থবক্ ওইনা ফোংদোক্‌হনবনি। অদুবু হার্যাববা অহুমসিস্ত পরব্রহ্মগী মশক্ ওইবা কৃষ্ণ এমক্লি, ঐগোন্দগী অতোপ্প কনা অমত্ত লৈতে।"

মরম্ অসিনা থৌবী মকক্ত লিল উবগুমনা মথোয় অহুম (প্রকৃতি, জগৎ, কাল) অসি শ্রীভগবান্দ উবনি, অদুগা থৌরী মকক্ লিনগা শমনদনা লৈবগুমনা শ্রীভগবান্ মথোয় অসিদগী শমনবা গৌদনা ঈতোপ তোপ্প লৈবনি॥ ১০॥

অদু ওইরবদি ঈবুঙো নহাক্পু কবি মবম্দগী মীনা উশীং থোওইদবা তৌরিবনো হায়না চিংনরবদা মীওইবগী হকচাং লোঃহুনা লৈবা মরমদগী মীনা কৃষ্ণ এবু অশেংবা শক্তম খঙদহুনা থোওইদবনি হায়না পাউখুম পীবি—

**অবজানন্তি মাং মূঢ়া মানুষীং তনুমাশ্রিতম্।**
**পরং ভাবমজানন্তো মম ভূতমহেশ্বরম্॥ ১১॥**

**অন্বয়ব্যাখ্যা ঃ—** মূঢ়াঃ=বাখল্ লৈতাদবা অপঙবা মীনা, মম=সাক্ষাৎ পরমেশ্বর কৃষ্ণ এগী, পরং ভাবং=খ্বায়দগী অথোইবা তত্ত্ব অহুবু, অজানন্তঃ=খঙদবা মরম্দগী, মানুষীং তনুং=মীওইবগী

হকৃচাংবু, আশ্রিতং= লোঃতুনা লৈবা, মাং ভূত মহেশ্বরং=থরায়-পানবা পূন্নমক্কী খ্বায়দগী অথোইবা মপু কৃষ্ণ এবু, অবজানন্তি = উশীং থোওইদে ॥ ১১ ॥

**অপূন্ন অর্থঃ** — রাখল্ লৈতাদবা অপঙবা মীনা কৃষ্ণ এগী অথ্প্প তত্ত্ব খঙদব মবম্দগী মীওইবগী হকৃচাং লোঃদূনা লৈবা জীব পূন্নমক্কী মপু ওইবা কৃষ্ণ এবু উশীং-থোওইদে ॥ ১১ ॥

**অথ্প্প বা**

মায়ানা মরম্ ওইতুনা শ্রীভগবান্ন মীওইবগী হকৃচাং লোঃবগুম তৌতুনা লৈবসি স্বপ্ন অফবা ভক্ত ওইবা মীশিং বু ঙাকৃপি-শেন বিগে অমসুং ক্কত্তবা মীশিংবু লাকৃশিনগে হায়বগীদমক্তনি। মাগী অশেংবা শক্তমদি মফম অমসুং মতম পূঃমক্ত শীন্থুংনা লৈতুনা থরায় পানবা পূন্নমক্কী থম্মোইদা থৃগ্নুনা লৈবা পরমেশ্বরনি অমসুং মহাক্ খ্বায়দগী অখোইবা তত্ত্বনি। মরম্ অসিনা শ্রুতিনা অস্মুমনা হায়রি -- "সা কাষ্ঠা সা পরাগতিঃ" (কঠঃ উঃ ১/৩১১) - "মহাক্ খ্বায়দগী অরোইবা ঙমৈখেনি অমসুং খ্বায়দগী অথোইবা য়োন-নফম্নি।" অতুবু মাগী মায়ানা শাবা মীওইবগী হকৃচাংগুমবা হকৃ-চাং অতুবু উর-খঙলগা অন্তঃকরণ শেংদবা পাপী ওইবা মীনা কল্লক্তনা য়ামনা উশীং-থোওইদনা তৌই। মসিগী খূদম ওইনা হায়বা তারবদি শিশুপাল, জরাসন্ধ-নচিংবা পূন্নমকৃসি শ্রীভগ-বান্বু য়ামনা উশীং-থোওইদনা তৌবা ঙাক্তনি॥ ১১॥

শ্রীভগবান্বু খঙদবদগী উশীং-থোওইদনা অমসুং থাজদনা লৈবা মীশিং অতুগী মরমৃচং করম তৌই হায়বতু অস্মুমনা তাক্লি—

মোঘাশা মোঘকর্ম্মাণো মোঘজ্ঞানা বিচেতসঃ।
রাক্ষসীমাসুরীং চৈব প্রকৃতিং মোহিনীং শ্রিতাঃ ॥১২॥

**অন্বয়ব্যাখ্যা :** -মোঘাশাঃ—অরেম্ব নীংথুনা লৈবা. মোঘ-কর্ম্মাণঃ=কান্নদবা অরেম্ব থবক্ তৌবা মোঘজ্ঞানাঃ=ফত্তবা অরেম্ব জ্ঞান লৈবা. মরম্ অসিনা-বিচেতসঃ—পুন্নী য়ামনা শেংদবা মীশিংনা. রাক্ষসীং—রাক্ষস (হিংচা-য়াইতমব শিংনা চৎকদবা তমোগুণনা মপুং ওইবা চ=অমসুং আসুরীং—অসুরশিংনা চৎকদবা রজোগুণনা মপুং ওইবা. মরম্ অসিদগী—মোহিনীং=শুমহৎনবগী মশক্ ওইবা. প্রকৃতিং এব—স্বভাব ওইবা লমচৎমক্তবু শ্রিতাঃ=চত্তুনা লৈ ॥১২॥

**অপুন্ন অর্থ :**- অরেম্বা নীংবা, অরেম্ব থবক্ তৌবা, অরেম্ব ফত্তবা জ্ঞান তৌবা অমসুং পুন্নীং শেংদবা মাশিংনা তমোগুণনা মপুং ফারবা অমসুং রজোগুণনসু মপুং ফারবা. মরম্ অসিদগী শুমহৎনবগী মশক্ ওইবা লমচৎমক্তবু হৌনশা ওইনা চত্তুনা লৈ ॥ ১২ ॥

অথুপ্পা রা।

অচৎ চত্ত জগৎপুম্বসিবু শোম্ব শাবিথুনা অমসুং ঙাক্তুনা লৈ-বিবা পবমেশ্বরবু থাজদথুনা উশীং থোওইদনা তৌরগা জগৎপুম্বসি হৌনশা ওইনা প্রকৃতিদগী ওইবকপনি অমসুং পোক্পা মাঙবা নাইবসি মাগী স্বভাবনি, মসিবু শা-নবা অমসুং ঙাক্লব নচিংবা ঈশ্বর অমা লৈ হায়না য়াবসি করিমত্ত কান্নফম লৈতে, অথুগা চেতনগুণ লৈবা হক্চা অসিমক্ত আত্মানি, মসি নত্তবা স্বর্গ, নরক-নচিংবদা চৎকদৌবা অতোপ্প আত্মা লৈতে অসি-নচিংবা খন্দুনা লৈবা মীশিংনা, হৌজিক হৌজিক্কীদা য়েংথুনা য়ামনা চাউরবা

অরেম্বা আশা তৌহ্না লৈ, অহ্গা মহুগীদমক্ অরেম্ব থবক্ তৌ-হ্না পুনশী লেল্লী, মখোয়না শিরবা মতুংগী পরলোক য়েংহ্না করিগুমবা থবক্ অমত্ত তৌদে। মরম্ অসিনা মখোয়না থমলিবা জ্ঞান অহুস্নু অরেম্বদা তাই। মসিদা নত্তনা মখোয় য়ামনা নুংশিহৈতবা ওইনা অতোপ্পশিংবু অৱাবা পীরগা মশাগীদমক্ নুংঙাই-নবা হোংনহ্না সংসারগী ভোগ-বিলাসতা (অকে-অমৌ তৌবদা) লূপ্তুনা লৈ, মখোয়গী মতৌগুমনা অতোপ্পস্নু অৱাবা লৈতনা নুংঙাইনা লৈনীংবা ঙাক্তনি হায়বসিবু মখোয়না কদৌঙৈদস্নু খন্দে। মতৌ অসুমনা মখোয় রাক্ষসকী (য়ামনা নুংশিহৈতবা অমস্নুং থৌ জাল লৈতবা হিংচাবগী) অমস্নুং অস্নুবগী (বিষয়ভোগতা হেননা লূপ্‌শিনহ্না লৈবা নুংশিহৈতবা মীওইশিংগী) লমচৎ চঙ্না লৈরগা মময়্থঙদা নরকতা তাহ্না অৱামক্ত ফংহুনা লৈ। মসিগুমবা মী-শিংনা মশামক্পু হক্চাংদগী অতোপ্প অমনি হায়বসি খঙবা ঙম-দবদগী শিরবা তুংদা করম্ব লোক ফংই হায়বহুবু শ্রুতিনা অসুমনা তাক্লি—

অসূর্যা নাম তে লোকা অন্ধেন তমসাবৃতাঃ।
তাংস্তে প্রেত্যাহভিগচ্ছন্তি যে কে চাত্মহনো জনাঃ॥
(শুক্ল যজুঃ ৪০/৩)

"অসূর্যা হায়না কৌবা অসুরশিংগা মরী লৈনবা অমস্নুং অ-জ্ঞানগী মশক্ ওইবা অমম্বনা মতম পূম্নমক্ত কুপ্পনা লৈবা লোক কয়ামুক লৈ। অসিগুমবা লোকশিং অসিদা কনাস্নু ওইসন্নু মশাগী মশক্ খঙদবদগী মশাবু হাৎপগা চপ মান্ননা লৈবা মীশিংনা শিরবা তুংদা চৎলী।"

কঠোপনিষত্তস্থ যমরাজনা নচিকেতাবু অস্তুমনা হায়—

**ন সাংপরায়ঃ প্রতিভাতি বালং**
**প্রমাদ্যন্তং বিত্তমোহেন মূঢ়ম্।**
**অয়ং লোকো নাস্তি পর ইতি মানী**
**পুনঃ পুনর্বশমাপদ্যতে মে॥**

(কঠঃ ১/২/৬)

"লল-থুম য়ামনা পামত্নুনা মত্নুনা শুমহত্তুনা লৈবা অমস্তুং বিষয় ভোগতা যু ঙাওবগুম পুক্নীং চঙত্নুনা লৈবা অপঙবা মীশিংগী মফমদা পরলোকক্কা মরী লৈনবা আত্মা অসি ফোংদোক্তে। মতৌ অস্তুমনা হে'জিক্ এখোয়না লৈবিবা লোক অসিদনি, পরলোক লৈতে হায়না য়ারিবা মীশিং অত্নু যম এগী ঈফমদা হননা হননা লাকত্নুনা লৈ।" ॥ ১২॥

অফবা মীশিংনা করি তৌত্নুনা লৈবগে হায়বত্নু হৌজিক্ অস্তুমনা তাক্লি—

**মহাত্মনস্তু মাং পার্থ দৈবীং প্রকৃতি মাশ্রিতাঃ।**
**ভজন্ত্যনন্য মনসো জ্ঞাত্বা ভূতাদিমব্যয়ম্॥ ১৩॥**

**অন্বয়ব্যাখ্যা :-** পার্থ=পৃথা (কুন্তী) গী মচা হে অর্জুন। দৈবীং প্রকৃতিং=দেবতাশিংদা হৌনশা ওইনা লৈবা সাত্ত্বিক ওইবা অফবা লম্চৎপু, আশ্রিতাঃ=চত্তুনা লৈবা, মহাত্মনঃ তু=পুকচেল চাউবা অফবা মীশিংনদি, অনন্য মনসঃ=অতোপ্পদা পুক্নীং থমদনা (পুক্নীং অনী লোঙদনা), মাং=সাক্ষাৎ পরমেশ্বর কৃষ্ণ ঐ মক্তবু, ভূতাদিং=অচৎ-চত্ত জগৎপুম্বগী অহানবা মরম্নি, অব্যয়ং=অমাঙ-অতা লৈতবনি, জ্ঞাত্বা=খঙত্নুনা, ভজন্তি=সেবা তৌই॥ ১৩॥

**অপুন্ব অর্থ :–** পৃথাগী মচা হে অর্জ্জুন ! দেবতাশিংদা হৌনশা ওইনা লৈবা অফবা লম্চংপু চত্তুনা লৈবা পূক্চেল চাউবা মীশিংনদি পূক্নীং অনী লোঙদনা কৃষ্ণ এমক্তুবু তাইবঙগী অহানবা মরম্নি, অমাঙ–অতা লৈতবনি খঙতুনা কৃষ্ণ এগী সেবা তৌই ॥ ১৩ ॥

অথ.প্ল ব্বা

হৌঃখিবা মপোক্ কয়ামুক্ত ঈশ্বরগী আবাধনা তৌতুনা লৈরক্পা মবমদগী মপোক্ ও সিদা পূক্নীং শেংনা পোকপা মবম্ন শম দম নচিংবা সাধনশিংবু তৌতুনা লৈবা মীশিং অতুতনা ঈশ্বরব নীংতুনা অমসুং ঈবংঙো মহাকবু জগৎকী শেন্দি-শাবিবা মপুনি মহাক্ নত্তবা অতোপ্প কনামত্ত সংসারসিদা লৈতে মহাপ্রলযগী মতম্দা ঈবুংঙো মঙোন্দ লোইনমক্ তিনখিগদবা ঙাক্তনি। মবম অসিনা মাবু ফংবা ঙমনবা হোৎনবসিদা খ্বাযদগী অথোইবা ঈথৌনি লেপ্তুনা মতম পূন্নমক্ত অকাউ-বা লৈতনা ঈবংঙো মাগী পেন্নবা সেবা তৌতুনা লৈ। মতুদগী পূক্নীং শেংদোক্কুনা মখোয়না ঈবুংঙো মাগী অশেংবা শক্তম অতুবু নীংথিনা খঙবা ঙমঈ। শ্রুতিনসু মসিব অসুমনা তাক্লি—

**জ্ঞান প্রসাদেন বিশুদ্ধসত্ত্বঃ।**
**ততস্তু তং পশ্যতে নিষ্কলং ধ্যায়মানঃ ॥**

(মুঃ উঃ ৩/১/৮)

"পরমাত্মাগী উপাসনা-নচিংবা তৌতুনা লৈবা মরম্দগী পূক্নীং শেংদোকখ্রবা মীনা ধ্যান তৌবগা, মচেৎ মকায় তাক্রবা পরমা-ত্মাগী শক্তম অতুবু শংশঙ না উই।"

মরম্ অসিনা পূকচেল চাউবা মী-দনা ঈবুংঙো মাদবু নীং-জতুনা মাবু ফংবা ঙমঈ হায়বসিবু শ্রীভগবান্ন তাক্লিবনি ॥১৩॥

অসিগুমবা পূকচেল চাউবা মীশিংনা ঈবুংঙো মাবু করম্ তৌনা নীংজহনা সেবা তৌই হায়বসিবু হৌজিক্ শ্রীভগবান্ন অস্নুমনা তাক্লি –

সততং কীর্ত্তয়ন্তো মাং যতন্তশ্চ দৃঢ়ব্রতাঃ।
নমস্যন্তশ্চ মাং ভক্ত্যা নিত্যযুক্তা উপাসতে ॥১৪॥

**অন্বয়ব্যাখ্যা ঃ**—সততং=মতম লৈবা খিবিক্ত নিয়ম কায়দনা, মাং সাক্ষাৎ পরব্রহ্ম কৃষ্ণ এমক্তবু, কীর্ত্তয়ন্তঃ= পূক্চেল চাউবা মীশিং অহুনা শকচ-শোনজহুনা, চ=অদুগা যতন্তঃ=পূজা পাঠ-নচংবা চেক্শিন্না তৌহুনা কৃষ্ণ এমক্তবু নীংনবা হোৎনজহুনা দৃঢ়ব্রতাঃ=ইন্দ্রিয় সংযম, ব্রহ্মচর্য। ঙাক্পা নচিংবা ব্রতশিংবু কায়দনবা কন্না ঙাক্চহুন।, মাং নমস্যন্তঃ=কৃষ্ণ ঐমক্তবু খুরমজহুনা, চ=অমস্তুং, ভক্ত্যা=ভক্তিগা লোয়ননা, নিত্যযুক্তাঃ=মতম পূম্নমক কৃষ্ণ ঐঙোন্দ পূক্নীং থিংজিনহুনা, উপাসতে=উপাসনা তৌই (কৃষ্ণ এগী ঈনাক্ য়ৌনবা হোৎনৈ) ॥ ১৪ ॥

**অপূন্ন অর্থ ঃ** মতম লৈবা খিবিক্ত কৃষ্ণ ঐমক্তবু শকচ-শোনজহুনা অদুগা পূজা পাঠ নচিংবা চেক্শিননা তৌজহুনা ইন্দ্রিয়-শিংবু লাক্শিনবা, ব্রহ্মচর্য্য ঙাক্প-নচিংবা ব্রতশিংবু কন্ন ঙাক্চহুনা অমস্তুং কৃষ্ণ ঐনক্তবু খুরমজহুনা ভক্তিগা লোয়ননা মতম পূম্বদা কৃষ্ণ ঐঙোন্দ পূক্নীং থিংজিনহুনা লৈবা পূক্চেল চাউবা মীশিংনা (কৃষ্ণ ঐবু) উপাসনা তৌহুনা লৈ ॥ ১৪ ॥

**অথুপ্প ব্রা**

উপাসনাগী অর্থ শ্রীভগবান্গী মনাক্ য়ৌনবা মথল্ মথা অয়াম্ব

ভক্তিগী মশক্ ওইবা উপায়শিংবু তৌবনি। মসি মরু ওইনা মানসিক, বাচিক অমসুং কায়িক অহুম থোক্ত খায়রি। মানসিক উপাসনাদি শ্রীভগবান্গী পূক্লীং হুনবগী মশক্ ওইবা নীংথিজবা মূর্ত্তি অতুবু পূক্লী‌ংদা থমতুনা অতোপ্প ৱাখল্ অমত্ত তৌদনা মাবু নীংশিংতুনা লৈবনি। মসি খ্বায়দগী অথোইবা ধ্যানগী মশক্ ওইবা উপায়নি। মরম অসিনা পূক্লীং অনী লোওদনা মসিবু তৌবা ওমনবা মতম চঙনা হোংনগদবনি। অতুগা চীন্না ঈবুংঙো মাগী মিং ময়াম গুণশিং অমসুং মন্ত্রশিংবু তত্তনা শকৃচ শোনজতুনা লৈবসি বাচিক উপাসনানি। লাইশং (মন্দির) দা চংপা, লাই খুরুমবা, দর্শন তৌবা, মন্দির পরিক্রমা তৌবা অসি-নচিংবা পুন্নমক্ অসিদি কায়িক উপাসনাগী মনুং চনবা ওাক্পনি। হক্চাংনা ওমবমখৈ হোংনতুনা ঈবুংঙো মাগী সেবা তৌজবসি কায়িক উপাসনানি। মতৌ অসুমনা হায়রিবা মথল্ অহুমগী উপাসনা অসিবু পূকচেল চাউবা মীশিংনা মতম লৈবা খিবিক্ত শ্রীভগবান্গী মফমদা তৌতুনা লৈ অমসুং মসিনা মরম্ ওইতুনা শ্রীভগবান্গী অশেংবা শক্তম খঙবগী মশক্ ওইবা জ্ঞান ফংতুনা সংসার অসিদগী য়ামনা লায়না অরান্-খুবম ফংতুনা মতম পুন্নমক্ত ঈবুংঙো মঙোন্দ তিনতুনা লৈ। মরম্ অসিনা শৌনক-নচিংবা মহর্ষিশিংগী মফমদা সূতনা অসুমনা হায়রি—

**বাসুদেব ভগবতি ভক্তিযোগঃ প্রযোজিতঃ।**
**জনয়ত্যাশু বৈরাগ্যং জ্ঞানঞ্চ যদহৈতুকম্॥**

(ভাগঃ ১/৩/৭)

"শ্রীভগবান্ বাসুদেবদা তৌরিবা ভক্তিযোগসিনা য়ামনা থুনমক্ সংসারগী মবম্ ওইদবা (মোক্ষগী মরম্ ওইবা) বৈরাগ্য (অপাম-মিহৌ থাদোক্পা) অমসুং জ্ঞানবু পোকহল্লী।"

মবম্ অসিনা মশা মশাগী য়াইক্কবা পামবা মীশিংনা অতনবা অমসুং লায়থোক্পা থাদোক্নুনা ঙমবা মখৈ শ্রীভগবান্গী গুণ-কীর্ত্তন—নচিংবা তৌদুনা লৈগদবনি। মদুতদা মীওইনা পোক্নুনা লৈবা পুনশী অসি মহয় য়ানগনি। অবেন্নদা মতম মাঙহল্লোই-দবনি হায়বসিবু শ্রীভগবান্ বরাহদেবনা ঋভু কৌবা মহর্ষিগী মফমদা অসুমনা তাক্লি—

মচ্চিন্তনং মৎকথন মন্যোন্যং মৎপ্রভাষণম্।
মদেকপরমো ভূত্বা কালং নয় মহামতে॥

(ববাহ উ' ২/৪৬)

"পূক্চেল চাউবা হে ঋভু। ভগবান্ এবু নীংজদুনা, ভগবান্ ঐগী মরমদা হায়দুনা অমসু' অমনা অমগী মফম্দা ভগবান্ ঐ-মক্তগী ৱাবী-ৱাতায় শাদুনা অদুগা ভগবান্ এমক্তবু খ্বায়দগী অথোইবনি হায়বসি পুক্নীংদা লেপ্তুনা মতম লেন্নবা হোৎনৌ" ॥১৪॥

মতৌ অসুমনা উপাসনা তৌবগী অচমবা মওঙ হায়রগা হৌ-জিক্ মদুগী মখল্শিং হায়দুনা মখা তাক্লি—

জ্ঞানযজ্ঞেন চাপ্যন্যে যজন্তো মামুপাসতে।
একত্বেন পৃথক্ত্বেন বহুধা বিশ্বতোমুখম্॥ ১৫ ॥

**অন্বয়ব্যাখ্যা :**— অপি চ=অদুগা মসিদা নত্তনা, অন্যে= অতোপ্পশিংদি, জ্ঞানযজ্ঞেন= পূম্নমক্ অসি বাসুদেবমক্লি হায়বা

অসিগুমবা জ্ঞানগী মশক্ ওইবা যজ্ঞনা, যজন্তঃ—পূজা·নচিংবা তৌ- তুনা, মাং উপাসতে—কৃষ্ণ ঐগী উপাসনা তৌই, মতুদসু কনা অমনা—একত্বেন=ঐ বাসুদেবনি (বাসুদেবোঽহং), ঐ ব্রহ্মনি—(অহং ব্রহ্মাস্মি) অসুমনা অমত্ত ওইবগী ভাবনা তৌতুনা উপাসনা তৌই, অতুগা অতোপ্পা কনাগুম্বনদি—পৃথক্ত্বেন=বাসুদেব অতোপ্পগী মশক্ ওইনা লৈবা মপুনি অতুগা উপাসক মশামক্তি মীনাইনি খন্দুনা উপাসনা তৌই; মতৌ অসুমনা—বহুধা=মখল্ মখা য়ামনা, বিশ্বতোমুখং—পূম্নমক্কী মশক্ মওঙ লৌঃতুনা লৈরিবা কৃষ্ণ ঐগী, উপাসতে=উপাসনা তৌই ॥ ১৫ ॥

**অপূন্ন অর্থ :** অতুগা অতোপ্পশিংদি পূম্নমক্সি "বাসুদেব- মক্কী" অসিগুমবা জ্ঞানগী মশক্ ওইবা যজ্ঞনা পূজা-নচিংবা তৌ- তুনা কৃষ্ণ ঐগী উপাসনা তৌই, মতুদসু কনা অমনা "ঐ বাসু- দেবমক্কী" অসুমনা অমত্ত ওইবগী ভাবনা তৌতুনা উপাসনা তৌই, অতোপ্প কনাগুমব-নদি বাসুদেবনা মপুনি অতুগা মশানা মীনাইনি খন্দুনা অতোপ্প ওইনা উপাসনা তৌই। মতৌ অসুমনা মখল্ মখা য়ামনা পূম্নমক্কী মওঙ লৌঃতুনা লৈরিবা কৃষ্ণ ঐগী উপাসনা তৌই ॥ ১৫ ॥

## অথ,প্প ৱা

শ্রীভগবান্গী উপাসনা তৌতুনা লৈবা ভক্তশিং,য়ামনা মতীক্- চাবা, ময়াম ওইনা মতীক্চাবা অমসুং অতোনবা (খ্বায়দগী হনথবা) খেন্নবদগী অহুম থোক্ত থায়রি। মতুদা লেঙলি পালজিবা পূম্নমক্ অসি ভগবান্ বাসুদেবমক্তি, মঙোন্দগী অতোপ্প পোৎ অমত্ত লৈতে,

উপাসক মশামক্ শ্রীভগবান্ বাসুদেবমক্তি, মঙোন্দগী অতোপ্প নত্তে খঙবা উপাসক খ্বায়দগী হেননা মতীক্ চাবা ভক্তনি। মরম্দি অজ্ঞাননা (খঙদবনা) মরম্ ওইদুনা অন্তকরণ উপাধি লৈবা মরম্-দগী ঈবুংঙো মঙোন্দগী তোপ্প উবগুম তৌবনি, উপাধি লৈতবা অশেংবা মশক্তদি থক্বায়পানবা পূম্নমক্ বাসুদেবমক্তি। মহাকাশ (ভমখৈ লৈতনা পাক চাউবা অতিয়া) অমত্ত ওইরবসু চক্, উয়াল, য়ুম্নচিংবা উপাধিশিংনা মরম্ ওইদুনা মখোয়-মখোয়দা চঙদুনা লৈবা আকাশ পীক্ল অমদি ময়াম ওইনা উবগী মতৌগুমনা অন্তঃ করণ উপাধিশিংনা মরম্ ওইদুনা জীব চৈতন্যশিং অসিসু পীক্ল অমদি ময়াম্ ওইনা উবদনি, অদুগা চক্, উয়াল য়ুম্নচিংবা উপাধিশিং লৈত্রবদি পীক্ল অমদি ময়াম ওইনা উরমবা আকাশ-শিং (অহাঙবশিং) অদু অমত্ত ওইবা মহাকাশ ওইনা লৈ। মতৌ অদুমনা অন্তঃকরণশিং ওইবা উপাধিশিং লৈত্রবদি পীক্ল অমসুং ময়াম ওইনা উরম-খঙলমবা জীব চৈতন্যশিং অদু বাসুদেবগী মশক্ মহান্ চৈতন্যগী মওঙ ওইনা অমত্ত ওইদুনা লৈ। মসিবু শ্রুতি-নসু অস্নমনা হায়রি -

> ন নিজং নিজবদ্ভাত্যন্তঃকরণ বিজৃম্ভনাৎ।
> অন্তঃকরণনাশেন সংবিন্মাত্রস্থিতো হরিঃ॥
>
> (স্কঃ উঃ ২)

"অন্তঃকরণ (মন) শনদোক্না লৈবা মরম্দগী মশাগী মওঙ নঙবা অদুবু মশাগী মওঙগুমনা উদুনা লৈ। অন্তঃকরণ মাঙখ্রবা মতুংদদি মহান্ চৈতন্যগী মশক্ত ওইবা শ্রীহরিগী মশক্ ওইনা লৈ।"

মবম্ অসিনা পূম্নমক্পু অমস্তুং মশামক্পু বাসুদেব ওইনা খঙবা মহাত্মা যামনা তাওঙ্ই হায়বসিবু **"বাসুদেবঃ সর্ব্বমিতি স মহাত্মা সুদুর্লভঃ"** (গীঃ ৭/১৯)—"লেঙলি পাললিবা পূম্নমক্সি বাসুদেব ভগবান্মক্তনি হায়না খঙলবা জ্ঞানী ওইবা মহাত্মাসি য়ামনা তাওঙ্ই।" অস্মুমনা শ্রীভগবান্ মশামক্ত তাকখ্রে। শ্রুতি-নস্ত অস্মুমনা হায়বি **"ব্রহ্মরূপতয়া পশ্যন্ ব্রহ্মৈব ভবতি স্বয়ম্"** (অন্নঃ উঃ ২/১৪) "পূম্নমক্ অসিনু ব্রহ্মগী মশক্ ওইনা যেংবা মী মশামক্স ব্রহ্মমক্ ওই।"

মতৌ অস্মুমনা পূম্নমক্পু ব্রহ্মগী মশক্ ওইনা যেংদুনা অমস্তুং মশামক্পুস্তু ব্রহ্মনি খঙনা উপাসনা তৌবসিবু "জ্ঞানযজ্ঞ" হায়না কৌই। জ্ঞান কবিনো হায়বা অসিবুদি শ্রুতিনা অস্মুমনা তাক্লি **"অভেদদর্শনং জ্ঞানম্"** (স্কঃ উঃ ১১)— "মশামক্পু ব্রহ্মদগী থেন্নবা লৈতনা অমত্ত ওইনা যেংবসি (খঙবসি) জ্ঞাননি।" অসিগুমবা জ্ঞানযজ্ঞগী মতীক্পুস্তু শ্রুতিনা অস্মুমনা হায়রি— **"জ্ঞান-যজ্ঞঃ স বিজ্ঞেয়ঃ সর্ব্বযজ্ঞোত্তমোত্তমঃ"** (শাট্যাঃ উপঃ ১৬) — "যজ্ঞ পূম্নমক্কী মন্থদা খ্বাযদগী থোইদোক্ হেনদোক্ত ফবা যজ্ঞ অদুবু জ্ঞানযজ্ঞনি হায়না খঙগদবনি।"

অদুগা মযায ওইনা মতীক্চাবা অনীগুবা মখল্গী উপাসক-শিংনা মশামক্পু মীনাই ওইনা অমস্তুং নীংলিবা লাইহুবুনা মপু ওইনা খঙ-য়েংদুনা উপাসনা তৌরবস্তু শ্রীভগবান্গী মখল্ মখা য়ামনা (বিশ্বতোমুখ ওইনা) লৈবিবা লাইশিংদা থেম্নমা য়েংদে, পূম্নমক্পু ঈবুংঙো মাগী অতোপ-অতোপ্প মওঙনি খঙদুনা থেন্নবা

থমদনা মখোয়গী পূজা উপাসনা-নচিংববুস্থ তৌই। অস্তুমনা পূজা উপাসনা তৌরিবা উপাসকশিংনা মত্তুগী অমাঙ-অতা লৈতবা অফনা মহয়বুস্থ শোয়দনা ফংই। অমথক্কে লৈবা ঈশ্বরনা মখল্ মখা অয়াম্ব মগুঙদা, লাই ময়াম ওইতুনা লৈ হায়বসিবু বেদ-পুরাণ নচিংবা ধর্ম্মগী লাইরিক্‌শিংদা লাউতুনা মতৌ অস্তুমনা হায়রি— "ইন্দ্রং মিত্রং বরুণমগ্নিমাহুরথোদিব্যঃ স সুপর্ণো গরুত্মান্। একং সদ্বিপ্রা বহুধা বদন্ত্যগ্নিং যমং মাতরিশ্বানমাহুঃ"। (ঋঃ বেঃ ১/১৬৭/৪৬)—"পবমেশ্বরবু ইন্দ্র, মিত্র, বরুণ অসি-নচিং-বনি হায়, য়ামনা মতীক্ লৈবা অমস্তুং পাইবা ঙমবা গরুড়স্থ মহাক্‌মক্লি। মতৌ অস্তুমনা অমত্ত ওইবা পবমাত্মাবু লৌশিংশিংবা ঋষিশিংনা ময়্ যম, মুংশিং অসি-নচিংবনি হায়।" যো বিষ্ণুঃ স শিবো জ্ঞেয়ো যঃ শিবো বিষ্ণুরেব সঃ।" (স্কঃ পুঃ ১/৭/২০)— বিষ্ণু অত্থবু শিবমক্লি খঙগদবনি, অত্থগা শিব অত্থ-বুস্থ বিষ্ণুমক্লি খঙগদবনি।" "হরিঃ সদাশিবো ব্রহ্মা মহেন্দ্রঃ পরমঃ স্বরাট।" (স্কঃ পুঃ ২/৩৫/৩৫)— মতম পূয়নক্ত হরিমক্ শিব, ব্রহ্মা, মহেন্দ্র (ইন্দ্র) অমস্তুং পূয়নক্কী মপু ওইবা ঈশ্বরনি।" "ত্রিধাভিন্নোঽস্ম্যহং ব্রহ্মন্ ব্রহ্মাবিষ্ণুহরাখ্যয়া।" (কূর্ম্মঃ পুঃ ১/১০/৮৭) "কূর্ম্ম ভগবান্ন অস্তুমনা হায় হে ব্রহ্মন্। ব্রহ্মা, বিষ্ণু অমস্তুং হর (শিব) গী মমিং লৌঃতুনা ঐ অহুম থোক্ল থায়দূনা লৈ।" ব্রহ্মা বিষ্ণুঃ শিবশ্চেতি এক এব ত্রিধোচ্যতে।" (ব্রঃ পুঃ ৬০/৭০)—"অমত্ত ওইবা পরমেশ্বরমক্‌পু ব্রহ্মা, বিষ্ণু অমস্তুং শিব কৌতুনা অহুম থোক্ল হায়নৈ।" মতৌ অস্তুমনা লাইশিংগী অথুপ্প

খণ্ডহুনা উপাসকশিংনা মখোয়না নীংনীংবা লাই অমা নীংলবস্থু অতোপ্প লাইশিংবুস্থু মখোয়না নীংলিবা লাই অত্থুমক্তি খন্দুনা নিন্দা-নচিংবা তৌত্রবদি মত্থুদা করম্ব মহয় ফংবগে হায়বত্থু অস্থুমনা তাক্লি—

"হরং হরিং বিধাতারং যঃ পশ্যত্যেকরূপিণম্।
স যাতি পরমানন্দং শাস্ত্রাণামেবং নিশ্চয়ঃ॥

(নাবদ পুঃ ৬/৪৯)

"হর (শিব), হরি অমস্থুং ব্রহ্মাবু মশক্ মওঙ অমত্তুদা য়েং হুনা খেন্নবা লৈতনা উপাসনা তৌবা মীনা মোক্ষগী মশক্ ওইবা থ্বাবদগী অথোইবা মুংঙাইবা ফংই হায়বসি শাস্ত্রশিংগী শোইদনা লেপ্পবা বানি।"

অহুবু অহুমগুবদা লৈবা খ্বায়দগী অতোনবা উপাসকশিংনদি মসিবু খণ্ডবা মরমদগী নত্রগা খণ্ডলবস্থু থাজদবা মরম্দগী মখোয়না নীংলিবা লাই অহুত্তবু অথোইবনি খন্দুনা অতোপ্প লাইশিংগী য়ামনা নিন্দা তৌহুনা লৈ। অসিগুমবা উপাসকশিংগী মরম্দস্থু শাস্ত্রনা অস্থুমনা হায়বি -

অবিদ্যা মোহিতাত্মানঃ পুরুষা ভিন্নদর্শিনঃ।
বদন্তি ভেদং পশ্যন্তি চাবয়োরন্তরং হর॥

(বিষ্ণু পুঃ ৫/৩৩/৪৯)

"বিষ্ণু ভগবান্ন শিবজীগী মফমদা অস্থুমনা হায়— হে হর। অবিদ্যানা (অজ্ঞানগী মশক্ ওইবা খণ্ডবনা) পুরুষীং গুমহত্তুনা লৈবা

মরম্‌দগী খেন্ননা লৈবা মীশিংনা ঐখোয় অনীবু ( বিষ্ণু অমসুং শিববু) তোপ্প তোপ্প হায় অমসুং খেন্ননা য়েংই ॥"

অসিগুমবা উপাসকশিংনা মখোয়না তৌরিবা উপাসনা অতুগী করি মহয় ফংবগে হায়বচু অসুমনা তাক্লি—

যেহ সমানং প্রপশ্যন্তি হরিং বৈ দেবতান্তরম্।
তে যান্তি নরকান্ ঘোরান্ন তাংস্তুগণয়েদ্ধরিঃ॥

(পদ্ম পুঃ ১/৫০/২১)

"শ্রীভগবান্ হরি অমসুং অতোপ্প দেবতাশিংদা (লাইশিংদা) খেন্ননা য়েংবা মীশিং অতু য়ামনা তমথিববা নরকশিংদা চংলী অতুগা শ্রীহরিনা মখোয়তুবু বৈষ্ণবশিংগী মসুংদা মশীং চননা লৌঃদে।"

বৈষ্ণবঃ পুরুষো ভূত্বা শঙ্করং লোকশঙ্করম্।
কর্ম্মভূম্যাং সমাগম্য ন পূজয়তি নারকঃ॥

(ভবিষৎ পুং ৪/১৯/৪৪)

"কর্ম্মভূমি ভাবতবর্ষ অসিদা পোক্লগা বৈষ্ণব ওইবা মী অতুনা থৱায়পানবশিংবু য়াইফবা পীনহৈবা শঙ্করগী পূজা তৌদ্রবদি মহাক্ নরকতা তাগদবা মীনি।"

মরম্ অসিনা লাইশিংগী অশেংবা ফীবম তাক্ত্না শ্রীভগবান্ন দক্ষপ্রজাপতিগী মফমদা অসুমনা হায়—

অহং ব্রহ্মা চ শর্ব্বশ্চ জগতঃ কারণং পরম্।
আত্মেশ্বর উপদ্রষ্টা স্বয়ংদৃগবিশেষণঃ॥

আত্মমায়াং সমাবিশ্য সোঽহং গুণময়ীং দ্বিজ।
সৃজন্ রক্ষন্ হরন্ বিশ্বং দধ্রে সংজ্ঞাং ক্রিয়োচিতাম্॥
তস্মিন্ ব্রহ্মণ্যদ্বিতীয়ে কেবলে পরমাত্মনি।
ব্রহ্মরুদ্রৌ চ ভূতানি ভেদেনাঽজ্ঞোঽনুপশ্যতি॥

(ভাঃ ৪/৭/৫০–৫২)

"ঐ (শ্রী ভগবান্ বিষ্ণু) ব্রহ্মা অমসুং শিব অহুমসি জগৎ তসিগী মকোক্ ওইনা অথোইবা কাবণনি (মবম্নি)। করিমত্ত খেন্নবা লৈতনা পুম্নমক্কী আত্মা, ঈশ্বর, অন্তর্যামী ওইদুনা এ ঈশা ইরোমদা ডানদুনা লৈবিবনি॥ হে দ্বিজ। (হে দক্ষপ্রজাপতি!) সত্ত্ব, রজঃ, তমঃ কৌবা গুণ অহুমগী মশক্ ওইবী অমসুং ভগবান্ ঐগোন্দ চংজদুনা লৈবী মাযাগী মাতণ্ডদগী ঐনা তাইবও (জগৎ) অসিবু শেমদুনা ডাক্নুনা অমসুং মাঙহন্দুনা লৈবা মবমদগী থোক্লিবা থবক্শিংদুগী মতু ইননা মতীক্ চাবা মীশিংবুসু লৌদুনা লৈবিবনি হায়বদি জগৎ শেম্বা মতমদা ব্রহ্মা, ডাকপা মতমদা বিষ্ণু অমসুং মাঙহনবা মতমদা হর হায়না কৌদুনা লৈবিবনি॥ অদুবু জ্ঞান লৈতবা মীনা স্বপ্ন অমত্ত ওইবা অমসুং অনীগুবা লৈতবা পরমাত্মা ব্রহ্ম অদুদা ব্রহ্মা রুদ্র (শিব) অমসুং অচৎ-চত্ত থব্রায় পানবা পুম্নমক্পু তামনা অমদগী খেন্ননা যেংই। অশেংবমক্তি ব্রহ্মদগী অতোপ্প অমা লৈতে, স্বপ্ন মায়ানা মরম্ ওইদুনা ময়াম ওইনা উবডনি)।"

জীবন অসিদা শ্রীমদ্ভাগবত-নচিংবা লাইরিক্শিং অসিবু মকোক্ ওইবা প্রমাণগী মশক্ ওইনা য়ারগা মায়াবাদ অমসুং অদ্বৈতবাদগী

নিন্দা তৌহুনা লৈবা মীশিংগী মরম্দা করি অমুক্ হায়গনি, বুদ্ধি (রাখল্) লয়্ তানা খন্দুনা য়েংবা মীশিংদনা মসিবু খণ্ডবা ঙমগনি ॥১৬॥

মখল্ মখা অয়াম্ব মওঙ লোঃতুনা তৌরিবা উপাসনা পুম্নমক্ শ্রীভগবান্‌গী ঙাক্তনি তাকে হায়বগীদমক্ উরি-খঙলিবা অমম্তং তৌরিবা পুম্নমক্সি শ্রীভগবান্ মশামক্তি হায়বসিবু শ্লোক মরিনা অম্যুমনা মথং মথং তাক্লি—

**অহং ক্রতুরহং যজ্ঞঃ স্বধাহমহমৌষধম্ ।**
**মন্ত্রোঽহমহমেবাজ্যমহমগ্নিরহং হুতম্ ॥ ১৬ ॥**

**অন্বয়ব্যাখ্যা** :—অহং ক্রতুঃ=কৃষ্ণ ঐসে বেদনা তৌ হায়না তাক্পা অগ্নিষ্টোম—নচিংবা কর্ম্ম পুম্নমক্তি, অহং যজ্ঞঃ—স্মৃতি শাস্ত্রনা তাক্পা বৈশ্বদেব—নচিংবা মহাযজ্ঞ মঙাম্ব কৃষ্ণ ঐনি, স্বধা অহং= পিতরশিংগীদমক্ (শিগ্রবা ঈপা-ঈপু, ঈচীন-ঈনাউ-নচিংবা পুম্নমক্কী-দমক্) স্বধা হায়তুনা পীরিবা পিণ্ড-নচিংবা চিঙাক্ অতুম্ব কৃষ্ণ ঐনি, অহং ঔষধং= মীওইব-নচিংবা থরায়পানবশিংনা চারিবা চীঙাক্ অতুম্ব কৃষ্ণ ঐনি (নত্রগা লায়না কোক্লবা চারিবা হীদাক্ অতুম্ব কৃষ্ণ ঐনি), মন্ত্রঃ অহং দেবতাশিংগীদমক্ হোম তৌবা মতমদা শোল লিবা বেদমন্ত্রশং অতুম্ব কৃষ্ণ ঐনি, অহং এব আজ্যং=হোম তৌনবা (ময়দা কৎনবা) ঘী নচিংবা পোং পুম্নমক্ অতুম্ব কৃষ্ণ ঐমক্তি, অহং অগ্নিঃ=হোম পীনবা কৎনবা) আহ্বনীয় কৌবা ময় অতুম্ব কৃষ্ণ ঐনি, অহং হুতম্=অতুগা হোম পীবগী মশক্ ওইবা থবক্ অতুম্ব কৃষ্ণ ঐনি ॥ ১৬ ॥

**অপূম্ব অর্থঃ -** বেদগী অগ্নিষ্টোম-নচিংবা কর্ম্মশিং অহ্ কৃষ্ণ ঐনি, স্মৃতি শাস্ত্রগী বৈশ্বদেব-নচিংবা মহাযজ্ঞ মতাস্মু কৃষ্ণ ঐনি. পিতরশিংগীদমক্ স্বধা হায়তুনা পীরিবা পোৎ পুম্নমক্ অতুস্মু কৃষ্ণ ঐনি, থরায়পানবা পুম্নমক চারিবা চীঙাক্ অতুস্মু কৃষ্ণ ঐনি, দেবতাশিংগীদমক্ হোম তৌবা মতমদা শোললিবা মন্ত্রশিং অতুস্মু কৃষ্ণ ঐনি, হোম তৌনবা ঘী নচিংবা পোৎশিংতুস্মু কৃষ্ণ ঐনি, হোম পীনবা আহবনীয় কৌবা ময় অতুস্মু কৃষ্ণ ঐনি অতুগা হোম পীবগী মশক্ ওইবা থবক্ অতুস্মু কৃষ্ণ ঐনি।

পিতাঽহমস্য জগতো মাতা ধাতা পিতামহঃ।
বেদ্যং পবিত্রমোঙ্কার ঋক্‌সাম যজুরেব চ ॥ ১৭ ॥

**অন্বয়ব্যাখ্যা :—** অস্য জগতঃ—জগৎ অসিদা লৈবা থরায় পানবশিংগী, অহং—কৃষ্ণ ঐ, পিতা—পোক্‌পিবা মপানী, মাতা =অপোক্‌পী মমানী, ধাতা—কর্ম্মগী মহয় পীতুনা য়োক্‌পি-থাক্‌-পিবা মপুনি পিতামহঃ=মপা ওইবদা নত্তনা মপাগী মপা (মপু-বোক্) স্মুনি, বেদ্যং—খঙগদবা পবব্রহ্মতুস্মু কৃষ্ণ ঐমক্লি. পবিত্রং= থম্মোইবু শেংহনবা ভমবা গঙ্গা গায়ত্রী-নচিংবতুস্মু ঐমক্লি ওঁকারঃ— পরমাত্মাবু ফংনবা উপায়গী মশক্ ওইবা ওঁকারস্মু ঐমক্লি, ঋক্— শৈরেং ওইনা ইবা ঋগবেদস্মু ঐমক্লি সাম=ঈশৈ ওইনা শকপা য়ানা ইবা শৈরেংগী মওঙ সামবেদস্মু ঐমক্লি, যজুঃ এব—ময়েক মশীং কক্তনা পরেং ওইনা ইবা যজুর্ব্বেদস্মু কৃষ্ণ ঐ মক্লি, চ= অতুগা অথর্ব্ব বেদস্মু কৃষ্ণ ঐমক্লি ॥ ১৭ ॥

**অপূন্ব অর্থ :** জগৎ অসিদা লৈরিবা থবায়পানবশিংগী. কৃষ্ণ ঐসে মপানি, মমানি য়োক্পি-থাক্পিবা মপুনি, মপাগীসু মপানি (মপুবোক্নি), খঙগদবা ওইবা পরব্রহ্মসু কৃষ্ণ ঐমক্নি, থম্মোইবু শেংহনবা ওমবা গঙ্গা-নচিংবসু ঐনি, ওঁকারসু ঐমক্নি অহুগা ঋগ্-বেদ, সামবেদ, যজুর্ব্বেদ অমসুং অথর্ব্ব বেদসু ঐমক্নি ॥ ১৭ ॥

গতির্ভর্ত্তা প্রভুঃ সাক্ষী নিবাস শরণং সুহৃৎ।
প্রভবঃ প্রলয়ঃ স্থানং নিধানং বীজমব্যয়ম্ ॥ ১৮ ॥

**অন্বয়ব্যাখ্যা :**— গতিঃ=ফংগদবা কর্ম্মগী মহয়সু কৃষ্ণ ঐমক্নি, ভর্ত্তা=মুংঙাইবা পীনহৈবসু ঐনি, প্রভুঃ=খ্বায়গী মপুসু ঐনি, সাক্ষী=থবায়পানবা পূন্নমক্কী অফ-ফত্ত য়েংবিবসু ঐনি নিবাসঃ= থবায়পানবশিংগী অৱা-মুংঙাই মহয়্ চা-নবা লৈফমসু ঐনি, শরণং =অৱাবা কোক্নবা চঙজফমসু ঐনি, সুহৃৎ=অপাম মিহৌঃ লৈতনা তেঙবাংবীবা মরূপসু ঐনি, প্রভবঃ=জগৎ অসিগী থোরকফম ওইবা মফমসু ঐনি, প্রলয়ঃ=হনজিন-নফম ওইবা মফমসু ঐনি, স্থানং= ভূংনফম ওইবা মফমসু ঐনি, নিধানং=কর্ম্মগী মহয়্ খোমজিন্নুনা থমনবা মফমসু ঐনি, অব্যয়ং=অহুগা অম্নাঙ-অতা লৈতবা, বীজং= জগৎ (তাইবঙ) অসিবু পোক্নবা মরূসু কৃষ্ণ ঐমক্নি ॥ ১৮ ॥

**অপূন্ন অর্থঃ** ফংগদবা কর্ম্মগী মহয়সু ঐনি, মুংঙাইবা পীনহৈবসু ঐনি, পূন্নমক্কী মপুসু ঐনি, পূন্নমক্কী অফ ফত্ত য়েংশিনবীবসু ঐনি, অৱা-মুংঙাই মহয়্ চানবা লৈফমসু ঐনি, পোত্থানবা মফমসু ঐনি, অপাম-মিহৌ লৈতনা তেঙবাংবীবা মরূপসু ঐনি, জগৎসিগী থোরকফম অমসুং হনজিন-নফম ওইবা মফমসু

ঐনি, তুংনফমস্থ ঐনি, কর্ম্মগী মহয়্ খোমজিনহুনা থমনবা মফমস্থ ঐনি অহুগা জগৎসিবু পোক্লবা অমাঙ-অতা লৈতবা মক্লস্থ কৃষ্ণ ঐমক্লি ॥১৮॥

**তপাম্যহমহং বর্ষং নিগৃহ্লাম্যুৎসৃজামি চ।**

**অমৃতং চৈব মৃত্যুশ্চ সদসচ্চাহমৰ্জ্জুন ॥ ১৯॥**

**অন্বয়ব্যাখ্যা :** - অর্জ্জুন=হে অর্জ্জুন! অহং=কৃষ্ণ ঐনা, তপামি=নুমিৎকী মশক্ ওইহুনা জগৎসিবু ময়শা পী, অহং – ঐনা, বর্ষং=নোং তাহন-নবগীদমক্ ঈশিং, নিগৃহ্লামি= পৃথিবীদগী মথক্ত চিংখৎলী, চ=অহুগা উৎসৃজামি – নোংজুথা লাক-লবদা চিংখত্তুনা থমখিবা ঈশিংহুবু নোং ওইনা চুহললী, চ=অমস্থং, অমৃতং এব= দেবতাশিংগীদমক্ ঐমক্ অমৃত ওই, চ=অহুগা মৃত্যুঃ=পোক্পা নাইবা জীবশিংগীদমক্ ঐনা মৃত্যু কৌবা অশিবগী লাই ওই, সৎ= উরি-খণ্ডলিবা পোৎ পুন্নমক্সিস্থ ঐমক্লি, অসৎ= মতৌ অহুমনা উদ-খণ্ডদবা পোৎ পুন্নমক্স্থ কৃষ্ণ ঐমক্লি। ১৯ ॥

**অপূম্ব অর্থ :** হে অর্জ্জুন। ঐনা নুমিৎকী মশক্ ওইহুনা জগৎসিবু ময়শা পী, নোং তাহন-নবগীদমক্ মথক লোমৃদা ঈশিং চিংখৎলী অহুগা নোংজুথাদা নোং ওইনা চুহললী, দেবতাশিংগী-দমক্ ঐমক্ল অমৃত ওই অহুগা পোক্পা নাইবা জীবশিংগীদি অশি-বগী লাই মৃত্যু ওই, উরি-খণ্ডলিবা পোৎ পুন্নমক্সিস্থ ঐমক্লি, মতৌ অহুমনা উদ-খণ্ডদবা পোৎ পুন্নমক্স্থ কৃষ্ণ ঐমক্লি ॥ ১৯ ॥

## অথুপ্প ৱা

মথক্কী শ্লোক মরি অসিদা শ্রীভগবান্ মশামক্ল তাইবঙপুম্ব-সিবু মশামক্লি, ঈবুংঙো মঙোন্দগী অতোপ্প পোৎ অমত্ত লৈজে

হায়না তশেং তশেংনা তাক্লি। মসি শ্রীভগবান্গী বিরাট্ ওইবা অশেংবা মওঙনি। মরম্ অসিনা লেঙলি-পাললিবা পূম্নমক্ অসি শ্রীভগবান্গী মশক্নমক্লি লেপ্লুনা ঈবুংঙো মাগী উপাসনা তৌগদবনি। তাইবংসিগী অশেংবা মওঙ করিনো হায়বসিগী মরম্দা বিচার তৌদুনা য়েংলবস্থ শ্রীভগবান্ নত্তনা অতোপ্প পোং অমত্ত লৈজে হায়বসি খঙবা ঙমগনি। মরম্ অসিদগী উপনিষৎশিংনা অস্মুমনা হায়রি— "সর্ব্বং খল্বিদং ব্রহ্ম" (ছাঃ উঃ ৩/৪/১)—"উরিবা জগৎ পুম্বসি ব্রহ্মনক্লি।" "আত্মৈবেদং সর্ব্বম্" (ছাঃ উঃ ৭/২৫/২)— "উরি-খঙলিবা পূম্নমক্সি আত্মামক্লি" "ব্রহ্মৈবেদং সর্ব্বম্" ( নৃঃ উঃ ৭) "পূম্নমকসি ব্রহ্মমক্লি।" "ইদং সর্ব্বং যদয়মাত্মা" (বৃঃ উঃ ২/৪/৬) — "পূম্নমকসি আত্মা অসিনি।" মতৌ অস্মুমনা তাক্লিবা মন্ত্রশিং অসিদা ব্রহ্ম অমস্মুং জীবাত্মা অনীবু অমত্তনি লৌঃত্নুনা পূম্নমকসিবু ব্রহ্মগী মশক্ ওইবা আত্মাসিনি হায়রি। মতৌ অস্মুমনা হায়বিবা আত্মাসিমক্ পবব্রহ্মগী মশক্ ওইবা শ্রীকৃষ্ণমক্লি, মঙোন্দগী অতোপ্প নত্তে হায়বসি লেপ্প ঙমঙ্গ। মরম্ অসিনা ঈবুংঙো মহাকৃপু আত্মাসিমক্লি হায়না খঙগদবনি। মসিবু ১৭ শুবা শ্লোকতা "বেত্তং" হায়সিনা ব্রহ্মদগী খেন্নদনা খঙগদবা আত্মাসি শ্রীকৃষ্ণ মশামক্লি হায়না তাক্লি। মরমদি ঈবুংঙো মাবু আত্মাসিনি খংলবতদা সংসারগী অরা-অনা পূম্নমক্সিবু থাদোক্লুনা লেঙদনা লৈবা অরান্ খুবম ফংগদবনি। মরম্ অসিনা উপনিষৎনা হায়রি— "তমেবৈকং জানথ আত্মানমন্যা বাচো বিমুঞ্চথাঽমৃতস্যৈব সেতুঃ" ( মুঃ উঃ ২/২/৫)— "আত্মা অমু

অমত্তবু খণ্ডনবা তৌ, অতোপ্প ব্রা পূন্নমক্ থাদোকউ, আত্মাবু খণ্ড-বসি মোক্ষগী মশক্ ওইবা অমৃত ফংনবা খোংনি।" মতৌ অসুমনা আত্মাবু খণ্ডলবদি, খণ্ডফম থোকপা অতোপ্প পোৎ অমত্ত লৈ-হৌদে হায়বসিবুসু অসুমনা তাক্লি— **"আত্মনি খল্বরে দৃষ্টে শ্রুতে মতে বিজ্ঞাত ইদং সর্ব্বং বিদিতং ভবতি"** (বৃঃ উঃ ৪/৫/৬)—"আত্মাবু নীংথিনা উরবদা, তারবদা, খল্লবদা অমস্তং খণ্ড-লবদা লেঙলি-পাললিবা তাইবঙসিব্ খণ্ডই।" মরম্ অসিনা আত্মা-সিমক্ ওইবা সাক্ষাৎ পরমেশ্বর ভগবান্ কৃষ্ণসি বেত্ত হায়বদি খণ্ডগদবা ওইবনি। মতৌ অসুমনা ঈবুংঙো মাবু খণ্ডনবা উপাযগী মশক্ ওইবা ওঁকারসিসু মহাক্লি। ওঁকারগী মতেংদগী পরব্রহ্মগী মশক্ ওইবা ঈবুংঙো মাবু ফংই হায়বসিবুসু শ্রুতিনা অসুমনা তাক্লি— **"ওমিত্যেবং ধ্যায়থ আত্মানং স্বস্তি বঃ পারায় তমসঃ পরস্তাৎ"** (মুঃ উঃ ২/২/৬) "ওঁকারগী মতেঙ লৌঃতুনা আত্মাগী ধ্যান তৌ, অজ্ঞানগী মশক্ ওইবা অমস্ব লৈতবা অমস্তং মশামক্ ঙানথোক্তুনা লৈবা পরব্রহ্মমক্ ওইবা আত্মাবু খণ্ডনবা হোৎনবদা নখোযগীদমক্ ওঁকার অসি য়ৈথায়-থিনগাইবা লৈতনা মতেং ওইসনু।" মরম্ অসিনা শ্লোক্ মরি অসিদা শ্রীভগবাননা মাগী অশেংবা মওঙ তাক্তুনা মাবুদা ফংনবা অমস্তং খণ্ডনবা হোৎ-নৌ হায়বনি। শ্রীভগবান্দগী অতোপ্প অমত্ত লৈতে হায়বসিবু শ্রুতিদসু বিষ্ণুনা ব্রহ্মাগী মফমদা অসুমনা হায়রি—**"মৎস্বরূপ-মেব সর্ব্বং মদ্ব্যতিরিক্তমনুমাত্রং ন বিদ্যতে"** (ত্রিঃ উঃ

৮/১)—লেঙলি-পাললিবা পূম্নমক্সি বিষ্ণু ঐগী ঈশকমক্তি, ঐঙোন্দগী অতোপ্প অমা খজিক্কং ফাওবা লৈতে" ॥ ১৬-১৯ ॥

মতৌ অসুমনা শ্রীভগবান্বু ফংনবগীদমক্ অপাম্‌-মিহোৎ থা-দোক্তুনা শ্রীভগবান্গী পেন্ন নবা উপাসনা তৌরিবা মীশিংগী মরম্দা হায়রগা হৌজিক্ শ্লোক অনীনা কর্ম্মগী অমসুং উপাসনাগী মহৈ পামত্নুনা লৈরিবা মীশিংগী মরম্দা অসুমনা হায়রি—

ত্রৈবিদ্যা মাং সোমপাঃ পূতপাপা।
যজ্ঞৈরিষ্ট্বা স্বর্গতিং প্রার্থয়ন্তে।
তে পুণ্যমাসাদ্য সুরেন্দ্রলোক
মশ্নন্তি দিব্যান্ দিবি দেবভোগান্॥ ২০ ॥

অন্বয়ব্যাখ্যা :— ত্রৈবিদ্যাঃ—ঋক্, যজুঃ অমসুং সামবেদ অহুম অসিবু তমত্নুনা যজ্ঞ তৌবা নীংথিনা খঙলবা মীশিংনা, যজ্ঞৈঃ—অগ্নিষ্টোম—নচিংবা যজ্ঞ কয়ামুক্, মাং=ইন্দ্র, বসু, রুদ্র-নচিংবগী মওঙ লৌঃদুনা লৈরিবা কৃষ্ণ ঐগী, ইষ্ট্বা=মথল্ মথা য়ামনা পূজা তৌরগা, সোমপাঃ=যজ্ঞশিং অত্নুদগী লেম্‌হৌবা সম-রসবু থক্তুনা, পূতপাপাঃ=স্বর্গ ফংবদা থিংত্নুনা লৈরমবা পাপ পূম্ন-মক্ কোক্‌খিবা ওইত্নুনা, স্বর্গতিং=স্বর্গ চংননবা, প্রার্থয়ন্তে=প্রার্থনা তৌই, তে=অসিগুমবা মখোয়ত্নুনা, পুণ্যং=পুণ্যগী মশক্ ওইবা, সুরেন্দ্রলোকং=ইন্দ্রনা লৈবা লোক্ (মফম) অদুবু, আসাদ্য=ফংলগা, দিবি—স্বর্গ অদুদা, দিব্যান্—অমকপা লৈত্রবা, দেব-ভোগান্=দেবতাগী ভোগশিং, অশ্নন্তি—চাদুনা লৈ ॥ ২০ ॥

**অপূর্ব অর্থ :–** ঋক্-নচিংবা বেদ অহুমবু তমহুনা যজ্ঞ তৌবা নীংথিনা খঙলবা মীশিংনা যজ্ঞ কয়ামুক্ল, ইন্দ্র-নচিংবগী মওঙ ওইনা লৈরিবা কৃষ্ণ ঐগী পূজা তৌবগা মহুদগী লেম্‌হৌবা সোম-রসপু থক্লগা পাপ পুম্নমক্ কোক্‌খিবা ওইহুনা স্বর্গ ফংনবা প্রার্থ-না তৌই। অসিগুমবা মথোয় অহুনা পুণ্যগী মশক্ ওইবা ইন্দ্র-লোক ফংলগা স্বর্গ অহুদা অমক্‌পা লৈত্রবা দেবতাশিংগী ভোগ-শিংবু চাদুনা লৈ॥ ২০ ॥

**তে তং ভুক্ত্বা স্বর্গলোকং বিশালং**
**ক্ষীণে পুণ্যে মর্ত্ত্যলোকং বিশন্তি।**
**এবং ত্রয়ীধর্ম্মমনুপ্রপন্না**
**গতাগতং কামকামা লভন্তে॥ ২১ ॥**

**অন্বয়ব্যাখ্যা :–** তে=মতৌ অসুমনা স্বর্গগী ভোগ পামবা মথোয়শিং অহুনা, বিশালং=য়ামনা পাক-চাউরবা, তং স্বর্গলো-কং=স্বর্গলোককী ভোগশিংহুবু, ভুক্ত্বা=চারগা, ক্ষীণে পুণ্যে= ভোগশিংহুবু পীন-নবা পুণ্য মাঙখ্রবদা (লোইখ্রবদা), মর্ত্ত্যলোকং= পোক্‌পা-শিবা নাইবা পৃথিবী লোকসিদা, বিশন্তি=অমুক্ হুননা লাকই, এবং=মতৌ অসুমনা, ত্রয়ীধর্ম্ম=বেদ অহুমনা তাক্‌পা যজ্ঞ-নচিংবা তৌবগী মশক্ ওইবা ধর্ম্মবু, অনুপ্রপন্নাঃ=অমুক্ হুননা ফংলবা, কামকামাঃ=স্বর্গ-নচিংবা বিষয়ভোগশিংবু পামলবা মী-শিংহুনা, গতাগতং=চংথোক-চংশিন্ (হংগৎ হুনদা চংপা) তৌবগী মশক্ ওইবা পোক্ল-শিরা তৌবসিবু, লভন্তে=ফংহুনা লৈ॥ ২১॥

**অপূম্ব অর্থ:** মতৌ অম্লমনা স্বর্গগী ভোগ পামবা মথোয়শিং অত্থনা পাক-চাউববা স্বর্গগী ভোগশিংহুবু চারগা মত্থ ফং-নবা পুণ্য মাঙখ্রবদা (লোইখ্রবদা) পোক্‌পা শিবা নাইবা পৃথিবীলোক অসিদা অমুক হননা লাকই। মতুদগী বেদ অহুমনা তাক্‌পা ধর্ম্মবু অমুক্ হননা ফংলবা ঙমস্নং বিষয় ভোগপু পামলবা মীশিংহুনা হঙ্গৎ-হন্দা চৎপগী মশক্ ওইবা অপোক-অশিতৌববু ফংই॥ ২১॥

## অথ্‌প্প ৱা।

মহয় পামহুনা যজ্ঞ তৌবশিংনা সাক্ষাৎ পরমেশ্বর ওইবা ভগবান্ কৃষ্ণগী মশক্‌পু খঙদে। মথোয়না যজ্ঞশিং তৌহুনা পূজা তৌবিবহুদি ইন্দ্র, বসু রুদ্র-নচিংবা অতোপ-অতোপ্প দেবতা-শিংগীদমক্তনি। মরমদি বেদদা পরমেশ্বর ওইবা ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণগী মরমদা কবিমত্ত হায়দে, ইন্দ্র-নচিংবা দেবতাশিংবু লৌঃদূনা হায়বা মন্ত্র ঙাক্তনি। অতুবু শ্রীভগবানন মফম অসিদা "মাং যজ্ঞৈবিষ্ট্বা"—"যজ্ঞশিংনা কৃষ্ণ ঐগী পূজা তে ই" হাযবগী মরমদি অসিনি—অশেংবমক্তি শ্রীভগবান্ নত্তনা অতোপ্প দেবতা-নচিংবা পোং অমত্ত লৈতে, ইন্দ্র-নচিংবা দেবতা পূম্নমক্‌সি ঈবুংঙো মাগী অতোপ্ অতোপ্প মওঙ মশক্ ঙাক্তনি। অহুমনদি ওইরবদা মহয পামহুনা যজ্ঞ তৌবা মীশিংনা মতুবু কবিমত্ত খঙদে। শ্রীভগবানদি মফম অসিদা অশেংবা (অচুমবা) ৱা লৌঃদূনা হায়বনি। শ্রীমদ্ভাগবত পুরাণদদি অম্লমনা হাযরি— **"ইষ্ট্বেহ দেবতা যজ্ঞৈঃ স্বর্লোকং যাতি যাজ্ঞিকঃ।"** (ভা: ১১/১০/২৩) — "পৃথিবী

অসিদা যজ্ঞশিং তৌদুনা দেবতাশিংগী পূজা তৌরগা, পূজা তৌবা মীনা স্বর্গলোকতা চৎলী।"

অদুগা মখোয়না স্বর্গগী ভোগ চাবা লোইরবা মতুংদা অমুক্ হললকই হায়বসিবু শ্রুতিনস্থু অস্তুমনা হায়রি — "নাকস্য পৃষ্ঠে তে সুকৃতেঽনুভূত্বেমং লোকং হীনতরং বা বিশন্তি।" (মুং উ. ১/২/১০) — "মহয়্ পামদুনা কর্ম্ম তৌবা মীশিং অদুনা স্বর্গগী মথক্ত মখোয়না তৌবা পুণ্যগী মহয়্ চাবা লোইরগা অমুক্ হননা মীওইবগী হকচাং নত্রগা মসিদগী হেননা তোনবা হকচাং ফংই" ॥ ২০-২১ ॥

মতৌ অস্তুমনা শ্লোক অনীনা অজ্ঞানী ওইদুনা কর্ম্মগী মহয়্ পামবা মীশিংনা হংগং-হনদা চৎপগী মশক্ ওইবা পোক্পা শিবা অনীসিবু ফংই হায়বগা হৌজিক্ জ্ঞানী ওইদুনা ঈবুংঙো মাবু তত্তনা নীংদুনা লৈবা মীশিংগী মরমদা অস্তুমনা হায়রি —

অনন্যাশ্চিন্তয়ন্তো মাং যে জনা পর্য্যুপাসতে।
তেষাং নিত্যাভিযুক্তানাং যোগক্ষেমং বহাম্যহম্ ॥২২॥

**অন্বয়ব্যাখ্যা :—** অনন্যাঃ— পরমেশ্বর শ্রীকৃষ্ণ ঈবুংঙো মঙোন্দগী অতোপ্প অমা লৈতে হায়বসিবু নীংথিনা খঙলবা, যে জনাঃ—জ্ঞানী ওইবা মীশিং অদুনা মাং—মখোয়গী আত্মা ওইদুনা লৈরিবা কৃষ্ণ এবু চিন্তয়ন্তঃ—পুক্নিংদা নীংদুনা, পর্য্যুপাসতে= নীংথিনা উপাসনা তৌদুনা লৈ। নিত্যাভিযুক্তানাং—মতৌ অস্তুমনা মতম পুম্নমক্ত তত্তনা পুক্নীং থিংজিনদুনা লৈরিবা, তেষাং—জ্ঞানী

ভক্ত ওইবা মখোয়শিং অতুগী, যোগক্ষেমং—পুনশী লেৱবগীদমক্ ফংদ্রিবা পোৎপু ফংহনবা অতুগা ফংলবা পোৎপু ঙাক্পা অনী-সিবু, অহং বহামি=কৃষ্ণ এনা পুত্নুা (তৌত্নুা) লৈ ॥ ২২ ॥

**অপুম্ব অর্থঃ** - পরমেশ্বর শ্রীকৃষ্ণদগী অতোপ্প অমা লৈতে হায়বসিবু নীংথিনা খঙলবা জ্ঞানী ওইবা মীশিং অতনা মখোয়গী আত্মা ওইনা লৈবা কৃষ্ণ ঐমক্তবু মপূক্নীংদা কাউদনা (নীংত্নুা) উপাসনা তৌত্নুা লৈ। মতৌ অসুমনা মতম পুম্নমক্ত ভক্তনা কৃষ্ণ এঙোন্দ পুক্নীং থিংজিনদনা থমলিবা মখোয়শিং অতুগীদমক্ ফং-দ্রিবা পোৎ ফংহনবা অমসুং ফংলবা পোৎপু ঙাক্পা, (থবক্) অনীসিবু কৃষ্ণ এনা তৌত্নুা লৈ ॥ ২২ ॥

## অথ প্প ৱা

জ্ঞানীশিংনা য়েংউ য়েংউবা মফমদা সাক্ষাৎ পরব্রহ্মগী মশক্ ওইবা শ্রীকৃষ্ণদবু উই মঙোন্দগী অতোপ্প পোৎ অমত্তবু উদে, অতুগা উরিবা সংসারসিবু মঙগী মতৌগুমনা উবনি, অশেংবদদি মিথ্যানি হায়না খঙই। মরম্ অসিনা শ্রীভগবান্ন উদ্ধবকী মফমদা অসুমনা হায়রি—

সুপ্তস্য বিষয়ালোকো ধ্যায়তো বা মনোরথঃ।
নানাত্মকত্বাদ্বিফলস্তথা ভেদাত্মধীগু´ণৈঃ ॥

"তুমদুনা লৈবা মীগী মঙ্দা উবা পোৎ মক্সা বিষয়শিংবু ধ্যান তৌত্নুা লৈবা মীগী মনোরথ (মনদা লৈবা পোৎ) ময়াম ওইবদগী হায়বদি অমত্ত ওইবা পোৎ মত্তবা মৱাম্না অৱেম্বদা তাত্নুা মিথ্যা ওইবগী মতৌগুমনা সত্ত্ব, রজঃ অমসুং তমঃ গুণ

অহুমসিনা ওইবা আত্মাগী খেন্নবা বুদ্ধিশিংসু মিথ্যানি। (অশেং-বমক্তি আত্মা অমত্তনি)।"

অসুমনা হায়বিবা আত্মাসি সাক্ষাৎ পরব্রহ্মগী মশক্ ওইবা শ্রীকৃষ্ণমক্নি। মতৌ অসুমনা শ্রীকৃষ্ণবু মশামক্কী আত্মানি খঙ-লিবা মী জ্ঞানীনি। জ্ঞানীসিগী মরম্দা ভগবান্না মথক্তা অসুমনা হায়খ্রে "প্রিয়ো হি জ্ঞানিনোঽত্যর্থমহং স চ মম প্রিয়ঃ" (গীঃ ৭/১৭)—"কৃষ্ণ ঐ অসি জ্ঞানীগী যামনা নুংশিববা অমনি, অদুগা, মহাকসু (জ্ঞানীসু) কৃষ্ণ ঐগী নুংশিবনি।" "জ্ঞানী ত্বাত্মৈব মে মতম্" (গীঃ ৭/১৮)— "জ্ঞানীদি কৃষ্ণ ঐগী আত্মামক্নি হায়বসি কৃষ্ণ ঐগী অবেপ্প মতনি।"

অসিগুম্বা জ্ঞানীশিংনা মখোয়গী আত্মাগী মশক্ ওইবা শ্রীকৃষ্ণবু মতম পুম্নমক্ত তত্তনা নীংদুনা লৈবা মরমনা হিংদুনা লৈবগী মরম্দা থৌওইদনা লৈথোক্না হিংনবা থবক্ অমত্ত তৌদে। মরম্ অসিনা মখোয়গীদমক্ যোগক্ষেম পূদুনা লৈ হায়না ভগবান্না হায়বনি। "অপ্রাপ্তপ্রাপণং যোগঃ ক্ষেমস্তু স্থিতরক্ষণম্" হায়-বদি ফংদবা পোৎপু ফংহনবা অদুগা ফংলবা পোৎপু ঙাকপা অসি যোগক্ষেমগী অর্থনি ॥ ২২ ॥

ঙবুংঙো মহাক্ নশামক্ত "অহং ক্রতুঃ" (৯/১৬) অসি-নচিংবনা লেঙলি-পাললিবা পুম্নমক্ অসি মহাক্মক্নি. অতোপ্প অমা নত্তে, ইন্দ্র-নচিংবা দেবতাশিংসু মহাক্ত নশক্ ওন্থোক্না লৈব-তনি, মঙোন্দগী অতোপ্প নত্তে হায়বসি হায়বিখ্রে। অদুবু মহাক্পু নীংবা মীশিংনা অরান্—খুবম ফংই অদুগা ইন্দ্র-নচিংবা লাইশিংবু

নীংহুনা মহয়্ পামবশিংনা হংগৎ-হনদা চংপগী মশক্ ওইবা পোক্পা-শিবা ফংই হায়রিবসি করি মরম্না হায়রিবনো ? অস্নুমনা চিং-নরবদা জ্ঞানী ওইবা মীশিংনা কৃষ্ণ এগী ঈশক্ খঙহুনা মহয়্ পামদনা ঐবু নীংবননি, মহুদগী মখোয়না অরান্-থুবম ফংবনি, অহুগা অজ্ঞানীশিংনা কৃষ্ণ ঐগী ঈশক্ খঙদবা মরম্দগী ইন্দ্র-নচিংবা লাইশিংবু অতোপ্পনি খন্দুনা মহয়্ পামহুনা লাইশিংহুবু নীংই। মরম্ অসনা অজ্ঞানীশিংনা পোক্পা শিবা নাইবা সংসার ফংবনি। ইন্দ্র-নচিংবা লাইশিং (কৃষ্ণ ঐমক্ ওইরবস্নু রাখল্ খেন্ননা মখোয়গী উপাসনা তৌবদগী মহয়্ খেন্নবনি হায়বসি তাকুনা ভগবান্ন অস্নুমনা হায়রি –

যেঽপ্যন্যদেবতাভক্তা যজন্তে শ্রদ্ধয়ান্বিতাঃ।

তেঽপি মামেব কৌন্তেয় যজন্ত্যবিধিপূর্ব্বকম্ ॥২৩॥

**অন্বয়ব্যাখ্যা ঃ—** কৌন্তেয়—কুন্তীগী মচা হে অর্জ্জুন। অন্যদেবতাভক্তাঃ—ইন্দ্র-নচিংবা অতোপ্প দেবতাশিংগী ভক্ত, যে অপি=মখোয়শিং অহুনস্নু, শ্রদ্ধয়া অন্বিতাঃ—আস্তিক বুদ্ধি তৌহুনা য়ামনা থাজবগা লোয়ননা, যজন্তে= মহয় ফংনবা পূজা তৌই, তে অপি—মহুগুমবা মখোয়শিং অহুনস্নু, অবিধিপূর্ব্বকং—করমনা আরাধনা তৌগদগে হায়বসিবু খঙদবগী মশক্ অজ্ঞাননা মরম্ ওইহুনা, মাং এব—ইন্দ্র-নচিংবগী মশক্ ওইনা লৈরিবা কৃষ্ণ ঐহবু, যজন্তি—পূজা তৌহুনা নীংই। (মতৌ অস্নুমনা ঐগী ঈশক্ খঙ-দবদগী মখোয়না সংসার ফংবনি) ॥২৩॥

**অপুম্ব অর্থঃ**—কুন্তীগী মচা হে অর্জ্জুন। ইন্দ্র—মচিংবা অতোপ্প দেবতাশিংগী ভক্ত ওইবা মখোয়শিং অহুনসু আস্তিক বুদ্ধি তৌ-দুনা য়ামনা থাজনা পূজা তৌই। মদুগুমবা মখোয়শিং অহুনসু করমনা পূজা তৌগদগে হায়বসিবু খঙদবগী মশক্ ওইবা অজ্ঞান-না মরম্ ওইদুনা ইন্দ্র-নচিংবগী মশক্ ওইদুনা লৈরিবা ঐতবু পূজা তৌদুনা নীংই ॥ ২৩ ॥

অজ্ঞাননা মরম্ ওইদুনা নীংই হায়বসিমক্তবু নীংথিনা তাক্দুনা অসুমনা হায়রি —

**অহং হি সর্ব্বযজ্ঞানাং ভোক্তা চ প্রভুরেব চ।**
**ন তু মামভিজানন্তি তত্ত্বেনাঽতশ্চ্যবন্তি তে ॥ ২৪ ॥**

**অন্বয়ব্যাখ্যা :**— অহং=ভগবান্ বাসুদেব ঐসি, সর্ব্ব-যজ্ঞানাং=বেদ অমসুং স্মৃতিনা তাক্পা যজ্ঞ পুম্নমক্কী, ভোক্তা চ =অচাবমক্কি, চ=অদুগা, প্রভুঃ এব—মহয়্ পীবিরিবা মপুসু ঐমক্কি হায়বসি, হি=ফাওরিবনি, তু=অদুবু অতোপ্প দেবতাশিংবু পূজা তৌদুনা লৈরিবা মীশিংনা, মাং—মতৌ অসুমনা ভোক্তা অমসুং প্রভু ওইদুনা লৈরিবা ঐ অসিবু, তত্ত্বেন=অশেংবা মওঙদা, ন অভিজানন্তি—কবিমত্ত খঙদে, অতঃ—মরম্ অসিদগী, তে—অতোপ্প দেবতাশিংগী পূজা তৌদুনা লৈরিবা মখোয়শিং অদু, চ্যবন্তি লয়্থা তাদুনা পোক্পা-শিববু ফংদুনা লৈ। ২৪ ॥

**অপুম্ব অর্থ :** ভগবান্ বাসুদেব ঐসি যজ্ঞ পুম্নমক্কী অচা-বমক্কি, অদুগা মহয়্ পীবিরিবা মপুসু ঐমক্কি হায়বসি ফাওরিবনি।

অদুবু অতোপ্প লাইশিংগী পূজা তৌরিবা মীশিংনা মতৌঅম্নুমনা ভোক্তা অমস্নুং প্রভু ওইদুনা লৈরিবা ঐসিবু অশেংবা মওঙ দা নীংথিনা খঙদে। মরম্ অসিদগী মখোয়শিং অদু লয়্‌খা তাদুনা লৈরিবনি॥ ২৪॥

অতোপ্প দেবতাশিংগী পূজা তৌবশিংনা মোক্ষ ওইবা মহয়্‌ ফংবা ঙমদ্রবস্নু মখোয়না নীংলিবা অদুগী মতু‌ইননা অপীকৃপা মহয়্ ফংই অদুগা ঐবু নীংবা মীদি মোক্ষগী মশক্ ওইবা ঐবু ফংই হায়বসিবু ভগবান্ন হৌজিক্ অম্নুননা তাক্লি –

যান্তি দেবব্রতা দেবান্ পিতৄন্ যান্তি পিতৃব্রতাঃ।
ভূতানি যান্তি ভূতেজ্যা যান্তি মদ্যাজিনোঽপি মাম্॥ ২৫॥

**অন্বয়ব্যাখ্যা:** দেবব্রতাঃ – হৌনবা নিয়ম্ ঙাক্কুনা ইন্দ্র-নচিংবা দেবতাশিংবু পূজা তৌজরিবা মীশিং অদুনা, দেবান্ যান্তি =ইন্দ্র-নচিংবা দেবতাশিংবু ফংই, পিতৃব্রতাঃ =শ্রাদ্ধ নচিংবা ক্রিয়া তৌদুনা পিতবশিংগী দেবতা অগ্নিষ্বাত্তা-নচিংবা পূজা তৌবা মী-শিংনা, পিতৄন যান্তি=আগ্নিষ্বাত্তা-নচিংবা পিতৃশিংবু ফংই, ভূতে-জ্যাঃ=যক্ষ, রক্ষ নচিংবা ভূতশিংবু পূজা তৌদুনা লৈবা মীশিংনা, ভূতানি যান্তি=মখোয় ভূতশিংদুবু ফংই. মদ্‌যাজিনঃ অপি =অদুগা দেবতা-নচিংবা পুম্নমক্ত কৃষ্ণ ঐমক্তি খঙদুনা পরমেশ্বর ওইবা কৃষ্ণ ঐমক্তবু পূজা আরাধানা তৌজরিবা মীশিংদুনদি, মাং যান্তি=কৃষ্ণ ঐবু ফংদুনা মোক্ষ ফংই॥ ২৫॥

**অপূর্ব্ব অর্থ ঃ** - দেবতাশিংবু নিয়ম্ কায়দনা পূজা তৌবা মীশিংনা দেবতাশিংবু ফংই ; শ্রাদ্ধ-নচিংবা তৌহুনা পিতরশিংগী পূজা তৌজরিবা মীশিংনা পিতরশিংহুবু ফংই ভূত প্রেতশিংবু পূজা তৌজরিবা মীশিংহুনা ভূত-প্রেতশিংহুবু ফংই, অহুগা দেবতা-নচিংবা পূর্ম্মক্ত কৃষ্ণ এমক্তনি খঙহুনা পরমেশ্বর কৃষ্ণ ঐবু নীংজহুনা পূজা তৌজরিবা মীশিংনা কৃষ্ণ ঐবু ফংহুনা মোক্ষ ফংই ॥২৫॥

**অথুপ্প ব্বা**

ভগবান্ নত্তনা অতোপ্প লাই-নচিংববু নীংলিবা মীশিং অসি সাত্ত্বিক রাজসিক অমসুং তামসিক খেন্নবদগী অহুম থোকনা খায়রি। মখোয়শিং অহুগী মনুংদা সাত্ত্বিক ওইবা (সত্ত্বগুণ লৈবা) মীশিংনা ইন্দ্র-নচিংবা লাইশিংবু নীংহুনা লাইশিং অহুগী থুবম ফংই। শ্রুতিনসু অসুমনা হায়রি "দেবো ভূত্বা দেবানপ্যেতি" (বৃঃ উঃ ৪/১/২। "উপাসক দেবতা ওইহুনা দেবতাশিংবু ফংই।" মতৌ অসুমনা রাজসিক ওইবা (রজোগুণ লৈবা) মীশিংনা শ্রাদ্ধ-নচিংবা ক্রিয়া কর্ম্ম তৌহুনা অগ্নিষ্বাত্ত-নচিংবা (পিতৃলোককী মপু ওইহুনা লৈরিবা) লাইশিংবু ফংই। অহুগা তামসিক (তমোগুণ লৈবা) মীশিংনা ভূত-প্রেতশিংগী সাধন তৌহুনা মখোয়বু ফংই। মরম্ অসিনা শ্রুতিনসু অসুমনা হায়রি— "তং যথাযথোপাসতে তথৈব ভবতি" (মুদগঃ উঃ ৩/৩) - "পরমেশ্বর অহুবু করিগুমবা মওঙ অমদা পূজা আরাধনা তৌরবদি মহাক্ (পরমেশ্বর) উপাসক অহুগী নীংবা মতুং ইননা মওঙ অহু ওই।" হায়রবা উপাসকশিং অসি নত্তবা য়ামনা সাত্ত্বিক ওইহুনা পরমেশ্বরবু লাই

পুন্নমক্তী মশক্নি খওলবা উপাসকশিংনা ঈবুংঙো মাবুতা নীংতুনা অমস্তুং পূজা তৌদুনা ঈবুংঙো মাবু ফংই ॥ ২৫ ॥

মতৌ অস্মুমনা অতোপ্প দেবতা-নচিংবা পূজা তৌবনা করি ফংবগে অমস্তুং ঈবুংঙো মাগী পূজা তৌরগা করি ফংবগে হায়-রবা মতুংদা হৌজিক্ অতোপ্প লাই-নচিংবগী পূজা তৌবদা শেল থুম-নচিংবা পোং-চৈ যামনা চঙই অদুবু ঈবুংঙো মাবু পেন্নবা পূজা তৌবদদি কবিমত্ত চঙদে, য়ামনা লায়না পূজা তৌবগা খ্বায়-দগী হেননা ফবা মহয্ ফংবা য়াই হায়বসিবু অস্মুমনা তাক্লি—

পত্রং পুষ্পং ফলং তোয়ং যো মে ভক্ত্যা প্রযচ্ছতি।
তদহং ভক্ত্যুপহৃত মশ্নামি প্রযতাত্মনঃ ॥ ২৬ ॥

অন্বয়ব্যাখ্যা :- যঃ=ভক্ত ওইবা মী অদুনা, পত্রং= উনা-শীংনা, পুষ্পং লৈ শূ, ফল=মহয্-মরোং, তোয়ং=স্বপ্ন ঈশিংদা ওইববস্থু, ভক্ত্যা=ভক্তিগা লোয়্ননা, মে=কৃষ্ণ ঐগীদমক্, প্রযচ্ছতি কংচৈ। প্রযতাত্মনঃ=মতৌ অস্মুমনা পূক্নীং শেংনা লৈ-রিবা মীতুগী, ভক্ত্যুপহৃতম্=ভক্তিগা লোযননা য়ামনা পেন্ন কং-চরিবা, তৎ কবিস্থু লৈতবা অচমবা পোং অদু ফাওববুস্থু, অহং =কৃষ্ণ ঐনা, অশ্নামি=পেন্ন চায় হায়বদি লৌঃঈ ॥ ২৬ ॥

অপূর্ব অর্থ :- ভক্ত ওইব, মীতুনা উনা শীংনা, লৈ শূ, মহয় মরোং, স্বপ্ন ঈশিংদা ওইরবস্থু ভক্তিগা লোযননা কৃষ্ণ ঐগী-দমক্ কংচৈ। অস্মুমনা পূক্নীং শেংনা হোংনরিবা মীতুগী ভক্তিগা লোয়ননা য়ামনা পেন্ন কংচবিবা অচমবা পোং অদু ফাওববুস্থু কৃষ্ণ ঐনা য়ামনা পেন্ন লৌঃই ॥ ২৬ ॥

অথুপ্পবা।

শ্লোক অসিদা "ভক্ত্যা প্রযচ্ছতি" হায়বদি ভক্তিগা লোয়ননা কৎচৈ, "ভক্ত্যপহৃতম্" হায়বদি ভক্তিগা লোয়ননা কৎচরিবা অস্নুমনা অনীরক্ হননা "ভক্ত্যা" হাহয়সিবু শ্রীভগবান্না শীজিন-নবিবদগী ঐখোয়না খগুবা ঙমবদি শ্রীভগবান্বু ফংনবা হোৎনবসিদা মকোক্ ওইবা উপায় ভক্তিনি, ভক্তি লৈত্রবদি মী-তুনা ভগবান্বু ফংবা ঙমদে অমসুং অশেংবা ভক্তি য়াওদনা ফব-দগী হেননা ফবা হায়বদি খ্বায়দগী হেননা ফবা পোৎ কৎলবসু ঈবুংঙো মানা লৌ:দে। খুদম ওইনা হায়রবদি—শ্রীভগবান্না দুর্যো-ধনগী মনাক্ত পাণ্ডব মন্তাগী দূত ওইনা চৎপা মতমদা দুর্যোধনগী য়ুমদা য়াম্‌না হাউরবা অহাউ অথুম চাবা থাদোক্লগা বিদুরগী য়ুমদা চত্তুনা মনা-মশীং চাবতুনা য়ামনা পেন্‌খি। মতৌ অতুমনা লায়-রবা ব্রাহ্মণ সুদামানা ভক্তিগা লোয়ননা মাগী ফীজিদা পুনতুনা পুরকপা চেঙ্ খরা শ্রীভগবান্না হারগা (চারগা) য়ামনা তোনখিবা মতৌ ওইনা লোক অতুম অসিবু সুদামাগীদমক্ পীথোকখি। অসিগুমবা ভক্তিতু কদায়বু কৌবগে হায়বতুবু নারদনা অস্নুমনা হায়-রি—"সাত্বস্মিন্ পরমপ্রেমরূপা" (নাঃ ভক্তি সূত্র ২)— "ভক্তি অতুদি শ্রীভগবান্‌সিগী মফমদা খ্বায়দগী হেন্না প্রেম তৌবনি।" মরম্ অসিনা শ্রীভগবান্দা লেগুদবা প্রেম তৌরবতদা ঈবুংঙো মাগী অশেংবা মশক্ অতু খঙতুনা মাবু ফংজবা ঙমগদবনি। মসিবু শ্রীভাগবত পুরাণ-দসু শ্রীভগবান্না মশামক্ অস্নুমনা হায়রি— "ভক্ত্যাহমেকয়া গ্রাহ্যঃ শ্রদ্ধয়াত্মাপ্রিয়সতাম্" (ভাঃ ১১/১৪/২১)— "হে উদ্ধব!

সাধুশিংগী য়ামদা নুংশিরবা আত্মা ওইনা লৈবা ঐহাক্ অসি থাজ-বগা লোয়মনা তৌরিবা ভক্তিনা মরম্ ওইদুনা ফংবা য়াগনবনি।" শ্রীভগবান্ অচৎ-চত্ত জীব পুম্নমক্কী আত্মানি, অদুবু অন্তর্য্যামী ওইবা মীশিংনা ঈবুংঙো মাবু মশা মশাগী আত্মানি হায়বসি খঙদে, পুম্ন জ্ঞানী ওইবা সাধুশিংদনা মাবু আত্মানি হায়বসি খঙই। মরম্ অসিনা শ্রীভগবান্না উদ্ধবকী মফমদা "সাধুশিংগী আত্মা ওইনা লৈবা" হায়বনি। থবায় পানবা পুম্নমক্ক মশা মশাগী আত্মাত্তদা য়ামনা প্রেম (নুংশিবা) ওইদুনা লৈ, আত্মাদগী থোইনা হেননা নুংশিবা পোৎ অমত্ত লৈতে। মরম্ অসিনা শ্রীভগবান্বু মশামক্কী আত্মানি লেপ্তুনা য়ামনা নুংশিনা ঈবুংঙো মাবু নীংজগদবনি, মদুমনা তৌরবদি থীন্দনমক্ ঈবুংঙো মাবু ফংবা ঙমগনি। অদুগা গীতাগী শ্লোকসিদা শ্রীভগবান্না "অশ্নামি" "এনা চায়" হায়বসিগী মহুত্ত "এনা লোঃই" হায়না অর্থ তৌগদবনি। মবম্দি শ্রুতিনা অসুমনা হায়রি — "ন হ বৈ দেবা অশ্নন্তি ন পিবন্তি" (ছাঃ উঃ ৩/৯/১)—"দেবতাশিং লেপ্নমক্ করিমত্ত চাবা থক্পা তৌদে" ॥ ২৬ ॥

অদু ওইরবদি ঈবুংঙো নত্তাক্পু ভক্তিনা লোয় ননা কন্নমনা পূজা তৌগনি হায়না চিংনরবদা পূজাগী মওঙ্ অদুবু অসুমনা তাক্লি—

**যৎ করোষি যদশ্নাসি যজ্জুহোষি দদাসি যৎ।**
**যত্তপস্যসি কৌন্তেয় তৎকুরুষ্ব মদর্পণম্ ॥ ২৭ ॥**

অন্বয়ব্যাখ্যা :— কৌন্তেয়—কুন্তীগী মচা হে অর্জ্জুন। যৎ করোষি—নহাক্ক ব্যবহারগী মতমদা চৎপা থোৎপ-অচিংবা থবক্ অম-সুং শাস্ত্রনা তৌ তাক্পা থবক্ তৌরিবদু, যৎ অশ্নাসি— পোন-নবা

চারিবত্থ, যৎ জুহোসি=শাস্ত্রনা তাক্পা মতুং ইননা হোম পীব নচিংবা তৌরিবত্থ যৎ দদাসি=মতীক্ চাবা মী যেংত্থনা অঙমবা দান পী-রিবত্থ, যৎ তপস্যাসি=চবাহেনব·নচিংবা তপ তৌরিবত্থ, তৎ—মত্থ পূম্নমক্ অত্থবু, মদর্পণম্—কৃষ্ণ ঐঙোন্দ কৎথোক্তুনা, কুরুষ্ব—মহয় পামবা লৈতনা তৌ ॥ ২৭ ॥

অপূম্ন অর্থঃ— কুন্তীগী মচা হে অর্জ্জুন। নহাক্ন হৌনশা ওইবা থবক্ অমসুং শাস্ত্রনা তাক্পা থবক্ তৌরিবত্থ, পোৎ চা-রিবত্থ, ময়দা হোম পীব-নচিংবা তৌবিবত্থ, ঙমজবা দান পীরিবত্থ, তপ তৌরিবত্থ, মত্থ পূম্নমক্ অত্থবু কৃষ্ণ ঐঙোন্দ পুক্নীং শেংনা কৎথোক্লগা তৌ ॥ ২৭ ॥

অথ,প্র স্না

"যৎ করোষি" অসি-নচিংবনা তৌরিবা থবক্, চারিবা পোৎনচিংববু ভগবান্দ কৎথোক্উ হায়বসিদা চাবা থক্পদা শাস্ত্রনা থিংবা অমসুং পাপ ওইবা চার-থক্লগা অমসুং থবক্ তৌরগা মত্থ পূম্নমক্ অত্থবু ভগবান্দ কৎথোক্উ হায়বা নত্তে, মত্থমনা তৌরবদি মহাপাপকী মশক্ ওইগনি। শ্রীভগবান্ন হায়রিবসিগী অভি-প্রায়দি—লোকমর্য্যাদা কায়দনা চৎলিবা অমসুং শাস্ত্রনা থিংদবা হৌনশা ওইবা থবক্নচিংববু নিষ্কাম ভাবতা হায়বদি মহয়্ পাম-দনা তৌরগা ভগবান্দ কৎথোকউ তাক্পনি। মত্থমনা তৌত্থনা লৈ-রবদি ঈবুংঙো মাগী কৃপাদগী য়ামনা থুনা পুক্নীং শেংদোক্খিত্থনা ঈবুংঙো মাবু ফংবা ঙমগনি। মরম্ অসিনা মসিবু শ্রীমদ্ভাগবত পুরাণদস্থ অস্থমনা হায়রি—

ইষ্টং দত্তং হুতং জপ্তং মদর্থং যদ্ব্রতং তপঃ॥
এবং ধর্ম্মৈর্মনুষ্যাণামুদ্ধবাত্মনি বেদিনাম্॥
ময়ি সঞ্জায়তে ভক্তিঃ কোঽন্যোঽর্থোঽস্যাঽবশিষ্যতে॥
(ভাগঃ ১১/১৯/২৩-২৪)

"যজ্ঞ তৌবা, দান তৌবা, হোম তৌবা, জপ তৌবা, ব্রত তৌবা, তপ তৌবা অসি-নচিংবা পূন্নমক্সিবু কৃষ্ণ এগীদমক্ তৌ। হে উদ্ধব! মতৌ অসুমনা মথক্তা হায়রিবা যজ্ঞ তৌব নচিংবা ধর্ম্মশিংবু তৌহুনা লৈরগা এভোন্দ মশামক্পু কৎথোক্লিবা মীশিংহুগী থম্মোইদা কৃষ্ণগী মফমদা লৈবা প্রেমগী মশক্ ওইবা ভক্তি পোক্লকৃই। অসুমনা ভক্তি পোক্লবদা মীহুগী করমবা অতোপ্প অপামবা অমা সংসার-সিদা লৈহৌগদগে? হায়বদি সংসার পূন্নমক্সিবু ভগবান্গী মশক্ ওইনা উহুনা মহুনা পেন্দুনা লৈগনি।" মরম্ অসিদগী "ন বাসুদেবাৎ পরমাস্তি কিঞ্চিৎ"— "তাইবঙসিদা বাসুদেব ভগবান্দগী অতোপ্প করিমত্ত লৈতে" ॥ ২৭ ॥

মতৌ অসুমনা তৌরিবা ভক্তিসিগী মহয়্বু মথাগী শ্লোকতা শ্রীভগবান্ন অসুমনা হায়রি—

শুভাঽশুভফলৈরেবং মোক্ষ্যসে কর্ম্মবন্ধনৈঃ।
সন্ন্যাস যোগযুক্তাত্মা বিমুক্তো মামুপৈষ্যসি॥ ২৮॥

অন্বয়ব্যাখ্যা :—এবং=মথক্তা হায়খ্রিবা থবক্—কৎথোক্পনচিংবা ভক্তিসিবু তৌরগা, শুভা শুভ ফলৈঃ=অফ-ফত্তগী মশক্ ওইবা মহয়শিংবু পীরিবা, কর্ম্মবন্ধনৈঃ—কর্ম্মগী অপুনবশিং অসিদগী,

মোক্ষসে—অর্জ্জুন নহাক্ নাম্বোক্পা ফংগনি ; সন্ন্যাস যোগযুক্তাত্মা —মতৌ অস্মুমনা কর্ম্মগী মহয্ থাদোক্পগী মশক্ ওইবা কর্ম্মযোগসি তৌদুনা পূর্ণীং শেংদোকখ্রবা নহাক্, বিমুক্তঃ— হিংন-হিংনমক্ মুক্ত ওইদুনা (মোক্ষ ফংদুনা), মাং উপৈষ্যসি—শিরবা মতুংদা কৃষ্ণ ঐঙোন্দ তিনদুনা লৈবগী মশক্ ওইবা কৈবল্য মোক্ষবু ফংগনি । ২৮ ॥

**অপূর্ব্ব অর্থঃ**— মতৌ অস্মুমনা ভজন তৌদুনা লৈরগা নহাক্ অফ-ফত্ত মহয্ শিংবু পীবিবা কর্ম্মগী অপুনবশিংসিদগী নাম্বোক্পা ফংগনি, মতৌ অস্মুমনা কর্ম্মগী মহয় থাদোক্পগী মশক্ ওইবা কর্ম্ম-যোগ অসিবু তৌদুনা পূর্ণীং শেংদোকখ্রবা নহাক্ হিংন-হিংনমক্ মোক্ষ ফংদুনা লৈবগা শিরবা তুংদা কৃষ্ণ ঐঙোন্দ তিনদুনা কৈবল্য মোক্ষ ফংগনি ॥ ২৮ ॥

### অথৃপ্প বা

শ্লোক অসিদা ভগবান্ন অর্জ্জুনবু হায়রিবসিগী অথৃপ্প বাদি অসিনি—ব্যবহারদা (চংনবীদা) হৌমলা ওইনা তৌরিবা থবক্শিংবু তৌবা মতমদা কর্ত্তৃত্বগী (ঐ অতৌরনি হায়বা) নাপলবু থাদোক্ক-দবনি। অদুগা তৌবিবা থবক্শিং অমম্তুং মখোয়দগী ওইগদবা মহয়শিংনা শ্রীভগবানগী পূজা তৌবিবনি হায়না পূর্ণীংদা থনজগ-দবনি। অস্মুমনা তৌবদি মহয়শিং অদু অতৌবা ঐগী নত্তে, শ্রীভগবান্গীনি লেপ্প মরমনা ভোক্তৃত্বগী ( মহয় চাবগী ) নাপল লৈরম্লোই। অতৌবা অমম্তুং মহয় চাবগী নাপল লৈত্রবদি শোয়-দুনমক্ অফ-ফত্ত মহয লৈবা কর্ম্মশিংনা পুনদুনা লৈবা অদুদগী নাম্বোক্পা ওমগনি। মতৌ অস্মুমনা মহয় পামবা থাদোক্পগী

মথক্ ওইবা নিষ্কামকর্ম্ম যোগ তৌডুনা লৈবদগী পূক্নীং শেংদোক্‌খিল্লগা অশেংবা পূক্নীং অদুদা শ্রীভগবান্দগী অমত্ত ওইবা অশেংবা মওঙগী খঙ্ঙ্‌ডুনা হিংনে-হিংনমক্ মুক্তি ফংডুনা প্রারব্ধ কর্ম্ম লোইহ্রিক্লাওবা লৈগনি, মতুদগী শিরবা মতুংমক্তদা শ্রীভগবান্দ তিনজ্ঞুনা অমত্ত ওইবা কৈবল্য মোক্ষ ফংগনি। মসিবু অন্নপূর্ণা উপনিষত্তসু অসুমনা হায়রি —"সংন্যাস যোগযুক্তাত্মা জ্ঞানবান্ মোক্ষবান্ ভব" (৫/৪/৭)—"নিষ্কাম কর্ম্ম তৌডুনা পূক্নীং শেংবা ওইডুনা জ্ঞান লৈবা ওইরগা মোক্ষ ফংবা ওইযু।" জ্ঞান কদাযবু কৌবগে হায়-বদুদি শ্রীভগবান্ন উদ্ধবকী মফমদা অসুমনা হায়রি— "জ্ঞানং চৈকাত্ম্যদর্শনম্" (ভাগঃ ১১/১৯/২৭)—"আত্মা ময়াম নত্তে সুপ্ন অমত্তনি খঙবসিবু জ্ঞান কৌই।" হায়রিবা আত্মাসিদি ভগবান্ মক্নি। মরম্ অসিনা পুম্নমক্ত আত্মা ওইনা লৈরিবা ভগবান্‌বু খঙননবা হোৎনগদবনি ॥ ২৮ ॥

ভগবান্ ওইবা নহাক্ত ভক্তশিংগী মফমদা কৃপা তৌই, ভক্ত নত্তবশিংগী মথক্ত কৃপা তৌদে হায়ববদি নহাক্ মীচং মীথায় নাইবা ওইগনি হায়না চিংনববদা অসুমনা হাযবি—

**সমোঽহং সর্ব্বভূতেষু ন মে দ্বেষ্যোঽস্তি ন প্রিয়ঃ।**
**যে ভজন্তি তু মাং ভক্ত্যা ময়ি তে তেষু চাপ্যহম্ ॥২৯॥**

**অন্বয়ব্যাখ্যা :**—অহং=কৃষ্ণ ঐ অসি, সর্ব্বভূতেষু=খরায় জানবা পুম্নমক্কী মুংদা, সমঃ=অমত্ত ওইনা চপ্ মান্নবা লৈ, মরম্ অসিনা— মে=কৃষ্ণ ঐগী, দ্বেষ্যঃ=কনাবু য়েক্নডুনা মুংশিদবা, ন অস্তি=লৈতে, মত্তৌ অদুমনা— প্রিয় ন অস্তি=কনাবু মক্লপানি

নীংতুনা মুংশিবা লৈতে, তু=অতুমক ওইতুনসু, যে—মী মখোয়শিং অতুনা, মাং= কৃষ্ণ ঐবু, ভক্ত্যা= কর্ম পূন্নমক্ কখোক্তুনা মুংশিবগা লোয়ননা, ভজন্তি—পূজা তৌতুনা নীংজে, তে=অতুগুমবা মখোয়শিং অতু, ময়ি=কৃষ্ণ ঐঙোন্দ মতম পূন্নমক্ত লৈ, চ—অতুগা, অহং অপি=কৃষ্ণ ঐসু, তেষু=মখোয়শিং অতুগী থম্মোইদা লৈ ॥২৯॥

**অপুন্ব অর্থঃ** কৃষ্ণ ঐ থবায়পানবশিংগী মুংদা অমত্ত ওইনা চপ্ মান্ননা লৈ, কৃষ্ণ ঐগী কনা অমত্ত মুংশিদবা লৈতে, মতৌ অতুমনা মুংশিবসু লৈতে। অতুমক্ ওইতুনসু মীশিংতুনা কৃষ্ণ ঐবু কর্ম্মগী মহয় পূন্নমক্ কখোক্তুনা মুংশিবগা লোয়ননা পূজা তৌরগা নীংজতুনা লৈ, অতুগুমবা মখোয়শিং অতু কৃষ্ণ ঐঙোন্দ লৈ, অতুগা কৃষ্ণ ঐসু মখোযশিংতুগী থম্মোয়দা লৈ ॥ ২৯ ॥

## অথপ্রশ্ন বা

অমংবা নোংগী মতৌগুমনা শ্রীভগবান্ কনাগী মফমদসু মীচঙমীখায় নাইদে। মথল্ মথা অয়াম্ব মরু–মবাংশিংনা কালেন্ থাগী মতমদা হৌবা ঙমদদুনা লয়্বাক্ মনুংদা ফুমতুনা লৈ। মতু পূন্নমক্ নোংজুথা লাকলবদা অমংবা নোংনা ঈশিং চাইবদগী মথল্ মথা য়ামনা অমসুং অফ–ফত্ত থায়না য়ামনা খেন্ন খেন্ননা হৌংশংলকই। মখোয়না খেন্ননা হৌশংলক্কইবতু অমংবা নোংতুনা মীচঙমীখায় নাইতুনা তৌবা নত্তে, মরু-মরাংশিং অতুদা খেন্নবা সংস্কার লৈতুনা তৌবনি। মতৌ অতুমনা শ্রীভগবানসু থবায়পানবশিংগী মুংদা চপ্ মান্ননা লৈবনি, মীচঙ–মীখায় নাইদে। শ্রীভগবান্ন

কৃপাগী মশক্ ওইবা ঈশিং চাইরবদা মখোয়শিংগী উপাধি ওইবা (অমত্ত ওইবা আত্মাবু তোপ্প-তোপ্প উৎপদা মরম্ ওইরিবা) অন্তঃ-করণশিং অদুদা পাপ পুণ্য ওইনা তোঙাল-তোঙাল লৈরিবা সংস্কারশিং অদুনা ভক্ত অমসুং ভক্ত নত্তবশিংদা থেন্নবনি। ভক্ত নত্তবা মীশিংগী পূক্নীংদা বিষয়ভোগ পামবা মরম্দগী শ্রীভগবানবু কদৌঙৈদসু নীংবা তৌদে। মরম্ অদুদগী শ্রীভগবান্ মখোয়গী থম্মোইদা মতম পুম্নমক্ত লেঙদনা লৈরবসু লৈতবগা চপ্ মান্নে। অদুগা শ্রীভগবানবু নীংজদুনা লৈবিবা ভক্তশিংদি শ্রীভগবান্দ মতম পুম্নমক্ত পূক্নীং থিংজিনবা মবম্না মঙোন্দ (শ্রীভগবান্দ) লৈ; অদুগা শ্রীভগবানসু ভক্তশিং অদুগী শেংলবা অন্তঃকরণশিং অদুদা ফোংদোক্লুনা অশেংবা মওঙ উত্লুনা লৈবা মরম্দগী শ্রীভগবান্ মখোয়দা লেঙদনা লৈ ॥ ২৯ ॥

শ্রীভগবান্দ তৌবিবা ভক্তসিগী মতীক্ মগুণ কয়ামুক্ চাউ-বগে হায়বদুবু অস্নুমনা তাক্লি—

অপি চেৎ সুদুরাচারো ভজতে মামনন্যভাক্।
সাধুরেব স মন্তব্যঃ সম্যগ্ ব্যবসিতো হি সঃ ॥৩০॥

অন্বয়ব্যাখ্যা: চেৎ—কবিগুম্বা মরম্ অমদগী অহানবদা, সুদুরাচারঃ অপি—য়ামনা ফত্তবা লমচৎ চৎপা মী অমা ওইরবসু, অনন্যভাক্—কৃষ্ণ ঐ নত্তবা অতোপ্প অমবু নীংবা তৌদনা, মাং ভজতে—কৃষ্ণ ঐতবু ভক্তি তৌদুনা নীংদুনা লৈ, সঃ—অদুগুমবা মী অদু, সাধু এব—সাধুমক্লি হায়বদি অফবা মীমক্লি হায়না, মন্তব্যঃ—খঙগদবনি, হি—মসিগী মরম্দি সঃ—মহাক্ অদুনা, সম্যগ্—অচুমবা তৌফম খোক্পদু, ব্যবসিতঃ—খঙদুনা লেপ্লে ॥ ৩০ ॥

**অপূম্ব অর্থ:** করিগুমবা মরম্ অমদগী অহাম্বদা য়ামনা ফত্তবা লমচং চংপা মী অমা ওইরবস্লু, কৃষ্ণ ঐ নত্তবা অতোপ্প অমবু নীংবা তৌদনা কৃষ্ণ ঐতবু নীংঙ্গনা ভক্তি তৌই, অত্তুগুমবা মহাক্ অত্ত অফবা মীমক্লি খঙগদবনি, মরম্দি মহাক্ল অচুমবা তৌগদবত্তু লেপ্লে ॥৩০॥

**অথ্‌প্প ব।**

শ্লোক অসিগী উদাবণদি (খুদমদি) বাল্মিকী, অজামিল-নচিং-বনি। অহানবদা বাল্মিকী অসি বত্নাকর কৌবা ডাকু অমা ওই-রমঈ। মতুংদা নারদগী উপদেশদগী শ্রীরামগী ভজন তৌবা হৌই। মত্তুদা অহাম্বদা "বাম" হায়বসি শোনবা থোক্তুত্তুনা "মরা মরা" শোনত্তুনা লৈ, মত্তুগী মতুংদা মহাক্ বাল্মিকী মহর্ষি ওইখি। মতৌ অম্নুমনা অজামিল ব্রাহ্মণ অমা ওইরবস্লু ফত্তবা সঙ্গ তৌবদগী জঙ্গলদা ডাকু ওইনা লৈ। মানা শিরমদাই য়োরবদা "নারায়ণ" কৌবা মচান্নুপা অতোনবগী মিং কৌত্তুনা লৈখি। মত্তুদগী বিষ্ণুদূত লাকত্তুনা মাবু অবান্ থুবম পীখি। মরম্ অসিনা ভাগবততা অম্নুমনা হায়রি—"ভজন্ত্যনন্যভাবেন তে মে ভক্ততমা মতা॥" (ভাঃ ১১/১১/৩৩)— "মীশিং অত্তুনা অতোপ্প অমা খম্ব তৌদনা কৃষ্ণ ঐগী ভজন তৌত্তুনা লৈ, মখোয় অত্ত খ্বায়দগী অথোইবা ভক্তনি হায়বসি কৃষ্ণ ঐগী মতনি" ॥ ৩০ ॥

মথক্তা হায়রিবশিং অসিমক্তবু তশেংনা তাক্তুনা অম্নুমনা মথা তারি—

**ক্ষিপ্রং ভবতি ধর্ম্মাত্মা শশ্বচ্ছান্তিং নিগচ্ছতি।**
**কৌন্তেয় প্রতিজানিহি ন মে ভক্তঃ প্রণশ্যতি ॥ ৩১ ॥**

**অন্বয়ব্যাখ্যা :—** অহাম্বদা য়ামনা ফত্তবা লমচং চংলম্ব

ওইরবস্থু মতুংদা ঐবু নীংজবদগী,—ক্ষিপ্রং—মহাক অহু য়ামনা থুংনমক, ধর্ম্মাত্মা ভবতি—ধর্ম্মদা পুক্নীং থিংজিনদুনা লৈবা মী মীওই (লমচৎ ফজবা মী ওই), অদুগা মহাক্-শশ্বং শান্তিং—লেঙদবা অতম্ন হায়বদি মোক্ষবু, নিগচ্ছতি=ফংই। কৌন্তেয়=কুন্তীগী মচা হে অর্জ্জুন। মে ভক্তঃ—কৃষ্ণ ঐগী ভক্ত, ন প্রণশ্যতি—অরেম্বদা থক্ মাওদে হায়বসিবু, প্রতিজানিহি=নঙনা নীংথিনা খঙউ॥ ৩১॥

**অপূর্ব অর্থঃ**— অহানবদা ফত্তবা লমচং চংপা ওইরবস্থু তুংদা ঐবু নীংজবা মরম্‌দগী থুনমক্ মহাক্ ধর্ম্ম তৌবা মী অমা ওই, অদুগা মহাক্ লেঙদবা মোক্ষগী মশক্ ওইবা শান্তিবু ফংই। হে অর্জ্জুন। কৃষ্ণ এগী ভক্ত অরেম্বদা থক্ মাওদে হায়বসিবু নঙনা নীংথিনা খঙউ॥ ৩১॥

**অথ্‌প্ল ব্বা**

অহানবদা পাপ য়ামনা চেনবা মী অমা ওইরমলবস্থু তুংদা শ্রীভগবান্‌গী ভজনবু পুক্নীং অনী লোঙদনা তৌজবা অদুদগী পাপ কোক্‌খিহনা পুক্নীং শেংদোক্‌প্রবা মী অদুগী পুক্নীংদা শ্রীভগবান্‌গী অশেংবা মশক্ অহু ফোংদোকই। মতুদগী চিংনবা লৈতনা ভক্ত অদুনা শ্রীভগবান্‌গী মশক্ খঙদুনা মোক্ষ ফংই। মরম্ অসিদগী শ্রীরামনা হনুমান্‌গী মফমদা অস্থুমনা হায়—

দুরাচাররতো বাপি মন্নাস ভজনাৎ কপে।
সালোক্যমুক্তিমাপ্নোতি ন তু লোকান্তরাদিকম্॥

(মুক্তিঃ উঃ ১/১৮/১৯)

"হে হনুমান্! কত্তুবা লমচং চত্না লৈরবম্বু য়াম ঐগী নাম শোনবগী মশক্ ওইবা ভজন তৌবদগী মহাক্ সালোক্য (ভগবান্গা লোয়ননা লোক্ অমত্তদা লৈবা) মোক্ষ ফংই, অতোপ্প লোক-নচিংব। ফংদে।" মরম্ অসিদগী বৃহন্নারদ সংহিতাদা নামগী গুণবু অসুমনা তাক্লি—

**হরের্ণাম্নশ্চ যা শক্তি পাপ নির্হরণে দ্বিজ।**
**তাবৎ কর্ত্তুং সমর্থো ন পাতকং পাতকী জনঃ॥**

(বৃঃ নাঃ সং ১/১১/১০০)

"শ্রীহরিগী নামদা পাপ মাঙহন্নবা অত্তুক্ য়ামনা শক্তি লৈবা অত্তুগুমনা পাপী ওইবা মীদা পাপ তৌনবা শক্তি লৈতে" ॥৩১॥

অফবা শাগৈদা পোক্লগা মরক্ত ফত্তবা লমচং চত্না লৈরমবা মীনা ঈবুংঙো মাবু নীংজরবদি অয়ান্ খুবম্ ফংই হায়বসিবু তাক্ল-গা হৌজিক্ হৌনশা ওইনা অতোনবা শাগৈদা পোক্পশিংগী মরম্দম্বু অসুমনা হায়রি—

**মাং হি পার্থ ব্যপাশ্রিত্য যেঽপি স্যুঃ পাপযোনয়ঃ।**
**স্ত্রিয়ো বৈশ্যাস্তথা শূদ্রাস্তেঽপি যান্তি পরাংগতিম্ ॥৩২॥**

**অন্বয়ব্যাখ্যা :—** পার্থ—পৃথাগী (কুন্তীগী) মচা হে অর্জ্জুন। পাপ যোনয়ঃ—অহানবদা তৌখিবা পাপকী মতুং ইননা য়ামনা তোননা পোক্লবা, স্ত্রিয়ঃ—নুপীশিং, বৈশ্যাঃ— লৌউ-শীঙ্উ তৌদুনা লৈবা মীশিং, শূদ্রাঃ—শূদ্র ওইনা পোক্পশিং, যে অপি—কনাগুমবা চাণ্ডাল-নচিংবা মীশিংসু, স্যুঃ—ওইসমু, তে অপি—মখোয়শিং অত্তুসু,

মাং ব্যপাশ্রিত্য = সাক্ষাৎ পরমাত্মা ওইবা কৃষ্ণ ঐগোন্দ চঙজরগা, হি = লেপ্পনক্, পরাংগতিং = অথোইবা খুবম মোক্ষবু, যান্তি = ফংই ॥ ৩২ ॥

**অপুম্ব অর্থঃ** – পৃথাগী মচা হে অর্জ্জুন। তৌখিবা পাপকী মতুং ইননা অতোনবা মপোক্ হায়বদি ইস্ত্রবা মপোক্ ফংলবা নুপী-শিং, বৈশ্যশিং, শূদ্রশিং অদুগা কনাংৎমবা চাণ্ডাল-নচিংবা মীস্তু ওই-সনু. মখোয়শিং অদুস্থ সাক্ষাৎ পরমাত্মা কৃষ্ণ ঐগোন্দ চংজরগা লেপ্পনক্ অথোইবা খুবম্ ফংই ॥ ৩২ ॥

**অথৃপ্প রা**

মীওইবগী মপোক্ অসি ফংঙমদবা অমনি, মপোক্ কয়ামুক্তী তুংদা ফংলিবা মপোক্কি, মপোক্সিদা তৌজবগী মতুংইননা তুংদা অমুক্ হনা খওঙমদ্রবা অতোপ্প মপোক্ অমা ফংগদবনি নত্রগা মোক্ষ ফংগদবনি। মতুদা মহয় পামহুনা কর্ম্ম নচিংবা তৌরবদি সংসারদা অমুক্ হননা পোক্নুনা অব্বা-অনা ফংবা শোয়দবনি, অদুগা শ্রীভগবান্ কৃষ্ণবু নীংজহুনা মাগী চরণদা চঙজরবদি মী অদুনা ঈবুংঙো মঙোন্দ তিনবগী মশক্ ওইবা মোক্ষ ফংবা শোয়দবনি। ঈবুংঙো মাগী মফমদা চঙজবদা অফ ফত্ত জাতিদা পোক্পা মরম্ ওইদে, নুপী-নহা চাণ্ডাল-নচিংবা কনাস্থ ওইসনু ঈবুংঙো মাগী চরণদা চঙজবা য়াই অমস্তুং মাবু নীংজহুনা ভক্তি তৌজবা য়াই। মরম্ অসিনা ভাগবত পুরাণদা অস্মুমনা হায়রি – **"ভক্তিঃ পুনাতি মন্নিষ্ঠা শ্বপাকানপি সম্ভবাৎ"** (ভাগঃ ১১/১৪/২১) – **"কৃষ্ণ**

ঐগোন্দ তৌজরিবা ভক্তিসিনা চাণ্ডাল নচিংবশিংবুসু মখোয়গী জাতিগী দোষ মাঙহল্লগা অশেংবা ওইহল্লী।"

**ধর্ম্মঃ সত্যাদয়োপেতো বিদ্যা বা তপসান্বিতা।**

**মদ্ভক্ত্যাপেত মাত্মানং ন সম্যক্ প্রপুনাতিহি॥**

(ভা: ১১/১৪/২২)

"কৃষ্ণ ঐগোন্দ ভক্তি লৈতবা মীগী পুক্নীংবু অচুমবা ওাওবা অমসুং থৌজাল হৈবা অনীসিনা তিনবা ধর্ম্মনা নত্রগা তপ্ তৌ· দুনা ওমবা বিদ্যানা নীংথিনা মপুঙ্ ফানা শেংদোক্তে।"

মরম্ অসিনা মুপী-নহা খায়দনা মী পুম্মনক শ্রীভগবান্গী লেগুদবা ভক্তিবু শোয়দনা তৌদুনা লৈগদবনি॥ ৩২॥

অসুমনা ওইরবদা পুণ্যনা মরম্ ওইদুনা অফবা শাগৈদা পোক্-পা মীশিংগী মরম্দদি করি অমুক্ হায়গনি? মসিবু অসুমনা হায়রি—

**কিং পুণর্ব্রাহ্মণাঃ পুণ্যা ভক্তা রাজর্ষয় স্তথা।**

**অনিত্যমসুখং লোকমিমং প্রাপ্য ভজস্ব মাম্॥৩৩॥**

**অন্বয়ব্যাখ্যা ঃ**— পুণ্যাঃ—পুণ্যনা মরম্ ওইদুনা অফবা শাগৈদা পোক্লগা অকবা লমচং চংলবা, ব্রাহ্মণাঃ—ব্রাহ্মণশিং, তথা—মতৌ অদুমনা, রাজর্ষয়ঃ—অকুপ্প তত্ত্ববু নীংথিজনা থগুলবা ক্ষত্রিয়·শিং, ভক্তাঃ—মখোয় ভক্তশিংগী মরমদা, কিং পুনঃ—কৃষ্ণ ঐবু ফংই হায়বসিগী মরম্দা করি অমুক্ হায়গনি? মরম্ অসিনা-অনিত্যং—শোয়দনা মাঙগদবা, অসুখং—মুংভাইবা অমত্ত লৈত্রবা

অহাবগী মরম্‌ভাক্ত ওইবা, ইমং লোকং = মীওইবগী হক্‌চাংসিবু, প্রাপ্য ফংলগা, মাং ভজস্ব = কৃষ্ণ ঐবু ফংন-নবা ভজন তৌহুনা লৈয়ু ॥ ৩৩ ॥

**অপূম্ব অর্থ :** পুণ্যনা মরম্ ওইহনা অকবা শাগৈদা পোক্কবা ব্রাহ্মণ অমসুং ক্ষত্রিয় ওইবা ভক্তশিংনা কৃষ্ণ ঐবু শোয়দনা ফংই হায়বসিদা করি অমুক হায়গনি ? মরম্ অসিদগী শোয়দনা মাঙ-গদবা অমসুং লুংঙাইবা লৈত্রবা মীওইবগী হক্‌চাং অসিবু ফংলগা কৃষ্ণ ঐবু নীংজহনা লৈয়ু ॥ ৩৩ ॥

## অথ্‌প্র বা

মীওইবগী হক্‌চাংসি নত্তনা অতোপ্প হক্‌চাং অমদা ঈবুংঙো মাবু ফংহনা মোক্ষ ওইবা য়াদে। অতোপ্প হক্‌চাং পুম্নমক্‌সিদি মখোয় মখোয়না তৌখিবা পাপ পুণ্যগী মহয়্ চান-নবগীদমক্ ফংবনি। মহয়্ চাবা লোইবমক্তদা মখোয়হু মাঙখিগদবনি। মরম্ অসিনা মীওইবগী হক্‌চাং ফংবগী মরমদা অস্নমনা হায়রি —"দুল ভো মানুষোদেহো দেহিনাং ক্ষণভঙ্গুরঃ ।" ( ভাঃ ১১/২/ ২৯)—"জীবশিংনা মীংকূপ অমত্তদা মাঙগদবা অমসুং ফংঙমত্রবা মীওইবগী হক্‌চাং অসিবু ফংই। মরম্‌দি মসি মোক্ষগী সাধন ওই।" মরম্ অসিদগী শ্রীভগবান্ন অতোপ্প মফম অমদসু অস্নমনা হায়রি —

এষা বুদ্ধিমতাং বুদ্ধির্মনীষা চ মনীষিণাম্ ।
যৎ সত্যমনৃতে নেহ মর্ত্ত্যেনাপ্নোতি মাঽমৃতম্ ॥
(ভাঃ ১১/২৯/২২)

"সংসারসিদা অসত্য, মিথ্যা ওইবা অমসুং মাওগদবা মীওই-বগী হকচাং অসিনা মরম্ ওইদুনা সত্য অমসুং অমর ওইবা পরমাত্মা কৃষ্ণ ঐবু ফংবা ঙমবসি লৌশিং শিংবা মীশিংগী লৌশিংনি অমসুং অফ-ফত্ত খাখল্ খল্ল মীশিংগী অকুপ্প খাখল্নি।" মরম্দি ঈবুংঙো মাবু ফংঙ্রিবা মতম অদুপ কী মথৈ অখাবগী মশক্ ওইবা হকচাং অসিবু শেংযদনা ফংদুনা লৈগদবনি। মফম অসিদা শ্রীভগবান্ন হকচাং অসিবু অখাবগী মশক্মক্ নত্তবসু অখাবগী মশকনি হায়বগী মরম্দি অখাবা ফংনবা মফম ওইবদগী হায়বনি— "ভোগায়তনং শরীরম্" "পাপ-পুণ্যগী মহয় ওইবা অবা-নুংঙাই ফফম মফমবু হকচাং কৌই।" অদুগা "লোক" হায়বা খাহম্ন অসিগী অর্থসু হকচাংনি। "লোক্যতে ভুজ্যতে অনেন কর্ম্মফলম্ ইতি লোকম্ শরীরম্" "মদুনা মরম (মফম) ওইদুনা কর্ম্মগী মহয ফংলিংবা অদুবু লোক (হকচাং) কৌই।" অসিগুমবা মীওইবগী হকচাং অসিবু ফংলগা অরেম্বদা মাঙহনগনু, মতম খরদং হিদুনা লৈবিগুসিদা কম্ন হোংনদুনা ভজন তৌরগা শ্রীভগবানবু ফংবা ঙমউ হায়না ঈবুংঙো মহাক্ন তাক্পিরিবনি ॥ ৩৩ ॥

তৌজিক ভজনদুবু করমনা তৌগদগে হায়বদু অসুমনা তাক্পিরি—

মন্মনা ভব মদ্ভক্তো মদ্‌যাজী মাং নমস্কুরু।
মামেবৈষ্যসি যুক্তৈবমাত্মানং মৎপরায়ণঃ॥ ৩৪॥

ইতি শ্রীমদ্ভগবদ্গীতাসূপনিষৎসু ব্রহ্মবিদ্যায়াং যোগশাস্ত্রে
শ্রীকৃষ্ণার্জ্জুনসংবাদে রাজবিদ্যারাজগুহ্য
যোগো-নাম নবমোঽধ্যায়ঃ ॥ ৯ ॥

**অন্বয়ব্যাখ্যা :** - মন্মনাঃ=সাক্ষাৎ পরমেশ্বর কৃষ্ণ ঐগোন্দ পুক্লীং থিংজিনবা, মদ্ভক্তঃ=কৃষ্ণ ঐগী ভক্তি তৌবা, মদ্যাজী= নিষ্কাম কর্ম্মশিংনা কৃষ্ণ ঐগী সেবা তৌবা, ভব=নহাক্ ওইয়ু, অতুগা- মাং নমস্কুরু=কৃষ্ণ ঐবু খুবমজো, এবং=মতৌ অসুমনা, আত্মানং যুক্ত্বা=মনবু (পুক্লীংবু) ঐগোন্দ থিংজিনদুনা, মৎ পরায়ণঃ= কৃষ্ণ ঐমক্তবু অথোইবা য়েনফমনি (ফংফম ওইবনি) লেপ্লগা নহাক্, মাং এব=কৃষ্ণ ঐমক্তবু, এষ্যসি=ফংগনি ॥ ৩৪ ॥

**অপূম্ব অর্থ :** কৃষ্ণ ঐগোন্দ পুক্লীং থমবা, কৃষ্ণ ঐগী ভক্তি তৌবা, অতুগা নিষ্কাম কর্ম্মশিংনা কৃষ্ণ এগী সেবা তৌবা নহাক্ ওইয়ু অমসুং কৃষ্ণ এবু খুবমজদুনা লৈয়ু। মতৌ অসুমনা পুক্লীংবু কৃষ্ণ ঐগোন্দ থিংজিনদুনা কৃষ্ণ ঐমক্তবু অথোইবা য়েনফমনি লেপ্লগা নহাক্ কৃষ্ণ এমক্তবু ফংগনি ॥ ৩৮ ॥

মতৌ অসুমনা শ্রীভগবান্ন শকপা উপনিষংশিংদা ব্রহ্মবিদ্যাগী মশক্ ওইবা যোগশাস্ত্রগী মনুংদা অর্জ্জুন অমসুং শ্রীকৃষ্ণগী রাহ পাউথুম ওইনা

ওাণ্ডনবদা রাজবিদ্যা রাজগুহ্য যোগ কৌবা মাপনগুবা অধ্যায়গী

স্বামী যোগেন্দ্রানন্দ গিরিনা ইবা অথূপ্প রাগা

লোয়নবা অন্বয়ব্যাখ্যা লোইরে ॥৯॥

—ওঁ—



# শ্রীমদ্ভগবদ্ গীতা

## তরাশুবা অধ্যায়

## (দশমোঽধ্যায়)

তরাশুবা অধ্যায় অসিগী মমিং **"বিভূতিযোগ"** নি। অধ্যায় অসিদা খরা হনথবা অতুগা মোক্ষদি ফংনীংবা উপাসকশিংগী উপাসনা অমস্তুং উপাসনাগী মহয়বু তাক্কনি অতুগা শ্রী ভগবান্ মশামক্কী বিভূতিশিংবুস্তু (মতীক্ মগুণশিংবুস্ত) হায়গনি। মতুদা শ্রীভগবান্ন অর্জ্জুনগী পূক্নীংবু থৌঃগত্তুনা অহাম্বদা অস্তুমনা হায়বি --

### শ্রীভগবানুবাচ

**ভুয় এব মহাবাহো শৃণু মে পরমং বচঃ।**

**যত্তেঽহং প্রীয়মাণায় বক্ষ্যামি হিতকাম্যয়া॥ ১॥**

**অন্বয়ব্যাখ্যা** :—শ্রীভগবান্ উবাচ = শ্রীভগবান্ন হায়বিখি, মহাবাহো — পামবোম চাউবা হে অর্জ্জুন! ভুয়ঃ এব = অমুক্স্তু হননা, মে = কৃষ্ণ ঐগী, পরমং বচ = অথোইবা ৱাসিবু, শৃণু = পূক্নীং চঙনা, তাও, প্রীয়মাণায় = কৃষ্ণ ঐগী পাউতাক্ তাবদগী পেল্লবা, তে = নহাক্কীদমক্, হিতকাম্যয়া — য়াইফবা ফংহননীংবা মরম্, অহং = কৃষ্ণ ঐনা, যৎ = মতুবু, বক্ষ্যামি = হায়গে॥ ১॥

**অপূম্ব অর্থ** :— শ্রীভগবান্ন হায়বিখি—পামবোম চাউরবা হে অর্জ্জুন! কৃষ্ণ ঐগী অথোইবা ৱাসিবু অমুক্স্তু হননা তাও,

মসিবু ঐগী পাওতাক্ তাবদগী পেল্লবা নহাক্কীদমক্ য়াইফবা ফং-হননীংবা মরম্ম কৃষ্ণ ঐনা হায়গে ॥ ১ ॥

করি মবম্গীদমক্ নঙোন্দগী ঙমুক্ হননা ব্রা তাগনি? য়াই-ফনবা ব্রাশিংবুদি ব্যাস-নচিংদগী তাবা য়াই; অস্সুমনা চিংনর-বদা শ্রীভগবান্গী অথূপ্প ব্রাবু কনা অমত্ত খঙদে হায়বসিবু অস্সুমনা তাক্লি—

**ন মে বিদুঃ সুরগণাঃ প্রভবং ন মহর্ষয়ঃ।**

**অহমাদির্হি দেবানাং মহর্ষীণাং চ সর্ব্বশঃ ॥ ২ ॥**

**অন্বরব্যাখ্যা :—** সুরগণাঃ=ইন্দ্র-নচিংবা লাইশিংনা মে সাক্ষাৎ পরমেশ্বর কৃষ্ণ ঐগী, প্রভবং—তৌবা ঙমবা ঈতীক্ ঈগুণবু নত্রগা পোকপগম ফো দোক্পবু, ন বিদুঃ—করিমত্ত খঙদে, ন মহর্ষয়ঃ—মতৌ অদুমনা ভৃগু নচিংবা মহর্ষিশিংনসু খঙদে, হি—মসিগী মরম্দি—দেবানাং—ইন্দ্র নচিংবা দেবতাশিংগী, চ=অমস্সুং, মহর্ষিণাং =ভৃগু-নচিংবা মহর্ষিশিংগী, সর্ব্বশঃ=হীবম্ খূদিংমক্ত, অহং= কৃষ্ণ ঐসি, আদিঃ=হৌবকফম ওইদুনা মকোক্লি ॥ ২ ॥

**অপূর্ব্ব অর্থঃ -** ইন্দ্র-নচিংবা লাইশিং অমস্সুং ভৃগু-নচিংবা মহর্ষিশিংনা পরমেশ্বর কৃষ্ণ ঐগী ঈতীক্ ঈগুণ নত্রগা পোক্পগুম ফোংদোক্লিবা অসিবু করিমত্ত খঙদে। মবম্দি দেবতাশিং অমস্সুং মহর্ষিশিংগী হীবম খূদিংমক্ত কৃষ্ণ ঐসি হৌঃরকফম ওইদুনা মকোক্লি হায়বদি কৃষ্ণ ঐঙোন্দগী পোক্থিবা ঙাক্তনি ॥ ২ ॥

## অথূপ্প ব্রা

শ্লোক অসিদা লাকইবা "প্রভব" হায়বা ব্রাহয় অসিগী অর্থ

অনীনি। অহাম্ব অর্থদি — শ্রীভগবান্গী লয়শেম্ব-নচিংবা (স্থষ্টি-নচিংবা) তৌবা ঙমবা মতীক্ মগুণ, অতুগা অনীশুবা অর্থনা — শ্রীভগবান্ পোক্পা নাইত্রবম্ব পোক্পগী মতৌশুমনা ওইবা অসিনি। শ্রীভগবান্দ ওইরিবা অর্থ অনীসিবু ইন্দ্র নচিংবা দেবতা অমস্থুং ব্যাস, ভৃগু নচিংবা মহর্ষিশিং কনা অমত্তনা খঙবা ঙমদে। মরম্দি মখোয় পূম্নমক্ অসিগী মকোক্ ওইবা মরম্ (কারণ) ওইনা অহাম্বদা শ্রীভগবান্ মতোম্তা লৈরমঈ। লাইশিং অমস্থুং মহর্ষি-শিংদি ঈবুংঙো মানা কোননা মতুংদা শেম্ব ঙাক্তনি। মতুংদা ওই-বনা অহাম্বদা লৈরমবগী অশেংবা তত্ত্ব খঙবা হৌনদে হায়বসি লেঙদবা নিয়ম্নি। মরম্ অসিনা শ্রুতি-নস্থ অস্থমনা হায়রি — "ন জানন্তি সুরা সর্ব্বে সর্ব্ব কারণকারণম্" (পঃ ব্রঃ উ ১৯) — "লাই পূম্নমক্ মরম্ পূম্নমক্কীস্থ মরম্ ওইবা পরব্রহ্মগী তত্ত্ব খঙদে।" দেবতা-নচিংবা পূম্নমক্ ঈবুংঙো মঙোন্দগী পোক্পা ঙাক্তনি হায়-বসিবুস্থ অস্থমনা হায়রি — "তস্মাচ্চ দেবা বহুধা সম্প্রসূতাঃ" (মুঃ উঃ ২/১/৩) — পরমাত্মাতত্ত্ব অতুদগী লাই পূম্নমক্ পোক্খি।" "যস্মিন্ যুক্তা ব্রহ্মর্ষয়ো দেবতাশ্চ" (শ্বেতঃ উঃ ৪/৫) — "পরমাত্মতত্ত্ব অতুদা ব্রহ্মর্ষিশিং অমস্থুং লাইশিং চঙজতুনা লৈবা ঙাক্তনি" ॥২॥

ঈবুংঙো নহাক্কী তৌবা ঙমবা নতীক্ নগুণ-নচিংবা অসিবু নশামক্ত তাক্তুনা খঙলগা করি কান্নগদগে হায়বতুবু অস্থমনা তাক্লি—

**যো মামজমনাদিং চ বেত্তি লোকমহেশ্বরম্॥**
**অসংমূঢ়ঃ স মর্ত্ত্যেষু সর্ব্বপাপৈঃ প্রমুচ্যতে॥ ৩॥**

**অন্বয়ব্যাখ্যা ঃ**— যঃ—মী অহুনা, লোকমহেশ্বরং = লোক পূন্নমক্কী খ্বাযদগী চাউবা মপু ওইনা লৈবা, মাং—সাক্ষাৎ পরমেশ্বর কৃষ্ণ ঐবু, অনাদিং—কৃষ্ণ এগী পোক্নবা অতোপ্প কারণ ( মবম্ ) অমা লৈতে চ—অমস্তুং, অজং= পোক্পা নাইদবনি, বেত্তি— অস্তুমনা খঙই, স - অহুগুমবা মহাক্ অহু, মর্ত্ত্যেষু—মী ওইবশিংগী মন্নুংদা, অসংমূঢ়ঃ—তৌফম খঙদনা লৈবা থাদোক্পদগী চিংনবা পূন্নমক্ মাঙথিন্নুনা, সর্ব্বপাপৈঃ=পাপ পূন্নমক্তগী প্রমুচ্যতে—না- ন্থোক্‌ঈ ॥ ৩ ॥

**অপূন্ন অর্থ ঃ** — মী অহুনা, লোক পূন্নমক্কী খ্বায়দগী চাউনা মপু ওইবা কৃষ্ণ ঐবু, ঐগী পোক্নবা অতোপ্প কাবণ অমা লৈতে অনস্তুং পোক্পা নাইদবনি হায়না খঙই। অহুগুমবা মহাক্ অহু মীশিংগী মন্নুংদা তৌফম খঙদনা লৈবা থাদোক্পদগী চিংনবা লৈ- তহুনা পাপ পূন্নমক্তগী পূন্নকোক্ কোক্‌ই ॥ ৩ ॥

## অথ্‌প্প ৱা

ঈবুংঙো মহাক্ খ্বাযদগী ঈহৈন হেননা চাউবা মপুনি হায়- বসিগী মবম্‌দা শ্রুতিনা অস্তুমনা হাযবি **"তমীশ্বরাণাং পরমং মহেশ্বরং"** (শ্বেতঃ উঃ ৬/৬) "মপু ওইবা মীশিংগী মন্নু'দা খ্বায়- দগী হেননা চাউবা মপু ওইনা লৈবা পরমাত্মা অহুবু ঐখোয়না খঙই।"

মহাক্‌পু পোক্নবা কারণ অমত্ত লৈতে হায়বসিবুস্তু অস্তুমনা হায়- রি **"ন চাহস্য কশ্চিজ্জনিতা নাহধিপঃ"** (শ্বেতঃ উঃ৬/৯)—

"মহাক্পু পোক্পা কনা অমত্ত লৈতে অত্নুগা মাগী মপুস্থ কনামত্ত লৈতে" ॥ ৩ ॥

শ্রীভগবান্ন মথক্কী শ্লোকতা মহাক্ লোক পূন্নমক্কী অথোইবা মপুনি হায়খিবহুবু হৌজিক্ শনদোক্ল শ্লোক অনীন অস্নুমনা তাক্লি—

বুদ্ধির্জ্ঞানমসংমোহঃ ক্ষমা সত্যং দমঃ শমঃ।
সুখং দুঃখং ভবোঽভাবো ভয়ং চাঽভয়মেব চ ॥ ৪ ॥
অহিংসা সমতা তুষ্টি স্তপো দানং যশোঽযশঃ।
ভবন্তি ভাবা ভূতানাং মত্ত এব পৃথগ্বিধাঃ ॥ ৫ ॥

অন্বয়ব্যাখ্যা :— বুদ্ধিঃ— কবিগুমবা পোং অমবু তশেংনা অবেপ্প ওইনা খঙবা, জ্ঞানং আত্মা অমস্তুং আত্মা নত্তবা পোং-শিংবু খঙবা, অসং মোহঃ = খঙগদবা অমস্তুং তৌগদবা থবক্ লাক-লবদা পূক্নীং লাওতক্লদনা মতু পাওথোক্লবা হোংনবা, ক্ষমা— অতোপ্প মীনা ফত্তবা অমস্তুং অবানবা তৌববস্থ ওাক্পিদুনা লৈবা, সত্যং— অচুমবা ৱা ঙাঙবা, দমঃ = মপানথোংগী মীংনচিংবা ইন্দ্রি-শিংবু মখোয়না লৌঃগদবা পোং (বিষয়) শিংদগী লাক্শিনদুনা থমবা, শমঃ= মনবু (পূক্নীবু) বিষয়শিংদা চঙহন্দনা থমবা, সুখং —নুংঙাইবা, দুঃখং — অৱাবা, ভবঃ— পোক্পা নত্রগা লৈবা, অভাবঃ =ৱাংপা নত্রগা লৈতবা, চ— অত্নুগা, ভয়ং=অকিবা, চ— অমস্তুং অভয়ং এব=কিদবমক্ ॥ ৪ ॥ অহিংসা— কনাগুমবা জীব অমত্তবু অৱা—অনা পীদবা, সমতা— অৱা-নুংঙাইবদা মনগী লেঙদনা অমত্ত ওইবা ফীবম, তুষ্টিঃ=পেন্ন, তপঃ=হক্চাং অমস্তুং ইন্দ্রিয়-নচিংবদু

লাক্‌শিনহনা শাস্ত্রনা তাক্‌পা মতুং ইননা চবা হেনব নচিংবা তৌবা, দানং– করিগুমবা পোৎ অমগী মপু ওইবা থাদোক্লুনা অতোপ্পু কনাগুমবা অমবু মপু ওইহনবা, যশঃ =অফবা থবক্ তৌবদগী ফংবা অফবা মিংচং অসি-নচিংবা, ভূতানাং= অচৎ চত্ত জীব পুন্নমক্কী, পৃথগ্‌বিধা ভাবাঃ=মথল্ মখা অয়ামবা থবক্‌শিংসি মত্তঃ এব= পুন্নমক্কী মশক্ ওইবা কৃষ্ণ ঐঙোন্দগীমক্. ভবন্তি=ওইবিবনি ॥৫॥

**অপূর্ব অর্থঃ**– কবিগুমবা পোং অমবু অবেপ্পা ওইনা খঙবা, আত্মা অমসুং আত্মা নত্তবশিবু তোঙান তোঙান খঙবা, পুক্নীং লাংতক্লদনা লাকইবা থবক্‌পু পাঙথোক্লবা হোংনবা, অতোপ্প-গী অরানববু ভাক্‌পিবা, অচুমবা বা ঙাঙবা, ইন্দ্রিয় খুত্থুম চনবা, মন (পুক্নীং) লাক্‌শিনবা, নুঙাইবা, অৱাবা, লৈবা, কিবা, কি-দবা, জীবশিংবু অৱা-অনা পীদবা অৱা-নুংঙাইবদা পুক্নীং লেঙদনা অমত্ত ওইনা লৈবা, পুক্নীং পেন্থ, তপ তৌবা. দান তৌবা, অফবা মিংচং ফংবা অসি-নচিংবা জীব পুন্নলক্কী মথল মখা অয়ামবা থবক্‌শিংসি কৃষ্ণ ঐঙোনমক্তদগী ওইবা ঙাক্তনি ॥ ৪-৫ ॥

## অথুপ্প রা।

মথক্কী শ্লোক অনীসিদা শ্রীভগবান্ন অস্মুন্ন ভাক্‌খ্রে – মহুদি জীব খুদিংমক্ত ফোংদোক্ল লৈরিবা বুদ্ধি-নচিংবা পুন্নমক্‌সি ঈবুংঙো মঙোন্দগী পোক্‌খিনা ঙাক্তনি. মঙোন্দগী অতোপ্প নত্তে। মরম্ অসিনা মী অহুনা বুদ্ধি-নচিংবা হায়রিবশিংসিবু মাগীনি খন্দুনা মহুগী মতুংইননা থবক্ তৌরবদি মহাক্ সংসারদা পুন্দুনা লৈ হায়বদি

পোক্ল-শিরা তৌহুনা লৈ। অদুগা ভক্ত ওইবা মীনা বুদ্ধি নচিংবা মখোয়শিংসিবু ঈবুংঙো মঙোন্দগী ওইবকপা মবম্না ঈবুংঙো মাগী মতীক্ মগুণমক্কি (বিভূতিমক্কি) মঙোন্দগী অতোপ্প নত্তে খঙহুনা উপাসনা তৌরবদি হায়ৰিবা পুম্নমক্সি সাধন (উপায়) ওইবা মবম্-দগী মহাক্ল মোক্ষ ফংবা ঙমঈ। মরম্ অসিনা বুদ্ধি-নচিংবা পুম্ন-মক্সিদা ঐগীনি হায়বা ৱাখল্ থাদোক্লগা মসি পুম্নমক্সি শ্রীভগবান্গী বিভূতি (মতীক্ মগুণ) ঙাক্তনি লেপ্তুনা ঈবুংঙো মাগী ভজন তৌ-গদবনি ॥৪-৫॥

হক্চাং মনুংগী বুদ্ধি-নচিংবা অসিদা নত্তনা মপান থোংদা উৎবিবা পুম্নমক্ অসিস্তু ঈবুংঙো মঙোন্দগী ওইরকপা ঙাক্তনি হায়-বসিবু অস্তুমনা তাক্লি—

**মহর্ষয়ঃ সপ্ত পূর্ব্বে চত্বারো মনবস্তথা।**
**মদ্ভাবা মানসা জাতা যেষাং লোক ইমাঃ প্রজাঃ ॥৬॥**

**অন্বয়ব্যাখ্যাঃ** - সপ্ত মহর্ষযঃ—ভৃগু, মরীচি, অত্রি, পুলস্ত্য, পুলহ, ক্রতু অমস্তুং বশিষ্ঠ—মহর্ষি তরেৎ পূর্ব্বে চত্বার = মখোয়-শিংসিগী মমাঙদা হৌখিবা—সনৎকুমার, সনাতন, সনক অমস্তুং সনন্দ মখোয় মরি, তথা = মতৌ অদুমনা, মনবঃ=স্বায়ম্ভু, স্বারো-চিষ, উত্তম, তামস, রৈবত, চাক্ষুষ, বৈবস্বত, সাবর্নি, দক্ষসাবর্নি, ব্রহ্মসাবর্নি, ধর্ম্মসাবর্নি, রুদ্রসাবর্নিঃ দেবসাবর্নি অমস্তুং ইন্দ্র-সাবর্নি কৌবা মনু তরামরি, মদ্ভাবাঃ—কৃষ্ণ ঐগী বিভূতি (তৌবা ঙমবা ঈতীক্ ঈগুণ) ওইনা মখোয় পুম্নমক্সি, মানসা জাতাঃ=

কৃষ্ণ ঐনা নীংবমক্তদা পোক্‌খিবনি, যেষাং—হায়রিবা মখোয়শিংগী, লোকে—লোক অসিদা, ইমাঃ প্রজাঃ—উরিবা পুন্নমক্‌সি মচা-মশূ ওাক্তনি ॥ ৬ ॥

**অপূন্ব অর্থ :—** ভৃগু নচিংবা মহর্ষি তরেৎ, মখোয়গী মমাঙদা হৌংখিবা সনৎকুমার-নচিংবা মরি মতৌ অম্মমনা স্বায়ম্ভুব-নচিংবা মনু তরামবি মখোয় পুন্নমক্ অসি কৃষ্ণ ঐগী তৌবা ঙমবা মতীক্ মগুণ ওইনা কৃষ্ণ ঐনা নীংবমক্তদা পোক্‌খিবনি। ঐখোয়না হৌজিক্ পৃথিবীদা উরিবা পুন্নমক্‌সি হায়বিবা মখোয়শিংসিগী মচা-মশূ ওাক্তনি।

## অথূপ্প রা

মতৌ অম্মমনা হকৃচাং মনুংগী বুদ্ধি-নচিংবা পুন্নমক্ অতুগা মপানগী লেঙলি-পাল্লিবা তাইবঙ পুন্নমক্ অসি শ্রীভগবান্‌গী মতীক্ মগুণ ওাক্তনি, অশেংবদা ভগবান্দগী অতোপ্প কবিগুমবা অমত্ত লৈতে। ঈবুঙো মাগী তৌবা ঙমবা মতীক্ মগুণনা মরম্ ওই-হুনা মযাম ওইনা উবনি—অম্মমনা পূব্বীংদা লেপ্তূনা উবিবা অমম্মুং খঙলিবা পুন্নমক্‌সিদা ঈবুংঙো মাগী রূপ (মওঙ) যেংহুনা উপাসকনা উপাসনা তৌগদবনি হায়বসি মনুংগী অথূপ্প রানি ॥ ৬ ॥

উবি-খঙলিবা পুন্নমক্‌সিবু শ্রীভগবান্‌গী রূপনি অমম্মুং ঈবুংঙো মাগী তৌবা ঙমবা মতীক্ মগুণনি হায়না খঙহুনা উপাসনা তৌ-রিবা অতুগী করি মহৄয় ওইগদগে হায়বদু হৌজিক্ অম্মমনা তাক্লি—

এতাং বিভূতিং যোগঞ্চ মম যো বেত্তি তত্ত্বতঃ।
সোঽবিকম্পেন যোগেন যুজ্যতে নাত্র সংশয়ঃ ॥৭॥

**অন্বয়ব্যাখ্যা :-** যঃ=মী অত্থুনা হাযবদি উপাসক অত্থুনা, মম=কৃষ্ণ ঐগী, এতাং=মবিশুবা শ্লোকতগী তক্কশুবা ফাওবদা হায়খিবা বুদ্ধি-নচিংবা অমস্থুং ভৃগু-নচিংবা পুম্নমক্সিগী মশক্ ওইনা কোংত্থুনা লৈবা মতীক্ মগুণ, চ=অমস্থুং, যোগঃ= মখোয়বু শেম্নবা তৌবা ঙমবা শক্তিসিবু, তত্ত্বতঃ=অচুমবা ওইনা তশেং তশেংনা বেত্তি=খঙই, সঃ=অত্থুগুমবা মহাক্ অত্থু, অবিকম্পেন=লেঙদবা যোগেন=সমাধি যোগগী মশক্ ওইবা জ্ঞাননা, যুজ্যতে=তিনত্থুনা লৈ, অত্র=মসিদা, ন সংশয়=কবিমত্ত চিংনবা লৈতে ॥ ৭ ॥

**অপুম্ব অর্থ :-** মথক্তা হাযখ্রিবা বুদ্ধি-নচিংবা মতীক্-মগুণ অমস্থুং মখোয়বু শেম্নবা কৃষ্ণ ঐগী তৌবা ঙমবা শক্তিসিবু তশেং তশেংনা খঙলবা মী অত্থু লেঙদবা সমাধিযোগগী মশক্ ওইবা জ্ঞাননা তিনত্থুনা লৈ, মসিদা কবিমত্ত চিংনফম লৈতে ॥ ৭ ॥

## অথুপ্প ৱা

হক্চাংগী মত্থুংচননা লৈরিবা বুদ্ধি-নচিংবা অমস্থুং হক্চাংগী মপানথোংদা উরিবা লেঙলি পাললিবা তাইবঙ পুম্নমক্সি শ্রীভগবান্গী তৌবা ঙমবা মায়াগী মশক্ ওইবা শক্তি ঙাক্তনি, মত্থুদগী অতোপ্প অমা নত্তে, স্বপ্ন ভগবান্দ মায়া শক্তিত্থুনা উহনবা ঙাক্তনি। অসিগুমবা জ্ঞানসিবু শ্লোক অসিদা "লেঙদনা লৈবা সমাধিগী মশক্ ওইবা জ্ঞাননি" হায়না তাক্লি। উপাসক অত্থুনা উপাসনা তৌনা তৌনা জ্ঞান অসিবু ফংবা ঙমলবদি মহাক্ শ্রীভগবান্দ তিনত্থুনা লৈবসি শোয়দবনি। মরম্দি মতম অত্থুদা মাগী মীৎয়েংদা

ব্রহ্ম নত্তনা অতোপ্প পোং অমত্ত উদে। য়েংউ য়েংউবা পোত্ত উপাদান ওইবা (শা-নবা পোংচাক্) ব্রহ্মমক্তবু উই। মসিবু শ্রুতিনা অস্নুমনা হায়রি—

**উপাদানং প্রপঞ্চস্য ব্রহ্মণোহন্যন্ন বিদ্যতে।**
**তস্মাৎ সর্ব্বপ্রপঞ্চোহয়ং ব্রহ্মৈবাস্তি ন চেতরৎ॥**
(যোঃ শিঃ উঃ ৭/১৯)

"শনদোক্তনা লৈবিবা তাইবঙসিগী উপাদানকারণ (শা-নবা মচাক্) ব্রহ্মদগী অতোপ্প অমা নত্তে। মরম্ অসিনা তাইবঙ পূম্ন-মক্সি ব্রহ্মমক্লি অতোপ্প অমা নত্তে।"

মসিগী খূদম ওইনা হায়ববদি— চফ্গী মচাক্ ওইবা মরম্ লৈবাক্লি, মরম্ অসিনা লৈবাক্কগী অতোপ্প চফ্ কৌবা অমা লৈতে; মতৌ অদুমনা মফমসিদস্ু খঙগদবনি। মসিবু ভগবান্ন অহাব্বদসু অস্নুমনা হাযখ্রে—"মত্তঃ পরতরং নান্যৎ কিঞ্চিদস্তি"— "ঐঙোন্দগী থোইনা হেনবা অতোপ্প পোং অমত্ত লৈতে।" "বাস্নুদেবঃ সর্ব্ব-মিতি" (গীঃ ৭/১৯)— "পূম্নমক্সি বাস্নুদেব ভগবান্মক্লি" ॥ ৭ ॥

করম্ব মওঙগী মতীক্ মগুণ অমস্নুং সমাধিগী মশক্ ওইবা জ্ঞাননা মবম্ ওইহনা লেঙদবা জ্ঞান ফংবগে হায়বদু হৌজিক শ্লোক মরিনা তাক্লি—

**অহং সর্ব্বস্য প্রভবো মত্তঃ সর্ব্বং প্রবর্ত্ততে।**
**ইতি মত্বা ভজন্তে মাং বুধা ভাবসমন্বিতাঃ॥ ৮॥**

**অন্বয়ব্যাখ্যা :—** অহং সাক্ষাৎ পরব্রহ্মগী মশক্ ওইরবা কৃষ্ণ ঐ, সর্ব্বস্য=অচৎ-চত্ত তাইবঙ পূম্বসিগী, প্রভবঃ=(শা-নবা) মচাক্ অমস্নুং শাবিবা মীশক্ ওইনা হৌরকফমনি, মত্তঃ=

পরমেশ্বর কৃষ্ণ ঐঙোন্দগী (কৃষ্ণ ঐনা মরম্ ওইদুনা), সর্ব্বং প্রবর্ত্ততে =পূম্নমক্সি মশা মশাগী মর্য্যাদা কায়দনা চত্তুনা লৈরিবনি, ইতি মত্বা=অস্মুমনা খল্লগা (লেপ্লগা), বুধাঃ=লৌশিং তাবা মীশিংনা, ভাবসমন্বিতাঃ= পরমার্থ তত্ত্ব লৌঃবগী মশক্ ওইবা ভাবনাগা (প্রেমগা) লোয়ননা, মাং=পরব্রহ্মগী মশক্ ওইবা কৃষ্ণ ঐবু, ভজন্তে=ভজন তৌই (নীংঈ) ॥ ৮ ॥

**অপূম্ব অর্থঃ** পরব্রহ্ম কৃষ্ণ ঐ আচং-চত্ত তাইবঙপূম্বসিগী হৌরক্ফম ওইবা মরম্নি অদুগা কৃষ্ণ ঐঙোন্দগী পূম্নমক্সি মশা মশাগী মর্য্যাদা কায়দনা চংলিবনি - অস্মুমনা লেপ্লগা লৌশিং তাবা মীশিংনা পরমার্থ তত্ত্ব লৌঃবগী মশক্ ওইবা ভবনাগা লোয়ননা পরমেশ্বর ঐবু ভজন তৌই (নীংঈ)॥

## অথূপ্প ৱা

মসিদা হায়রিবা ৱা অসিবু মথক্তস্মু অস্মুমনা হায়খ্রে "**অহং কৃৎস্নস্য জগতঃ প্রভবঃ প্রলয়স্তথা।**" (গীঃ ৭/৬)— "কৃষ্ণ ঐ অসি জগৎকী হৌরক্ফমনি অদুগা মতৌ অদুমনা প্রলয় (লয়্মাঙবা) মতমদা চঙজফমনি।" মতৌ অদুমনা শ্রুতিশিংনস্মু অস্মুমনা হায়রি— "**ময়্যেব সকলং জাতং ময়ি সর্ব্বং প্রতিষ্ঠিতম্**" (কৈঃ উঃ ১/১৯)—ঐঙোনমক্তদা তাইবঙ পূম্নমক্সি পোক্পনি অদুগা ঐঙোন্মক্তদা পূম্নমক্সি চঙজদুনা লৈরিবনি।" "**ব্রহ্মৈবেদং বিশ্বমিদং বরিষ্ঠম্**" (মুঃ উঃ ২/২/১১) - তাইবঙ পূম্বসি ব্রহ্মমক্নি, অসিগুমবা ব্রহ্মাসি খ্বায়দগী অথোইবনি।" মরম অসিনা পূম্নমক্সিবু ব্রহ্ম ভাবনা তৌদুনা ঈবুংঙো মাবু নীংগদবনি, মদুতদা

অয়ান্ থুবম ফংগদবনি। পুবাণনস্থু হায়রি - "হরিরেব জগৎ জগদেব হরিঃ" হায়বদি হবিতনা জগংসি ওইরিবনি অত্থুগা জগৎ পুম্নমক্সি হবিতনা ওইবনি ॥ ৮ ॥

পবমার্থ তত্ত্ব লৌঃবগী মশক্ ওইবা ভাবনাগা লোয়ননা জ্ঞানী ওইবা ভক্তশিংনা কবম্ন ভজন তৌই হায়বত্থুবু অস্থমনা তাক্লি —

**মচ্চিত্তা মদ্গতপ্রাণা বোধয়ন্তঃ পরস্পরম্।**
**কথয়ন্তশ্চ মাং নিত্যং তুষ্যন্তি চ রমন্তি চ ॥ ৯ ॥**

**অন্বয়ব্যাখ্যা :** – মচ্চিত্তাঃ=পবমেশ্বর ভগবান্ ঐঙোন্দ পুক্নীং থিংজিনথুনা থমলবা, মদ্গতপ্রাণাঃ=কৃষ্ণ ঐঙোন্দ মখোয়গী মথ্বায় কথোক্তুনা ঐবুতা নী থুনা লৈববা, মাং= পরব্রহ্ম কৃষ্ণ ঐমক্তুবু, পবস্পবং=লেংমান-ননা খঙ-হৈবা অমনা অমবু, বোধয়ন্তঃ =শ্রুতি, যুক্তি-নচিংবনা তাক্তুনা খঙহন্দুনা লৈবিবা, চ=অমস্থুং কথয়ন্তঃ=শিষ্য ওইবা মীশিংবু কৃষ্ণ ঐগী অথুপ্প তত্ত্ব তম্বী তাক্পিথুনা মতম লেল্লিবা জ্ঞানী ভক্তশিং অত্থু, নিত্যং=মতম পুম্নমক্তু, তুষ্যন্তি—পেন্দুনা লৈ, চ= অমস্থুং, রমন্তি=নুংঙাইবগী মশক্ ওইবা কৃষ্ণ ঐঙোন্দ প্রেম তৌথুনা য়ামনা নুংঙাইনা লৈ ॥ ৯ ॥

**অপুম্ব অর্থ :** পরমেশ্বর কৃষ্ণ ঐঙোন্দ পুক্নীং থিংজিন্দুনা থমলবা, কৃষ্ণ ঐঙোনমক্তদা, মখোয়গী মথ্বায কথোক্তুনা ঐবুদা নীংথুনা লৈরবা, অত্থুগা লেংমান-ননা খঙ-হৈবা অমনা অমবু কৃষ্ণ ঐগী মরম্দা তাক্তুনা-খঙহন্দুনা লৈরিবা অমস্থুং শিষ্য ওইবা মীশিংদা কৃষ্ণ ঐগী অথুপ্প তত্ত্বু তাক্পি-তীক্পিরিবা ভক্ত জ্ঞানীশিং অত্থুনা

মতম পূম্নমক্ত পেন্দুনা লৈ অমস্তুং মুংঙাইবগী মশক্ ওইবা কৃষ্ণ ঐঙোন্দ প্রেম তৌহ্নুনা নুংঙাইবগী ঈপাক্ত তাউহ্নুনা লৈ ॥ ৯ ॥

## অথূপ্প ৱা

শ্রীভগবান্গী অশেংবা ভক্তি তৌনিংবা মীনা ময়াম তিন-নহ্নুনা শ্রীভগবান্গী মরম্দা মখোয় মখোয়না খঙবা তত্ত্বগী ৱা পূম্নমক্ ভাক্ল-খোংনহ্নুনা মতম লেন্নবা হোৎনগদবনি, মহুদা অমগী ৱা তাবগা অতোপ্প অমা শাউব-নচিংবা তৌরোইদবনি অমস্তুং মানা হায়বা অহুতনা অচুমবনি খল্লোইদবনি। মহুমনা শাউবা অমস্তুং খন্ব থোক্লবদি মহাক্ ভক্তনি হায়বা য়াদে। পরমব্রহ্মগী অথূপ্প বিচাব তৌবদা পুক্নীং য়ামনা লৈতানা মহু খঙনবা হোৎ-নগদবনি, মতোমদা হোৎনহ্নুনা খঙগে হায়বা ৱাখল্ কদৌঙৈদস্তু তৌরোইদবনি। পবমেশ্বরগী অথূপ্প তত্ত্বসিবু খঙ—নবা হোৎনবদা অমনা অমগী মতেং শোয়দনা লোঃনগদবনি। মহুতদা তত্ত্বসিবু নীংথিনা খঙবা ঙমগনি। শ্রীভগবান্ন শ্লোকসিদা হায়রিবা ৱা অসিবু বরাহোপনিষত্তস্তু অস্তুমনা হায়রি।

মচ্চিন্তনং মৎকথনমন্যোনং মৎপ্রভাষণম্।
মদেকপরমো ভূত্বা কালং নয় মহামতে॥
(বঃ উঃ ২/৪৬)

"হে লৌশিং চাউবা ঋভু! বরাহগী (ঐগী) মশক্ ওইবা ঐবু নীংহ্নুনা, ঐগী ৱারী শাহ্নুনা, অমনা অমবু ঐগী ৱারি তাহন্দুনা অমস্তুং ঐমক্তবু খ্বায়দগী অথোইবনি লেপ্তুনা মতম লেন্ন্।"

শ্রীমদ্ভাগবত পুরাণদদি অস্মুমনা হায়রি— "পরস্পরানু-কথনং পাবনং ভগবদ্যশঃ" (১১/৩/৩০)— "শ্রীভগবান্গী মিংচৎকী মশক্ ওইবা মতৌক্ মগুণবু অমনা অমবু তাহন্দুনা লৈ-বসিনা পাপ কোক্খিহ্নুনা য়ামনা শেংনবগী মশক্নি।" মতো অস্মুমনা শ্রীভগবান্দ পুক্নীং চঙহ্নুনা লৈবসিদগী ফংবা মুংঙাইবসিদি, সং-সারগী বিষয় ভোগ তৌবনা ফংবা ঙমদে। মরম্ অসিনা ভক্ত-শিংনা শ্রীভগবান্গী মুংঙাইবগী ঈপাক্ অহুদা তাউহ্নুনা লৈ অমস্মুং অমস্মুং পেল্লী। শ্রুতিনস্মু অস্মুমনা হায়রি —"স মোদতে মোদ-নীয়ং হি লব্ধ্বা।" (মঃ উঃ ১/২/১৩)— "জ্ঞানী ওইবা ভক্ত অহুনা থোইদোক্ল মুংঙাইবগী মশক্ ওইবা তত্ত্বহুবু ফংলগা পেন্দুনা লৈ"॥ ৯॥

মথক্ত হায়রিবা মওঙ অস্মুমনা ভজন তৌরিবা ভক্ত অহুগী-দমক্ শ্রীভগবান্ন কৃপা তৌবিহ্নুনা করি পীবগে হায়বসিবু অস্মুমনা তাক্লি –

**তেষাং সততযুক্তানাং ভজতাং প্রীতিপূর্ব্বকম্।**
**দদামি বুদ্ধিযোগং তং যেন মামুপয়ান্তি তে॥ ১০॥**

**অন্বয়ব্যাখ্যা :—** সততযুক্তানাং = মতম পুম্নমক্ত কৃষ্ণ এগী ঈকমদা পুক্নীং থিংজিনহ্নুনা লেরিবা, মরম্ অসিনা— প্রীতিপূর্ব্ব-কম্ = য়ামনা পেম্ব অমস্মুং মুংশিবগা লোয়ননা, ভজতাং = ভজন (সেবা) তৌহ্নুনা লৈরিবা, তেষাং = অহুগুমবা ভক্ত অহুগীদমক্, তংবুদ্ধিযোগং = শ্রীভগবান্গী মশক্ ওইবা জ্ঞানযোগ অহুবু, দদা-মি = কৃষ্ণ ঐনা পীবি, যেন = জ্ঞানযোগ অহুনা মরম্ ওইহ্নুনা,

তে=জ্ঞানীশিং অতুনা, মাং উপয়াস্তি=কৃষ্ণ ঐগোন্দ তিনশিন-খিবগী মশক্ ওইবা মোক্ষবু ফংই ॥ ১০ ॥

**অপুন্ব অর্থ** :- মতম পুম্নমক্ত কৃষ্ণ ঐগোন্দ পূক্নীং থিং-জিনহুনা লৈরিবা অমস্মুং য়ামনা নুংশিবগা লোয়ননা কৃষ্ণ ঐগী সেবা তৌরিবা মখোয় ভক্তশিং অতুগীদমক্ তত্ত্ব জ্ঞানগী মশক্ ওইবা জ্ঞানযোগ অতুবু কৃষ্ণ ঐনা পীবি, মতুনা মরম্ ওইহুনা মখোয়না (জ্ঞানী ভক্তশিং অদুনা) কৃষ্ণ ঐবু ফংই ॥ ১০ ॥

শ্রীভগবান্দ পূক্নীং লেপ্তুনা নীংলিবা ভক্তশিংগী মফমদা পীবি-রিবা জ্ঞানযোগ অমস্মুং মতুদগী ফংগদবা ভগবান্গী মশক্ ওইবা মোক্ষ, অনীসিগী মরক্ত ওইগদবা থোংদোক্পু শ্রীভগবান্ন অস্মুমনা তাক্লি -

তেষামেবানুকম্পার্থ মহমজ্ঞানজং তমঃ।
নাশয়াম্যাত্ম ভাবস্থো জ্ঞানদীপেন ভাস্বতা ॥ ১১ ॥

**অন্বয়ব্যাখ্যা** :- তেষাং=সাক্ষাৎ পরমেশ্বর ঈবুংঙো মাগী মফমদা পূক্নীং লেপ্তুনা লৈরিবা ভক্ত মখোয়শিংতুগী, অনুকম্পার্থং এব - ঈবুংঙো মাগী মশক্ ওইবা মোক্ষ করম্ম ফংগদবগে হায়ব-সিগী মরম্দা কৃপা (থৌজাল) তৌবিগে হায়বগীদমক্, অহং=সাক্ষাৎ পরব্রহ্ম কৃষ্ণ ঐনা, আত্মভাবস্থঃ=ঐবু নীংতুনা লৈবদগী ঐগী ঈওজ্ঞবু লৌংহুনা লৈরিবা ভক্তশিং অতুগী অন্তঃকরণশিংগী মনুংদা ফোং-দোক্না লৈবগা, ভাস্বতা জ্ঞানদীপেন= ভানথোক্নুনা লৈরিবা জ্ঞানগী মশক্ ওইবা থাউমৈনা, অজ্ঞানজং তমঃ=ঈবুংঙো মাগী

মশক্ ওইবা মশামক্কী আত্মাবু খণ্ডদবগী মশক্ ওইবা অজ্ঞানদগী পোক্পা সংসারগী মশক্ অমম্বসিবু, নাশয়ামি—মাগুহল্লী ॥ ১১ ॥

**অপূম্ব অর্থঃ** — ঈবুংঙো মাগী মকমদা পূক্নীং লেপ্তুনা লৈরিবা ভক্তশিং অতুবু থৌজানবিগে হায়বগীদমক্ পরব্রহ্ম কৃষ্ণ ঐনা, ঐবু নীংতুনা লৈবা মরম্দগী ঐগী ঈগুণ লৌঃতুনা লৈরিবা মখোয়গী পূক্নীংগী মনুংদা ফোংদোক্তুনা লৈরগা ঙানথোক্তুনা লৈরিবা জ্ঞানগী মশক্ ওইবা থাউমৈ অতুনা মরম্ ওইতুনা মশামক্পু খণ্ডদবগী মশক্ ওইবা অজ্ঞানদগী পোক্পা সংসারগী মশক্ ওইবা অমম্ববু মাগুহল্লী ॥ ১১ ॥

## অথ্ প্রশ্ন

তরাগুবা শ্লোকতা শ্রীভগবান্ন— মঙোন্দ পূক্নীং লেপ্তুনা মাবু নীংজতুনা লৈরিবা ভক্তশিংদা জ্ঞানযোগ পী (জ্ঞানগা লোয়ননা মরী লৈহল্লী) হায়খিবা অতুদা ভক্তশিংগা লোয়ননা মরী লৈনরিবা জ্ঞানতুনা ভক্তশিংগীদমক্ করি ভৌবগে হায়বতু শ্লোকসিদা ভগবান্ন ঙাক্ই। হায়রিবা জ্ঞান অসিদি সাক্ষাৎকার (শংশঙনা) ওইবা জ্ঞাননি। সাধক ওইবা ভক্তশিংনা মখোয়গী পূক্নীংদা শ্রীভগবান্বু শংশঙনা উদ্তুনা খঙঈ। মতৌ অতুমনা খণ্ডবগী মশক্ ওইবা জ্ঞান অতুদগী অহানবদা খণ্ডবগী মশক্ ওইনা লৈরমবা অজ্ঞান মাঙখি। অজ্ঞান অতুদি অহৌবা লৈতবা মতমদগী হৌতুনা জীবগী সংসার অসিদা পোক্ল-শিরা তৌতুনা লৈনবগী মরম্নি। মরম্ মাঙখিবা মরম্দগী পোক্পা শিবা নাইবা সংসারগী মশক্ ওইবা অমম্ব অসিসু মাঙখি। মতুদগী ভক্তশিংনা অরাবগী মশক্ ওইবা

সংসারসিবু লাম্থোক্তুনা অমুক্ হননা পোকৃপা শিবা লৈতবা শ্রীভগ-বানুগী মশক্ক তিললী হায়বদি মোক্ষ ফংই। কীবম অসিদা পাপ-পুণ্য—নচিংবা অমত্ত লৈতে, স্বপ্ন মুংঙাইবগী মশক্ ওইনা লৈ। শ্রুতিনস্থু অস্মুমনা হায়রি—

**ভিদ্যতে হৃদয়গ্রন্থিশ্ছিদ্যন্তে সর্ব্বসংশয়াঃ।**
**ক্ষীয়ন্তে চাস্য কর্ম্মাণি তস্মিন্ দৃষ্টে পরাবরে॥**

(মুঃ উঃ ২/২/৮)

"পর অমস্তুং অবর ব্রহ্মগী (নিগু'ণ নিরাকার অমস্তুং সগুণ সাকার ব্রহ্মগী) মশক্ ওইবা আত্মাসিবু শংশঙনা খঙলবদা খঙ-লিবা মীতুগী হৃদয়গন্থি (অন্তঃকরণগা লোয়ননা অমত্ত ওইনা কিশি ফিশিনতুনা লৈরম্বতু) মাঙখি (নাম্থোকখি), চিংনবা পূম্নমক্স্থু কোক্-খি, অতুগা মী অতুগী পাপ-পুণ্যগী মশক্ ওইবা কর্ম্ম পূম্নমক্স্থু মাঙখি।"

**" মহান্তং বিভুমাত্মানংমত্বাধীরো ন শোচতি "**

(কঃ উঃ ২/১/৪)—"য়ামনা পাক-চাউবা, মফম পূম্নমক্ শিনথুংনা লৈবা অমত্ত ওইবা আত্মাবু শংশঙনা খঙলগা পূকচেল তপ্প মী অতুনা সংসারগী অন্না-অনা ফংদে" ॥ ১১ ॥

মতৌ অস্মুমনা শ্রীভগবানগী মচীম্মক্তদগী ঈবুংঙো মাগী তৌবা ঙমবা মতীক্ মগুণ অমস্তুং যোগবু তারগা অমুক্ হেন্না শুগাইনা তানীংতুনা য়ামনা খৌরাংবগা লোয়ননা অর্জ্জুননা অস্মুমনা হায়-জরি—

## অর্জ্জুন উবাচ

পরং ব্রহ্ম পরং ধাম পবিত্রং পরমং ভবান্।
পুরুষং শাশ্বতং দিব্যমাদিদেবমজং বিভুম্ ॥ ১২ ॥
অহুস্ত্বামৃষয়ঃ সর্ব্বে দেবর্ষির্নারদ স্তথা।
অসিতো দেবলো ব্যাসঃ স্বয়ঞ্চৈব ব্রবীষি মে ॥ ১৩ ॥

**অম্বয়ব্যাখ্যা :**—অর্জ্জুনঃ উবাচ—অর্জ্জুননা হায়জখি,—ভবান্—ঈবুংঙো নহাক্. পরং ব্রহ্ম—সাক্ষাৎ পরব্রহ্মনি, পরং ধাম—পূম্নমক্কী চঙজফম ওইবা অথোইবা চেতনগী মশক্তি, পরমং পবিত্রং=খ্বায়দগী থোইনা শেংদোক্পা ঙমবিবনি (ভক্তশিংগী পাপ মাঙহন্দুনা শেং-দোক্পিরগা ঈবুংঙো নঙোন্দ তিল-হনবীবনি), মরমৃদি ঈবুংঙো নহাক্কী মরমৃদা—অসিতঃ দেবলঃ ব্যাসঃ=অসিত, দেবল, ব্যাস অসি-নচিংবা, সর্ব্বে ঋষয়ঃ=ঋষি পূম্নমক, তথা— মতৌ অতুমনা, দেবর্ষিঃ নারদঃ=দেবতাশিংগী ঋষি নাবদনা, ত্বাং=ঈবুংঙো নহাক্পু, শাশ্বতং পুরুষং=থব্রায় পানবা পূম্নমক্কী হৃদয়দা লেঙদনা লৈবা পরমাত্মা, দিব্যং—নতোমদা ঙানথোক্কনা লৈবা চেতন, আদিদেবং—ইন্দ্র-নচিংবা লাই পূম্নমক্কী মকোক্ (মরম্) ওইবা লাই, অজং—পোক্পা লৈতবা, বিভুং—মফম পূম্নমক্ত শীনথুংনা লৈবনি, আহুঃ—হায়রিবনি, চ=অতুগা, স্বয়ং এব—ঈবুংঙো নশামক, মে—ঐঙোন্দ, ব্রবীষি—মসিবু তাক্কনা হায়রিরি ॥ ১২-১৩ ॥

**অপূম্ব অর্থ:**— অর্জ্জুনমা হায়জখি—ঈবুংঙো নহাক্ পরব্রহ্মনি, পূম্নমক্কী চঙজফম ওইবা অথোইবা চেতননি, খ্বায়দগী থোইনা শেংদোক্পা ঙমবীবনি। মতৌ অমুমনা ঈবুংঙো নহাক্কী মরমৃদা

অসিত, দেবল, ব্যাস নচিংবা ঋষি পূন্নমরু অত্তুগা দেবর্ষি নারদনা ঈবুংঙো নহাকপু থরায়পানবশিংগী থম্মোইদা লেঙদনা লৈবা পরমাত্মা, নশা নতোমতা ঙানথোক্তুনা লৈবা চেতন, লাই পূন্নমক্কী অহান্ব লাই, পোক্পা লৈতবা অমস্তুং মফম পূন্নমক্ত শীনুথুংনা লৈবনি হায়রিবনি, অত্তুগা ঈবুংঙো নশামক্রস্তু ঐঙোন্দ মসিবু ভাক্তুনা হায়বিরি ॥ ১২-১৩ ॥

ঈবুংঙো নহাক্কী নতীক্-নগুণবু কনা অমত্তনা নীংথিনা খঙবা ঙমদে হায়তুনা অর্জ্জুননা মথা অমুক হায়বি—

**সর্ব্বমেতদৃতং মন্যে যন্মাং বদসি কেশব।**
**ন হি তে ভগবন্ ব্যক্তিং বিদুর্দ্দেবা ন দানবাঃ ॥ ১৪ ॥**

**অন্বয়ব্যাখ্যা** ঃ—কেশব—কেশী কৌবা হিংচাববু হাৎপীবা হে কেশব (কৃষ্ণ)। মাং—অর্জ্জুন ঐগী ঈফমদা, যৎ বদসি—হায়বিরিবসি, সর্ব্বং এতৎ—মতু পূন্নমক্‌পু, ঋতং মন্যে—অচুমবমক্নি হায়না য়াজরি, ভগবন্—মতীক্-ময়াই পূন্নমরু তিল-লবা হে ঈবুংঙো! হি—লেপ্পমক, দেবাঃ—ইন্দ্র—নচিংবা লাইশিংনা, তে—ঈবুংঙো নহাক্কী, ব্যক্তিং—অশেংবা শক্তম অত্তুবু, ন বিদুঃ—খঙদে, মতৌ অত্তুমনা—দানবাঃ ন—হক্‌চাংগী পাঙ্গল য়ামনা চাউরবা রাক্ষসশিংনস্তু খঙদে॥ ১৪ ॥

**অপূন্ব অর্থ** ঃ—হে কেশব। ঈবুংঙো নহারু অর্জ্জুন ঐঙোন্দ হায়বিরিবা বা পূন্নমক্‌সিবু অচুমবমক্নি হায়না য়াজরি। হে ভগবন্। লেপ্পমক্ ইন্দ্র—নচিংবা লাইশিংনা ঈবুংঙো নহাক্কী অশেংবা

নশক্‌ অত্থবু খঙদে, মতৌ অত্থমনা পাঙ্গল য়াম্‌না চাউবা হিংচাবশিংনস্থ খঙদে ॥ ১৪ ॥

ঈবুংঙো নহাক্কী নতীক্‌ নয়াই অমস্থুং অশেংবা নশক্‌ কনা অমত্তনা খঙত্রবস্থ ঈবুংঙো নশামক্কদি নশামক্‌পু নীংথিনা খঙলিবনি হায়বগী মতাংদা অস্থুমনা হায়রি—

**স্বয়মেবাত্মনাত্মানং বেৎথ ত্বং পুরুষোত্তম।**
**ভূত ভাবন ভূতেশ দেবদেব জগৎপতে ॥ ১৫ ॥**

**অন্বয়ব্যাখ্যা ঃ**—পুরুষোত্তম=হে মুপাশিংগী মন্নুংদা অথোইবা (থবায় পানবা পূম্নমক্কী থম্মোইদা লৈবিবা চেতনবু পুরুষ কৌই অসিগুমবা পুরুষশিংগী মন্নুংদা খ্বায়দগী অথোইববু পুরুষোত্তম কৌই)। হৌজিক্‌ ঈবুংঙো মহাক্‌ মুপাশিংগী মন্নুংদা খ্বায়দগী অথোইবা ওইবগী মরম্‌ তাক্কুনা সম্বোধন মরি অমা পীত্থনা কৌরি — ভূতভাবন =থবায়পানবা পূম্নমক্কী মপা ওইত্থনা লৈবিরিবা হে ঈবুংঙো! ভূতেশ=থবায়পানবা পূম্নমক্কী মপু ওইত্থনা লৈরিবা হে প্রভু! দেবদেব=লাইগীস্থ লাই ওইবিবা হে ঈবুংঙো! জগৎপতে=তাইবঙ পূম্ববু ঙাক্‌পি শেনবিত্থনা মপু ওইবীবিবা হে থৌজাল হৈবা। ত্বং=ঈবুংঙো নহাক্ক, স্বয়ং এব=অতোপ্পগী মতেং লৌঃদনা নশা নতোমদনা, আত্মনা=নশাগী অশেংবা নশক্ক, আত্মানং= নির্গুণ নিরাকার অমস্থুং সগুণ সাকার ওইবা নশক্‌পু, বেৎথ= খঙলিবনি ॥ ১৫ ॥

**অপুম্ব অর্থ ঃ**— হে মুপাশিংগী মন্নুংদা অথোইবা। থবায়পানবা পূম্নমক্কী মপা ওইত্থনা লৈরিবা হে ঈবুংঙো। থবায়পানবা

পূন্নমক্কী মপু ওইহুনা লৈরিবা হে প্রভু! লাইশিংগীসু লাই ওইরিবা হে ঈবুংঙো। অদুগা তাইবঙপুম্ববু ঙাক্পি-শেনবিহুনা মপু ওইনা লৈবা মরম্দগী হে থৌজাল হৈবা। ঈবুংঙো নহাক্ক নশা নতোম-দনা নশাগী অশেংবা নশক্ক নশাবু মুননা খঙলিবনি॥ ১৫॥

শ্রীভগবান্গী মতীক্ মগুণশিংবু কনা অমত্তনা নীংথিনা খঙবা ঙমদবদগী ঈবুংঙো নশামক্ক মতুশিংতু শনদোক্ক তাক্পিযু অস্নুমনা অর্জ্জুননা হায়জরি—

বক্তুমর্হস্যশেষেণ দিব্যা হ্যাত্মবিভূতয়ঃ।
যাভির্বিভূতিভির্লোকা নিমাংস্ত্বং ব্যাপ্য তিষ্ঠসিঃ॥১৬॥

অন্বয়ব্যাখ্যা ঃ—ত্বং=ঈবুংঙো নহাক্ক, যাভিঃ বিভূতিভিঃ= নহাক্কী নতীক্-নগুণশিং অদুনা মরম্ ওইহুনা, ইমান্ লোকান্= পৃথিবী লোক অসি-নচিংবা লোক পূন্নমক্ সিদা, ব্যাপ্যতিষ্ঠসি= শীন্থুংনা লৈরি, (তাঃ) দিব্যাঃ=অতুগুমবা অমক্পা লৈত্রবা, আত্মবিভূতয়ঃ=নশাগী মশক্ ওইরিবা নতীক্-নগুণশিং অতুবু, হি=লেপ্পমক, অশেষেণ=লেমহোঁবা (খাক্পা) লৈতনা, বক্তুং অর্হসি=হায়বিবনা মতীক্ চায়॥ ১৬॥

মতীক্-মগুণশিংতুবু তারগা অর্জ্জুন নংগী করি কান্নগনি হায়না চিংনম্নবদা মতুগী পাউথুম অস্নুমনা পীরি—

কথং বিদ্যামহং যোগিংস্ত্বাং সদা পরিচিন্তয়ন্।
কেষু কেষু চ ভাবেষু চিন্ত্যোঽসি ভগবন্ ময়া॥১৭॥

অন্বয়ব্যাখ্যা ঃ— যোগিন্=ঐশ্বর্য্য পূন্নমক্ক তিনহুনা লৈরবা

হে ঈবুংঙো। সদা=মতম পুম্নমক্ত, পরিচিন্তয়ন্=নীংজহ্না নৈ-রিবা অহং=ঐনা, কথং=মতৌ করম্ন, ত্বাং বিদ্যাম্=ঈবুংঙো নহাকপু খঙজবা ঙমগনি, চ=অহুগা, ভগবন্=হে ঈবুংঙো, কেষু কেষু=করম করমবা, ভাবেষু=ঈবুংঙো নঙগী নতীক্-নগুণ ওইবা পোংশিংদা, ময়া=অর্জ্জুন ঐনা, চিন্ত্যঃ অসি=ঈবুংঙো নঙবু ধ্যান তৌবদা মতীক্ চাগনি ॥ ১৭ ॥

**অপুম্ব অর্থঃ**— ঈশ্বরগী মতীক্-মগুণ পুম্নমক্ তিনহ্না লৈববা হে ঈবুংঙো। মতম পুম্নমক্ত নীংজহ্না লৈরবা ঐনা করম্ন তৌনা ইবুংঙো নহাক্‌পু খঙজবা ঙমগনি? হে ঈবুংঙো। নহাক্কী নতীক্ নগুণ ওইবা করম করমবা পোংশিংদা অর্জ্জুন ঐনা ধ্যান তৌবদা মতীক্ চাগনি? ॥ ১৭ ॥

তরেংশুবা অমসুং মাপনশুবা অধ্যায়দা কৃষ্ণ ঐনা নহাক্কী-দমক্ ঐগী ঈতীক্ ঈগুণশিংবু শমলপ্ন হায়খ্রে: অহুবু করি মরম্-গীদমক্ অমুক্ হননা তাবা পামলিবনো? অসুমনা চিংনরবদা মহুগী পাউখুমদা অর্জ্জুননা হায়রি—

**বিস্তরেণাত্মনো যোগং বিভূতিং চ জনার্দন।**
**ভূয়ঃ কথয় তৃপ্তির্হি শৃণ্বতো নাস্তি মেঽমৃতম্ ॥১৮॥**

**অন্বয়ব্যাখ্যা :**— জনার্দন=ফত্তবা মীশিংবু নৈহংপিবা হে ঈবুংঙো। আত্মনঃ=নশাগী, যোগং=পুম্নমক্ খঙবা, পুম্নমক্ ঙমবা অসি-নচিংবা ঈশ্বরগী গুণ, চ=অহুগা, বিভূতিং=মথল্ মথা য়ামনা ফোংদোক্লিবা নতীক্-নগুণসিবু, বিস্তরেণ=য়ামনা শনদোক্ল, ভূয়ঃ

—অমুক্ হননা, কথয়=হায়বিযু, হি=মরম্‌দি, অমৃতম্=নহাক্কী অমৃতগী মশক্ ওইবা ৱা অসিবু, শৃণ্বতঃ মে—তারিবা ঐগী, তৃপ্তিঃ ন অস্তি=অপেন্ব লৈতে ॥ ১৮ ॥

**অপূর্ব্ব অর্থ :**— ফত্তবা মীশিংবু নৈহৎপিবা হে ঈবুংঙো! নশাগী ঈশ্বর ওইবগী গুণ অমস্তুং মখল্ মখা য়ামনা ফোংদোক্লিবা নতীক্ নগুণসিবু অমুক্ হননা শনদোক্ল হাযবিযু! মবম্‌দি ঈবুংঙো নহাক্কী অমৃতগী মশক্ ওইবা ৱা অসিবু তারিবা (অর্জ্জুন) ঐগী অপেন্ব লৈতে ॥ ১৮ ॥

মতৌ অস্তুমনা অর্জ্জুননা হায়জরবদা শ্রীভগবান্ন মহুগী পাউ-খুম অস্তুমনা পীরি—

**শ্রীভগবানুবাচ**

**হন্ত তে কথয়িষ্যামি দিব্যা হ্যাত্মবিভূতয়ঃ।**
**প্রাধান্যতঃ কুরুশ্রেষ্ঠ নাস্ত্যন্তো বিস্তরস্য মে ॥ ১৯ ॥**

**অন্বয়ব্যাখ্যা :**—শ্রীভগবান্ উবাচ=শ্রীভগবান্ন হায়বিখি—হন্ত—হোয়, কুরুশ্রেষ্ঠ=কুরু শাগৈদা অথোইবা হে অর্জ্জুন! তে—নহাক্কী নফমদা, দিব্যাঃ=অমকৃপা করিমত্ত লৈত্রবা, আত্ম-বিভূতয়ঃ—কৃষ্ণ ঐগী ফোংদোক্তুনা লৈবা ঈতীক্ ঈগুণশিং অহুগী মনুংদা, প্রাধান্যতঃ=মকোক্ মকোক্ ওইবা ঈতীক্ ঈগুণশিং অহুতবু, কথয়িষ্যামি=ঐনা হায়গে, হি=মরম্‌দি, মে=কৃষ্ণ ঐগী, বিস্তরস্য—য়ামনা শনদোক্ল লৈবা ঈতীক্-ঈগুণশিংগী, অন্তঃ= অয়োইবা, ন অস্তি—লৈতে॥ ১৯ ॥



অহমাত্মা গুড়াকেশ সর্ব্বভূতাশয়স্থিতঃ।
অহমাদিশ্চমধ্যঞ্চ ভূতানামন্ত এব চ ॥

**অপূম্ব অর্থ :—** শ্রীভগবান্ন হায়বিখি—হোয়, কুরু শাগৈদা অথোইবা হে অর্জ্জুন। নহাক্কী নফমদা ঐগী অমকপা লৈত্রবা ফোং-দোক্কুনা লৈবা ঈতীক্-ঈগুণশিংগী মকোক্ মকোক্ ওইবশিং অহু-তবু ঐ হায়গে। মরমদি কৃষ্ণ ঐগী য়ামনা শনদোক্কুনা লৈবা ঈতীক্-ঈগুণশিংগী (বিভূতিশিংগী) অরোইবা লৈতে ॥ ১৯ ॥

অথূপ্প ৱা

মসিবু শ্রীমদ্ভাগবতগী মন্নুংদা শ্রীভগবান্ন উদ্ধবকী মফমদস্নু অস্নুমনা হায়ন্নি—

**সংখ্যানং পরমাণূনাং কালেন ক্রিয়তে ময়া।**
**ন তথা মে বিভূতীনাং সৃজতোঽণ্ডানি কোটিশঃ।**
(ভাঃ ১১/১৬/৩৯)

"মতমগী মতুংইননা কৃষ্ণ ঐনা পরমাণুশিংগী (য়ামনা কুপ্প মরীক্শিংগী) মশীংদি থীবা ঙমঈ, মতৌ অহুমনা ব্রহ্মাণ্ড কোটি কোটিবু শেমদূনা লৈরিবা কৃষ্ণ ঐগী ফোংদোক্লিবা ঈতীক্-ঈগুণ-শিংগী (বিভূতিশিংগী) মশীংদি থীবা ঙমদে" ॥ ১৯ ॥

মখোয়শিং অহুগী মন্নুংদস্নু ধ্যান তৌবদা মতীক্ চাবা মতীক্-মগুণশিংবু অহানবদা তাও হায়না তাক্লি—

**অহমাত্মা গুড়াকেশ সর্ব্বভূতাশয়স্থিতঃ।**
**অহমাদিশ্চ মধ্যশ্চ ভূতানামন্ত এব চ ॥ ২০ ॥**

**অন্বয়ব্যাখ্যা :—** গুড়াকেশ = তুম্দনা লৈবা ঙমলবা হে অর্জ্জুন। অহং = বাসুদেব কৃষ্ণ ঐ অসি, সর্ব্বভূতাশয়স্থিতঃ আত্মা

=থরায়পানবা পূম্নমক্কী থম্মোইদা লৈবা চেতন আত্মানি. অহং এব=কৃষ্ণ ঐমক্, ভূতানাং=অচৎ-চত্ত থরায়পানবা পূম্নমক্কী. আদিঃ চ=অহাম্ব হৌরকফম ওইবা মরম্নি, মধ্যশ্চ=অদুগা মবক্ত মখোয়গী হিংহুনা লৈনবগীসু মরমনি, অন্তঃ চ=অদুগা মাওবা মতমদা চঙ-জফম ওইনা লৈনবা মরম্সু ঐনি ॥ ২০ ॥

**অপূম্ব অর্থ :**—ভূম্দনা লৈবা ওনবা হে অর্জ্জুন! কৃষ্ণ ঐসি থরায়পানবা পূম্নমক্কী থম্মোইদা লৈবা চেতন আত্মানি, অদুগা কৃষ্ণ ঐমক্ অচৎ চত্ত থরায়পানবা পূম্নমক্কী হৌরকফম ওইবা মরম্নি, মরক্ত (ময়ায়দা) মখোয়গী হিংহুনা লৈনবগীসু মরম্নি অমসুং মখোয়গী মাওবা মতমদা চঙজফম ওইনা লৈনবগীসু মরম্নি ॥ ২০ ॥

## অথুপ্পা

খ্বায়দগী অহাম্বদা শ্রীভগবান্গ উপাসকশিংগী মন্থংদা মকোক্ ওইবা মীশিংগী ধ্যান তৌনবা বিষয় ওইনা থরায়পানবা পূম্নমক্কী থম্মোইদা অমত্ত ওইনা লৈবা চেতন আত্মাসিবু ঈবুংঙো মাগী খ্বায়দগী থোইনা ফোঙদোক্লুনা লৈবা বিভূতিনি (মতীক্ মগুণনি) হায়না তাক্লি। শ্রুতি-মসু আত্মা অসিগী মরম্দা অসুমনা হায়রি— "অয়মাত্মা ব্রহ্ম" (বৃঃ উঃ ১/৫/১৯)—"আত্মা অসি ব্রহ্মমক্নি।" মরম্দি ব্রহ্ম অদু অন্তঃকরণ (মন) উপাধিনা মরম্ ওইহুনা থরায়-পানবা পূম্নমক্কী থম্মোইদা অন্তর্যামী আত্মা ওইনা ফোংদোক্লুনা লৈরিবনি। মসিবু শ্রীমদ্ভাগবত পুরাণদসু শ্রীভগবান্ মশামক্ত অসুমনা হায়রি— "অহমাত্মোদ্ধবামীষাং ভূতানাং সুহৃদী-শ্বরঃ।" (১১/১৬/৯)—"হে উদ্ধব! কৃষ্ণ ঐ অসি থরানুপানরশিংগী

আত্মানি মরূপ নি অমসুং মপুনি।" মরম্ অসিনা অথোইবা উপাসকশিংনা শ্রীভগবানবু মশামকী আত্মানি হায়না মতম পুন্নমক্ত ধ্যান তৌগদবনি ; মতুদগী আত্মসাক্ষাৎকার ওইহনা মী ওইনা পোক্পগী মহৈ য়ানগনি। শ্রুতি-নসু অসুমনা হায়রি—"অন্তঃ শরীরে জ্যোতির্ময়ো হি শুভ্রোয়ং পশ্যন্তি যতয়ঃ ক্ষীনদোষাঃ।" (মুঃ উঃ ৩/১/৫)— "হকচাংসিগী মনুংদা য়ামনা লংনা (ভান-না) মঙালগী মশক্ ওইনা আত্মাসি লৈ ; মতুবু য়ামনা নোম্ব কম্ব উপাসকশিংনা পাপ কোক্থিহনা উই।"

মতৌ অসুমনা ব্রহ্মগী মশক্ ওইবা অশেংবা আত্মাগী ধ্যান তৌবা ঙমদবা উপাসকশিংগীসু ধ্যান তৌনফম ওইনা ঈবুংঙো মহাকপু থবায় পানবা পুন্নমকী হৌরকফম ভূংনফম অমসুং মাঙবা মতুমদা চঙজফম (হনজিনফম) ওইনা শ্লোককী অরোইবা তংখাইদা তাকপনি। মসুমনা ধ্যান তৌরবসু উপাসকশিংনা ঈবুংঙো মহাকপু কঙবা ঙমগনি। মসিবু শ্রুতি-নসু অসুমনা হায়রি—"যতো বা ইমানি ভূতানি জায়ন্তে, যেন জাতানি জীবন্তি, যৎপ্রযন্ত্যভি সংবিশন্তি, তদ্বি জিজ্ঞাসস্ব, তৎ ব্রহ্ম" (তৈঃ উঃ ৩/১)—"মহমক্তদগী থবায়পানবা পুন্নমক্সি পোক্লকই, মহুনা মরম্ ওইহনা পোক্লকইবা পুন্নমক্ অহু হিংহনা লৈ, অতুগা প্রলয় (মাঙবা) মতমদা মতুদা লোইনমক্ তিল-লী (হনজিল্লী) অহুংঙমবা মতুবু নীংথিনা খঙবা পামজৌ, মহু ব্রহ্মনি।" হায়রিবা অসিমক্তবু শ্রীভগবান্না অসুমনা হায়রি—"অহং সর্বাণি ভূতানি তেষাং স্থিত্যুদ্ভবাপ্যয়ঃ" (ভাঃ ১১/৯/২)—"কৃষ্ণ ঐ অসি থবায়পানবা পুন্নমক্কি অতুগা মখোয়গী লৈবা, পোক্পা অমসুং মাঙবসু ঐনি।"

মরম্ অসিনা পুন্নমক্ অসি ভগবান্নি লেপ্তুনা পুন্নমক্সিবু ঈবুংঙো মাগী মতীক্ মগুণ ওইনা (বিভূতি ওইনা) ঈবুংঙো মাবু নীংগদবনি ॥ ২০ ॥

মতৌ অস্নুমনা ধ্যান তৌবা ওমদবা মীশিংনা মপানদা ফোং-দোক্ন লৈরিবা ঈবুংঙো মাগী মুর্ত্তিগী মশক্ ওইবা বিভূতিশিংগী মরক্ত অপামবা অমা লৌঃহুনা (খন্দুনা) ধ্যান তৌগদবনি হায়বসিবু মথাগী অসিদগী হৌরগা অধ্যায়গী অরোইবা ফাওবদা শ্রীভগবান্ন হায়রি—

আদিত্যানামহং বিষ্ণুর্জ্যোতিষাং রবিরংশুমান্।
মরীচির্মরুতামস্মি নক্ষত্রাণামহং শশী ॥২১॥

**অন্বয়ব্যাখ্যা:** —অহং আদিত্যানাং বিষ্ণু=কৃষ্ণ ঐ থা খুদিংগী মপু ওইনা লৈরিবা নুমিৎ (সূর্য্য) তরানিথোইগী মনুংদা বিষ্ণু কৌ-বহনি (নত্রগা-অদিতিগী মচাশিংগী মনুংদা ঐ বামোন ভগবান্নি), জ্যোতিষাং= মঙাল পীবা পোৎশিংগী মনুংদা, অংশুমান্ রবিঃ—শীন্-থুংনা মঙাল্ পীরিবা নুমিৎসি ঐনি, মরুতাং—মরুৎ কৌবা লাই নীফ্-মাপনগী মনুংদা, মরীচিঃ অস্মি=মরীচি কৌবা মরুৎ (নুংশিৎ) ঐনি, নক্ষত্রাণাং—থবান্মীচাক্শিংগী মনুংদা, অহং শশী—ঐ থানি ॥২১॥

**অপূর্ব অর্থ:** কৃষ্ণ ঐ সূর্য্য (নুমিৎ) তরানিথোইগী মনুংদা বিষ্ণু কৌবা নুমিৎনি (নত্রগা কশ্যপকী নুপী অদিতিগী মচাশিংগী মনুংদা বামোন কৌবহ্ ঐনি), মঙাল পীরিবা পোৎশিংগী মনুংদা শীন্-থুংনা মঙাল পীরিবা নুমিৎসি ঐনি, মরুৎ কৌবা কৌবা লাই-শিংগী মনুংদা মরীচি কৌবহ্ ঐনি অহ্নগা থবান্মীচাক্শিংগী মনুংদা ঐ থানি ॥ ২১ ॥

বেদানাং সামবেদোঽস্মি দেবানামস্মি বাসবঃ।
ইন্দ্রিয়াণাং মনশ্চাস্মি ভূতানামস্মি চেতনা ॥২২॥

**অন্বয়ব্যাখ্যা :** – বেদানাং=ঋগ্ বেদ–নচিংবা বেদ মরিগী মনুংদা, সামবেদঃ অস্মি=ঐ সামবেদনি, দেবানাং=লাইশিংগী মনুংদা, বাসবঃ অস্মি=লাইশিংগী নিংথৌ ইন্দ্র ঐনি, ইন্দ্রিয়াণাং=মীৎনচিংবা ইন্দ্রিয তরামাথোইগী মনুংদা, মনঃ অস্মি=ঐ মননি (পূক্নীংনি). চ=অদুগা, ভূতানাং=থরায়পানবা পুন্নমক মরী থমনহুনা লৈবা, চেতনা অস্মি=জ্ঞানশক্তি ঐনি ॥ ২২ ॥

**অপুম্ব অর্থঃ** — ঋগ্-নচিংবা বেদ মরিগী মনুংদা সামবেদ ঐনি (মরমদি সামদেববু ঈশৈ ওইনা শকৃপা মরমদগী মহাক্ মী পুন্নমক্কী পূক্নীং হু নবা মশক্ ওই), লাইশিংগী মনুংদা ঐ ইন্দ্রনি, অহুগা থরায়পানবা পুন্নমক্ক লোইননা মরী থমহুনা লৈবা জ্ঞান-শক্তি ঐনি ॥ ২২ ॥

রুদ্রাণাং শংকরশ্চাস্মি বিত্তেশো যক্ষরক্ষসাম্।
বসূনাং পাবকশ্চাস্মি মেরুঃ শিখরিণামহম্ ॥ ২৩ ॥

**অন্বয়ব্যাখ্যা :** - রুদ্রাণাং=রুদ্র তরামাথোইগী মনুংদা, শং-করঃ অস্মি=ঐ শংকরনি (শিব-মহাদেবনি), চ=অহুগা, যক্ষরক্ষসাং =যক্ষ অমসুং রাক্ষসশিংগী মনুংদা, বিত্তেশঃ = লল-থুমগী মপু কুবের ঐনি, বসূনাং=বসু কৌবা মায়কৈ ওাকৃপা লাই নীপানগী মনুংদা, পাবকঃ অস্মি=ঐ ময় কৌবা বসুনি, চ=অমসুং, শিখ-রিণাং=মতোল নাইবা চীংশিংগী মনুংদা, অহং মেরু=ঐ মেরু কৌবা চীংহুনি ॥ ২৩ ॥

অপূম্ব অর্থঃ— রুদ্র তরামাথোইগী মনুংদা ঐ শংকর কৌবা রুদ্রনি অতুগা যক্ষ অমসুং রাক্ষসশিংগী মনুংদা লল-থুমগী মপু কুবের ঐনি. মায়কৈ ভাকপা বসু কৌবা লাই নীপানুগী মনুংদা ঐ ময় কৌবা বসুছুনি অমসুং মতোল লৈবা চীংশিংগী মনুংদা ঐ মেরু কৌবা চীংছুনি ॥ ২৩॥

পুরোধসাঞ্চ মুখ্যং মাং বিদ্ধি পার্থ বৃহস্পতিম্।
সেনানীনামহং স্কন্দঃ সরসামস্মি সাগরঃ ॥ ২৪ ॥

অন্বয়ব্যাখ্যা ঃ—পার্থ=পৃথা (কুন্তী) গী মচানিপা হে অর্জ্জুন। মাং=কৃষ্ণ ঐবু, পুরোধসাং চ-পুরোহিতশিংগী মনুংদসু, মুখ্যং= মকোক ওইবা, বৃহস্পতিং=দেবতাশিংগী পুরোহিত ওইবা বৃহস্পতিনি হায়না, বিদ্ধি=নঙনা খঙউ, অহং=ঐ, সেনানীনাং= সেনাপতিশিংগী মনুংদা, স্কন্দঃ=লাইশিংগী সেনাপতি কার্ত্তিকনি, সরসাং=হৌনশা ওইনা লৈবা পুখ্রীশিংগী মনুংদা, সাগর অস্মি= ঐ সমুদ্রনি ॥ ২৪ ॥

অপূম্ব অর্থ ঃ— কুন্তীগী মচা হে অর্জ্জুন! কৃষ্ণ ঐবু পুরোহিতশিংগী মনুংদসু মকোক ওইবা বৃহস্পতিনি হায়না নঙনা খঙউ। ঐ সেনাপতিশিংগী মনুংদা কার্ত্তিকনি. অতুগা হৌনশা ওইনা লৈবা পুখ্রীশিংগী মনুংদা ঐ সমুদ্রনি ॥ ২৪ ॥

মহর্ষীণাং ভৃগুরহং গিরামস্ম্যেকমক্ষরম্।
যজ্ঞানাং জপযজ্ঞোহস্মি স্থাবরাণাং হিমালয়ঃ ॥ ২৫ ॥

অন্বয়ব্যাখ্যা ঃ-অহং=কৃষ্ণ ঐ, মহর্ষীণাং=অখানা পুক্কিংচৎলী

পোক্লপা, মরীচি-নচিংবা ঋষিশিংগী মনুংদা খ্বায়দগী হেননা ওইনা লৈবা, ভৃগুঃ=ভৃগু কৌবা মহর্ষিনি, গিরাং=বাহয়শিংগী মনুংদা, একং অক্ষরং অস্মি=অমত্ত ওইবা ময়েক্‌ ওঁকারনি (মরমদি ওঁকার পরব্রহ্মগী উপাসনা তৌনবা মওঙনি অমসুং মাগী মমিংনি), যজ্ঞা-নাং=বেদ অমসুং স্মৃতি শাস্ত্রদা তাক্লিবা যজ্ঞশিংগী মনুংদা, জপ-যজ্ঞঃ অস্মি=মন্ত্র নত্রগা শ্রীভগবানগী নাম শোনবগী মশক্‌ ওইবা জপযজ্ঞ এনি (মরমদি—জপযজ্ঞ অসি জীব হাং-খোংপা করিমত্ত য়াওদনা শ্রীভগবানবু ফংনবা অথোইবা উপায় ওই), স্থাবরাণাং= লেঙদনা লৈবা পোংশিংগী মনুংদা, হিমালয়ঃ=ঐ হিমালয় কৌবা চীংনি (অহানবদা "মেরু শিখরিণামহম্‌" (১০/২০)— মতোন নাইবা চীংশিংগী মনুংদা মেরু কৌবা চীংনি" হায়বনি অতুবু মফম অসি-দদি চত্তনা লেঙদনা লৈবা পোংশিংগী মনুংদা হায়বা মরম্ব খেন্ন-বদগী করিমত্ত দোষ লৈতে) ॥ ২৫ ॥

অপুম্ব অর্থঃ কৃষ্ণ ঐ মহর্ষিশিংগী মনুংদা ভৃগুনি, রাহয়-শিংসিগী মনুংদা ময়েক্‌ অমত্তং ওইবা ওঁকারনি, শাস্ত্রনা তাকপা যজ্ঞশিংগী মনুংদা জপযজ্ঞ ঐনি, অতুগা লেঙ-খোংপা লৈতনা লৈবা পোংশিংগী মনুংদা ঐ হিমালয়নি ॥ ২৫ ॥

অশ্বত্থঃ সর্ব্ববৃক্ষাণাং দেবর্ষীণাঞ্চ নারদঃ।
গন্ধর্ব্বাণাং চিত্ররথঃ সিদ্ধানাং কপিলো মুনিঃ ॥২৬॥

অন্বয়ব্যাখ্যাঃ—সর্ব্ববৃক্ষাণাং=উপায়ীশিংগী মনুংদা, অশ্বত্থঃ —(কৃষ্ণ ঐ) সনাখোংনাংনি, চ=অতুগা, দেবর্ষীণাং=লাইগী ঋষি-শিংগী মনুংদা, নারদঃ=ঐ নারদনি, গন্ধর্ব্বাণাং=ঈশৈ শকপনা মখোয়গী মথো ওইরা গন্ধর্ব্বশিংগী মনুংদা, চিত্ররথঃ=চিত্ররথ কৌবা

গন্ধর্ব ঐনি, সিদ্ধানাং—হৌনশা ওইনা সিদ্ধ ওইবা মীশিংগী মনুংদা, কপিলঃ মুনিঃ—কপিল মুনি ঐনি ॥ ২৬ ॥

অপুন্ন অর্থঃ— উপাদ্বীশিংগী মনুংদা কৃষ্ণ ঐ সনাখোংনাংনি, অদুগা লাইগী ঋষিশিংগী মনুংদা নারদ ঐনি, গন্ধর্ববশিংগী মনুংদা ঐ চিত্ররথনি, সিদ্ধশিংগী মনুংদা কপিল মুনি ঐনি ॥ ২৬ ॥

উচ্চৈঃশ্রবসমশ্বানাং বিদ্ধি মামমৃতোদ্ভবম্।
ঐরাবতং গজেন্দ্রাণাং নরাণাঞ্চ নরাধিপম্ ॥ ২৭ ॥

অন্বয়ব্যাখ্যা :—অশ্বানাং=শগোলশিংগী মনুংদা, অমৃতোদ্ভবং=সমুদ্র নৈবদগী অমৃত থোক্পা মতমদা পোক্পা, উচ্চৈঃশ্রবসং=উচ্চৈঃশ্রবা কৌবা শগোলবু, মাং বিদ্ধি—কৃষ্ণ ঐনি খঙউ, গজেন্দ্রাণাং—অথোইবা শামুশিংগী মনুংদা, ঐরাবতং—ইন্দ্রগী ঐরাবত কৌবা শামুবু (ঐনি খঙউ), চ—অদুগা, নরাণাং=মীওইবগী মনুংদা, নরাধিপং=নিংথৌ ওইনা লৈবা মীবু (কৃষ্ণ ঐনি হায়না) খঙউ ॥২৭॥

অপুন্ন অর্থঃ—সমুদ্র নৈবদগী অমৃত থোক্পা মতমদা পোক্পা উচ্চৈঃশ্রবা কৌবা শগোলবু-শগোলশিংগী মনুংদা কৃষ্ণ ঐনি খঙউ, অথোইবা শামুশিংগী মনুংদা ইন্দ্রগী ঐরাবত কৌবা শামুবু ঐনি খঙউ অদুগা মীওইবশিংগী মনুংদা নিংথৌবু ঐনি খঙউ ॥ ২৭ ॥

আয়ুধানামহং বজ্রং ধেনুনামস্মি কামধুক্।
প্রজনশ্চাস্মি কন্দর্পঃ সর্পাণামস্মি বাসুকিঃ ॥ ২৮ ।

অন্বয়ব্যাখ্যা :— আয়ুধানাং—খুৎশুৎখুৎলাইশিংগী মনুংদা, বজ্রং=দধিচী মুনিগী শরুনা শাবা বজ্র কৌবা ইন্দ্রগী খুৎলাই,

অহং=কৃষ্ণ ঐনি, ধেনূনাং=শনবীশিংগী মন্নুংদা, কামধুক=নীংবা পূন্নমক্পু শুমদুনা পীবা কামধেনু কৌবী শনবী, অস্মি=ঐনি, চ=অতুগা, প্রজনঃ=মচা পোক্নবগী মরম্ ওইবা, কন্দর্পঃ=কামদেব, অস্মি=ঐনি, সর্পাণাং=হু লৈবা লিনশিংগী মন্নুংদা, বাসুকিঃ=বাসুকি কৌবা লিল, অস্মি=ঐনি ॥ ২৮ ॥

**অপূম্ব অর্থ ঃ—** খুৎশু-খুৎলাইশিংগী মন্নুংদা কৃষ্ণ ঐ বজ্রনি, শনবীশিংগী মন্নুংদা কামধেনু ঐনি, অতুগা মচা পোক্নবগী মরম্ ওইবা কামদেব অতুম্ব ঐনি, মহু কম্ব লিনশিংগী মন্নুংদা বাসুকি কৌবা লিল ঐনি ॥ ২৮ ॥

**অনন্তশ্চাস্মি নাগানাং বরুণো যাদসামহম্।**

**পিতৃণামর্যমা চাস্মি যমঃ সংযমতামহম্ ॥ ২৯ ॥**

**অন্বয়ব্যাখ্যা ঃ** নাগানাং=মহু লৈতবা লিনশিংগী মন্নুংদা, অনন্তঃ অস্মি=অনন্ত কৌবা লিল নিংথৌ কৃষ্ণ ঐনি, চ=অতুগা, যাদসাং=ঈশিংদা লৈবা জীবশিংগী মন্নুংদা, অহং বরুণঃ=ঐ বরুণ কৌবা লাই অতুনি, পিতৃণাং=পিতৃলোকতা লৈবা অগ্নিষ্বাত্তানচিংবা পিতরশিংগী মন্নুংদা অর্যমা অস্মি=অর্যমা কৌবা পিতরশিংগী নিংথৌচু ঐনি, চ=অমসুং, সংযমতাং=চয়রাক লোয়ননা লাক্শিন্দুনা শাসন তৌবশিংগী মন্নুংদা, অহং যমঃ=ঐ যমনি ॥ ২৯॥

**অপূম্ব অর্থ ঃ—**হু পানদবা লিনশিংগী মন্নুংদা অনন্ত কৌবা লিল্ নিংথৌ কৃষ্ণ ঐনি, অতুগা ঈশিংদা লৈবা জীবশিংগী মন্নুংদা বরুণ কৌবা লাই ঐনি পিতৃলোকতা লৈবা পিতরশিংগী মন্নুংদা

অর্যমা কৌবা পিতরশিংগী নিংথৌ ঐনি, অমসুং চয়রাক লোয়-নবা লাকৃশিন্দুনা শাসন তৌবশিংগী মনুংদ, ঐ যমরাজনি॥ ২৯ ॥

**প্রহ্লাদশ্চাস্মি দৈত্যানাং কালঃ কলয়তামহম্।**

**মৃগাণাঞ্চ মৃগেন্দ্রোঽহং বৈনতেয়শ্চ পক্ষিণাম্॥ ৩০ ॥**

**অন্বয়ব্যাখ্যা ঃ**—দৈত্যানাং=কশ্যপ মুনিগী লোয়নবী দিতি কৌবীনা পোকৃপা দৈত্য শাগৈগী মনুংদা, প্রহ্লাদঃ অস্মি—হিরণ্য কশিপুগী মচা প্রহ্লাদ কৌবতু কৃষ্ণ ঐনি কলয়তাং—থৃত্নম চন-তুনা থমবশিংগী নত্রগা থবকৃশিংবু শীংথানরিবশিংগী মনুংদা, অহং কালঃ=ঐ কালনি (মতমগী মশক ওইবা কালমা পুম্নমক্‌সিবু থৃত্নম চনতুনা থমলিবনি, নত্রগা মতমগী মনুংদা তৌরিবা থবকৃশিংবু শীং-থানরিবনি), চ=অদুগা, মৃগানাং=মখোঙ মরি পানবা শাশিংগী মনুংদা, অহং মৃগেন্দ্রঃ=ঐ নোংশানি, চ=অমসুং, পক্ষিণাং=মশা পানবা উচেকৃশিংগী মনুংদা, বৈনতেয়ঃ=কশ্যপকী মুপী বিনতাগী মচা গরুড় ঐনি॥ ৩০ ॥

**অপূণ্ব অর্থ ঃ**—দিতিগী মচা দৈত্যশিংগী শাগৈদা পোকৃপ-শিংগী মনুংদা প্রহ্লাদ কৌবতু কৃষ্ণ ঐনি, থৃত্নম চনতুনা থমবা ওমবশিংগী নত্রগা থবকৃশিংবু শীংথা—নরিবশিংগী মনুংদা ঐ কালনি অদুগা শাশিংগী মনুংদা ঐ নোংশানি অমসুং উচেকৃশিংগী মনুংদা গরুড় ঐনি॥ ৩০ ॥

**পবনঃ পবতামস্মি রামঃ শস্ত্রভৃতামহম্।**

**ঝষাণাং মকরশ্চাস্মি স্রোতসামস্মি জাহ্নবী॥ ৩১॥**

অন্বয়ব্যাখ্যা ঃ—পবতাং—শেংহনবীবশিংগী মনুংদা, পাবনঃ অস্মি=মুংশিং কৃষ্ণ ঐনি, শস্ত্রভৃতাং—লানগীদমক্ খূৎলাই পায়ব-শিংগী মনুংদা, অহং রামঃ=ঐ দশরথকী মচা রামনি, ঝষাণাং—ঈশিংদা লৈবা ঙা-নচিংবগী মনুংদা, মকরঃ অস্মি=ঙা কোরিয়ান ঐনি, চ=অমুগা, স্রোতসাং—ঈচেল্ লৈবা তুরেনশিংগী মনুংদা, জাহ্নবী অস্মি=গঙ্গা তুরেল ঐনি ॥ ৩১ ॥

অপূর্ব অর্থ ঃ—শেংহনবীবশিংগী মনুংদা মুংশিং কৃষ্ণ ঐনি, খূৎলাই পায়বশিংগী মনুংদা দশরথকী মচা রাম ঐনি, ঈশিং দা লৈবা ঙা-নচিংবগী মনুংদা ঙা কোরিয়ান ঐনি, অমুগা ঈচেল্ নাইবা (লৈবা) তুরেনশিংগী মনুংদা গঙ্গা ঐনি ॥ ৩১ ॥

সর্গাণামাদিরন্তশ্চ মধ্যঞ্চৈবাহমর্জ্জুন ।
অধ্যাত্মবিদ্যা বিদ্যানাং বাদঃ প্রবদতামহম্ ॥ ৩২ ॥

অন্বয়-ব্যাখ্যা ঃ—অর্জ্জুন—হে অর্জ্জুন ! সর্গাণাং=থরায়পানবা নত্তবা আকাশ-নচিংবা শেম্লিবা পোৎশিংগী, আদিঃ—অহৌবা, চ=অমসুং, মধ্যং—ময়ায়, চ—অমুগা, অন্তঃ—লোইবা, অহং এব=কৃষ্ণ ঐমক্তি, বিদ্যানাং—বিদ্যাশিংগী মনুংদা, অধ্যাত্মবিদ্যা—মোক্ষ ফংনবা উপায়গী মশক্ আত্মতত্ত্ববিদ্যা ঐনি, প্রবদতাং—বা-ঙাঙবদা য়ামনা হৈ-শিংবা মীশিংগী বা ঙাঙথোক্-ঙাঙশিন তৌবদা, বাদঃ অহম্—তত্ত্ব থওনবা ঙাঙথোক্ ঙাঙশিন তৌবগী মশক্ ওইবা বাদ কৌবা কথা ঐনি ॥৩২॥

অপূর্ব অর্থ ঃ হে অর্জ্জুন ! থরায়পানবা নত্তবা আকাশ-নচিংবা শেম্লিবা পোৎশিংগী অহৌবা ময়ায় অমসুং অরোইবসু কৃষ্ণ ঐমক্তি, বিদ্যাশিংগী মনুংদা আত্মতত্ত্ববিদ্যা ঐনি, বা ঙাঙবদা

য়ামনা হৈ-শিংবা মীশিংগী রা ভাওথোক-ভাওশিন তৌবদা "বাদ" কৌবা ভাওথোক্-ভাওশিন অতু ঐনি॥ ৩২ ॥

## অথুপ্প রা

মথক্ত ২০ শুবা শ্লোকতা— "অহমাদিশ্চ মধ্যশ্চ ভূতানা-মন্ত এব চ"— "অচৎ-চত্ত থরায়পানবা পূম্নমক্কী কৃষ্ণ ঐসি হৌঃ-রক্ফমনি, ময়ায়দা ভুংনকম (হিংতুনা লৈনফম) নি অতুগা অরোইবদা চওজক্মনি" হায়না তাকখি অতুগা "সর্গাণাম্" অসি-নচিংবা শ্লোক অসিদদি, থরায়পানদবা আকাশ-নচিংবা তাইবওপানগী মরম্‌দা হায়বনি। মরম্ অসিনা অমুক্ হননা হায়বগী মশক্ ওইবা দোষ লৈতে। অতুগা শ্লোক অসিদা শ্রীভগবান্ন আত্মতত্ত্ব-বিদ্যাবু ঈবুংঙো মাগী বিভূতি (ফোংদোক্‌পা মওঙ) ওইনা মশা-মক্নি হায়রি। "আত্মানমধিকৃত্য বর্ত্ততে ইত্যধ্যাত্মম্" — "আত্মাবু লৌ.দুনা মাগী অশেংবা মশক্কী মরম্‌দা বিচার তৌরিবা বিদ্যাবু "অধ্যাত্মবিদ্যা" কৌই। মসিবু "পরা বিদ্যা" নত্রগা "ব্রহ্মবিদ্যা" হায়নস্থু কৌই। শ্রুতিনা হায়রি— "পরা যয়া তদক্ষরমধিগম্যতে" (মুঃ উঃ ১/১/৫)— "মতুনা মরম্ ওইতুনা মাও-তাক্‌পা লৈতবা আত্মাগী মশক্ ওইবা ব্রহ্ম খঙবা শুমবা অতুবু পরা বিদ্যা কৌই।" "স ব্রহ্মবিদ্যাং সর্ব্ববিদ্যা প্রতিষ্ঠামথর্বায় জ্যেষ্ঠপুত্রায় প্রাহ" (মুঃ উঃ ১/১/১)— "ব্রহ্মানা বিদ্যা পূম্নমক্কী চওজক্ম ওইতুনা মকোক্ ওইরিবা ব্রহ্মবিদ্যাসিবু মহাক্কী মচানুপা অহল অথর্বগীদমক্ হায়রখি।" অতুবু অসিগুমবা বিদ্যাসিবু কনা কনাগুমবা বুদ্ধি লয়তাদবা মী থরনা মথোঙ-মরম্ খঙদনা অমম্লং

মসিগী মরম্দা বিচার ঈতৌ তৌদনা য়ামনা নিন্দা তৌই। মখোয়না মসিগী নিন্দা তৌরিবসি শ্রীভগবান্গী নিন্দানি হায়বা তাই। মরম্দি মফম অসিদা শ্রীভগবান্ন অধ্যাত্মবিদ্যাসিবু ঐ ঈশামক্কি হায়রি। বিচার তৌরগা তশেং তশেংবা মওঙদা হায়রবদি জীবাত্মাসি শ্রীভগবান্দগী অতোপ্প অমা নত্তে, অন্তঃকরণ (মন) ওইবা উপাধি লৈবদগী জীবাত্মা শ্রীভগবান্দগী তোপ্প উবতনি। মরম্ অসিনা শ্রীমদ্ভাগবত মহাপুরাণদসু ঈবুংঙো মশামক্ক মাগী বিভূতি-শিংবু উদ্ধবকী মফমদা তাক্পা মতমদা জীবাত্মাসিবু মাগী মশামক্কি হায়রি—

মরেশ্বরেণ জীবেন গুণেন গুণিনা বিনা।
সর্ব্বাত্মনাপি সর্ব্বেণ ন ভাবোবিদ্যতে ক্বচিৎ॥
(ভাগঃ ১১/১৬/৩৮)

"ঈশ্বরগী মশক্ ওইবা, জীবাত্মাগী মশক্ ওইবা গুণগী মশক্ ওইবা, গুণ লৈবগী মশক্ ওইবা, পূম্নমক্ ওইবা মরম্ন পূম্নমকী মশক্ ওইবা কৃষ্ণ ঐ নত্তনা অতোপ্প করিগুমবা পোৎ অমত্তসু লৈতে।" মরম্ অসিনা ঈশ্বর জীব-নচিংবা পূম্নমক্সি উপাধি খেন্নবদগী তোপ্প তোপ্প উবা ঙাক্কনি, অশেংবা মওঙদদি শ্রীভগবান্মক্কনি, মঙোন্দগী অতোপ্প পোৎ অমা নত্তে। (মসিদু নাংথিনা খঙনীংবা মীনা "জ্ঞানগী লম্বী" কৌবা লাইরিক্ত ঈশ্বর অমসুং জীবগী মরম্দা ইরিবা অহু পাবিগদবনি)।

শাস্ত্রশিংসিবু খঙবা অমসুং মা ঙাওনবদা য়ামনা হৈ-শিংবা মী অনীগী মরক্ত করিগুমবা হীরম্ অমা লোৎতুনা মৱৈ য়েংনবদা

"বিতণ্ডা, জল্প অমসুং বাদ" অসুমনা য়েংন-রাগী মখল অহুম থোক্লা খায়রি। মহুদা মী অমনা মশানদি হীরমহুদা য়াদবা অতুগা অতোপ্প-নদি য়াবা মতমদা যুক্তিশিং অমসুং প্রমানশিংনা শোগ-ত্তুনা মরৈ য়েংনয়কপা মতমদা অমনা অমগী য়া ককথৎনহুনা য়েং-নবা অহুবু "বিতণ্ডা" কৌই। মরৈ য়েংনয়িবা অনীগী মহুংদা আনা মানা য়ানীংবা হীরম্ জৌরগা মহুগী মরমদা অমনা অমবু ককথত্তুনা মশা মশাগী হীরমবু চুমনবা ভাণ্ডহুনা অমনা অমবু মায়থীবা পীনবা মরৈ "জল্প" কৌই। মতৌ অহুমনা লেংমান-নবা নত্রগা গুরু-শিষ্য অনীগী মরক্ত করিগুমবা হীরম অমগী অশেংবা তত্ত্ব খণ্ডনবগীদমক্ য়াহং পাউথুম শুইনা বিচার তৌবগী মশক্ ওইবা মরৈ য়েংনবনু "বাদ" কৌই। বিতণ্ডা অমসুং জল্পদা করিগুমবা পোৎ অমগী অশেংবা তত্ত্ব খণ্ডবা ওমদে, মহুদা অমনা অমবু মায়থীবা ওমনবা হোৎনবদনি। অহুগা বাদ কৌবা মরৈ অসিদি তশেংনা তত্ত্ব খণ্ডবা ওমঈ। মরম্ অসিদগী শ্লোক অসিদা শ্রীভগবান অহুমসিগী মহুংদা "বাদ" অসিবু ঈবুংঙো মাগী বিভূ-তিনি হায়না তাকপনি॥ ৩২॥

অক্ষরাণামকারোঽস্মি দ্বন্দ্বঃ সামাসিকস্য চ।

অহমেবাক্ষয়ঃ কালো ধাতাহং বিশ্বতোমুখঃ॥ ৩৩॥

অন্বয়ব্যাখ্যাঃ — অক্ষরাণাং=অ, ই অসিনচিংবা ময়েক্-শিংগী মহুংদা, অকারঃ অস্মি—"অ" ময়েক্ অসি কুক্ ঐমহি, চ=অমুসুং, সামাসিকস্য=তংনুরন-নচিংবা সমাসশিংগী মরক্ত, দ্বন্দ্ব ওইবা সমাস ঐনি, অক্ষয়ঃ কালঃ—লুমিং, মা, চহী-অচিংবা

অচংপা (অরেঙবা) মতমশিংগী মন্নুংদা লেঙদনা ( চত্তন ) অমস্তুং অমাঙ-অতা লৈতনা লৈরিবা মতম্ কৌবহ্, অহম এব — কৃষ্ণ ঐ- মক্তি, বিশ্বতোমুখঃ — মায়কৈ পূম্বদা মায়ওল্লিবা, ধাতা অহম্ — কর্ম্মগী মহয়বু পীনহৈবা পরমেশ্বর ঐনি ॥ ৩৩ ॥

**অপূম্ব অর্থ:** ময়েক্শিংগী মন্নুংদা "অ" ময়েক্ কৃষ্ণ ঐনি, সমাসশিংগী মন্নুংদা "দ্বন্দ্ব" সমাস ঐনি, হুমিং, থা-নাচংবা অচংপা (অরেঙবা) মতমশিংগী মন্নুংদা অমাঙ অতা লৈতবা মতম কৌবহ্ ঐনি মায়কৈ পূম্বদা মায়ওল্লিবা অমস্তুং কর্ম্মগী মহয়বু পীনহৈবা পরমেশ্বরহ্ ঐমক্তি ॥ ৩৩ ॥

## অথ্‌পূম্ব বা

ময়েক্শিংগী মন্নুংদা "অ" কারবু শ্রীভগবান্না মশামক্তি হায়রগী মরম্দি — "অ" কারসি ময়েক্শিংগী মকোক্ ওইবদা নত্তনা ক, খ- নচিংবা ব্যঞ্জনশিং অমস্তুং বাহয়শিং হায়দোক্পা মতমদা "অ" কারগী মতেং লৌঃদনা হায়দোক্পা য়াদে। মরম্ অসিনা "অ" কারগী মরম্দা শ্রুতিনা অস্নুমনা হায়রি — "অকারো বৈ সর্ব্বা বাক্ সৈষা স্পর্শোষ্মভির্ব্যজ্যমানা বহ্বী নানারূপাভবতি" (ঐতঃ উঃ ২/৩/৬) — "অকারসি লেপ্পমক বাহয় পূম্নমক্কী মশক্তি। মরম্দি মহাক্ ব্যঞ্জন ওইবা স্পর্শ অমস্তুং উষ্ম ময়েক্শিংগা তিন-নহুনা হায়দোক্লগা মখল্ মখা অয়ামবা বাহয়শিং ওইরকই ॥

বাহয় অনী নত্রগা মহুদগী হেনবা বাহয়শিংবু অমত্ত ওইনা তিনশিনবু সমাস কৌই। মকোক্ ওইনদি বাহয় অনীখক্কমক্কু

সমাসদা থিনশিননৈ। অব্যয়ীভাব সমাসদা অহানবগী ৱাহয় মকোক্ ওইনা লৈ, তৎপুরুষ সমাসদা অকোনবগী ৱাহয় মকোক্ ওই, অতুগা বহুব্রীহি সমাসদা অতোপ্প ৱাহয় অমগী অর্থ ওই। অতুবু দ্বন্দ্ব সমাসদদি ৱাহয় অনীমক্ মকোক্ ওইবা চপ মাননৈ। মরম্ অসিনা সমাসশিংগী মনুংদা দ্বন্দ্ব সমাসসি শ্রীভগবান্না হায়রনি। অতুগা "কালঃ কলয়তামহম্" (গীঃ ১০/৩০) হায়খিবা অতুদি মাঙবা নাইবা মতমবু লৌঃদূনা হায়রনি। মফম অসিদদি লেঙদনা অমম্লুং মাঙবা লৈতনা লৈবা মতমবু হায়রনি। মরম্ অসিনা দোষ লৈতে॥ ৩৩॥

**মৃত্যুঃ সর্ব্বহরশ্চাহমুদ্ভবশ্চ ভবিষ্যতাম্।**

**কীর্ত্তিঃ শ্রীর্বাক্ চ নারীণাং স্মৃতির্মেধা ধৃতিঃ ক্ষমা ॥৩৪॥**

অন্বয়ব্যাখ্যা ঃ—সর্ব্বহরঃ চ=পুম্নমক্পু মাঙহল্ব, মৃত্যুঃ মৃত্যু দেবতা (অশিবগী লাই), অহম্=কৃষ্ণ ঐনি (শেল থুন মাঙবা অমম্লুং থরায় মাঙবা খেন্নবদগী মাঙবসি অনীথোক্ল খায়রি, মতুদা পুম্নমক্ পুম্মাঙ মাঙহনবসি মৃত্যুনি মতুব্ কৃষ্ণ ঐনি হায়রনি), নত্রগা মহাপ্রলয়গী মতমদা তাইবঙ পুম্নমক্পু পুম্মাঙ মাঙহনবা মৃত্যুসু কৃষ্ণ ঐনি, চ=অতুগা, ভবিষ্যতাং=মতুংদা য়াইফগাদবা মীশিংগী, উদ্ভবঃ=অথোইবা চাউথৎপসু ঐনি, নারীণাং=নুপীশিংগী মনুংদা ধর্ম্মরাজ যমগী নুপী, কীর্ত্তিঃ=কীর্ত্তি (অফবা মিংচৎ) শ্রীঃ= শ্রী (হক্চাংগী ফজবা), বাক্=সরস্বতী (নীংথিবা ৱাহয়), স্মৃতিঃ= স্মৃতি (নীংশিংনবা পাঙ্গল), মেধা=মেধা (অরুবা লাইরিক্লচিংববু

খওননবা শক্তি), ধৃতি —ধৃতি (অৱাবদা তারবস্থ খাওননবা শক্তি), ক্ষমা=ক্ষমা ( থৌজাল হৈবা ) তরেং অসি কৃষ্ণ ঐনি ॥ ৩৪ ॥

**অপূম্ব অর্থ :** পূম্নমক্পু মাওহনবা মৃত্যু কৃষ্ণ ঐনি, অদুগা তুংদা য়াইফররকদবা মীশিংগী অথোইবা চাওখৎপা অদু ঐনি. মুপী-শিংগী মনুংদা ধর্ম্মরাজ যমগী মুপী কীর্ত্তি, শ্রী, বাক, স্মৃতি, মেধা, ধৃতি অমসুং ক্ষমা তরেং অসি এগী বিভূতিনি ॥ ৩৪ ॥

বৃহৎসাম তথা সাম্নাং গায়ত্রী ছন্দসামহম্ ।
মাসানাং মার্গশীর্ষোঽহমৃতূনাং কুসুমাকরঃ ॥৩৫॥

**অন্বয়ব্যাখ্যা :** - সাম্নাং—সামবেদগী মন্ত্রশিংগী মনুংদসু (মথক্ত শ্লোক ২২ দা "বেদানাং সামবেদোঽস্মি"—"বেদশিংগী মনুংদা কৃষ্ণ ঐ সামাবদনি" - অসুমনসু হায়খ্রবনি). বৃহৎসাম— বৃহৎসাম্ কৌবা মন্ত্রশিং অদু কৃষ্ণ ঐনি, তথা—মতৌ অদুমনা, ছন্দসাম্= অনুষ্টুপ নচিংবা ছন্দশিংগী (শৈরেংশিংগী) মনুংদা, গায়ত্রী—গায়ত্রী কৌবা ছন্দ, অহম্—কৃষ্ণ এনি, মাসানাং= শজ্রীবু-নচিংবা থা তরা-নিথোইগী মনুংদা, মার্গশীর্ষঃ—হীয়াঙ্গৈ কৌবা থা, অহম্= কৃষ্ণ ঐনি (মরম্দি থা অসিগী মনুংদা অনৌ, অনৌবা চেঙ, কৌ. মহয়-মরোং নাংথিনা ফংঈ). ঋতূনাং=ঋতুশিংগী মনুংদা, কুসুমাকরঃ= বসন্ত ঋতু ঐনি ॥ ৩৫ ॥

**অপূম্ব অর্থ :** - সামবেদগী মন্ত্রশিংগী মনুংদা বৃহৎসাম কৌবা মন্ত্রশিং অদু কৃষ্ণ ঐনি, মতৌ অদুমনা ছন্দশিংগী মনুংদা গায়ত্রী ছন্দনি থাশিংগী মনুংদা হীয়াঙ্গৈ কৌবা থা ঐনি, ঋতুশিংগী মনুংদা বসন্ত ঋতু ঐনি ॥ ৩৫ ॥

দ্যূতং ছলয়তামস্মি তেজস্তেজস্বিনামহম্‌ ।
জয়োঽস্মি ব্যবসায়োস্মি সত্ত্বং সত্ত্ববতামহম্‌ ॥৩৬॥

**অন্বয়ব্যাখ্যা :**—ছলয়তাং=লৌনম্বশিংগা মরী লৈনবা, দ্যূতং অস্মি—চৌবর কৃষ্ণ ঐনি, তেজস্বিনাং=য়ামনা মতীক্‌ মঙাল লৈবা মীশিংদা লৈবা, তেজঃ অহম্‌—মতীক্‌ মঙাল অহ্ন ঐনি, জয়ঃ অস্মি =বিজয় তৌবা মীশিংগী জয় ঐনি, ব্যবসায়ঃ অস্মি=নোম্ব কম্ব মী-শিংগী নোম্ব অহ্ন ঐনি, সত্ত্ববতাং—সত্ত্বগুণ লৈবশিংগী, সত্ত্বং অহম্‌= সত্ত্বগুণ অহ্ন ঐনি ॥ ৩৬ ॥

**অপূর্ব অর্থ :**—লৌনম্‌ চাউবা মীশিংগা লোয়ননা মরী লৈ-নবা চৌবর শান-নবহ্ন কৃষ্ণ ঐনি, য়ামনা মতীক্‌-মঙাল লৈবা মীশিংদা লৈবা মতীক্‌—মঙাল অহ্ন ঐনি, বিজয় তৌবা মীশিংগী জয় ঐনি, নোম্ব কম্ব মীশিংগী অনোম্বহ্ন কৃষ্ণ ঐনি, সত্ত্বগুণ লৈবা মীশিংগী সত্ত্ব অহ্ন কৃষ্ণ ঐনি ॥ ৩৬ ॥

বৃষ্ণীনাং বাসুদেবোঽস্মি পাণ্ডবানাং ধনঞ্জয়ঃ ।
মুনীনামপ্যহং ব্যাসঃ কবীনামুশনা কবিঃ ॥৩৭॥

**অন্বয়ব্যাখ্যা :**— বৃষ্ণীনাং—বৃষ্ণিশাগৈদা পোক্‌পা যাদব-শিংগী মন্নুংদা, বাসুদেব অস্মি—ঐ বাসুদেবনি, পাণ্ডবানাং=পাণ্ডুগী মচাশিংগী মন্নুংদা, ধনঞ্জয়ঃ=ঐ ধনঞ্জয় অর্জ্জুননি, অপি—অহ্নগা, মুনী-নাং— মুনিশিংগী মন্নুংদা, অহং ব্যাস=ঐ ব্যাস মুনিনী, কবীনাং— কবিশিংগী মন্নুংদা, উশনা কবিঃ=উশনা কবি (রাক্ষসশিংগী পুরো-হিত শুক্রাচার্য্য) ঐনি ॥ ৩৭ ॥

**অপূর্ব অর্থ :**— বৃষ্ণি শাগেদা পোক্পা যাদবশিংগী মহুংদা ঐ বাসুদেবনি, পাণ্ডবশিংগী মরক্ত ঐ অর্জ্জুননি অহুগা মুনিশিংগী মরক্ত ঐ ব্যাসদেবনি, কবিশিংগী মহুংদা ঐ উশনা (শুক্রাচার্য্য) কবি ঐনি ॥ ৩৭ ॥

দণ্ডো দময়তামস্মি নীতিরস্মি জিগীষতাম্।
মৌনং চৈবাস্মি গুহ্যানাং জ্ঞানং জ্ঞানবতামহম্ ॥৩৮॥

**অন্বয়ব্যাখ্যা :** দময়তাং=চয়্রাক্ তৌবা মীশিংগী, দণ্ডঃ অস্মি=চয়রাক্ অহু কৃষ্ণ এনি, জিগীষতাং=জয় তৌবা পামবা মীশিংগী, নীতিঃ অস্মি = জয় তৌনবা মথল্ মথা অয়াম্ব উপায়হু ঐনি, চ=অহুগা, গুহ্যানাং=থূগুূনা থমবা মতীক্ চাবা হীরম্-শিংগী উপায়, মৌনং অস্মি এব=ব্বা ঙাংদনা তূনিম্ন লৈবগী মশক্ ওইবা মৌনহু ঐমক্তি, জ্ঞানবতাম্=জ্ঞান লৈবা মীশিংগী, জ্ঞানং অহম্=জ্ঞান ঐনি ॥ ৩৮ ॥

**অপূর্ব অর্থ :**—চয়রাক্ পীবা মীশিংগী চয়রাক্ অহু কৃষ্ণ ঐনি, জয় তৌবা পামবা মীশিংগী জয় তৌনবা উপায়গী মশক্ ওইবা নীতিহু ঐনি অহুগা থূগুূনা থমবা মতীক্ চাবা হীরম্শিংগী উপায় তূমিম্ন লৈবগী মশক্ মৌন ঐমক্তি. জ্ঞান লৈবশিংগী জ্ঞান কৃষ্ণ ঐনি ॥ ৩৮ ॥

যচ্চাপি সর্ব্বভূতানাং বীজং তদহমর্জ্জুন।
ন তদস্তি বিনা যৎস্যান্ময়া ভূতং চরাচরম্ ॥৩৯॥

**অন্বয়ব্যাখ্যা :**—অর্জ্জুন=হে অর্জ্জুন! সর্ব্বভূতানাং=ভাই-বও পূম্বগী, যৎ চ অপি বীজং=পোক্পবা খ্বাইদগী অহাম্ব মঙ্গ ওইবা

মরম্, তৎ অহং=মহূ কৃষ্ণ ঐনি, ময়াবিনা যৎস্যাং=কৃষ্ণ ঐ য়াওদনা লৈবা য়াবা, তৎ চরাচরং ভূতং=অহুগুমবা অচৎ-চত্ত করি-গুমবা পোৎ অমত্ত, ন অস্তি=লৈতে ॥ ৩৯ ॥

**অপুণ্ব অর্থ ঃ**—হে অর্জ্জুন। তাইবঙ পুম্বগী পোক্নবা খ্বায়দগী অহাম্ব মরূ ওইবা মরম্ অহূ কৃষ্ণ ঐনি, কৃষ্ণ ঐ য়াওদনা লৈবা য়াবা অহুগুমবা অচৎ-চত্ত কবিগুমবা পোৎ অমত্ত লৈতে ॥৩৯॥

**অথ্ৎপ্প ব্র।**

অচৎ-চত্ত তাইবঙপুম্বসিগী চঙজফম ওইবা হৌবক্ফম পব-মেশ্বর পরমাত্মানি। অহুগুমবা পরমাত্মাহূ সাক্ষাৎ ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণনি, উপাধি ওইবা মায়ানা মরম্ ওইহুনা মীওইবগী মওঙ ওইনা উবদনি। হায়রিবা উপাধিগী মশক্ ওইবা সত্ব, রজঃ অমসুং তমঃ গুণ অহুমনা তিনবা মায়াসিগী মতেংদগী তাইবঙপান পুম্বসি ঈবুংঙো মঙোন্দগী পোক্লকপনি। শ্রুতিনসু অসুমনা হায়রি "তস্মাদ্বা এতস্মাদা-ত্মন আকাশঃ সংভূতঃ, আকাশাদ্ বায়ুঃ, বায়োরগ্নিঃ, অগ্নেরাপঃ, অদ্ভ্যঃ পৃথিবী, পৃথিব্যা ওষধয়ঃ (তৈঃ উঃ ২/১/১) —"জীবাত্মাসিদগী করিমত্ত থেন্নদবা পরমাত্মা অহুদগী অহাম্বদা আকাশ পোক্খি, আকাশদগী নুংশিৎ পোক্খি, নুংশিত্তগী ময় পোক্খি, ময়দগী ঈশিং পোক্খি, ঈশিংদগী পৃথিবী পোক্খি, পৃথিবীদগী উ-রা, মনা-মশীংনচিংবা পুম্নমক্ পোক্খি।" মসিদা "কার্য্যং সর্ব্বং কারণমাত্রম্" - "থবক্ পুম্নমক্সি সুপ্ন মথোয়গী মচাক্ ওইবা মরম্ অহূ নত্তনা অতোপ্প অমা নত্তে" হায়বা নিয়মগী মতুংইননা তাইবঙ পুম্বসিসু পুম্নমক্কী চঙজফম ওইনা মচাক্ ওইরিবা

ঈবুংঙো মঙোন্দগী অতোপ্পা অমা নত্তে। মায়ানা মরম্ ওইদুনা ঈবুংঙো মঙোন্দগী অনীশুবা ওইনা অতোপ্পা ওইদুনা তাইবঙসি উবদনি। মরম্ অসিনা ভাগবতকী মন্ত্রদা অসুমনা হায়রি—

অবিদ্যমানোঽপ্যবভাতি হি দ্বয়ো
ধ্যাতুর্ধিয়া স্বপ্নমনোরথৌ যথা॥

(ভাগঃ ১১/২/২৮)

"অনীশুনা লৈবগুম তৌরিবা তাইবঙসি মিথ্যানি (উরবসু অশেংবমক্তি মতম অন্তমক্ত লৈতবনি) মঙ অমসুং মনোরথদা (রাখলদা) উবা পোৎ মিথ্যা ওইরবসু মতুগী ধ্যান তৌবা মীশিংগী পূক্নীংদা অচুমবা ওইনা উবগী মতৌগুমনা তাইবঙসিসু অচুমবা ওইনা উবনি।"

মরম্ অসিনা শ্রীভগবান্ন ঈবুংঙো মহাক্ য়াওদবা করিগুমবা অমত্ত তাইবঙসিদা লৈতে তাক্পনি॥ ৩৯॥

শ্রীভগবান্গী বিভূতিশিং হায়বসিবু লোইশিন্দুনা মসিগী ওমখৈ লৈতববু অসুমনা তাক্লি—

নান্তোঽস্তি মম দিব্যানাং বিভূতীনাং পরন্তপ।
এষ তুদ্দেশতঃ প্রোক্তো বিভূতের্বিস্তরো ময়া॥৪০॥

**অন্বয়ব্যাখ্যা :**—পরন্তপ=য়েক্কবশিংবু রাহম হে অর্জুন। মম—কৃষ্ণ ঐগী, দিব্যানাং—অমক্পা লৈত্রবা, বিভূতীনাং=ফোং-দোক্নুনা লৈবা মতীক্-মঙালগী ন অন্তঃ অস্তি=অরোইবা লৈতে, বিভূতেঃ=কৃষ্ণ ঐগী ফোংদোক্নুনা লৈবা ঈতীক্-ইঙালগী, এষ তু

বিস্তরঃ=শনদোক্পা খরদং অসিবুদি, উদ্দেশতঃ ময়া প্রোক্তঃ=য়ামনা শম্ন ঐনা হায়বনি ॥ ৪০ ॥

অপূম্ব অর্থ :- য়েক্কবশিংবু ব্বাহন্ব হে অর্জ্জুন। কৃষ্ণ ঐগী অমক্পা লৈত্রবা ফোংদোক্কুনা লৈবা ঈতীক্ ইঙালগী (বিভূতিগী) ওমখৈ লৈতে। অদুমক্ ওইনা ঐগী বিভূতিগী শনদোক্পা খর-দংসিবুদি য়ামনা শম্ন ঐনা হায়বনি ॥ ৪০ ॥

অদুমক্ ওইহনস্ন শ্রীভগবান্গী ফোংদোক্কুনা লৈবা মতীক্-মঙালশিংবু (বিভূতিশিংব) নীংথিনা খঙনাংবা ভক্তশিংনা কদাই কদাইদা মদু খঙবা য়াগদগে হায়বদু অস্নমনা তাক্লি—

যদ্ যদ্বিভূতিমৎসত্ত্বং শ্রীমদূর্জিত মেব বা।
তৎ তদেবাবগচ্ছ ত্বংমম তেজোঽংশসম্ভবম্ ॥ ৪১ ॥

অণ্বয়ব্যাখ্যা ঃ- যৎ যৎ সত্ত্বং=কনা কনাগুমবা থবায়পানবা জীব, বিভূতিমৎ—মতীক্-মগুণ লৈবা, শ্রীমৎ=লল থুম অমদি ফজবা মঙালগা লোয়নবা হকচাং লৈবা, বা=নত্রগা, ঊর্জিতং এব=মপাঙ্গল য়ামনা কন্নমক্ত ওইবদি, তংতৎএব=মদু মদুমক্তবু, ত্বং=অর্জ্জুন নহাক্ত, মম—পরমেশ্বর কৃষ্ণ ঐগী, তেজোংশসম্ভবং=মঙালগী মশক্ ওইবা শক্তিগী শরুক্তগী পোক্পনি হায়না, অবগচ্ছ=খঙউ ॥ ৪১ ॥

অপূম্ব অর্থ ঃ—কনা কনাগুমবা থবায়পানবা জীব, মতীক্-মগুণ লৈবা লল-থুম লৈবা অমদি শাওঙ-শাদা ফজবা নত্রগা মপাঙ্গল্ য়ামনা কন্নমক্ত ওইরবদি, মদু মদুমক্ত অর্জ্জুন নঙনা কৃষ্ণ

ঐগী মঙালৃগী মশক্ ওইবা শক্তিগী শুরক্তুগী পোক্পনি হায়না খঙউ ॥ ৪১ ॥

মতৌ অসুমনা অহানবদা অমমম্ ওইনা বিভূতিশিংবু তাক্লগা হৌজিক্ অরোইবদা খোমজিনদুনা পুম্ন মছুবু তাক্লি—

**অথবা বহুনৈতেন কিং জ্ঞাতেন তবার্জ্জুন।**

**বিষ্টভ্যাহমিদং কৃৎস্নমেকাংশেনস্থিতো জগৎ ॥৪২॥**

**ইতি শ্রীমদ্ভগবদ্‌গীতাসূপনিষৎসু ব্রহ্মবিদ্যায়াং যোগশাস্ত্রে শ্রীকৃষ্ণার্জ্জুন সংবাদে বিভূতি যোগোনাম দশমোঽধ্যায় ॥১০॥**

অন্বয়ব্যাখ্যা :—অথবা — মসি নত্রগা, অর্জ্জুন — হে অর্জ্জুন। তব = নহাক্কীদমক্, এতেন বহুনা — অমমম্ ওইনা অসুক্ য়ামবা অসিবু, জ্ঞাতেন কিং = খঙলুবগা করি কান্নগনি, অহং = সাক্ষাৎ পরব্রহ্ম কৃষ্ণ ঐ, ইদং কৃৎস্নজগৎ = অচং-চত্ত তাইবঙ পুম্বসিবু, একাংশেন বিষ্টভ্য — ঐগী মচি (শরুক মচেৎ) অমদা পুত্থনা থমলগা, স্থিতঃ = লৈরিবনি ॥ ৪২ ॥

অপূম্ব অর্থ :—মসি নত্রগা হে অর্জ্জুন। নহাক্ক অমমম্ ওইনা অসুক য়ামনা—মসিবু খঙলুবগা করি কান্নগনি? সাক্ষাৎ পরব্রহ্ম কৃষ্ণ ঐনা অচং-চত্ত তাইবঙ পুম্বসিবু ঐগী মচি (শরুক মচেৎ) অমদা পুত্থনা থমলগা লৈরিবনি ॥ ৪২ ॥

## অথুপ্পা

শ্রীভগবান্ কৃষ্ণ অসি নিরাকার (মওঙ লৈতবা), নির্গুণ (গুণ অমত্ত লৈতবা) অমসুং সচ্চিদানন্দ (সংচিৎ আনন্দ ওইবা) অনীশুবা

লৈতবা পরব্রহ্মমক্নি। ঈবুংঙো মাগী শক্তি ওইবা মায়ানা মরম্ ওইদুনা মশক্ নাইবা কৃষ্ণ ওইনা ফোংদোক্পনি অমসুং ময়াম্ ওইনা উবনি। মতৌ অসুমনা পরব্রহ্মগী মশক্ ওইবা শ্রীকৃষ্ণ ঈবুংঙো মহাক্ন ময়াম ওইনা ফোংদোক্লিবা পুম্নমক্ অদুগী মকোক্ মকোক্ক ওইবশিংবু মাগী বিভূতিশিংনি তাক্পনি। মতুদা ঈবুংঙো মাগী অশেংবা মশক্ তাক্কে হায়বগীদমক্ অধ্যায় অসিগী অরোইবা শ্লোকসিদা, উবিবা ময়ামসিবু খণ্ডলুবগা করি কান্নগনি ; ভগবান্ মাগী অমত্ত ওইবা অশেংবা মশক্ অদু খণ্ড, মদু খণ্ডলগা ভগবান মঙোন্দ তিনবগী মশক্ ওইবা মোক্ষ ফংগনি হায়না পাউতাক্ পীবনি। মবম্দি উবিবা পুম্নমক্সি মায়ানা মবম্ ওইদুনা চণ্ডজকম ওইবা ব্রহ্মদা উংপা ডাক্তনি, অশেংবা অমত্ত লৈতে। মায়াদুংসু ঈবুংঙো মাগী (ব্রহ্মগী) শরুক্ অমদা চণ্ডজদুনা লৈরগা তাইবঙপুম্বসিবু মখল্ মখা অয়ামবা মওঙদা, সিনেমাগী পর্দাদা উংপগী মতৌগুমনা উহল-লগা থরায় পানবা পুম্নমক্পু শুমহত্তুনা থমলিবনি। ঈবুংঙো মাগী শরুক্ অমদা তাইবঙ পুম্ব লৈ হায়বসিবু শ্রুতিনা অসুমনা তাক্লি "পাদোঽস্য বিশ্বা ভূতানি ত্রিপাদস্যামৃতং দিবি" (যজুঃ ৩১/৩)—"পরব্রহ্মগী মশুং অমদা অচৎ-চত্ত তাইবঙ পুম্নমক্সি চণ্ডজদুনা লৈ, অদুগা মশুং অহুমদি মাগী অশেংবা মঙালগী মশক্ ওইবা চেতন অদুদা অমৃত ওইনা লৈ।" মসিবু মফম অসিদসু শ্রীভগবান্ কৃষ্ণনা মাগী মচি অমদা তাইবঙপুম্ব পুদুনা লৈ তাক্পনি। অদুবু অশেংবমক্তি ঈবুংঙো মাগী মচেৎ-মশুংনচিংবা অমত্ত লৈতে ; মাদি

অতেক্ অকায় লৈতনা মওঙ লৈতনা শীন্থুংনা লৈরিবনি। আকাশ তশেংনা মচেৎ-মকায় লৈতনা লৈরবস্মু মাগী মচি অমদা হুমিং থা-নচিংবা লৈবগী মতৌগুমনা পরব্রহ্মগী মশক্ ওইবা ঈবুংঙো মাগী শরূক্ অমদা তাইবঙপুম্ব লৈ হায়বনি। অদুগা ঈবুংঙো মঙোন্দ চঙজহুনা লৈরিবা তাইবঙ অদুস্মু মায়ানা উৎপা মরম্ লৈ হায়না খঙনবদনি, তশেংবদি মতম অহুমক্ত লৈতে। মরম্ অসিনা শ্রুতিনা অস্মুমনা হায়রি - "জগন্নাম্না চিদাভাতি সর্ব্বং ব্রহ্মৈব কেবলম্।" (যোঃ শিঃ উ: ৪/১৮) - "তাইবঙ (জগৎ) হায়না কৌহুনা স্বপ্ন চঙজফম ওইনা লৈবা চেতনমক্ত উই, তশেং-বমক্তি পূম্নমক্সি ব্রহ্মমক্তনি।" মসিগী খূদম্দি— লিল ওইনা থৌরীমক্তবু উই, উরিবা লিল অদু থৌরীমকক্তগী অতোপ্প নত্তে। মতৌ অদুমনা মসিদস্মু খঙগদবনি। মরম্ অসিনা শ্রীকৃষ্ণ ঈবুংঙো মাগী মশক্ ওইবা ব্রহ্ম নত্তনা অতোপ্প অনীশুবা পোৎ অমত্ত লৈতে। মসিবুস্মু শ্রুতিনা অস্মুমনা হায়রি "একমেবাদ্বিতীয়ং ব্রহ্ম নেহ নানাস্তি কিঞ্চন।" (ত্রিঃ মঃ উঃ ৩/১) - "অনী-শুবা লৈতবা অমত্তংদা ওইবা ব্রহ্মনি, মসিদা ময়াম ওইবা করি-গুমবা পোৎ অমত্তা লৈতে।" মরম্ অসিনা জ্ঞানীগী মীৎয়েংদা য়েংলবদি জীবত্মাসিস্মু ব্রহ্মমক্তি, মঙোন্দগী অতোপ্প নত্তে। জীববু ব্রহ্মনি হায়না খঙলবা মতুংদা মঙোন্দগী অতোপ্প খঙগদবা পোৎ অমা লৈহৌদে। ব্যবহারদা উরিবা খঙলিবা পূম্নমক্ সরু মিথ্যা (মতম অহুমদা লৈতবা) ওইনা জ্ঞানীশিংনা উই। মরম্ অসিনা শ্রুতিনা হায়রি—"আত্মনি বিজ্ঞাতে সর্ব্বমিদং বিজ্ঞাতং ভবতীদং

সর্ব্বং যদয়মাত্মা।" (বৃঃ উঃ ২/৪/৬)—"আত্মাগী শংশঙনা উবা জ্ঞান লৈরবদা লেঙলি-পাললিবা পূম্নমক্সি খঙবা ওই, উরিবা খঙলিবা পূম্নমক্সি আত্মা অসিনি।" মসিদগী শ্রুতিনা অস্মুমনস্ম হায়রি –

ময্যখণ্ডসুখাম্ভোধৌ বহুধা বিশ্ববীচয়ঃ।
উৎপদ্যন্তে বিলীয়ন্তে মায়ামারুতবিভ্রমাৎ॥
(কুঃ উঃ ১৪)

"লেঙদন। অমস্মুং মচেৎ তাদনা লৈবা মুংঙাইবগী, সমুদ্রগী মশক্ ওইবা পরমাত্মা ঐঙোন্দ মাযাগী মশক্ ওইবা মুংশিং শাং-পদগী ভ্রম ওইনা (চুমদবা ওইনা) মখল্-মখা অয়াম্ব তাইবংগী মশক্ ওইবা ঈথক্শিং পোক্লকই অমস্মুং নেমথই।"

মতৌ অস্মুমনা অচং চম্ভ তাইবঙ পূম্নমক্পু মায়ানা মবম্ ওই-হুনা ঈবুংঙো মাগী মচি শরুক্) অমদা পুহুনা লৈবিবা শ্রীভগবান্‌গী অশেংবা মশক্ পরব্রহ্মব্ ভক্ত ওইবা মীশিংনা ধ্যান তৌহুনা শং-শঙনা খঙনবা হোৎনগদবনি। মতুতদা মীওইবগী মপোক্ অসি মহৃয় যানগদবনি ॥৪২॥

মতৌ অস্মুমনা শ্রীভগবান্ন শক্পা উপনিষৎশিংদা ব্রহ্মবিদ্যাগী মশক্ ওইবা যোগশাস্ত্রগী মনুংদা অর্জ্জুন অমস্মুং শ্রীকৃষ্ণগী বাহং পাউথুম ওইনা

ঙাঙনবদা রাজবিদ্যা রাজগুহ্য যোগ কৌবা তরাহুবা অধ্যায়গী

স্বামী যোগেন্দ্রানন্দ গিরিনা ইবা অথূপ্প বাগা

লোয়নবা অন্বয়ব্যাখ্যা লোইরে ॥ ১০ ॥





# শ্রীমদ্ভগবদ্ গীতা

## ওঁ ভগবতে বিশ্বরূপায় কৃষ্ণায় নমঃ ॥

## তরামাথোইশুবা অধ্যায়

## (একাদশোঽধ্যায়)

তরামাথোইশুবা অধ্যায়সিগী মমিং বিশ্বরূপদর্শননি। অধ্যায় অসিদা শ্রীভগবান্ মাগী মায়ানা উংলিবা বিশ্বরূপ (বিরাট্‌কী মশক্) অদুদা সৃষ্টি নচিংবা থবক্ পূর্ণমক্ উহনগনি অমসুং মদু উরগা অর্জ্জুননা য়াম্না ভক্তিনা প্রার্থনা তৌগনি। মহুদসু মথক্কী অধ্যায়গী অবোইবদা "বিষ্টভ্যাহমিদং" (১০/৪২) অসি নচিংবনা "কৃষ্ণ এন্না তাইবঙ পূম্বসিবু ঐগী শরুক অমদা পুদুনা থমলগা লৈ" হায়খি-বদু তাবগা অর্জ্জুননা ঈবুংঙো মাগী বিশ্বরূপ (তাইবঙ পূ:গী মশক্ ওইবা বিরাট্‌রূপ) অদুবু শংশঙনা য়েংনিংদুনা অসুমনা হায়-জবা হৌই —

### অর্জ্জুন উবাচ

মদনুগ্রহায় পরমং গুহ্যমধ্যাত্মসংজ্ঞিতম্।<br>
যৎত্বয়োক্তং বচস্তেন মোহোঽয়ং বিগতো মম ॥১॥

**অন্বয়ঃ** অর্জ্জুনঃ উবাচ—ত্বয়া মদনুগ্রহায় যৎ পরমম্ গুহ্যম্ অধ্যাত্মসংজ্ঞিতম্ বচ উক্তম্, তেন মম অয়ম্ মোহঃ বিগতঃ।

**অন্বয়ব্যাখ্যা ঃ**—অর্জ্জুনঃ উবাচ=অর্জ্জুননা হায়জখি. ত্বয়া—ঈবুংঙো নহাক্ন, মদনুগ্রহায়—অর্জ্জুন ঐগী ঈফমদা থৌজানবীবগীদমক্, যৎ পরমং গুহ্যং=য়ামনা থূপ্প লৈরবা, অধ্যাত্মসংজ্ঞিতং—অধ্যাত্ম হায়না কৌবা আত্মা অমসুং আত্মা নত্তবা পোৎ অনীবু খাইদোক্তুনা তাক্পগী মশক্ ওইবা. বচঃ উক্তং=ৱা হায়বিখি, তেন=হায়বিখিবা ৱা অদুনা, মম—অর্জ্জুন ঐগী, অয়ং মোহঃ=আত্মা নত্তবা পোৎশিংদা য়ামনা ষুংশিবা মরম্দগী শুমহত্তুনা লৈরমবদু, বিগতঃ=চৎথোক্খ্রে॥ ১॥

**অপূর্ব্ব অর্থ ঃ**—অর্জ্জুননা হাযজখি ঈবুংঙো নহাক্ন ঐগী ঈফম্দা থৌজানবীদুনা য়ামনা থূপ্পবা অধ্যাত্ম হায়না কৌবা আত্মা অমসুং আত্মা নত্তবা পোৎ অনীবু খাইদোক্তুনা তাক্পগী মশক্ ওইবা ৱা হায়বিখি. ৱা অদুনা ঐগী আত্মা নত্তবা পোৎশিংদা শুমহত্তুনা লৈরমবদু চৎথোক্খ্রে॥ ১॥

## অথূপ্প ৱা

আত্মাবু হীরম্ ওইনা লৌঃদুনা হায়বা ৱাবু অধ্যাত্ম কৌই। শ্রীভগবান্ন— "অশোচ্যানন্বশোচস্তং" (গীঃ ২/১১)— "ৱাফম থোক্তবা ভীষ্ম-দ্রোণ-নচিংববু লৌঃদুনা নহাক্ন ৱাৱি" মসিদগী হৌদুনা—"ন জায়তে ম্রিয়তে বা কদাচিৎ" (গীঃ ২/২০)—"আত্মা কৈদৌঙৈদম্ক পোক্তে অমসুং শিদে" অসি–নচিংবনা আত্মাগী অশেংবা মশক্ক মওঙ তাক্খি। মদুবু নীংথিনা খঙদুনা অর্জ্জুননা মাগী

মোহ (আত্মাবু খণ্ডদবদগী আত্মা নত্তবা পোংশিংদা শুমহত্তুনা লৈবা) অচু কোক্প্রে হায়বনি। অতুগা অধ্যাত্মবু য়ামনা থূপ্প হায়বগী মরম্দি— মতীক্ চাদবা মফমদা আত্মাগী শশেংবা মশক্ তাক্পা করিমত্ত কান্নদে। অমোৎপা ফিবু মচু শঙবদা মচু লাকতবগুনা শেংদবা পুক্নীংদা আত্মাগী ব্রা লয়্তানা লৈতে। মরম্ অসিনা মতীক্ চাবা মী য়েংলগা আত্মাগী ব্রা হায়গদবনি, মতীক্ চাদবা মীদগীদি য়ামনা থূপ্প থমগদবনি হাযবসিব শাস্ত্রনা তাক্কুনা থমলি। মতুবু লৌংতুনা "য়ামনা থূপ্প অধ্যাত্মগী ব্রা" অস্মুমনা অর্জুননা হায়বিবনি ॥ ১ ॥

তবেৎশুবা অধ্যাযদগী তরাশুবা অধ্যায় ফাওবদা শ্রীভগবান্ন সগুণ ব্রহ্মগী মরম্দা উপাসনাগীদমক্ হায়খিবা অতুবুস্মু লৌঃরগা অর্জুননা ঃস্মুমন হাযরি—

**ভবাপ্যয়ৌ হি ভূতানাং শ্রুতৌ বিস্তরশো ময়া।**
**ত্বত্তঃ কমলপত্রাক্ষ মহাত্ম্যমপি চাব্যয়ম্ ॥ ২ ॥**

**অন্বয়ঃ**—কমলপত্রাক্ষ! ত্বত্তঃ ভূতানাং ভবাপ্যয়ৌ হি বিস্তরশঃ ময়া শ্রুতৌ অব্যয়ং মাহাত্ম্যং অপি চ ॥

**অন্বয়ব্যাখ্যা**ঃ—কমলপত্রাক্ষ=থমবাল মনাগী মতৌগুমবা নীংথিজরবা মীৎ অনীনা নঙগী ওইবা হে ঈবুঙো! ত্বত্তঃ=ঈবুংঙো নঙোন্দগী, ভূতানাং=অচৎ-চত্ত তাইবঙ পুম্নমক্কী. ভবাপ্যয়ৌ হি=পোক্পা অমস্যং মাঙবা ওই হায়বসিবু, বিস্তরশঃ=য়ামনা শুগাইনা, ময়া শ্রুতৌ=ঐনা তাজরে, চ=অতুগা অব্যয়ং=মাঙ-তাক্পা লৈত্রবা, মহাত্ম্যং অপি (শ্রুতম্)=নতীক্-নগুনবুস্মু তাজরে ॥ ২ ॥

**অপূম্ব অর্থ :**—হে কমলনয়ন ৷ ঈবুংঙো নঙোন্দগী অচৎ-চন্ত তাইবঙ পুম্নমক্কী পোক্‌পা অমসুং মাঙবা ওই হায়বসিবু য়ামনা শুগাইনা ঐনা তাজরে অতুগা মাঙ তাক্‌পা লৈত্রবা নত্তীকু নগুণবুস্থু তাজবে ॥ ২ ॥

**এবমেতদ্ যথাৎথ ত্বমাত্মানং পরমেশ্বর ।**

**দ্রষ্টুমিচ্ছামি তে রূপমৈশ্বরং পুরুষোত্তম ॥ ৩ ॥**

**অন্বয় :**—পবমেশ্বর ত্বং আত্মানং যথা আৎথ এতৎ এবম্ । পুরুষোত্তম ৷ তে এশ্বরং রূপং দ্রষ্টুং ইচ্ছামি ॥

**অন্বয়-ব্যাখ্যা :**—পরমেশ্বর=হে পরমেশ্বব ৷ ত্বং=ঈবুংঙো নহাক্ন, আত্মানং=নির্গুণ নিবাকার অমসুং সগুণ সাকার ওইবা নশাগী মওংগী মবম্‌দা, যথা আৎথ=অতুমনা শনদোক্ন তাক্‌পিরি, এতৎ এবম=মতু অশেংবমক্নি (মতুদা ঐগী থাজদবা করিমত্ত লৈতে, অতুমনদি ওইবৰদা), পুরুষোত্তম=মুপাশিংগী মনুংদা খ্বায়দগী অথোই-বা হে ভগবন্ ! তে=ঈধুংঙো নহাক্কী, ঐশ্বরং রূপং=ঈশ্বরগী রূপ (মশক্) অতুবু, দ্রষ্টুং ইচ্ছামি=ঐনা য়েংজবা পামঙ্গী ॥ ৩ ॥

**অপূম্ব অর্থ :** খ্বায়দগী অথোইবা হে ঈশ্বব ৷ ঈবুংঙো নহাক্ন নশাগী মওংগী মরম্‌দা অতুমনা শনদোক্ন তাক্‌পিরি, মতু অশেংব-বক্নি করিমত্ত চিংনকম লৈতে ; অতুমনদি ওইরবদা. মুপাশিংগী মনুংদা খ্বায়দগী অথোইবা হে ভগবন্ । ঈবুংঙো নহাক্কী ঈশ্বরগী ওইবা মশক্ অতুবু ঐনা য়েংজবা পামঙ্গী ॥ ৩ ॥

**মন্যসে যদি তচ্ছক্যং ময়া দ্রষ্টুমিতি প্রভো ।**

**যোগেশ্বর ততো মে ত্বং দর্শয়াত্মানমব্যয়ম্ ॥ ৪ ॥**

**অণ্বয়ঃ** প্রভো যদি তৎ (রূপং) ময়া দ্রষ্টুং শক্যং ইতি মন্যসে। ততঃ যোগেশ্বর! ত্বং মে অব্যয়ং আত্মানং দর্শয়॥

**অণ্বয়ব্যাখ্যা ঃ** - প্রভো = পূন্নমকী মপু ওইবা হে স্বামিন্! যদি = করিগুমবা, তৎ (রূপ) = ঈবুংঙো নহাক্কী নশক্ অদুবু, ময়া দ্রষ্টুং শক্যং = অর্জুন ঐনা য়েংজবা ঙমগনি, ইতি মন্যসে = অসুমনা খনবিরবদি, ততঃ = মতু ওইবরদি, যোগেশ্বর = যোগীশিংগী হে ঈশ্বর! ত্বং = ঈবুংঙো নহাক্, মে = ঐগীদমক অব্যয়ং = মাঙবা লৈত্রবা, আত্মানং = নহাক্কী বিশ্বরূপ ওইবা নশক্ অদুবু, দর্শয় = য়েংহনবিয়ু॥ ৪॥

**অপূন্ব অর্থ ঃ** পূন্নমকী মপূ ওইবা হে ভগবন্! করিগুমবা নশক্ অদুবু ঐনা য়েংজবা ঙমগনি অসুমনা খল্বিবা থোক্লবদি, যোগীশিংগী হে ঈশ্বর। ঈবুংঙো নহাক্ ঐগীদমক্ মাঙবা লৈত্রবা নশক্ অদুবু য়েংহনবিয়ু॥৪॥

অর্জুননা ঈবুংঙো মাগী বিশ্বরূপ ওইবা মশক্ য়েংগে হায়জরবদা শ্রীভগবান্না মঙোন্দ অসুমনা হায়বা হৌই—

### শ্রীভগবানুবাচ

**পশ্য মে পার্থ রূপাণি শতশোহথ সহস্রশঃ।**
**নানাবিধানি দিব্যানি নানাবর্ণাকৃতীনি চ॥ ৫॥**

**অণ্বয় ঃ**—শ্রীভগবান্ উবাচ—পার্থ। মে নানাবিধানি নানাবর্ণাকৃতীনি চ শতশঃ অথ সহস্রশঃ দিব্যানি রূপাণি পশ্য।

**অন্বয়ব্যাখ্যা :** শ্রীভগবান্ উবাচ=শ্রীভগবানন হায়রিখি—পার্থ—পৃথা (কুন্তী)গী মচানুপা হে অর্জ্জুন। মে—কৃষ্ণ ঐগী নানাবিধানি—মখল্ মখা অয়াম্ব, চ—অমস্তুং, নানাবর্ণাকৃতীনি=য়ামলবা মচু মওঙনা তিনবা, শতশঃ=চামা চামা অথ—অতুগা, সহস্রশঃ= লীশিং লীশিং. দিব্যানি=অমকপা লৈত্রবা, রূপানি পশ্য—ঈশকশিংবু যেংউ ॥ ৫ ॥

**অপুন্ন অর্থ :**— শ্রীভগবানন হায়রিখি—পৃথাগী মচানুপা হে অর্জ্জুন। কৃষ্ণ ঐগী মখল্ মখা অয়াম্ব য়ামলবা অমস্তুং মচু মওঙশিংনা তিনবা চামা চামা অতুগা লীশিং লীশিং ওইবা মক্রবা ঈশকশিংবু য়েংউ ॥ ৫ ॥

শ্রীভগবানন অর্জ্জুনবু য়েংহনগদৌরিবা মশকশিং অতুবু শমলপ্ন শ্লোক অনীদা অস্তুমনা হায়রি—

**পশ্যাদিত্যান্ বসূন্ রুদ্রানশ্বিনৌ মরুতস্তথা।**
**বহূন্যদৃষ্টপূর্ব্বাণি পশ্যাশ্চর্য্যাণি ভারত ॥ ৬ ॥**

**অন্বয়ঃ** ভারত! আদিত্যান্, বসূন্, রুদ্রান্, অশ্বিনৌ তথা মরুতঃ পশ্য বহূনি অদৃষ্টপূর্ব্বাণি আশ্চর্য্যাণি পশ্য।

**অন্বয়ব্যাখ্যা :** ভারত— ভরতকী শাগৈদা পোকপা হে অর্জ্জুন। আদিত্যান্= নুমিৎ কৌবা লাই তরানিথোইবু, বসূন্= মায়কৈ ঙাকপা বসু কৌবা লাই নীপানবু, রুদ্রান্—রুদ্র কৌবা শংকর-নচিংবা লাই তরামাথোইবু, অশ্বিনৌ—অশ্বিনীকুমার কৌবা লাই মচীন্নাউবু, তথা=মতৌ অতুমনা. মরুতঃ=মরুৎ কৌবা লাই

নীযুমাপনবু, পশ্য—নংনা য়েংউ, (মসিদা নত্তনা) বহুনি—য়ামগ্রবা, অদৃষ্টপূর্ব্বানি—অহাম্বদা কৈদৌউৈদস্মু উখিগ্রিবা, আশ্চর্য্যানি= অঙকৃপগী মশক্ ওইবা পোংশিংবু, পশ্য=য়েংউ ॥ ৬ ॥

অপূপ্প অর্থ :—ভরত শাগৈদা পোকৃপা হে অর্জ্জুন ! নুমিৎ কৌবা লাই তবানিথোইবু, মায়কৈ ঙাকৃপা বস্মু নীপানবু, রুদ্র তবামাথোইবু, অশ্বিনীকুমার অনীবু মতৌ অহুমনা মরুৎ কৌবা লাই নিযুমাপনবু য়েংউ, মসিদা নত্তনা অহাম্বদা উখিগ্রিবা অয়ামবা অঙকৃপগী মশক্ পোংশিংবুস্মু য়েংউ ॥ ৬ ॥

লাইশিংদা নত্তনা তাইবঙ পূম্বসি ঈবুংঙো মাগী বিরাট্ ওইবা হকৃচাংদা লৈবিবহুবু য়েংউ হায়রি—

**ইহৈকস্থং জগৎ কৃৎস্নং পশ্যাদ্য সচরাচরম্ ।**

**মম দেহে গুড়াকেশ যচ্চান্যদ্দ্রষ্টুমিচ্ছসি ॥ ৭ ॥**

অপ্বয় : গুড়াকেশ । অদ্য ইহ মম দেহে একস্থং সচরাচরং কৃৎস্নং জগৎ পশ্য, যৎ চ অন্যৎ দ্রষ্টুং ইচ্ছসি, (তৎ অপি পশ্য),

অন্বয়ব্যাখ্যা :— গুড়াকেশ=তুম্ববু খুহুম চনহুনা থমবা ঙমবা (তুমদবা ঙমবা) হে অর্জ্জুন। অদ্য—ঙসি, ইহ মম দেহে= কৃষ্ণ ঐগী হকৃচাং অসিদা, একস্থং—মচি অমদা কায়াৎ ওইনা লৈরিবা, সচরাচরম্—অচৎ-চত্ত থবায় পানবা পূম্নমক্ অসিবু, কৃৎস্নং জগৎ তাইবঙপূম্বসিবু, পশ্য=নঙনা য়েংউ, চ=অহুগা, যৎ অন্যৎ =মসিদা নত্তবা অতোপ্প করিগুমবা, দ্রষ্টুং ইচ্ছসি—য়েংবা পাম-লবদি (তৎ অপি পশ্য)—মহুবুস্মু য়েংউ ॥ ৭ ॥

**অপূম্ব অর্থ :—** তুম্‌দবা ওমবা হে অর্জ্জুন! ওসি ঐগী হক্‌চাংসিদা কায়াৎ ওইনা মচী অমদা লৈরিবা থবায় পানবগা লোয়নবা তাইবঙ পুম্বসিবু য়েংউ, মসিদা নত্তনা অতোপ্প য়েং-নীংবা পোৎসু য়েংউ ॥ ৭ ॥

মরিশুবা শ্লোকতা অর্জ্জুননা - "ঈবুংঙো নহাক্কী বিরাট্‌ ওইবা মশক্‌ অদুবু ঐনা য়েংজবা ওমগনি খল্লিরবদি" অসুমনা হায়খিবদুগী পাউখুম ওইনা শ্রীভগবান্ন অসুমনা পীরি —

**ন তু মাং শক্যসে দ্রষ্টুমনেনৈব স্বচক্ষুষা।**
**দিব্যং দদামি তে চক্ষুঃ পশ্য মে যোগমৈশ্বরম্‌ ॥৮॥**

**অন্বয় :—**অনেন স্বচক্ষুষা এব মাং দ্রষ্টুং ন তু শক্যসে তে দিব্যং চক্ষুঃ দদামি, মে ঐশ্বরং যোগং পশ্য।

**অন্বয়ব্যাখ্যা :—**অনেন স্বচক্ষুষা এব = নহাক্কী অচমবা মীৎ অসিনদি, মাং দ্রষ্টুং ন তু শক্যসে = বিরাট্‌কী মশক্‌ লৌঃদুনা লৈবা কৃষ্ণ ঐবু য়েংবা শূকুওম ওমলোই, (মরম্‌ অসিনা) — তে = নওগী-দমক্‌, দিব্যং চক্ষু দদামি = জ্ঞানগী মশক্‌ ওইবা মীৎ ঐনা পীরি, (পীরিবা মীৎ অদুনা) — মে = কৃষ্ণ ঐগী, ঐশ্বরং যোগং = ঈশ্বরগী ওইবা মতীক্‌ মগুণ অদুবু, পশ্য = য়েংউ ॥ ৮ ॥

**অপূম্ব অর্থ :—**হে অর্জ্জুন! নহাক্কী অচমবা মীৎ অদুনা বিরাটকী মশক্‌ লৌঃরিবা কৃষ্ণ ঐবু য়েংবা ওমলোই, মরম্‌ অসিনা নওগীদমক্‌ জ্ঞানগী মশক্‌ ওইবা মীৎ ঐনা পীরি, মদুনা নহাক্ক কৃষ্ণ ঐগী, ঈশ্বরগী ওইবা ঈগুণবু য়েংউ ॥ ৮ ॥

শ্রীভগবান্ন অর্জ্জুনবু অমকৃপা লৈত্রবা বিশ্বরূপ য়েংহনবা অহুগী মরম্‌দা সঞ্জয়না ধৃতরাষ্ট্র নিংথৌগী মফমদা তাকুনা (লীহনা) অস্নুমনা হায়রি -

## সঞ্জয় উবাচ

এবমুক্ত্বা ততো রাজন্ মহাযোগেশ্বরো হরিঃ।
দর্শয়ামাস পার্থায় পরমং রূপমৈশ্বরম্ ॥ ৯॥

অন্বয়ঃ— সঞ্জয়ঃ উবাচ রাজন্! মহাযোগেশ্বরঃ হরিঃ এবং উক্ত্বা ততঃ পার্থায় পরমং ঐশ্বরং রূপম্ দর্শয়ামাস।

অন্বয়ব্যাখ্যাঃ - সঞ্জয়ঃ উবাচ=সঞ্জয়না হায় - রাজন্ - হে মহারাজ ধৃতরাষ্ট্র! মহাযোগেশ্বরঃ হরিঃ=খ্বায়দগী অথোইবা অমস্তুং যোগীশিংগী মপু ওইবা শ্রীহরিনা (ভক্তশিংগী পাপ পুন্নমকপু কোক্‌-পিহৈবা শ্রীভগবান্ন), এবং উক্ত্বা=অচমবা মীংনদি ঐবু উবা ঙম-লোই, ঐবু উবা ঙমন-নবা জ্ঞানগী মশক্ ওইবা মীৎ পীগে অস্নুমনা হায়রগা, ততঃ—মতুগী মতুংদা, পার্থায়=পৃথা (কুন্তী)গী মচানুপা অর্জ্জুনগী দমক্, পরমং রূপং—খ্বায়দগী অথোইবা বিশ্বরূপ ওইবা মশক্ অহুবু, দর্শয়ামাস=য়েংহনখি ॥ ৯ ॥

অর্জ্জুনবু য়েংহললিবা ঈবুংঙো মাগী মশক্ অহুবু সঞ্জয়না অস্নুমনা তাকই—

অনেকবক্ত্রনয়ন মনেকাদ্ভুত দর্শনম্।
অনেক দিব্যাভরণং দিব্যানেকোদ্যতায়ুধম্॥ ১০ ॥
দিব্য মাল্যাম্বরধরং দিব্যগন্ধানুলেপনম্।
সর্ব্বাশ্চর্য্যময়ং দেবমনন্তং বিশ্বতোমুখম্॥ ১১ ॥

**অন্বয় :**—অনেকবক্ত্রনয়নং অনেকাদ্ভুতদর্শনং অনেকদিব্যাভরণং দিব্যানেকোদ্যতায়ুধম্ ॥ ১০ ॥ দিব্যমাল্যাম্বরধরং দিব্যগন্ধানুলেপ-নং সর্ব্বাশ্চর্য্যময়ং দেবং অনন্তং বিশ্বতোমুখং ( অর্জ্জুনায় দর্শয়া-মাস) ॥ ১১ ॥

**অন্বয়ব্যাখ্যা :** – অনেকবক্ত্রনয়নং – ঈবুংঙো মাগী রূপ (মশক্) অত্মুদা মায়, মীৎ য়ামনা লৈরবা, অনেকাদ্ভুতদর্শনং – উবদা অঙকৃপা পোক্‌পা মশক্ য়ামনা লৈববা, অনেকদিব্যাভবণং – মক্ত্রবা ফিজেৎ-লৈজেং য়ামনা লৈরবা, দিব্যানেকোদ্যতায়ুধং = মক্ত্রবা খূৎশূ-খূৎলাই ময়ামবু থাংগত্তুনা পায়রবা ॥ ১০ ॥ দিব্যমাল্যাম্বরধবং – মক্ত্রবা লৈ পরেং অমসুং ফি-শিংবু থোল্লবা, দিব্যগন্ধানুলেপনং = মক্ত্রবা মনম্ মুংশিরবা চন্দন তৈববা, সর্ব্বাশ্চর্য্যময়ং – পুম্নমক্ অঙকৃপগী মশক্ ওইরবা, দেবং – মশামতোমদা ঙানত্নুনা লৈব।, অনন্তং = ভমথৈ লৈতনা পাক-চাউবা, বিশ্বতোমুখং (অর্জ্জুনায় দর্শযামাস) = মায়কৈ পুম্নমক্ত মায় ওন্দুনা লৈবা মশক্ অত্মবু অর্জ্জুনগী মফমদা য়েংহনখি ॥ ১১ ॥

**অপূন্ন অর্থ :**— মায়-মীৎ য়ামনা লৈরবা, উবদা অঙকৃপা পোক্‌পা রূপ (মশক্) য়ামনা লৈরবা, মক্ত্রবা ফিজেৎ লৈজেং য়ামনা লৈরবা, মক্ত্রবা খূৎশূ-খূৎলাই ময়ামবু থাংগৎত্তুনা পায়রবা, মক্ত্রবা লৈ পরেং অমসুং ফিশিংবু থোল্লবা, মক্ত্রবা মনম্ মুংশিরবা চন্দন তৈরবা, পুম্নমক্ অঙকৃপগী মশক্ ওইরবা, অতোপ্পগী মতেং য়াওদনা মশা মতোম্‌তা ঙানত্নুনা লৈবা, ভমথৈ লৈতনা পাক্ চাউবা অমসুং মায়কৈ পুম্নমক্ত মায় ওন্দুনা লৈবা ঈবুংঙো মাগী মশক্ অত্মবু অর্জ্জুনগী মফমদা য়েংহনখি ॥১০-১১ ॥

শ্রীভগবান্‌গী অণ্ডকৃপা মশক্ অদু অতোপ্পগী মতেং য়াওদনা মতোমদা ঙানদুনা লৈ হায়না মথক্কী শ্লোকতা "দেবং" হায়বা ৱাহয় অসিনা খঙহনখিবদুবু হৌজিক্ চাংদম-নহুনা সঞ্জয়না অস্ুমনা হায়রি —

**দিবি সূর্য্যসহস্রস্য ভবেদ্ যুগপদুৎথিতা।**
**যদি ভাঃ সদৃশী সা স্যাদ্ ভাসস্তস্য মহাত্মনঃ ॥১২॥**

**অন্বয়ঃ**—যদি দিবি সূর্য্যসহস্রস্য ভাঃ যুগপৎ উৎথিতা ভবেৎ সা (ভাঃ) তস্য মহাত্মনঃ ভাসঃ সদৃশী স্যাৎ।

**অন্বয়ব্যাখ্যা ঃ**— যদি = করিগুমবদা, দিবি = অকাশদা (অতিয়াদা), সূর্য্যসহস্রস্য = নুমিৎ লীশীং অমগী, ভাঃ = মঙাল, যুগপৎ উৎথিতা ভবেৎ = মতম্ অমত্তদা থোক্পা ওইরবদি, সা (ভাঃ) অদুগুমবা নুমিংশিংগী মঙাল অদু, তস্য মহাত্মনঃ = বিশ্বরূপ লৌঃ-দুনা লৈরিবা মহাত্মা অদুগী, ভাসঃ = মঙালগা সদৃশী স্যাৎ = মান্নবা য়াই ॥ ১২ ॥

**অপূন্ন অর্থ ঃ** করিগুমবদা মতম অমত্তদা অতিয়াদা নুমিৎ লীশীং অমা থোক্লুনা মঙাল পীবা তারবদি, অদুগুমবা মঙাল অদু বিশ্বরূপ লৌঃদুনা লৈরিবা মহাত্মা অদুগী মঙালগা মান্নবা য়াই ॥ ১২ ॥

"ইহৈকস্থং জগৎ কৃৎস্নং পশ্য"—"শ্রীভগবান্‌গী হক্-চাংদা মচি অমদা লৈবা জগৎ পূম্ববু য়েংউ" হায়না ৭শুবা শ্লোকতা শ্রীভগবান্ন হায়খিবদুবু অর্জুননা শংশঙনা উদুনা থঙলে হায়বসিবু সঞ্জয়না তাক্লি—

তত্রৈকস্থং জগৎ কৃৎস্নং প্রবিভক্তমনেকধা।
অপশ্যদ্ দেবদেবস্য শরীরে পাণ্ডবস্তদা ॥ ১৩ ॥

**অন্বয়ঃ**— তদা পাণ্ডবঃ তত্র দেবদেবস্য শরীরে একস্থং অনেকধা প্রবিভক্তং কৃৎস্নং জগৎ অপশ্যৎ ॥

অন্বয়ব্যাখ্যা ঃ— তদা=মতম্ অদুদা (বিশ্বরূপ উৎবা মতম অদুদা), পাণ্ডবঃ=পাণ্ডুগী মচা অর্জ্জুননা, তত্র দেবদেবস্য শরীরে =লাইগীশিংগীস্মু লাই ওইরবা ঈবুংঙো মাগী হকচাং অদুদা একস্থং= মচি অমদা লৈরিবা, অনেকধা=মখল্ মখা য়ামনা, প্রবিভক্তং= নীংথিনা খায়দোক্লবা, কৃৎস্নং জগৎ—তাইবঙ পুম্ববু, অপশ্যৎ— উথি ॥ ১৩ ॥

অপূর্ব অর্থ ঃ মতম অদুদা পাণ্ডুগী মচা অর্জ্জুননা লাইশিং-গীস্মু লাই ওইরবা ঈবুংঙো মাগী হকচাং অদুগী মচি অমদা লৈ-রিবা অমস্মুং মখল্ মখা য়ামনা নীংথিনা খাযদোক্লবা তাইবঙপুম্ববু উথি ॥ ১৩ ॥

শ্রীভগবান্‌গী বিশ্বরূপ অদুবু উরগা অর্জ্জুনগী পুক্নীং অমস্মুং হকচাংগী ফীবম করমনা ওইখি হায়বগিবু হৌজিক্ সঞ্জয়না অস্মুমনা তাক্লি—

ততঃ স বিস্ময়াবিষ্টো হৃষ্টরোমা ধনঞ্জয়ঃ।
প্রণম্য শিরসা দেবং কৃতাঞ্জলিরভাষত ॥ ১৪ ॥

**অন্বয় ঃ**—ততঃ বিস্ময়াবিষ্টঃ হৃষ্টরোমা স ধনঞ্জয়ঃ দেবং শিরসা প্রণম্য কৃতাঞ্জলিঃ অভাষত ॥

**অন্বয়ব্যাখ্যা :** ততঃ—মতুগী মতুংদা (বিশ্বরূপ উরবা তুংদা), বিস্ময়াবিষ্টঃ—অঙকপা পুক্নীংনা মাগী ওইরবা, হৃষ্টরোমা—মরম্ অশিনা হরাউবনা তু চুংলবা, স ধনঞ্জয়ঃ—ধনঞ্জয় (অর্জ্জুন) অহুনা, দেবং—বিশ্বরূপ লৌঃহুনা লৈরিবা ঈবুংঙো মহাকপু, শিরসা প্রণম্য—কোক্ নোনতুনা খুরুমজরগা, কৃতাঞ্জলিঃ—খুৎ অনী লোন-ননা, অভাষত—অস্নুমনা হায়জখি ॥ ১৪ ॥

**অপুম্ব অর্থ :**- মতুগী মতুংদা অঙকপা পুক্নীংনা মাগী ওইরবা অমম্নুং হরাউবনা তু চুংলবা অর্জ্জুন অহুনা বিশ্বরূপ লৌঃহুনা লৈরিবা ঈবুংঙো মহাকপু কোক্ নোনতুনা খুরুমজরগা খুৎ অনী লোন-নতুনা অস্নুমনা হায়জখি ॥ ১৪ ॥

অর্জ্জুন উবাচ

পশ্যামি দেবাংস্তব দেব দেহে
সর্ব্বাংস্তথা ভূতবিশেষসংঘান্।
ব্রহ্মাণমীশং কমলাসনস্থ
মৃষীংশ্চ সর্ব্বমুরগাংশ্চ দিব্যান্॥১৫॥

**অন্বয় :** অর্জ্জুন উবাচ—দেব! তব দেহে সর্ব্বান্ দেবান্ তথা ভূতবিশেষসংঘান্ কমলাসনস্থং ঈশং ব্রহ্মাণং ঋষীন্ চ সর্ব্বান্ দিব্যান্ চ উরগান্ পশ্যামি।

**অন্বয়ব্যাখ্যা :**- অর্জ্জুন উবাচ—অর্জ্জুননা হায়জখি—দেব—নশা নতোমতা ঙানতুনা লৈরিবা হে ঈবুংঙো। তব দেহে—নহাকী বিশ্বরূপ ওইবা হকচাংসিদা, সর্ব্বান্ দেবান্—ইন্দ্র, বসু-নচিংবা লাই পুম্নমকপু, তথা—মতৌ অদুমনা, ভূতবিশেষসংঘান্

=অচৎ-চত্ত মখল্-মখা অয়ামবা থরায পানবশিংবু, কমলাসনস্থং =শ্রীভগবান্গী খোয়দৌদা হোবা থমবানগী আসনদা ফমত্থনা লৈবা, ঈশং=অত্থগা থরায় পানবা পূম্নমক্কী মথক্ত শাসন্ তৌরিবা, ব্রহ্মাণং=মমায় মচীন) মরি পানবা ব্রহ্মাবু, চ=অমস্থং. সর্ব্বান্ ঋষীন্=ভৃগু—নচিংবা ঋষিশিং, চ=অত্থগা দিব্যান্ উরগান্= অমকৃপা লৈত্রবা বাসুকি-নচিংবা লিনশিংবু, পশ্যামি= ঐনা উজবি ॥ ১৫ ॥

**অপুন্ন অর্থ ঃ**— অর্জ্জুননা হায়জখি—নশা নতোমদা ঙান-ত্থনা লৈবা হে ঈবুংঙো। নহাক্কী হকচাংসিদা ইন্দ্র—নচিংবা লাই পূম্নমকপু মতৌ অত্থমনা অচৎ-চত্ত মখল্ মখা অয়ামবা থরায় পানবশিংবু শ্রীভগবান্গী খোয়দৌঃদা হৌঃবা থমবানগী আসনদা ফমদুনা লৈবা অমস্থং থরায পানবা পূম্নমক্কী শাসন তৌবিবা মমায (মচীন) মরি পানবা ব্রহ্মাবু, অত্থগা ভৃগু—নচিংবা ঋষিশিংবু অমস্থং অমকৃপা লৈত্রবা বাসুকি—নচিংবা লিনশিংবু ঐনা উজরি ॥১৫॥

**অনেক বাহুদরবক্ত্রনেত্রং,**
**পশ্যামি ত্বাং সর্ব্বতোঽনন্তরূপম্ ।**
**নান্তং ন মধ্যং ন পুনস্তবাদিং**
**পশ্যামি বিশ্বেশ্বর বিশ্বরূপ ॥ ১৬ ॥**

**অন্বয় ঃ**- বিশ্বেশ্বর। অনেকবাহূদরবক্ত্রনেত্রং অনন্তরূপং ত্বাং সর্ব্বতঃ পশ্যামি। বিশ্বরূপ। তব ন অন্তং ন মধ্যং ন পুনঃ আদিং পশ্যামি।

**অন্বয়ব্যাখ্যা ঃ** বিশেশ্বর — তাইবঙ 'পূম্বগী মপু ওইরিবা হে ঈবুংঙো। অনেক্ বাহূদরবক্ত্রনেত্রং — পামবোম, পূক্, চীন (মাম্ন) অমম্নুং মীৎ য়ামনা পানবা, অনন্তরূপং — মশীং লাকৃঙমত্রবা মশক্ ওইবা, ত্বাং — ঈবুংঙো নহাক্‌পু, সর্ব্বতঃ — য়েংউ-য়েংউবা মফম পূম্নমক্ত, পশ্যামি — ঐনা উরি। বিশ্বরূপ — তাইবঙ 'পূম্বগী মশক্ ওইবা হে ঈবুংঙো। তব = ঈবুংঙো নহাকী. ন অন্তং = ওমখৈবু (উবা) ফংদে, ন মধ্যং — ময়ায়বু (উবা) ফংদে, পুনঃ — অদুগা, ন আদিং পশ্যামি — অহৌবা মফমবুসু উদে ॥ ১৬ ॥

**অপূম্ব অর্থ ঃ** - তাইবঙ 'পূম্বগী মপু ওইরিবা হে ঈবুংঙো। পামবোম, পূক্, মায় অমম্নুং মীৎ য়ামনা পানবা মশীং লাকৃঙম-দ্রবা মশক্ ওইবা ঈবুংঙো নহাক্‌পু মফম পূম্নমক্ত ঐনা উজরি। তাইবঙগী মশক্ ওইবা হে ঈবুংঙো নহাকী ওমখৈ, ময়ায় অমম্নুং অহৌবা মফমবু উবা ফংদে ॥ ১৬ ॥

কিরীটিনং গদিনং চক্রিণঞ্চ
তেজোরাশিং সর্ব্বতো দীপ্তিমন্তম্।
পশ্যামি ত্বাং দুর্নিরীক্ষ্যং সমন্তা-
দ্দীপ্তানলার্কদ্যুতিমপ্রমেয়ম্ ॥১৭॥

**অন্বয়ঃ** - কিরীটিনং গদিনং চক্রিনং চ সর্ব্বতঃ দীপ্তিমন্তং তেজোরাশিং দুর্নিরীক্ষ্যং সমন্তাৎ দীপ্তানলার্কদ্যুতিং অপ্রমেয়ং ত্বাং পশ্যামি।

**অন্বয়ব্যাখ্যা ঃ** - কিরীটিনং — লুহুপ থোক্লবা, গদিনং চক্রিনং

চ—গদা অমস্তুং চক্রবু পায়রিবা, সর্বতঃ—মায়কৈ পুম্নমক্ত, দীপ্তিমন্তং তেজোরাশিং—ভালজিবা মঙানগী মপৈগী মশক ওইবা, মরম অসিনা—দুর্নিরীক্ষ্যং—য়েংঙমগ্রবা, সমন্তাৎ—মায়কৈ পুম্নমক্ত, দীপ্তানলার্ক-দ্যুতিং—চাকথংলকপা ময় অমস্তুং দুর্মিংকী মতৌগুমনা মঙাল ওইবা, অপ্রমেয়ং—হায়কম থঙত্রবা, ত্বাং পশ্যামি—ঈবুংঙো নহাকপু উজরি মৈজরি ॥ ১৭ ॥

অপূর্ব অর্থ : লুক্তপ্পু থোল্লবা, গদা অমস্তুং চক্রবু পায়রিবা, মাযকৈ পুম্নমক্ত ভালজিবা মঙানগী মপৈগী মশক ওইবা, মরম অসিনা য়েংঙমগ্রবা অদুগা মায়কৈ পুম্নমক্ত চাকথংলকপা ময় অমস্তুং দুর্মিংকী মতৌগুমনা মঙাল ওইবা মসিনি হায়বা অরেপ্প থঙত্রবা ঈবুংঙো নহাকপু উজরি ॥ ১৭ ॥

নহাক্কী অসিগুমবা যোগশক্তিসিকু উরগা অর্জ্জুন ঐনা খল্লরি—

ত্বমক্ষরং পরমং বেদিতব্যং
ত্বমস্যবিশ্বস্য পরং নিধানম্।
ত্বমব্যয়ঃ শাশ্বতধর্ম্মগোপ্তা
সনাতনস্ত্বং পুরুষো মতো মে ॥১৮॥

অন্বয় :—ত্বং বেদিতব্যং পরমং অক্ষরম্, ত্বং অস্য বিশ্বস্য পরং নিধানম্, ত্বং অব্যয়ঃ শাশ্বতধর্ম্মগোপ্তা ত্বং সনাতনঃ পুরুষঃ মে মতঃ ॥

অন্বয়ব্যাখ্যা :—ত্বং=ঈবুংঙো নহাক, বেদিতব্যং—বেদান্ত তমবা, তাব-নচিংবা তৌদুনা থঙগদবা, পরমং অক্ষরং—খ্বায়দগী অথোইবা লেঙদনা লৈব্রা ব্রহ্মনি, ত্বং—ঈবুংঙো নহাক, অস্য বিশ্বস্য

=তাইবওপা অসিগী, পরং নিধানং=মকোক্‌ ওইবা তুংনকমনি, ত্বং=ঈবুংঙো নহাক্‌, অব্যয়ঃ=অমাঙ অতা লৈতবনি, শাশ্বতধর্ম্মগোপ্তা=বেদনা তাকপা ওইবা ধর্ম্মগী ঙাকপিবনি, ত্বং=ঈবুংঙো নহাক্‌, সনাতনঃ পুরুষঃ=সনাতন (মতম পুম্নমক্ত লেঙদনা লৈবা) পুরুষনি, মে মতঃ=অমুমনা অর্জ্জুন ঐগী মতনি ॥ ১৮ ॥

অপূর্ব অর্থঃ ঈবুংঙো নহাক্‌ মোক্ষ পামবা মীনা খঙগদবা অথোইবা লেঙদনা লৈবা ব্রহ্মনি, নহাক্‌ অইবওসিগী তুংনকমনি, নহাক্‌ অমাঙ-অতা লৈতবনি, বেদগী নিত্য ওইবা ধর্ম্মগী ঙাকপিবনি, নহাক্‌ সনাতন পুরুষনি হায়বসি অর্জ্জুন ঐগী মতনি ॥ ১৮ ॥

অনাদি মধ্যান্ত মনন্তবীর্য্য—
মনন্তবাহুং শশিসূর্য্যনেত্রম্‌।
পশ্যামি ত্বাং দীপ্তহুতাশবক্ত্রং
স্বতেজসা বিশ্বমিদং তপন্তম্‌ ॥ ১৯ ॥

অন্বয়ঃ—অনাদিমধ্যান্তং অনন্তবীর্য্যং অনন্তবাহুং শশিসূর্য্যনেত্রং দীপ্তহুতাশবক্ত্রং স্বতেজসা ইদং বিশ্বং তপন্তং ত্বাং পশ্যামি।

অন্বয়ব্যাখ্যাঃ—অনাদিমধ্যান্তং=পোক্‌পা, লোকপা মরক্ত হিংহনা লৈবা অমসুং মাঙবা (শিবা) লৈতবা, অনন্তবীর্য্যং=ওমথৈ লৈতনা তৌবা ওমবা, অনন্তবাহুং=মশীং নাইদবা পামবোম লৈবা, শশিসূর্য্যনেত্রং=থা অমসুং নুমিৎ অমীনিনা নহাক্কী নমীৎ ওইবা, দীপ্তহুতাশবক্ত্রং=চাকথলকপা মর্গী মতোওমনা লংলবা মায়না লংগী ওইবা, স্বতেজসা=নহাক্কী ময়চাক, ইদং বিশ্বং তপন্তং=

তাইবগুপূম্বসিবু ময়শা পীরিবা, ত্বাং পশ্যামি=ঈবুংঙো নহাক্পু উজরি ॥ ১৯ ॥

**অপুম্ব অর্থ :**—পোক্পা, মরক হিংহুনা লৈবা অমসুং শিবা নাইদবা, ওমথৈ লৈতনা ভোবা ওমবা, মশীং লৈতনা পামবোম্ লৈবা, থা অমসুং সুমীৎ অনীসি নহাক্কী নমীৎ ওইবা, চাক্থৎ-লক্লবা ময়গী মতৌগুমনা লংলবা মায়না নহাক্কী ওইবা, নশাগী ময়চাক্ল তাইবগু পূম্নমক্সিবু ময়শা পীরিবা ঈবুংঙো নহাক্পু উজরি ॥ ১৯ ॥

ছাবা পৃথিব্যোরিদমন্তরং হি
ব্যাপ্তং ত্বয়েকেন দিশশ্চ সর্ব্বাঃ।
দৃষ্ট্বাদ্ভুতং রূপমুগ্রং তবেদং
লোকত্রয়ং প্রব্যথিতং মহাত্মন্ ॥২০॥

**অন্বয়ঃ**—মহাত্মন্! ত্বয়া একেন হি ছাবা পৃথিব্যোঃ ইদং অন্তরং ব্যাপ্তম্, সর্ব্বাঃ চ দিশঃ (ব্যাপ্তাঃ)। তব ইদং অদ্ভুতং উগ্রং রূপং দৃষ্ট্বা লোকত্রয়ং প্রব্যথিতম্ ॥

**অন্বয়ব্যাখ্যা :**-মহাত্মন্=পূকচেল চাউরবা হে ঈবুংঙো! ত্বয়া একেন হি—নহাক্ নতোম্মক্তনা ছাবাপৃথিব্যোঃ=স্বর্গ অমসুং পৃথিবী লোক অনী অসিগী ইদং অন্তরং—ময়রক্ত লৈবা অহাংবা আকাশ অসিবু, ব্যাপ্তং=শীনথুংনা লৈরি, চ=অমসুং, সর্ব্বাঃ দিশঃ (ব্যাপ্তাঃ)=মায়কৈ পুম্বদম্ শীনথুংনা লৈরি, তব—ঈবুংঙো নহাক্কী, অদ্ভুতং—অঙকপগী মশক্ ওইবা, উগ্রং ইদং রূপং—অকিবা

পোক্লবা নশক্ অসিবু, দৃষ্ট্বা—উরগা, লোকত্রয়ং = লয় হাকু মরোল অহুম অসি, প্রব্যথিতং—কিবনা থক্ থক্ নীক্লি (মসিবুসু ঐনা উজরি ॥ ২০ ॥

**অপুম্ব অর্থ :**— পুকৃচেল চাউরবা হে ঈবুংঙা। নহাক্ নতোম্মক্তনা স্বর্গ অমসুং পৃথিবী অনীগী মরক্ত লৈবা অহাঙবা আকাশ অসিবু শীনখুনা লৈরি অতুগা মায়কৈ পুম্বদমু শীনখুংলি. নহাক্কী অঙকৃপগী মশক্ ওইবা অকিবা পোক্লবা নশকৃসিবু উবগা মরোল অহুমমক্ অসি কিবনা থক্ থক্ নীক্লি (হায়না ঐনা উজবি) ॥ ২০ ॥

হৌজিক্ অর্জ্জুননা অনীশুবা অধ্যায়গী তরুকশুবা শ্লোকতা "ঐখোয়না জয় ওইগদ্রা নত্রগা ওইবোইদরা হায়বতু খঙবা ঙমদে" হায়না চিংনখিবত্থ কোকৃহনগে হায়বগীদমক্ ভগবান্ন উংপা মহাক্কী মশক্ অতু উবগা অর্জ্জুননা মখা অস্মুমনা হায়খি -

অমীহি ত্বাং সুরসংঘা বিশন্তি
কেচিদ্ ভীতাঃ প্রাঞ্জলয়ো গৃণন্তি।
স্বস্তীত্যুক্ত্বা মহর্ষিসিদ্ধসংঘাঃ
স্তুবন্তি ত্বাং স্তুতিভিঃ পুষ্কলাভিঃ ॥ ২১ ॥

**অন্বয় :**— অমী সুরসংঘাঃ হি ত্বাং বিশন্তি, কেচিং ভীতাঃ প্রাঞ্জলয়ঃ গৃণন্তি, মহর্ষিসিদ্ধসংঘাঃ স্বস্তি ইতি উক্ত্বা পুষ্কলাভিঃ স্তুতিভি ত্বাং স্তুবন্তি।

**অন্বয়ব্যাখ্যা :**—অমী সুরসংঘাঃ=পৃথিবীগী অরাম্ব কোক্লব-গীদমক্ ভীষ্ম-নচিংবা মীশিংগী মশক্ ওইনা পোক্পা বসু-নচিংবা

লাইশিংগী কাংবু অসি, হি—লেপ্পমক্, ত্বাং=ঈবুংঙো নঙোন্দ, বিশন্তি—চঙশিললি কেচিং—মথোয়গী মন্নুংদা কনা কনাগুমবশিংনা, ভীতাঃ প্রাঞ্জলয়ঃ—কিবনা খূৎ অনী লোননতুনা, গৃণন্তি—ঈবুংঙো নংগী স্তুতি তৌবি, মহর্ষিসিদ্ধসংঘাঃ—মহর্ষি অমসুং সিদ্ধশিংগী কাংবু-শিংন্না লানদা উৎ-পাত ওইবা ফত্তবা খুদমশিং উরগা, স্বস্তি ইতি উক্ত্বা=য়াইফবা ওইসনু অসুমনা হায়রগা পুষ্কলাভিঃ স্তুতিভিঃ—মতীক্ চারবা স্তুতিশিংনা, ত্বাং স্তুবন্তি—ঈবুংঙো নহাক্কী স্তুতি তৌবি ॥ ২১ ॥

অপূর্ব্ব অর্থঃ ভীষ্ম-নচিংবা মীওইশিংগী নশক্ ওইনা পোক্পা বসু-নচিংবা লাইশিং অসি ঈবুংঙো নঙোন্দ চঙশিললি, কনা কনা-গুমবশিংনা কিবনা খূৎ লোননতুনা স্তুতি তৌরি, মহর্ষি অমসুং সিদ্ধশিংগী কাংবুশিংনা লানদা ফত্তবা উৎ-পাত উরগা য়াইফসনু অসুমনা হায়রগা মত্তীক্ চারবা স্তুতিশিংনা ঈবুংঙো নংগী স্তুতি তৌরি ॥ ২১ ॥

রুদ্রাদিত্যা বসবো যে চ সাধ্যা
বিশ্বেঽশ্বিনৌ মরুতশ্চোষ্মপাশ্চ।
গন্ধর্ব্বযক্ষাসুরসিদ্ধ সঙ্ঘা
বীক্ষন্তে ত্বাং বিস্মিতাশ্চৈব সর্ব্বে ॥২২॥

অন্বয় ঃ— যে রুদ্রাদিত্যাঃ বসবঃ সাধ্যাঃ চ বিশ্বে (দেবাঃ) অশ্বিনৌ মরুতঃ চ উষ্মপাঃ চ গন্ধর্ব্বযক্ষাসুরসিদ্ধসঙ্ঘাঃ চ সর্ব্বে এব বিস্মিতাঃ ত্বাং বীক্ষন্তে।

অন্বয়ব্যাখ্যা ঃ—যে রুদ্রাদিত্যাঃ—রুদ্র তরামাথোই, আদিত্য

—সুমিং তরানিথোই মখোয় পুন্নমক্সি, বসবঃ—মায়কৈ ঙাক্পা বসু নীপাল্, সাধ্যাঃ চ—অদুগা সাধ্য কৌবা লাইশিং. বিশ্বে (দেবাঃ) —বিশ্বেদেব কৌবা লাইশিং. অশ্বিনৌ=অশ্বিনীকুমার কৌবা লাই মচীন্মনাউ, মরুতঃ চ—অমসুং মরুৎ কৌবা মুংশিংকী লাই নীফুমাপর্ল, উষ্মপাঃ—অশাবা চিঞ্জাক্ চাবা পিতৃশিং, চ=অদুগা, গন্ধর্বযক্ষাসুর-সিদ্ধসঙ্ঘাঃ চ—হাহা-নচিংবা গন্ধর্ব্ব, কুবের-নচিংবা যক্ষ, বিরোচন-নচিংবা অসুর (হি চাবা) অমসুং সিদ্ধ কৌবা লাইশিংগী কাঙবুশিং, সর্ব্বে এব—পুন্নমক্সিনা, বিস্মিতাঃ=ঙকহুনা, ত্বাং—নহাক্ত ঈকুংঙো বিক্ষন্তে=য়েং হুনা লৈরি ॥ ২২ ॥

অপূর্ব অর্থ:—রুদ্র তবামাথোই, আদিত্য তবানিথোই, বসু নীপাল্, সাধ্য কৌবা লাইশিং. বিশ্বেদেব কৌবা লাইশিং, অশ্বিনীকুমাব মচীন্মনাউ, মরুৎ কৌবা লাই (মুংশিং) নীফুমাপল, অশাবা চীঞ্জাকঙাক চাবা অগ্নিষ্বাত্তা-নচিংবা পিতৃশিং, গন্ধর্ব্ব, যক্ষ, রাক্ষস অমসুং সিদ্ধশিংগী কাঙবুশিং পুন্নমক্সিনা ঙকুম্না ঈকুংঙো নহাক্পু য়েংহুনা লৈরি ॥ ২২ ॥

লয়্বাক্ মবোল্ অহুম্মক্ কিবনা থক্ থক্ নীকৃঈ হায়না ২০ শুবা শ্লোকতা হায়খিবহুবু হৌজিক্ অশুমনা লোইশিললি—

রূপং মহত্তে বহুবক্ত্রনেত্রং
মহাবাহো বহুবাহূরুপাদম্।
বহূদরং বহুদংষ্ট্রাকরালং
দৃষ্ট্বা লোকাঃ প্রব্যথিতাস্তথাহম্ ॥ ২৩ ॥

অন্বয়ঃ- মহাবাহো। তে বহুবক্ত্রনেত্রং বহুবাহূরুপাদং বহূদরং বহুদংষ্ট্রাকরালং মহৎ রূপং দৃষ্ট্বা লোকাঃ তথা অহং প্রব্যথিতাঃ।

অম্বয়ব্যাখ্যা :—মহাবাহো=পামবোম চাউরবা হে ভগবন্! তে—ঈবুংঙোগী নহাকী. বহুবক্ত্রনেত্রং= মায় মীৎ য়ামনা লৈরবা, বহুবাহূরুপাদং =পামবোম, খৈবোম খোঙ্ য়ামনা পাল-লবা, বহূদরং= পূক্ ময়াম লৈবা, বহুদংষ্ট্রাকরালং—য়া ময়ামনা অকিবগী মশক্ ওইরবা, মহৎ রূপং—য়ামনা চাউরবা মশক্ অসিবু, দৃষ্ট্বা=উরগা লোকাঃ=থবায় পানবা জীব পুম্নমক্, তথা অহং অহুগা ঐস্মু প্রব্যথিতাঃ=কিবনা থক্ থক্ নীক্লি॥ ২৩॥

অপূর্ব অর্থ : - পামবোম চাউরবা হে ভগবন্! ঈবুংঙো নহাকী মায় মীৎ য়ামনা পাল-লবা, পামবোম, খৈবোম, খোঙ ময়াম, পূক্ ময়াম অমস্তুং য়া ময়ামনা অকিবগী মশক্ ওইরবা, য়ামনা বাং চাউরবা মশক্সিবু উরগা থবায় পানবা জীব পুম্নমক্ অহুগা ঐস্মু কিবনা থক্ থক্ নীক্তুনা লৈরি॥ ২৩॥

অকিবা পোক্পগী মরমবু তাক্তুনা অর্জুননা অমুমন। হায়রি—

নভঃস্পৃশং দীপ্তমনেকবর্ণং
ব্যাত্তাননং দীপ্তবিশালনেত্রম্।
দৃষ্ট্বা হি ত্বাং প্রব্যথিতান্তরাত্মা
ধৃতিং ন বিন্দামি শমঞ্চ বিষ্ণো॥ ২৪॥

**অন্বয়ঃ** বিষ্ণো! নভঃ স্পৃশং দীপ্তং অনেকবর্ণং ব্যাত্তাননং দীপ্তবিশাল নেত্রং হি ত্বাং দৃষ্ট্বা (অহং) প্রব্যথিতান্তরাত্মা ধৃতিং শমং চ ন বিন্দামি।

**অন্বয়ব্যাখ্যা ঃ**—বিষ্ণো=শীনথুংনা লৈরবা হে ঈবুংঙো! নভঃ স্পৃশং=আকাশ পক্ল লৈরিবা, দীপ্তং=য়ামনা লংলবা, অনেক-বর্ণং=মচু য়ামলবা, ব্যাত্তাননং=য়া কাথোক্তুনা লৈরবা (মায় শন-দোক্তুনা লৈরবা), দীপ্তবিশাল নেত্রং=ঈরং লংলবা লাওরবা মীৎ পাললিবা, ত্বাং হি দৃষ্ট্বা=ঈবুংঙো নহাকমক্তবু উরগা, (অহং) প্রব্যথিতান্তরাত্মা=য়ামনা পুক্নীং থ্ কপা ওইরবা ঐনা, ধৃতিং=লয়-তাবা, শমং চ=অমসুং তপথবা, ন বিন্দামি=ফংদে ॥ ২৪ ॥

**অপূম্ব অর্থ ঃ**—শীনথুংনা লৈবা হে ঈবুংঙো! আকাশ পক্ল লৈরিবা, য়ামনা লংলবা. মচু য়ামনা লৈরবা, য়া কাথোক্তুনা থম-লবা, ঈরং লংলবা লাওরবা মীৎ পাললিবা, ঈবুংঙো নহাক্পু উরগা কিবনা পুক্নীং থ্ক্পা ওইরবা ঐনা লৈতাবা অমসুং তপ্-থবা ফংদে ॥২৪॥

অর্জুননা লয়তাবা অমসুং তপ্থবা ফংদবগী মরম্বু অস্থমনা তাক্তুনা হায়রি—

দংষ্ট্রাকরালানি চ তে মুখানি
দৃষ্ট্বৈব কালানলসন্নিভানি।
দিশো ন জানে নলভে চ শর্ম
প্রসীদ দেবেশ জগন্নিবাস ॥২৫॥

**অন্বয় :—** দংষ্ট্রাকরালানি কালানলসন্নিভানি চ তে মুখানি দৃষ্ট্বা এব দিশঃ ন জানে শর্ম চ ন লভে, দেবেশ। জগন্নিবাস। প্রসীদ।

**অন্বয়ব্যাখ্যা :—** দংষ্ট্রাকরালানি=অকিবগী মশক্ ওইবা য়া ময়াম লৈরিবা, কালানলসন্নিভানি চ=অমসুং মহাপ্রলয়গী মতমদা হৌবা ময়গুমলবা, তে মুখানি=নহাক্কী মায়শিংবু, দৃষ্ট্বা এব—উবমক্তদা, দিশঃ ন জানে—ঐনা মায়কৈ খঙদরে, শর্ম চ ন লভে—অমসুং ফুপ্‌থবা, নুংঙাইববুসু ফংদরে, দেবেশ—লাইশিংগী মপু ওইবা হে ঈবুংঙো! জগন্নিবাস—তাইবঙ অসিগী তুংনফম ওইনা লৈবা হে ভগবন্! প্রসীদ্=নহাক্ক পেন্থিহনা থৌজানবীয়্॥ ২৫॥

**অপুণ্ণ অর্থ :—** অকিবগী মশক্ ওইবা য়া ময়াম লৈরিবা অমসুং মহাপ্রলয়গী মতমদা হৌবা ময়্‌গী মতোগুমলবা ঈবুংঙো নংগী মায়শিংবু উবমক্তদা ঐনা মায়কৈশিংবু খঙদরে অমসুং ফুপ্‌থবা নুংঙাইববুসু ফংদরে। লাইশিংগী মপু ওইবা হে ঈবুংঙো! তাইবঙপানসিগী তুংনফম ওইনা লৈবা হে ভগবন্! নহাক্ক পেন্থিহনা থৌজানবীয়্॥ ২৫॥

শ্রীভগবান্না ৭শুরা শ্লোকতা অর্জুন নহুনা য়েংনীংবা পুন্নমক্ কৃষ্ণগী বিশ্বরূপ ওইবা হক্‌চাংদা য়েংউ অমসুং নংনা জয় ওইবা পামবা অতুবুসু য়েংউ হায়খিবগী মতুংইননা হৌজিক্ অর্জুননা মথোয়গী জয় অমসুং দুর্যোধনগী পরাজয়বু উত্নবা শ্লোক মতানা অসুমনা হায়রি—

অমী চ ত্বাং ধৃতরাষ্ট্রস্য পুত্রাঃ
সর্ব্বে সহৈবাবনিপালসঙ্ঘৈঃ।
ভীষ্মো দ্রোণঃ সূতপুত্রস্তথাসৌ
সহাস্মদীয়ৈরপি যোধমুখ্যৈঃ ॥২৬॥
বক্ত্রাণি তে ত্বরমাণা বিশন্তি
দংষ্ট্রাকরালাণি ভয়ানকানি।
কেচিদ্বিলগ্না দশনান্তরেষু
সংদৃশ্যন্তে চূর্ণিতৈরুত্তমাঙ্গৈঃ ॥২৭॥

অন্বয়ঃ—অবনিপালসঙ্ঘৈঃ সহ এব অমী ধৃতরাষ্ট্রস্য সর্ব্বে পুত্রাঃ তথা ভীষ্মঃ দ্রোণঃ অসৌ সূতপুত্রঃ চ অস্মদীয়ৈঃ যোধমুখ্যৈঃ অপি সহ ত্বরমাণাঃ তে দংষ্ট্রাকরালানি ভয়ানকানি বক্ত্রাণি বিশন্তি, কেচিৎ চূর্ণিতৈঃ উত্তমাঙ্গৈঃ দশনান্তরেষু বিলগ্নাঃ সংদৃশ্যন্তে।

অন্বয়ব্যাখ্যা ঃ—অবনিপালসঙ্ঘৈঃ=লৈয়বাক্ ভাক্পা নিংথৌ শিংগী কাগুবুশিংগা সহ এব—লোইন-নমক্, অমী ধৃতরাষ্ট্রস্য সর্ব্বে পুত্রাঃ=মাগুদা উরিবা, ধৃতরাষ্ট্রগী দুর্যোধন-নচিংবা মচা পুম্নমক্, তথা—অদুগা, ভীষ্মঃ দ্রোণঃ অসৌ সূতপুত্রঃ চ—ভীষ্ম দ্রোণ অমসুং সূতগী মচানুপা কর্ণদু, অস্মদীয়ৈঃ=ঐখোয়গী মায়কৈদা লৈবা, যোধমুখ্যৈঃ অপি সহ—অানদা অথোইবা ওইনা লুচিংবশিংগা লোয়নমক্, ত্বরমাণাঃ=য়াম্না থুনা তৌদুনা, (অতত্না লৈতনা), তে—নংগী মহাক্কী, দংষ্ট্রাকরালানি—য়াম্না অসিথিরবা য়া পানবা, ভয়ানকানি—অমসুং অকিবগী মশক্ ওইরবা, বক্ত্রানি—চীনশিংদা

মন্নুংদা (য়াম্নুংদা), বিশন্তি — চঙশিললি, মত্নুদা — কেচিৎ = কনা কনাগুমবদি, চূর্ণিতৈঃ উত্তমাঙ্গৈঃ = তোইরবা মকোক্‌শিংগা লোয়-ননা, দশনান্তরেষু — য়া-শিংগী মরক-মরক্ত, বিলগ্নাঃ — পনহুনা লৈ-ববু, সংদৃশ্যংস্তে — তশেং তশেংনা উরি ॥ ২৬–২৭ ॥

**অপূর্ব অর্থ** ঃ— লয়্‌বাক্ ওাক্‌পা নিংথৌশিংগী কাওবুশিংগা লোয়ননা ধৃতরাষ্ট্রগী দুর্যোধন-নচিংবা মচা পুন্নমক্ অহুগা ভীষ্ম দ্রোণ অমস্তুং সুতগী মচা কর্ণ অহুগা ঐখোয়গী মায়কৈদা লৈবা লানদা লুচিংবশিংগা লোয়ননা য়ামনা থুনা থুনা ঈবুংঙো নহাক্কী য়ামনা তমথীরবা য়া অমস্তুং অকিবগী মশক্ ওইববা চীন্‌শিং অহুগী মন্নুংদা (য়াম্নুংদা) চঙশিললি, মত্নুদা কনা কনাগুম্বদি তোই-রবা কোক্‌শিংগা লোয়ননা য়ারক্‌শিংদা পনহুনা লৈবা তশেং তশেংনা উরি ॥ ২৬–২৭ ॥

মথক্কী শ্লোক অনীদা হায়রিবসিবু খুদম অনীনা তাক্কুনা মখাগী শ্লোক অনীনা হায়রি —

> যথা নদীনাং বহবোঽম্বুবেগাঃ
> সমুদ্রমেবাভিমুখা দ্রবন্তি।
> তথা তবামী নরলোকবীরা
> বিশন্তি বক্ত্রাণ্যভিবিজ্বলন্তি ॥ ২৮ ॥

**অন্বয়** ঃ—যথা নদীনাং বহবঃ অম্বুবেগাঃ সমুদ্রং এব অভিমুখাঃ দ্রবন্তি ; তথা অমী নরলোকবীরাঃ তব অভিবিজ্বলন্তি বক্ত্রানি বিশন্তি।

অন্বয়ব্যাখ্যা :— যথা=অসুমনা, নদীনাং—তুরেনশিংগী, বহবঃ অম্বুবেগাঃ=য়ামলবা ঈশিংগী ঈচেনশিং, সমুদ্রং এব অভিমুখাঃ সমুদ্রগী মায়কৈতমক্ তমহুনা, দ্রবন্তি—চেন্‌শিল্লী, তথা— মতৌ অহুমনা, অমী নরলোকবীরাঃ=ভীষ্ম, দ্রোণ-নচিংবা পৃথিবী লোককী কল্লবা মীশিংসিনা, তব=ঈবুংঙো নহাক্কী, অভিবিজ্বলন্তি—মায়কৈ পূম্নমক্ত চাক্তুনা য়ামনা লংনা লৈরিবা, বক্ত্রানি বিশন্তি=চীন্‌-শিং অহুদা চংশিললি ॥ ২৮ ॥

অপূর্ব অর্থ :—অসুমনা তুরেনশিংগী য়ামলবা ঈশিংগী কল্লবা ঈচেলশিং সমুদ্রগী মায়কৈতমক্ তমনা চেন্‌শিল্লী, মতৌ অহুমনা ভীষ্ম, দ্রোণ-নচিংবা পৃথিবী লোককী কল্লবা মীশিংনা ঈবুংঙো নহাক্কী মায়কৈ পূম্নমক্ত চাক্তুনা য়ামনা লংনা (ডাননা) লৈরিবা চীন্‌শিং (য়াম্লুং-শিং) অহুদা চঙশিললি ॥ ২৮ ॥

যথা প্রদীপ্তং জ্বলনং পতঙ্গা
বিশন্তি নাশায় সমৃদ্ধবেগাঃ ।
তথৈব নাশায় বিশন্তি লোকা
স্তবাপি বক্ত্রাণি সমৃদ্ধবেগাঃ ॥ ২৯ ॥

অন্বয় :— যথা সমৃদ্ধবেগাঃ পতঙ্গাঃ নাশায় প্রদীপ্তং জ্বলনং বিশন্তি, তথা এব সমৃদ্ধবেগাঃ লোকাঃ নাশায় তব বক্ত্রাণি অপি বিশন্তি ।

অন্বয়ব্যাখ্যা :—যথা=অসুমনা, সমৃদ্ধবেগাঃ=কম্ন পাই-শিললিবা, পতঙ্গাঃ—ময়রাম্বীশিংনা, নাশায়=মশা মশাগী মাঙন-নবগীদমক্, প্রদীপ্তং— নীংখিনা চাকখৎলক্লিবা, জ্বলনং—ময়নুংদা,

রিপন্থি—পাইশিলজী, তথা এব—মতৌ অত্তুমনমক্, সমৃদ্ধবেগাঃ—য়ামলা কয় চেন্নুনা, লোকাঃ—দুর্যোধন-নচিংবা মী পুম্নমক্, নাশায়—মশা মশাগী শি-মনবগীদমক্, তব—ঈবুংঙো নহাক্কী, বক্ত্রানি অপি—চীমশিং (য়াকুংশিং) অত্তুদা রিপন্থি—চওশিল্লী ॥ ২৯ ॥

'অপূর্ব অর্থ' ঃ—অত্তুমনা কয় পাইশিলিবা ময়য়াম্বীশিংনা মশা মশাগী মাঙ-মানবগীদমক্ মীংথিনা চাক্‌খংলিবা ময় মঙুংদা পাইশিলনী; মতৌ অত্তুমনমক্ ( ময়য়াম্বীগী মতৌগুমনা ) দুর্যোধন-নচিংবা মী পুম্নমক্ য়ামলা কয় চেন্‌শিন্দুনা মশা মশাগী শিনব-গীদমক্ ঈবুংঙো নওগী চীমশিং (য়াকুংশিং) অত্তুদা চওশিল্লী ॥২৯॥

লাল তৌনীংবা নিংথৌশিংনা ভগবান্‌গী মচীন্দ করমনা চও-বগে হায়বত্তু তাক্লগা হৌজিক্ ভগবান্ন করি তৌই অমসুং ভগ-বান্‌গী মচীন্দগী হৌঃগংপা ময়গী ময়শানা করি তৌই হায়বসিবু অর্জ্জুননা অসুমনা তাক্লি—

লেলিহ্যসে গ্রসমানঃ সমন্তা—
লোকান্ সমগ্রান্ বদনৈর্জ্বলদ্ভিঃ।
তেজোভিরাপূর্য্য জগৎসমগ্রং
ভাসস্তবোগ্রাঃ প্রতপন্তি বিষ্ণো ॥৩০॥

অন্বয় ঃ— সমন্তাৎ জ্বলদ্ভিঃ বদনৈঃ গ্রসমানঃ (ত্বং) সমগ্রান্ লোকান্ লেলিহ্যসে ; বিষ্ণো ! তব উগ্রাঃ ভাসঃ তেজোভিঃ সমগ্রং জগৎ আপূর্য্য প্রতপন্তি ॥

অন্বয়ব্যাখ্যা ঃ সমন্তাৎ—মায়কৈ পুম্নমক, জ্বলদ্ভিবদনৈঃ—

চাক্‌খৎলক্লবা চীন্‌শিং অতুনা, গ্রসমানঃ (ত্বং)=লাল তৌনীংবা ছুর্যোধন-মচিংবা পূন্নমক্‌পু য়োংশিল্লিবা ঈবুংঙো নহাক্ল, সমগ্রান্ লোকান্=পৃথিবী-নচিংবা লোক্ পুন্নমক্ অসিবু, লেলিহ্যসে=হননা হননা লেক্তুনা লৈরি। বিষ্ণো=মফম পুন্নমক্ শীন্‌থুংনা লৈবা হে ঈবুংঙো! তব=নহাক্কী, উগ্রাঃ ভাসঃ=কল্লবা মঙানশিংনা, তেজোভিঃ=মখোয়গী মশেক্ মঙালশিংনা মরম্ ওইহুনা, সমগ্রং জগৎ=তাঈবঙপান পুন্নমক্‌সিবু, প্রতপন্তি=চাক্‌থেক্লি ॥ ৩০ ॥

অপূর্ব্ব অর্থ:—মায়কৈ পুন্নমক্ত চাক্‌খৎলক্লবা চীন্‌শিং অতুনা লাল তৌনীংবা ছুর্যোধন-নচিংবা পূন্নমক্‌পু য়োংশিল্লগা ঈবুংঙো নহাক্ল পৃথিবী-নচিংবা লোক পুন্নমক্ অসিবু হননা হননা লেক্তুনা লৈরি। হে বিষ্ণো! ঈবুংঙো নহাক্কী কল্লবা নঙালশিংনা মখোয়গী মশেক্‌শিংনা মরম্ ওইহুনা তাইবঙপান পুন্নমক্‌সিবু চাক্‌থেক্লি ॥৩০॥

ভগবানগী অসিগুম্বা অকিবগী মশক্ ওইবা মওং অদু করিনো হায়বরি খঙনীংহুনা অর্জ্জুননা অস্নুমনা হংলি—

আখ্যাহি মে কো ভবানুগ্ররূপো
নমোস্তুতে দেববর প্রসীদ।
বিজ্ঞাতুমিচ্ছামি ভবন্তমাদ্যং
ন হি প্রজানামি তব প্রবৃত্তিম্ ॥ ৩১ ॥

অন্বয়:—উগ্ররূপঃ ভবান্ কঃ মে আখ্যাহি দেববর। তে নমঃ অস্তু প্রসীদ। আদ্যং ভবন্তং বিজ্ঞাতুং ইচ্ছামি হি তব প্রবৃত্তিং ন প্রজানামি।

অন্বয়ব্যাখ্যা :—উগ্ররূপ—অকিবগী মশক্ লোঃরিবা (ওইরিবা), ভবান্—ঈবুংঙো মহাক্, কঃ—কনানো হায়বছু, মে আখ্যাহি—ঐঙোন্দ তশেং তশেংনা তাক্‌পিয়ু। দেববর—দেবতাশিংগী মনুংদা খ্বায়দগী অথোইবা হে ঈবুংঙো! তে—নহাকীদমক্, নমঃ অস্তু—ঐহাক্ খুরুমজরি, প্রসীদ—পেন্থিবিতুনা (নুংশিবীতুনা) থৌজানবীয়ু। আদ্যং—জগৎপু চাথোক্কে হায়তুনা চঙশিললিবা নত্রগা জগৎকী খ্বায়দগী অহাম্বদা পোক্‌পা, ভবন্তং—ঈবুংঙো নহাক্‌পু, বিজ্ঞাতুং ইচ্ছামি—নীংথিনা খঙবা পামঙ্গৈ. হি—মসিগী মরম্‌দি, তব—ঈবুংঙো নহাকী, প্রবৃত্তিং ন প্রজানামি—থৌরাঙ অসিবু ঐনা নীংথিনা খঙবা ঙমদরে ॥ ৩১ ॥

অপূম্ব অর্থ :— অকিবগী মশক্ ওইবিবা ঈবুংঙো নহাক্ কনানো হায়বছু ঐঙোন্দ হায়বিয়ু। লাইশিংগী মনুংদা অথোইবা হে ঈবুংঙো। নহাক্‌পু খুরমজরি, পেন্থীতুনা থৌজানবীয়ু। তাইবঙপানসিবু চাক্‌থেক্কে হায়তুনা চঙশিল্লিবা ঈবুংঙো নহাক্‌পু খঙবা পামঙ্গৈ, মরম্‌দি নহাকী থৌরাঙ অসিবু ঐনা খঙবা ঙমদরে ॥৩১॥

অর্জ্জুনগী বাহংশিংসিগী পাউখুম শ্রীভগবান্ শ্লোক অহুমদা অন্নমনা পীবা হৌই—

শ্রীভগবানুবাচ

কালোঽস্মি লোকক্ষয়কৃৎ প্রবৃদ্ধো
লোকান্ সমাহর্ত্তুমিহ প্রবৃত্তঃ।
ঋতেঽপি ত্বাং ন ভবিষ্যন্তি সর্ব্বে
যেঽবস্থিতা প্রত্যনীকেষু যোধাঃ ॥৩২॥

**অন্বয়ঃ** – শ্রীভগবান্ উবাচ–(অহম্) লোকক্ষয়কৃৎ প্রবৃদ্ধঃ কালঃ অস্মি। লোকান্ সমাহর্ত্তুং ইহ প্রবৃত্তঃ। প্রত্যনীকেষু যে যোধাঃ অবস্থিতাঃ (তে) সর্ব্বে ত্বাং ঋতে অপি ন ভবিষ্যন্তি।

**অন্বয়ব্যাখ্যা** :—শ্রীভগবান্ উবাচ=শ্রীভগবান্ন হায়বিখি—(অহং) লোকক্ষয়কৃৎ=ঐ লোক পুম্নমক্পু মাঙহন্নবা শীল্লিবা, প্রবৃদ্ধঃ =য়ামনা তমথিরবা, কালঃ অস্মি=কাল কৌবা লাইনি, লোকান্= লোক্ পুম্নমক্পু (দুর্য্যোধন-নচিংবা ফত্তবা মী পুম্নমক্পু), সমাহর্ত্তুং =মাঙহনগে হায়বগীদমক্, ইহ=মতম অসিদা, প্রবৃত্তঃ=থৌরাং তৌদুনা চঙশিললিবনি। প্রত্যনীকেষু=য়েক্লবশিংগী মীচঙদা, যে যোধাঃ অবস্থিতাঃ=লাল য়ামনা হৈবশিং লৈন্নিবা, (তে) সর্ব্বে= মখোয় পুম্নমক্সি, ত্বাং ঋতে অপি=নহাক নত্রবসু (নহাক্ল লাল তৌদ্রবসু), ন ভবিষ্যন্তি=লৈররোইদবনি ॥ ৩২ ॥

**অপুম্ব অর্থ** :— শ্রীভগবান্ন হায়বিখি— ঐ লোক্ পুম্নমক্ মাঙহন্নবা শীল্লিবা (তৌরিবা) য়ামনা তমথীরবা কাল কৌবা লাই অদুনি, লোক্ পুম্নমক্পু মাঙহনগে হায়বগীদমক্ মতম্ অসিদা থৌরাং তৌদুনা চঙশিল্লিবনি। য়েক্লবগী মীচঙদা লাল য়ামনা হৈবশিং লৈন্নিবা পুম্নমক্সি নহাক্ল লাল তৌদ্রবসু লৈররোইদ- বনি ॥ ৩২ ॥

অর্জ্জুন নঙনা লাল তৌদ্রবসু মখোয় পুম্নমক্ অসিদি শোয়- দনা শিরগদবা ঙাক্তনি। মরম্ অসিনা নহাক্ল ক্ষত্রিয় ধর্ম্ম ঙাক্তুনা লৈগদবনি হায়বসি ভগবান্ন হায়ন্নি—

তস্মাৎত্বমুত্তিষ্ঠ যশো লভস্ব
জিত্বা শত্রূন ভুঙ্‌ক্ষ্ব রাজ্যং সমৃদ্ধম্।
ময়ৈবৈতে নিহতাঃ পূর্ব্বমেব
নিমিত্তমাত্রং ভব সব্যসাচিন্। ৩৩॥

অণ্বয় :—তস্মাৎ ত্বং উত্তিষ্ঠ, যশঃ লভস্ব শত্রূন্ জিত্বা সমৃদ্ধং রাজ্যং ভুঙ্‌ক্ষ্ব সব্যসাচিন্। ময়া এব এতে পূর্ব্বং এব নিহতা (ত্বং) নিমিত্তমাত্রং ভব।

অণ্বয়ব্যাখ্যা :—তস্মাৎ=মরম্ অসিদগী {নহাক্ লাল তৌত্র-বস্থু মথোয়শিংসি ঙমনা (লোইনমক্) শিগদবা মরম্‌দগী}, ত্বং উত্তিষ্ঠ =নহাক্ হৌঃগৎলো (লানগীদমক্ শেম্ শারো), যশঃ লভস্ব= লাল ঙমহুনা মিংচৎ ফংজরো, শত্রূন্ জিত্বা=য়েক্লবশিংবু জয় তৌ-রগা, সমৃদ্ধং রাজ্যং=চাওখৎলবা লয়বাক্কী ম্নুংঙাইববু, ভুঙ্‌ক্ষ্ব= চাহুনা (ফংহুনা) লৈয়ু, সব্যসাচিন্—ওয়থংবা খুৎনস্থু তেল কাপ্প ঙমবা হে অর্জ্জুন! ময়া এব=কৃষ্ণ ঐমক্, এতে=মথোয়শিং অসিবু, পূর্ব্বং এব=হান-ননা, নিহতঃ=হাত্তোকখ্রবনি, (ত্বং) নিমিত্তমাত্রং ভব=নহাক্ মথোয়বু হাৎপদা মমিংদা ওইবা মরম্ ওইয়ু॥ ৩৩॥

অপুন্ন অর্থ :— মরম্ অসিদগী নহাক্ লালগীদমক্ শেম্-শারো, মিংচৎ ফংজরো, য়েক্লবশিংবু জয় তৌরগা চাওখৎলবা লয়-বাক্কী ম্নুংঙাইববু ফংলো। ওয়থংবা খুৎনস্থু তেল কাপ্প ঙমবা হে অর্জ্জুন। ঐমক্ মথোয়শিং অসিবু হান-ননা হাৎখ্রবা ঙাক্তনি, নহাক্ মথোয়বু হাৎপদা মমিংদা ওইবা মরম্ ওইয়ু॥ ৩৩॥

ভীষ্ম, দ্রোণ—নচিংবা পুন্নমক্‌সিবু অর্জ্জুন ঐনা করম্ন জয় তৌবা ভমগদগে হায়না চিংনন্নবদা মখোয় পুন্নমক্ কৃষ্ণ ঐনা হাননা হাংতোক্‌খ্রবনি, মরম্ অসিনা অর্জ্জুন নহাক্ চিংনবা লৈতনা লান-গীদমক্, শেম শারো হায়না শ্রীভগবান্ন অর্জ্জুনগী মফমদা হায়রি—

দ্রোণঞ্চ ভীষ্মঞ্চ জয়দ্রথঞ্চ
কর্ণং তথান্যানপি যোধবীরান্।
ময়া হতাংস্ত্বং জহি মা ব্যথিষ্ঠা
যুধ্যস্ব জেতাসি রণে সপত্নান্॥৩৪॥

অন্বয়ঃ ত্বং ময়া হতান্ দ্রোণং চ ভীষ্মং চ জয়দ্রথং চ কর্ণং তথা অন্যান্ অপি যোধবীরান্ জহি, মা ব্যথিষ্ঠা যুধ্যস্ব রণে সপত্নান্ জেতা অসি।

অন্বয়ব্যাখ্যাঃ—ত্বং=অর্জ্জুন নহাক্ন, ময়া হতান্=কৃষ্ণ ঐনা হাংখ্রবা, দ্রোণং চ=দ্রোণাচার্য্যবু, ভীষ্মং চ=ভীষ্ম পিতামহবু, জয়দ্রথং=জয়দ্রথবু, চ=অমস্তুং, কর্ণং=কর্ণবু, তথা=অদুগনা, অন্যান্=অতোপ অতোপ্প, যোধবীরান্ অপি=লানদা য়ামনা থৌনাফবা লাল হৈবশিংবুস্থু, জহি=হাংলু, মা ব্যথিষ্ঠা=পুক্নীং লাওতক্নবা তৌগনু, যুধ্যস্ব=লাল তৌ, রণে=লানদা, সপত্মান্=য়েক্নবশিংবু, জেতা অসি=নহাক্ন জয় তৌবা ওইগনি॥ ৩৪ ॥

অপুম্ব অর্থঃ— অর্জ্জুন নহাক্ন কৃষ্ণ ঐনা হাংখ্রবা দ্রোণ, ভীষ্ম, জয়দ্রথ অমস্তুং কর্ণবু অদুগনা অতোপ—অতোপ্প লানদা য়ামনা থৌনা ফবা লাননীশিংবুস্থু হাংলু, নপুক্নীং লাওতক্নবা তৌগনু,

লাল তৌ, লানদা য়েক্লবশিংবু নহাক্ন জয় তৌবা ওইগনি ॥৩৪॥

শ্রীভগবানন অস্নুমনা হায়রবদা অর্জ্জুননা করি তৌখিবগে হায়বহ্ সঞ্জয়না ধৃতরাষ্ট্রগী মফমদা অস্নুমনা তাকৃই—

## সঞ্জয় উবাচ

এতচ্ছ্রুত্বা বচনং কেশবস্য
কৃতাঞ্জলির্বেপমানঃ কিরীটী।
নমস্কৃত্বা ভূয় এবাহ কৃষ্ণং
সগদ্গদং ভীত ভীত প্রণম্য ॥ ৩৫ ॥

অন্বয়ঃ—সঞ্জয়ঃ উবাচ কেশবস্য এতৎ বচনং শ্রুত্বা বেপমানঃ কিরীটী কৃতাঞ্জলিঃ কৃষ্ণং নমস্কৃত্বা ভীতভীতঃ ভূয়ঃ এব প্রণম্য সগদ্ গদং আহ।

অন্বয়ব্যাখ্যাঃ—সঞ্জয় উবাচ= সঞ্জয়না ধৃতরাষ্ট্রগী মফমদা হায়খি - কেশবস্য—ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণগী, এতৎ বচনং=বাসিবু, শ্রুত্বা তারগা, বেপমানঃ—কিবনা মশা নীক্ল নীক্ল, কিরীটী—অর্জ্জুননা, কৃতাঞ্জলিঃ—মখুৎ অনী লোন-নহ্না, কৃষ্ণং নমস্কৃত্বা—শ্রীকৃষ্ণবু খুরমলগা, ভীতভীতঃ=কিনা কিনা, ভূয় এব—অমুক্সু হননা, প্রণম্য খুরমজরগা, সগদ্গদং আহ=হীক্ল হীক্ল হায়জৈ (হীক্ল হীক্ল থোকপা খোনথোক্ল হায়জৈ) ॥ ৩৫ ॥

অপূম্ব অর্থঃ—সঞ্জয়না ধৃতরাষ্ট্রগী মফমদা হায়খি—ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণগী বাসিবু তারগা কিবনা মশা নীক্লবা অর্জ্জুননা মখুৎ

লোন-নহুনা শ্রীকৃষ্ণবু খুরমলগা অমস্থুং অমুক্নস্থ হননা কিনা কিনা খুরমলগা হীক্ন হীক্ন (হীক্ হীক্ লাউবা খোঙ্গেননা) অস্থুমনা হায়খৈ ॥ ৩৫ ॥

মথাদা অর্জ্জুননা শ্লোক ১১ না অস্থুমনা হায়জরি—

অর্জ্জুন উবাচ

স্থানে হৃষীকেশ তব প্রকীর্ত্ত্যা
জগৎ প্রহৃষ্যত্যনুরজ্যতে চ।
রক্ষাংসি ভীতানি দিশোদ্রবন্তি
সর্ব্বে নমস্যন্তি চ সিদ্ধসঙ্ঘাঃ॥ ৩৬ ॥

অণ্বয়ঃ—অর্জ্জুনঃ উবাচ—হৃষীকেশ ! তব প্রকীর্ত্ত্যা (যৎ) জগৎ প্রহৃষ্যতি অনুরজতে চ (তৎ) স্থানে রক্ষাংসি ভীতানি দিশঃ দ্রবন্তি (তৎস্থানে) সর্ব্বে সিদ্ধসঙ্ঘাঃ চ নমস্যন্তি (তৎ অপি স্থানে)।

অন্বয়ব্যাখ্যাঃ— অর্জ্জুনঃ উবাচ=অর্জ্জুননা হায়জখি—হৃষীকেশ=ইন্দ্রিয়শিংগী মপু ওইহুনা লৈরিবা হে ভগবন্! তব প্রকীর্ত্ত্যা=ঈবুংঙো নঙগী অথোইবা মিংচৎনা (নগুণনা) মরম্ ওই-হুনা মহু শকচ-শোনজরগা, (যৎ) জগৎ প্রহৃষ্যতি=ফত্তবা মী নঙবা জগৎকী চেতন ওইবা জীব পুম্বনা নুংঙাইবা ফংই, অনুরজ্যতে চ=অমস্থুং মহুদা পুক্নীং চঙই, (তৎ) স্থানে=অস্থুমনা হায়বসি মতীক্ চাবমক্নি, রক্ষাংসি=হিংচাবশিংনা, ভীতানি=কিহুনা, দিশঃ দ্রবন্তি=মায়কৈ পুম্নমক্ত চেল্লি, (তৎ স্থানে=মহুস্থ মতীক্ চাবনি),

সর্ব্বে সিদ্ধসঙ্ঘাঃ চ=অমসুং কপিল-নচিংবা সিদ্ধ ওইবা কাওবুনা, নমস্যন্তি — খুরমজহুনা লৈ, (তদ অপি স্থানে— মহুস্থু মতীক্ চাবনি) ॥ ৩৬ ॥

অপূর্ব্ব অর্থ :—অর্জ্জুননা হায়জখি—ইন্দ্রিয়শিংগী মপু ওইহুনা লৈবা হে ভগবন্! ঈবুংঙো নহাক্কী অথোইবা মিংচংনা মরম্ ওইহুনা মহু শকচ-শোনজরগা জগৎনা নুংঙাইবা ফংই অমসুং মহুদা পুক্নীং চঙই হায়বসি মতীক্ চাবনি, অদুগা হিংচাবশিংনা কিহুনা মায়কৈ পুন্নমক্ত চেল্লি হায়বসিসু মতীক্ চাবনি অমসুং কপিল-নচিংবা সিদ্ধশিংনা খুরমজহুনা লৈবা অহুস্থু মতীক্ চাবমল্লি ॥ ৩৬ ॥

শ্রীভগবান্ ভক্তশিংগী নুংঙাইবা হরাউব-নচিংবগী মফম ওই হায়বসিদা মরম্ তাক্নুনা অস্তুমনা হায়রি—

> কস্মাচ্চ তে ন নমেরন্মহাত্মন্
>
> গরীয়সে ব্রহ্মণোঽপ্যাদিকর্ত্রে।
>
> অনন্ত দেবেশ জগন্নিবাস
>
> ত্বমক্ষরং সদসত্তৎ পরং যৎ ॥ ৩৭ ॥

অন্বয় :—হে মহাত্মন্! অনন্ত! দেবেশ! জগন্নিবাস! ব্রহ্মণঃ অপি গরিয়সে আদিকর্ত্রে, তে কস্মাৎ চ ন নমেরন্? ত্বং অক্ষরং সৎ অসৎ যৎ পরং তৎত্বম্।

অন্বয়ব্যাখ্যা : মহাত্মন্—হে পুক্চেল চাউরবা! অনন্ত— হে ওমথৈ লৈতবা! দেবেশ = হে লাইশিংগী মপু ওইরিবা!

জগন্নিবাস—তাইবঙপানসিগী চঙজফম ওইনা লৈরিবা হে ভগবন্। ব্রহ্মণঃ অপি=মচীন্ (মমায়) মরি পানবা ব্রহ্মাদগীস্থু, গরিয়সে= থোইদোক্ হেনদোক্পা, আদিকর্ত্রে—ব্রহ্মাহুগীস্থু শেম্বিবা ওইনা মপা ওইরিবা, তে=ঈবুংঙো নহাক্কীদমক্, কস্মাৎ চ ন নমেরন্= কপিল নচিংবা সিদ্ধশিংনা করিগী খুরমলোই ? (শোয়দনা খুরম-ফম থোক্ই), ত্বং অক্ষরং—ঈবুংঙো নহাক্ অমাং অত্তা লৈতবা ব্রহ্মনি, সৎ=ফোংদোক্লনা লৈরিবা পোৎ পুম্নমক্সিস্থু নঙনি, অসৎ =ফোংদোক্পা তৌদনা থুপ্ন লৈরিবা পোৎশিংস্থু নঙনি, যৎ পরং =অফোং-ফোংদা অনীসিদগী অতোপ্প (পরব্রহ্ম), তৎ ত্বম্—মতুস্থু ঈবুংঙো নহাক্কি ॥ ৩৭ ॥

অপুণ্ব অর্থ :—হে পুক্চেল চাউরবা। হে ওমথৈ লৈতবা, হে লাইশিংগী মপু ওইরিবা। হে তাইবঙসিগী চঙজফম ওইনা লৈরিবা। ব্রহ্মাদগীস্থু থোইদোক্ হেনদোক্পা ওইনা, মাগীস্থু শেম্বীবা ওইনা মপা ওইরিবা ঈবুংঙো নহাক্কীদমক্ সিদ্ধশিংনা করিগী খুরম-লোইদগে ? ঈবুংঙো নহাক্কি অমাঙ অত্তা লৈতবনি, ফোংদোক্লন্যা লৈরিবা পোৎ পুম্নমক্সিস্থু নঙনি, অতুগা ফোংদোক্পা তৌদনা থুপ্ন লৈবা পোৎশিংস্থু নঙনি, অনী অসিদগী অতোপ্প পরমব্রহ্মতুস্থু নঙনি ॥ ৩৭ ॥

## অথুথপ্প র।

শ্লোক অসিদা অর্জুননা কৌজরিবা বাহয়শিং অতুগা অতোপ্প বাহয়শিংনা শ্রীভগবান্ কৃষ্ণবু সাক্ষাৎ পরমব্রহ্মনি হায়বসি তাক্লি। ফোংদোক্লনা লৈবা অতুগা ফোংদোক্লনা লৈবা আইবঙপান্ পুম্নমক্

অনীশুবা লৈতবা পরমব্রহ্মদা চঙজতুনা লৈবা ঙাক্তনি মঙোন্দগী অতোপ্প অমত্ত নত্তে, স্বপ্ন মাগী শক্তি ওইবী মায়ানা মরম্ ওইতুনা মঙোন্দ অনীশুবা ওইনা উবদনি। মরম্ অসিনা শ্রুতিনা অস্মুমনা হায়রি—"সর্ব্বং খল্বিদং ব্রহ্ম তজ্জলানিতি শান্ত উপাসিত" (ছাঃ উঃ ৩/১৪/১) "অচং-চত্ত লেঙলি পাললিবা জগৎ পুন্নমক্সি ব্রহ্মনি ; মরম্দি পুন্নমক্ অসি মঙোন্দগী পোক্লকপনি, মাঙবা মতমদা মঙোন্দ লোইনমক্ তিনখিগদবনি অতুগা মতম অসিদস্মু মানা মরম্ ওইতুনা হিংতুনা লৈরিবনি। মরম্ অসিনা ব্রহ্মদগী অতোপ্প অমা লৈতে লেপ্তুনা করিগুমবা পোৎ অমদা মিহৌবা তৌদনা তপ্ন উপাসনা তৌতুনা লৈগদবনি।" অতুগা কৌতুনা হায়রিবশিংসিবুস্মু শ্রুতিশিংনা অস্মুমনা হায়রি—"হিরণ্যগর্ভং জনয়ামাস পূর্ব্বম্" (শ্বেতঃ উঃ ৩/৩) "সৃষ্টিগী অহাম্বদা হিরণ্যগর্ভ ব্রহ্মাবু পোক্হনখি।" "অনন্ত-শ্চাত্মা বিশ্বরূপঃ" (নাঃপঃউঃ ৯/৮)—"ঙমখৈ লৈতবা আত্মানি অমস্মুং পুন্নমক্সি মাগী মশক্তি।" "দেবানমধিপঃ" (শ্বেতঃ উঃ ৪/১৩) "মহাক্ লাইশিংগী মপুনি" "যস্মিল্লোকা অধিশ্রিতাঃ" (শ্বেতঃ উঃ ৪/১৩)— "পরমেশ্বর অতুদা লোক পুন্নমক্সি চঙজতুনা লৈরিবনি।" "অক্ষরং পরমং ব্রহ্ম" (যোঃ শিঃ উঃ ৩/১৬)—"পরমব্রহ্ম অমাঙ অতা লৈতবনি।" "ত্বমেব সদসদাত্মকঃ" (ত্রি. মঃ উঃ ১/১)— "অফোং-ফোংদ পুন্নমক্সি নহাক্মক্তি।" মরম্ অসিনা পুন্নমক্সিবু লৌঃতুনা অর্জ্জুননা ঈবুংঙো মঙোন্দ প্রার্থনা তৌরিবনি ॥ ৩৭ ॥

অর্জ্জুনগী পুক্নীংদা ভক্তি পোক্লকপা মরম্দগী অমুক্ হনना অস্মুমনা প্রার্থনা তৌজরি—

ত্বমাদিদেবঃ পুরুষঃ পুরাণ—
ত্বমস্য বিশ্বস্য পরং নিধানম্।
বেত্তাসি বেদ্যং চ পরং চ ধাম
ত্বয়া ততং বিশ্বমনন্তরূপ ॥ ৩৮ ॥

অন্বয়ঃ—ত্বং আদিদেবঃ পুরাণঃ পুরুষঃ ত্বং অস্য বিশ্বস্য পরং নিধানম্ বেত্তা অসি বেদ্যং চ পরং চ ধাম; অনন্তরূপ! ত্বয়া বিশ্বং ততম্॥

অন্বয়ব্যাখ্যা :—ত্বং—ঈবুংঙো নহাক্, আদিদেবঃ=জগৎপুশেম্বগী মরম্ ওইবনা খ্বায়দগী অহানবা লাইনি, পুরাণঃ=মতম পুম্নমক্ত নৌত্নুনতা লৈবা, তেক্ত-কায়দবা, পুরুষঃ= থরায়-পানবশিংগী থম্মোইদা লৈবা আত্মানি, ত্বং=ঈবুংঙো নহাক্, অস্য বিশ্বস্য=জগৎ পুম্নমক্সিগী মাঙবা মতমদা, পরং নিধানং=খ্বায়দগী অথোইবা হনজিনফমনি, বেত্তা অসি=পুম্নমক্কী অখণ্ডবস্তু নওনি, বেদ্যং চ=অতুগা খণ্ডগদবা পুম্নমক্সু নওনি পরং চ= অমসুং খ্বায়দগী অথোইবা, ধাম=বিষ্ণুগী পদসু নওনি, অনন্তরূপ= ওমখৈ লৈতনা শীনথুংনা লৈবা হে ঈবুংঙো! ত্বয়া=নহাক্ন, বিশ্বং ততং=তাইবঙপান শীন্‌থুংনা লৈরিবনি ॥ ৩৮ ॥

অপূর্ব অর্থ :— ঈবুংঙো নহাক্ তাইবঙবু শেম্নবগী মরম্ ওইহনা খ্বায়দগী অহাম লাইনি, মতম পুম্নমক্ত নৌত্নুনতা লৈত্নুনা তেক্ত কায়দনা থরায়পানবশিংগী থম্মোইদা লৈবা আত্মানি, ঈবুংঙো নহাক্ জগৎপুম্বসিগী মাঙবা মতমদা অথোইবা হনজিনফমনি,

পূম্নমক্কী অখণ্ডবস্তু নণ্ডনি অদুগা খণ্ডগদবা পূম্নমক্স্তু নণ্ডনি খ্বায়দগী অথোইবা বিষ্ণুগী পদস্তু নণ্ডনি, ভমথৈ লৈতনা শীন্‌থুংনা লৈবা হে ঈবুংঙো। নহাক্ক জগৎ পূম্নমক্সি শীন্‌থুংনা লৈরিবনি ॥৩৮॥

## অথুপ্প বা

(১) "আদিদেবঃ" "তাইবঙবু শেম্নবগী মরম্ ওইদুনা অহাম্ব লাইনি" হায়রসিনা সৃষ্টিবু শেম্বিবা মপু. (২) "পুরাণঃ পুরুষঃ" "মতম পূম্নমক্ত নোঠুনতা লৈদুনা তেক্ত-কাদনা থরায়-পাম্বশিংগী থস্মোইদা লৈবা আত্মানি" হায়রসিনা শেম্লিবা সংসারবু ঙাক্‌পি শেনবিদুনা থমবা মপু, (৩) "বিশ্বস্য পরং নিধানম্" "তাইবঙপানগী মাঙবা মতমদা খ্বায়দগী অথোইবা হনজিনফমনি" হায়বা অসিনা শ্রীভগবান্‌বু তাইবঙসি শানবা মচাক্ ওইনা তাক্‌পা মরম্ম জগৎ অসিগী শাবিবা মপু অদুগা শা-নবা মচাক্ অনী-মক্‌সি শ্রীভগবাম্নি হায়বা সিদ্ধ ওই। মতৌ অদুমনা অখণ্ডবস্তু (বেত্তা) ঈবুংঙো মহাক্নি, খণ্ডগদবা পোৎস্তু (বেদ্যং) ঈবুংঙো মহাক্নি হায়বা অসিনা ঈবুংঙো মঙোন্দগী অন্যোন্ন কবিগুমবা পোৎ অমত্ত লৈতে হায়বসি সিদ্ধ ওই। তাইবঙপানবু খেন্নরা উরিবসিদি স্বপ্ন ঈবুংঙো মহাক্কী শক্তিগী মশক্ ওইবা মায়ান্না মরম্ ওইদুনা তৌবনি। মরম্ অসিনা বিষ্ণুপুরাণদা হায়রি—

জ্ঞানস্বরূপমখিলং জগদেতদবুদ্ধয়ঃ।
অর্থস্বরূপং পশ্যন্তো ভ্রাম্যন্তে মোহসংপ্লবে ॥
যে তু জ্ঞানবিদঃ শুদ্ধচেতনাস্তেঽখিলং জগৎ।

জ্ঞানাত্মকং প্রপশ্যন্তি ত্বদ্‌রূপং পারমেশ্বরম্ ॥
(বিঃ পুঃ ১/৪/৪০৪১)

"জ্ঞানগী মশক্ ওইবা আত্মামক্ ওইবা তাইবঙপান (জগৎ) অসিবু জ্ঞান লৈতবা মীশিংনা আত্মাদগী তোপ্-তোপ্প পোৎশিং ওইনা উত্থনা অপাম মিহৌংগী মশক্ ওইবা সংসার সমুদ্রদা কোয়চৎ চত্তুনা লৈ। অদুগা অশেংবা চেতনগী মশক্ ওইবা জ্ঞানীশিং-নদি জগৎপুম্বসিবু পরমেশ্বর নঙগী নশক্ ওইবা জ্ঞানগী মওঙদা উই ॥ ৩৮ ॥

মসিগী মতুংদা অর্জ্জুননা হীরু হীরু কপ্পুনা অস্মুমনা স্তুতি তৌবা হৌই—

বায়ুর্যমোঽগ্নির্বরুণঃ শশাঙ্কঃ
প্রজাপতিস্ত্বং প্রপিতামহশ্চ।
নমো নমস্তেঽস্তু সহস্রকৃত্বঃ
পুনশ্চ ভূয়োঽপি নমো নমস্তে ॥৩৯॥

**অণ্বয় :**— ত্বং বায়ুঃ যমঃ অগ্নিঃ বরুণঃ শশাঙ্কঃ প্রজাপতিঃ প্রপিতামহঃ চ। তে সহস্রকৃত্বঃ নমঃ নমঃ অস্তু পুনঃ চ নমঃ ভূয়ঃ অপি তে নমঃ ॥

**অন্বয়ব্যাখ্যা :**— ত্বং—ঈবুংঙো নহাক্, বায়ুঃ=নুংশীংনি, যমঃ=যমনি, অগ্নিঃ=ময়নি, বরুণঃ— বরুণনি, শশাঙ্কঃ— থানি, প্রজাপতিঃ=প্রজাশিংবু পোকৃপিবা কাশ্যপ, দক্ষ-নচিংবনি, প্রপি-তামহঃ—পিতামহ ব্রহ্মাগীসু মপানি। তে—ঈবুংঙো নহাক্কীদমক্,

সহস্রকৃত্বঃ= লীশীংলক্ হনননা, নমঃ নমঃ অস্তু=খুরমজবা ওই-সন্নু, পুনঃ চ=অত্তুগা অমুক হনননা, নমঃ=খুরমজরি, ভূয়ঃ অপি =অমুকস্নু হনননা, তে=নংগীদমক্, নমঃ=খুরমজরি ॥ ৩৯ ॥

অপূর্ব্ব অর্থ :— ঈবুংঙো নহাক্ নুংশিংনি, যমনি, ময়্নি, ঈশিংগী দেবতা বরুণনি, থানি, প্রজাশিংবু পোক্‌পিবা কাশ্যপ-নচিংবা প্রজাপতিনি, পিতামহ ব্রহ্মাগীস্নু মপানি। ঈবুংঙো নংগী-দমক্ লীশীংলক্ হনননা খুরমজবা ওইসন্নু অত্তুগা অমুক্ হনননা খুরমজরি, অমুকস্নু হনননা নংগীদমক্ খুবমজরি ॥ ৩৯ ॥

নমঃ পুরস্তাদথ পৃষ্ঠতস্তে
নমোঽস্তুতে সর্ব্বত এব সর্ব্ব।
অনন্তবীর্য্যামিতবিক্রমস্তং
সর্ব্বং সমাপ্নোষি ততোঽসি সর্ব্বঃ ॥৪০॥

অন্বয় :—তে পুরস্তাৎ অথ পৃষ্ঠতঃ নমঃ সর্ব্ব। সর্ব্বতঃ এব তে নমঃ অস্তু, ত্বং অনন্তবীর্য্যামিতবিক্রমঃ, ত্বং সর্ব্বং সমাপ্নোষি, ততঃ সর্ব্বঃ অসি ॥

অন্বয়ব্যাখ্যা :—তে=ঈবুংঙো নঙগীদমক্, পুরস্তাৎ=মাঙদা, অথ=অত্তুগা, পৃষ্ঠতঃ=তুংদা, নমঃ=খুরমজরি। সর্ব্ব=পুম্নমক্ ওইবা হে ঈবুংঙো! সর্ব্বত এব=মায়কৈ পুম্নমক্তা, তে নমঃ অস্তু=নঙগীদমক্ খুরমজবা ওইসন্নু ত্বং=ঈবুংঙো নহাক্তি; অনন্ত-বীর্য্যামিতবিক্রমঃ=ওমখৈ লৈতনা পাঙ্গল লৈরবা অমসুং চাংদমনি-ডাই লৈতনা খুংশূ-খুংলাই শীজিন্নবা হৈবনি, ত্বং=ঈবুংঙো নঙনা

সর্ব্বং সমাপ্নোষি—তাইবঙপান অসিদা শীন্থুংনা লৈরিবনি৻ ততঃ —মরম্ অসিদগী, সর্ব্বঃ অসি—নহাক্ পূম্নমক্কী মশক্নি ॥ ৪০ ॥

অপূম্ব অর্থঃ—ঈবুংঙো নঙগীদমক্ মাংদা অমস্তুং তুংদা খুরম-জরি। পূম্নমক্কী মশক্ ওইবা হে ঈবুংঙো! নঙগীদমক্ মায়কৈ পূম্নমক্তগী খুরমজবা ওইসনু। ঈবুংঙো নহাক্তি ওমখৈ লৈতনা পাঙ্গল লৈবা অমস্তুং চাংদমনীঙাই লৈতনা খুংশু-খুংলাই শীজিন-নবা হৈবনি, ঈবুংঙো নঙনা তাইবঙপান অসিদা শীন্থুংনা লৈ-রিবনি; মরম্ অসিদগী নহাক্ পূম্নমক্কী মশক্নি ॥ ৪০ ॥

ঈবুংঙো নঙগী অশেংবা মশক অমস্তুং নঙীক্—নগুণ খঙদ-বদগী অহাম্বদা নঙগী নফমদা তৌথিবা অ[illegible]মক্ ঙাক্পিনু হায়দুনা অর্জ্জুননা শ্লোক অনীনা অস্তুমনা প্র[illegible]তৌরি—

সখেতি মত্বা প্রসভং যদুক্তং

হে কৃষ্ণ হে যাদব হে সখেতি।

অজ্ঞানতা মহিমানং তবেদং

ময়া প্রমাদাৎ প্রণয়েন বাপি ॥৪১॥

যচ্চাবহাসার্থ মসৎকৃতোঽসি

বিহারশয্যাসন ভোজনেষু।

একোঽথবাপ্যচ্যুত তৎসমক্ষং

তৎক্ষাময়ে ত্বামহমপ্রমেয়ম্ ॥ ৪২ ॥

অন্বয়ঃ—তব ইদং মহিমানং অজানতা ময়া সখা ইতি মত্বা প্রমাদাৎ প্রণয়েন বা অপি হে কৃষ্ণ হে যাদব হে সখা ইতি প্রসভং

যৎ উক্তং, অচ্যুত। বিহারশয্যাসনভোজনেষু একঃ অথবা তৎসমক্ষং অবহাসার্থং যৎ চ অসংকৃতঃ অসি, অহং অপ্রমেয়ং ত্বাং তৎ ক্ষাময়ে ॥

অন্বয়ব্যাখ্যা :—তব=ঈবুংঙো নহাক্কী, ইদং (রূপং)=বি-রাট্‌কী মশক্ ওইবা বিশ্বরূপ অসিবু, মহিমানং=অতুগা মতীক্ মগুণ অসিবু, অজানতা ময়া=খঙদ্রবা ঐনা, সখা ইতি মত্বা=মরূপনি হায়না খন্দুনা, প্রমাদাৎ=থোঁওইদবদগী, প্রণয়েন বা অপি=নত্রগা নুংশিদব [illegible] হে কৃষ্ণ, হে যাদব! হে সখা=হে কৃষ্ণ, হে যাদব, হে মরূপ [illegible]=মতৌ অস্তুমনা, প্রসভং=উশীত্তহনা, যৎ-উক্তং=হায়খি [illegible]=নঙগী লৈরিবা শকফম অতুদগী হোংবা লৈত্রবা হে ঈবু [illegible] বিহারশয্যাসন ভোজনেষু=শান-নবা তুম্ব, ফম্ব চাবা অসিন [illegible]বা পূন্নমক্ত, একঃ=নতোমদা ঙায়বা মতমদা, অথবা=নত্রগা, তৎসমক্ষং=শাগৈ-নাতৈনচিংবগী মমাঙদা, অবহা-সার্থং=নোকবগীদমক্ ফাগী তৌনহনা, যৎ চ অসৎকৃতঃ অসি=নঙবু উশীৎ-থোঁওইদনা তৌখিবহু, অহং=ঐনা, অপ্রমেয়ং=করিগুমবা প্রমাণ অমনা অরেপ্প ওইনা খঙবা ঙমত্রবা, ত্বাং=ঈবুংঙো নঙগী নফমদা, তৎ ক্ষাময়ে= মহু পূন্নমক্‌পু ঙাক্‌পিয়ু হায়না প্রার্থনা তৌজরি ॥ ৪১-৪২ ॥

অপূর্ব অর্থ :— ঈবুংঙো নহাক্কী বিশ্বরূপ অসিবু অমস্থং নতীক্ নগুণসিবু খঙদ্রবা ঐনা মরূপ্নি হায়না খন্দুনা থোঁওইদবদগী নত্রগা নুংশিদবদগী হে কৃষ্ণ। হে যাদব। হে মরূপ। মতৌ অস্তুমনা উশীত্তহনা হায়খিবহু, অতুগা নঙগী লৈরিবা শকফম অতুদগী অমা

লৈত্রবা (লেঙদনা লৈবা শকক্কম ওইবা) হে ঈবুংঙো! শা-নবা, তুম্ব, ফম্ব, চাবা অসিনচিংবা পুম্নমক্ত নতোমদা ঙায়বা মতমদা নত্রগা শাগৈ-নাতৈ-নচিংবগী মমাঙদা নোক্ন-নবগীদমক্ ফাগী তৌ-নহুনা নঙবু উশীং-থৌওইদনা তৌখিবহু, মহু পুম্নমক্ করিগুমবা প্রমাণ অমন। অরেপ্প ওইনা খঙবা ঙমদ্রবা ঐনা, ঈবুংঙো নঙগী নফমদা ঙাক্পিয়ু হায়না প্রার্থনা তৌজরি ॥ ৪২-৪২ ॥

অতৈ অতোপ্পগী মতৌগুমনা কৃষ্ণ ঐশ্ব নঙগী মরূপ অমনি অহুবু করি মরম্দগী ঙাক্পিযু হায়না প্রার্থনা তৌরিবনো অস্নুমনা হায়রবদা ঈবুংঙো মাগী মতীক্ মগুণবু অস্থ্হান তাক্নুনা হায়রি –

পিতাসি লোকস্য চরাচরস্থ
ত্বমস্থ পূজ্যশ্চ গুরুর্গরীয়ান্।
ন ত্বৎসমোহস্ত্যভ্যধিকঃ কুতোহন্যো
লোকত্রয়েহপ্যপ্রতিমপ্রভাব ॥ ৪৩ ॥

অণ্বয়ঃ—অপ্রতিমপ্রভাব। ত্বং অস্থ চরাচরস্থ লোকস্য পিতা অসি, পূজ্যঃ চ গুরুঃ গরীয়ান্, লোকত্রয়ে অপি ত্বৎ সমঃ অন্যঃ ন অস্তি, কুতঃ অভ্যধিকঃ।

অণ্বয়ব্যাখ্যা ঃ— অপ্রতিমপ্রভাব=চাংদমনীঙাই লৈতনা শক্তি লৈবা হে ঈবুংঙো। ত্বং=নহাক্সি, অস্য চরাচরস্য লোকস্য =অচৎ-চত্ত তাইবঙসিগী, পিতা অসি=অপোক্পা মপানি, চ= অহুগা, পূজ্যঃ=পুজা তৌনফমনি, গুরুঃ=অজ্ঞানবু মাঙহনবা ঙমবা গুরুনি, গরীয়ান্=খ্বায়দগী অথোইবনি, লোকত্রয়েৎ অপি=মরোল অহুম্মক অসিদম্ক, ত্বৎ সমঃ=ঈবুংঙো নহাক মাম্নবা, অন্যঃ=অতোপ্প

অমা, ন অস্তি—লৈতে, কুতঃ অভ্যাধিকঃ=অহেনবদি কদাইদগী ওই-গনি ?॥ ৪৩॥

**অপুম্ব অর্থ :—** চাংদমনীংঙাই লৈতনা শক্তি লৈবা হে ঈবুংঙো। নহাক্ অসি অচৎ-চত্ত তাইবঙসিগী মপানি, পূজা তৌনফমনি, গুরুনি অমস্যুং খ্বায়দগী অথোইবনি। মরোল অহুমসিদম্ম নহাক মান্নবা অতোপ্প অমা লৈতে, অহেনবদি কদায়দগী ওই-গনি ॥ ৪৩ ॥

ঈবুংঙো নহাক্‌মদা অরানবা তৌবসিদি মতীক্ চাদে অস্নমনা খন্দুনা হায়—

> তস্মাৎ পণম্য প্রণিধায়কায়ং
> প্রসাদয়ে ত্বামহমীশমীড্যম্।
> পিতেব পুত্রস্য সখেব সখ্যুঃ
> প্রিয়ঃ প্রিয়ায়ার্হসি দেব সোঢ়ুম্॥৪৪॥

**অন্বয় :—**দেব। তস্মাৎ অহং কায়ং প্রণিধায় প্রণম্য ঈড্যং ঈশং ত্বাং প্রসাদয়ে পিতা পুত্রস্য সখা সখ্যুঃ ইব প্রিয়ঃ প্রিয়ায়াঃ (ইব) সোঢ়ুং অর্হসি।

**অন্বয়ব্যাখ্যা :—**দেব—নশা নতোমদা ভানথোক্লুনা লৈবা হে ঈবুংঙো! তস্মাৎ—মরম্ অসিদগী, অহং=ঐনা, কায়ংপ্রণিধায়=হক্চাংসিবু মখাদা থমহুনা হায়বদি দণ্ডবৎ তৌহুনা, প্রণম্য খুরমজরগা, ঈড্যং=স্তুতি তৌবদা মতীক চাবা, ঈশং=পুম্নমক্কী মপু ওইবা ঈশ্বর, ত্বাং—ঈবুংঙো নহাক্‌পু, প্রসাদয়ে=পেন্নবা তৌজরি, পিতা পুত্রস্য=মপা ওইবনা মচাবু, সখা সখ্যুঃ—মরূপ

মরাক্প্, প্রিয়ঃ প্রিয়ায়াঃ ইব—হুংশিবনা হুংশিববু ঙাক্পিবগী মতৌ-গুমনা, সোঢ়ুং অর্হসি=ঐবুস্থ ঙাক্পিবা মতীক্ চায় ॥ ৪৪ ॥

**অপূম্ব অর্থ :**— নশা নতোমদা ঙানথোক্তুনা লৈবা হে ঈবুংঙো! মরম্ অসিদগী ঐনা দণ্ডবৎ তৌনা থুরমজরগা স্তুতি তৌবদা মতীক্ চাবা ঈশ্বর ওইবা হে ঈবুংঙো নহাক্পু পেন্ন-নবা তৌজরি. মপানা মচাবু, মরূপ্প মরূপ্প অমস্থং হুংশিবনা হুংশিববু ঙাক্পিবগী মতৌগুমনা নহাক্ন ঐবু ঙাক্পিবদা মতীক্ চায় ॥ ৪৪ ॥

মতৌ অস্থুমনা অরানবা ঙাক্পিমু হায়তুনা প্রার্থনা তৌরবগী তুংদা শ্রীভগবান্দ বিশ্বরূপ থাদোক্পিরগা হান-নগী শকফমতু উহন-বিরো হায়না শ্লোক্ অনীনা হায়জরি —

অদৃষ্ট পূর্ব্বং হৃষিতোঽস্মি দৃষ্ট্বা
ভয়েন চ প্রব্যথিতং মনো মে।
তদেব মে দর্শয় দেব রূপং
প্রসীদ দেবেশ জগন্নিবাস ॥ ৪৫ ॥

**অন্বয় :**— অদৃষ্ট পূর্ব্বং (রূপং) দৃষ্ট্বা হৃষিতঃ অস্মি ভয়েন চ মে মনঃ প্রব্যথিতম্। দেবেশ! জগন্নিবাস! প্রসীদ দেব! তৎ এব রূপং মে দর্শয়।

**অন্বয়ব্যাখ্যা :**—অদৃষ্ট পূর্ব্বং (রূপং)=অহান্নদা উথিদ্রিবা রূপসিবু, দৃষ্ট্বা=উরগা, হৃষিতঃ অস্মি= ঐ হুংঙাইবনা পেঙ্গল্লি, চ=অমস্থং, ভয়েন=কিবনা, মে মনঃ=ঐগী পুক্নীংসি, প্রব্যথিতং =য়ামনা লাঙতক্লে, মরম্ অসিনা দেবেশ=লাই পুন্নমক্কী মপু

ওইরিবা হে ঈবুংঙো। জগন্নিবাস=তাইবঙগী তুংনফম ওইরিবা হে ভগবন্! প্রসীদ—ঐগী ঈফমদা পেন্বীয়ু, দেব—হে দেব। তং এব রূপং=অহান্বগী নঙগী রূপ অদুতবু, মে দর্শয়—ঐগীদমক্ উহন-বীয়ু ॥ ৪৫ ॥

অপুম্ব অর্থ :—অহান্বদা উথিজ্রিবা রূপসিবু উরগা ঐ হুং-ঙাইবনা পেঙ্গরি অমসুং কিবনা পুক্লীংসি য়ামনা লাঙতক্লরি, মরম্ অসিনা লাই পুম্নমক্কী মপু ওইবা হে ঈবুংঙো! তাইবঙগী তুংনফম ওইবা হে ভগবন্! ঐগী ঈফমদা পেনবীয়ু, হে দেব! অহান্বগী নঙগী রূপ অদুবু ঐঙোন্দ উহনবীয়ু ॥ ৪৫ ॥

অর্জ্জুননা ভগবান্‌গী করম্ব মূর্ত্তি য়েংবা পাম্বগে হায়বদু অস্নমনা তাক্লি —

কিরীটিনং গদিনং চক্রহস্ত—
মিচ্ছামি ত্বাং দ্রষ্টুমহং তথৈব।
তেনৈব রূপেণ চতুর্ভুজেন
সহস্রবাহো ভব বিশ্বমূর্ত্তে ॥ ৪৬ ॥

অন্বয় :— অহং ত্বাং তথা এব কিরীটিনং গদিনং চক্রহস্তং চ দ্রষ্টুং ইচ্ছামি। সহস্রবাহো! বিশ্বমূর্ত্তে! (ত্বং) তেন এব চতুর্ভু-জেন রূপেণ ভব ॥

অন্বয়ব্যাখ্যা :—অহং—ঐনা, ত্বাং=ঈবুংঙো নহাক্‌পু, তথা এব—মতৌ অদুমনমক্, কিরীটিনং=কোক্ত লুচুপ থোনবা, গদিনং চক্রহস্তং চ=খুত্ত গদা অমসুং চক্র পায়রুনা লৈবদুবু, দ্রষ্টুং ইচ্ছামি

=য়েংজবা পামজে। সহস্রবাহো=পামবোম লৌশিং পানবা ঈবুংঙো। বিশ্বমূর্ত্তে=জগৎকী মশক্ লৌঃরিবা হে ভগবন্! (ত্বং) তেন এব চতুর্ভুজেন রূপেণ=মহাক্কী থুং মরি পানবা শক্তম অহুমক্তবু, ভব =ওইদুনা উহনবীয়ু॥ ৪৬॥

**অপূর্ব্ব অর্থ :** ঐনা ঈবুংঙো নহাক্কী কোক্ত লূহূপ খোনবা, খৃত্তা গদা অমসুং চক্র পায়দুনা লৈবা মতৌ অহুমক্ য়েংবা (উবা) পামজে। পামবোম লৌশীং পানবা হে ঈবুংঙো! তাইবঙপূম্বগী মশক্ লৌঃবিবা হে ভগবন্! নহাক্কী থুং মবি পানবা মশক্ অহুমক্তবু এঙোন্দ উহনবীয়ু॥ ৪৬॥

অর্জ্জুনগী হ্বাসিবু তারগা অমসুং মাগী অকিবদু উয়গা বিশ্বরূপ মূর্ত্তিদু থাদোক্তুনা চুংশিবা হ্বাহয়না ভগবান্ন অর্জ্জুনগী মফমদা অস্নমনা হায়বা হৌই —

শ্রী ভগবানুবাচ

ময়া প্রসন্নেন তবার্জ্জুনেদং
রূপং পরং দর্শিতমাত্মযোগাৎ।
তেজোময়ং বিশ্বমনন্তমাদ্যং
যন্মে ত্বদন্যেন ন দৃষ্টপূর্ব্বম্॥ ৪৭॥

**অন্বয় :** শ্রীভগবান্ উবাচ - অর্জ্জুন! প্রসন্নেন ময়া আত্মযোগাৎ মে ইদং পরং রূপং তব দর্শিতম্। যৎ তেজোময়ং বিশ্বং অনন্তং আদ্যং (রূপং) ত্বদন্যেন ন দৃষ্টপূর্ব্বম্॥

**অন্বয়ব্যাখ্যা :** শ্রী ভগবান্ উবাচ=শ্রীভগবান্ন হায়বিথি—

অর্জ্জুন=হে অর্জ্জুন ! প্রসন্নেন ময়া=নহাক্কী নফমদা থোইদোক্ন পেল্লবা কৃষ্ণ ঐনা, আত্মযোগাৎ=ঐগী তৌবা ঙমবা শক্তিগী মশক্ ওইবা মায়ানা মরম্ ওইদুনা, মে=পরমেশ্বর কৃষ্ণ ঐগী, ইদং পরং রূপং—অথোইবা শক্তম অসিবু, তব দর্শিতং=নহাক্কীদমক্ উহনবনি, যৎ—অসিগুমবা, তেজোময়ং—মঙালগী মশক্ ওইবা, বিশ্বং=তাইবঙপান্‌গী মশক্ লোঃবা, অনন্তং—ঙমখে লৈতবা, আদ্যং—সৃষ্টিগী অহান্বদা ওইবা রূপ অসি, ত্বদন্যেন—নহাক্ নত্তবা অতোপ্প অমনা, ন দৃষ্ট পূর্ব্বং=অহান্বদা কদৌঙৈদসু উখিদবনি ॥৪৭॥

**অপূর্ব অর্থ ঃ**—শ্রীভগবান্ন হায়বিখি—হে অর্জ্জুন ! নহাক্কী নফমদা থোইদোক্ন পেল্লবা কৃষ্ণ ঐনা ঐগী তৌবা ঙমবা শক্তিগী মশক্ ওইবা মায়ানা মরম্ ওইদুনা ঐগী অথোইবা শক্তমসিবু নহাক্কীদমক্ উহনবনি। অসিগুমবা মঙালগী মশক্ ওইবা ; তাই-বঙপানগী মশক্ লোঃবা, ঙমখে লৈতবা অমসুং সৃষ্টিগী (লয়শেম্বগী) অহান্বদা ওইবা রূপ অসিবু নহাক্ নত্তনা অতোপ্প অমনা অহান্বদা কদৌঙৈদসু উখিদবনি ॥ ৪৭ ॥

বিশ্বরূপ উবসি ফংঙমগদবনি হায়বসিবু হৌজিক্ ভগবান্ন অসুমনা তাক্লি—

ন বেদযজ্ঞাধ্যয়নৈর্ন দানৈ
র্ন চ ক্রিয়াভির্ন তপোভিরুগ্রৈঃ।
এবং রূপঃ শক্য অহং নৃলোকে
দ্রষ্টুং ত্বদন্যেন কুরু প্রবীর ॥৪৮॥

অন্বয় :—কুরুপ্রবীর ! বেদযজ্ঞাধ্যয়নৈঃ, ন দানৈঃ, ন ক্রিয়াভিঃ চ উগ্রৈঃ তপোভিঃ এবংরূপঃ অহং ত্বদন্যেন নৃলোকে দ্রষ্টুংনশক্যঃ ॥

অন্বয়ব্যাখ্যা :— কুরুপ্রবীর—কুরুগী শাগৈদা থোইদোক্-হেনদোক্ল কম্ব অর্জ্জুন ! ন বেদ যজ্ঞাধ্যয়নৈঃ= স্বরগা লোয়ননা গুরুনা হায়বা মতুং ইননা হায়তুনা বেদশিংবু তমবা অমসুং মীমাংসা কল্প-নচিংবা লাইরিক্শিং তমতুনা নৈনরগা যজ্ঞ করম্ন তৌগদগে হায়বতু খণ্ডবনা (কৃষ্ণ ঐগী রূপসিবু) উবা ঙমদে, ন দানৈঃ—দানশিং তৌবদগীসু উবা ঙমদে, ন ক্রিয়াভিঃ=অগ্নিহোত্র-নচিংবা হোম তৌবনসু উবা ঙমদে, চ=অমসুং, উগ্রৈ তপোভিঃ=য়ামনা কনবা, চান্দ্রায়ণ-নচিংবা তপ তৌবদগীসু, এবং রূপঃ অহং=মতৌ অসুমনা বিশ্বরূপ লৌঃতুনা লৈবা কৃষ্ণ ঐবু, তদন্যেন =নঙ নত্তবা অতোপ্প অমনা, নৃলোকে—তাইবঙপানসিদা, দ্রষ্টুং ন শক্যঃ = উবা ঙমদে ॥ ৪৮ ॥

অপূম্ব অর্থ : -কুরুগী শাগৈদা থোইদোক্ হেনদোক্ল কম্ব হে অর্জ্জুন ! বেদশিংবু স্বরগা লোয়ননা হায়ববু তমবা, যজ্ঞশিং তৌবা খণ্ডননবা তমবা, দান য়ামনা তৌবা, অগ্নিহোত্র-নচিংবা হোম তৌবা অতুগা য়ামনা কম্ব তপ তৌবা অসি-নচিংবদগীসু মতৌ অসুমনা বিশ্বরূপ লৌঃতুনা লৈবা কৃষ্ণ ঐবু নঙ নত্তবা অতোপ্প অমনা তাইবঙপানসিদা উবা ঙমদে ॥ ৪৮ ॥

ঐনা উৎলিবা রূপসিবু য়েংলগা নংগী পুক্নীংগী লাঙতক্নদা যদি মসিবু অমুক্ হননা লৌঃশিল-লগে, অসুমনা ভগবান্ন হায়ন্নি—

মা তে ব্যথা মা চ বিমূঢ়ভোবো
দৃষ্ট্বা রূপং ঘোরমীদৃঙ্‌মমেদম্‌।
ব্যপেতভীঃ প্রীতমনাঃ পুনস্ত্বং
তদেব মে রূপমিদং প্রপশ্য ॥ ৪৯ ॥

অন্বয়ঃ - মম ঈদৃক্‌ ঘোরং ইদং রূপং দৃষ্ট্বা তে ব্যথা মা, বিমূঢ়ভাবঃ! চ মা, ত্বং পুনঃ ব্যপেতভীঃ প্রীতমনাঃ মে ইদং তৎ এব রূপং প্রপশ্য।

অন্বয়ব্যাখ্যা ঃ - মম - কৃষ্ণ ঐগী, ঈদৃক্‌ = অসিগুমবা, ঘোরং = অকিবগী মশক্‌ ওইবা, ইদং রূপং = রূপ অসিবু, দৃষ্ট্বা - উরগা, তে ব্যথা মা - নঙগী পুক্নীং লাঙতক্লবা ওইদসনু, চ = অমসুং, বিমূঢ় ভাবঃ মা - তৌফম খঙদবা মতৌহু লৈতসনু, ত্বং - নহাক, পুনঃ - অমুক্‌ হননা, ব্যপেতভীঃ - অকিবা লৈতনা, প্রীতমনাঃ = পুক্নীং পেন্না মে = কৃষ্ণ ঐগী, ইদং তৎ এব রূপং = অহানবগী রূপ অহুমক ওইবা রূপসিবু, প্রপশ্য = নীংথিনা যেংজরো ॥ ৪৯ ॥

অপুম্বা অর্থ ঃ—কৃষ্ণ ঐগী অসিগুমবা অকিবগী মশক্‌ ওইবা রূপসিবু উরগা নঙগী পুক্নীং লাঙ্‌তক্লবা ওইদসনু অমসুং তৌফম খঙদবা মতৌহু লৈতসনু। হৌজিক্‌ নহাক্‌ অমুক্‌ হননা অকিবা লৈতনা অমসুং পুক্নীং পেন্না ঐগী অহানবগী রূপ অহুমক্‌ ওইবা রূপসিবু নীংথিনা য়েংজরো ॥ ৪৯ ॥

মতুংগী মতুংদা শ্রীভগবান্ন করি তৌবগে হায়বহু সঞ্জয়না ধৃতরাষ্ট্রগী মফমদা অস্নুমনা তাক্লি -

সঞ্জয় উবাচ

ইত্যর্জ্জুনং বাসুদেবস্তথোক্ত্বা
স্বকং রূপং দর্শয়ামাস ভূয়ঃ।
আশ্বাসয়ামাস চ ভীতমেনং
ভূত্বা পুনঃ সৌম্যবপুর্মহাত্মা ॥৫০॥

অন্বয়ঃ—সঞ্জয়ঃ উবাচ - মহাত্মা বাসুদেবঃ অর্জ্জুনং ইতি এবং তথা উক্ত্বা ভূয়ঃ স্বকং রূপং দর্শয়ামাস। পুনঃ চ সৌম্যবপুঃ ভূত্বা ভীতং এনং আশ্বাসয়ামাস॥

অন্বয়ব্যাখ্যা :—সঞ্জয়ঃ উবাচ=সঞ্জয়না ধৃতরাষ্ট্রগী মফমদা হায়খি— মহাত্মা—পুক্চেল চাউরবা, বাসুদেবঃ—বসুদেবগী মচা শ্রীকৃষ্ণনা অর্জ্জুনং—অর্জ্জুনদা, ইতি এবং—মতৌ অসুমনা, তথা উক্ত্বা—মথক্ত হায়খিবা মাতু হায়রগা, ভূয়ঃ=অমুক্ হননা, স্বকং রূপং—মশাগী হাননগী শকফম অতুবু, দর্শয়ামাস—উহনখি, চ—অতুগা, পুনঃ=অমুক্ হননা, সৌম্যবপুঃ ভূত্বা=নীংথিরবা শক্তম ওইরগা, ভীতং এনং=কিনা কিনা লৈরিবা অর্জ্জুনতুবু, আশ্বাস-য়ামাস=তপথহনখি ॥ ৫০ ॥

অপুন্ন অর্থ :— সঞ্জয়না ধৃতরাষ্ট্রগী মফমদা হায়খি— পুক্চেল চাউরবা বাসুদেব শ্রীকৃষ্ণনা অর্জ্জুনদা মতৌ অসুমনা মথক্ত হায়খিবা মাতুবু হায়রগা হাননগী মশাগী মশক্ অতুবু উহনখি অমসুং নীংথিরবা শক্তম ওইরগা, কিতুনা লৈরিবা অর্জ্জুনতুবু অমুক্ হননা তপথহনখি ॥৫০॥

অর্জ্জুননা শ্রীভগবানগী মীগী শক্তম অদু অমুক্ হননা উরগা মপূক্লীং তপথরছুনা অস্নমনা হায়জখি—

## অর্জ্জুন উবাচ

দৃষ্টেদং মানুষং রূপং তব সৌম্যং জনার্দন।
ইদানীমস্মি সংবৃত্ত সচেতাঃ প্রকৃতিং গতঃ ॥৫১॥

অন্বয় :—অর্জ্জুন উবাচ—জনার্দন। তব ইদং সৌম্যং মানুষং রূপং দৃষ্ট্বা ইদানীং (অহং) সচেতাঃ সংবৃত অস্মি, প্রকৃতিং (চ) গতঃ ॥

অন্বয়ব্যাখ্যা :—অর্জ্জুনঃ উবাচ—অর্জ্জুননা হায়খি—জনার্দন —ভক্তশিংগী অৱাববু মাঙহনবীবা হে কৃষ্ণ! তব = ঈবুংঙো নঙগী, ইদং সৌম্যং=পূক্লীং হুনবগী মশক্ ওইনা নীংথিজরবা, মানুষং রূপং—মীওইবগী শক্তমসিবু, দৃষ্ট্বা=উজরগা, ইদানীং= হৌজিক্, (অহং) সচেতাঃ—ঐ পূক্লীং পেন্দুনা তপ্থববু, সংবৃত্তঃ অস্মি—ফংবা ওইজরে, চ=অমস্তুং, প্রকৃতিং গতঃ = পূক্লীং লৈতাবা ওইরে। ৫১।

অপুনৱ অর্থ :—অর্জ্জুননা হায়জখি—ভক্তশিংগী অৱাববু মাঙহনবীবা হে কৃষ্ণ। ঈবুংঙো নঙগী পূক্লীং হু নবগী মশক্ ওইবা নীং-থিজরবা মীওইবগী শক্তমসিবু উজরগা হৌজিক্ ঐগী পূক্লীং পেন্দুনা তপ্থবা ফংজবা ওইরে অমস্তুং পূক্লীং লৈতাবা ওইরে ॥৫১॥

অর্জ্জুনগী মফমদা শ্রীভগবান্ন উহনখিবা রূপ অদু অতোপ্পনা উবা ফংঙমদবনি হায়না শ্লোক মরিদা তাক্লি—

## শ্রীভগবানুবাচ

সুদুর্দর্শমিদং রূপং দৃষ্টবানসি যন্মম।
দেবা অপস্য রূপস্য নিত্যং দর্শনকাংক্ষিণঃ ॥৫২॥

অন্বয়ঃ— শ্রীভগবান্ উবাচ—মম যৎ ইদং রূপং দৃষ্টবান্ অসি, (তৎ) সুদুর্দর্শম্, দেবাঃ অপি অস্য রূপস্য নিত্যং দর্শনকাংক্ষিণঃ ॥

অন্বয়ব্যাখ্যাঃ— শ্রীভগবান উবাচ=শ্রীভগবান্ন হায়বিখি — মম=কৃষ্ণ ঐগী যৎ ইদং রূপং=অসিগুমবা শক্তম অসিবু, দৃষ্টবান্ অসি=অর্জ্জুন নঙনা উরে, (তৎ) সুদুর্দর্শং=মহু পাক উবা য়াদবা শক্তমনি, দেবাঃ অপি=লাইশিং ফাওবস্তু, অস্য রূপস্য=শক্তম অসিবু, নিত্যং=মতম লৈবা খিবিক্ত, দর্শনকাংক্ষিণঃ=য়েংবা (উজবা) পামহুনা লৈরিবনি ॥ ৫২ ॥

ঈবুংঙো মাগী বিশ্বরূপ ওইবা মশক্ অতুবু উবা ফংঙমদবগী মরম্বু অস্নমনা তাকুনা হায়রি—

নাহং বেদৈর্ন তপসা ন দানেন ন চেজ্যয়া।
শক্য এবংবিধো দ্রষ্টুং দৃষ্টবানসি মাং যথা ॥৫৩॥

অন্বয়ঃ— (ত্বং) যথা মাং দৃষ্টবান্ অসি, এবংবিধঃ অহং ন বেদৈঃ, ন তপসা, ন দানেন ন চ ইজ্যয়া দ্রষ্টুং শক্যঃ ॥

অন্বয়ব্যাখ্যাঃ— (ত্বং) যথা=নহাক্ন মতৌ অস্নমনা, মাং=বিশ্বরূপ লৌঃরবা ঐগী শক্তমবু, দৃষ্টবান্ অসি=উখ্রে, এবং বিধঃ =মতৌ অছুগুমবা, অহং=কৃষ্ণ ঐসিবু, ন বেদৈঃ দ্রষ্টুং শক্যঃ=

ঋক-নচিংবা বেদ মরি তমবনস্থ উবা ঙমমোই, ন তপসা—চান্দ্রা-য়ণ-নচিংবা তপ তৌবনস্থ উবা ঙমলোই, ন দানেন—দান য়ামনা তৌবনস্থ উবা ঙমলোই, চ—অদুগা, ন ইজ্যয়া দ্রষ্টুং শক্যঃ—যজ্ঞ-শিং তৌবনস্থ উবা ঙমমোই ॥ ৫৩ ॥

**অপুনবা অর্থ ঃ** নহাক্ন মতৌ অসুমনা বিশ্বরূপ ওইবা ঐগী ঈশবৃপু উখ্রে, মতৌ অদুগুমবা শকতম লৌঃবা কৃষ্ণ ঐবু, বেদ তম-বনা, তপ তৌবনা, দান তৌবনা অমসুং যজ্ঞ তৌবনা উবা ঙম-লোই ॥ ৫৩ ॥

অদু ওইরবদি করমবা উপায় তৌরগা ঈবুংঙো নহাক্কী নশক্ অদুবু মীনা উবা ঙংগদগে হায়না চিংনরবদা মতুগী পাউথুম অসুমনা লায়ি—

ভক্ত্যা ত্বনন্যয়া শক্য অহমেবংবিধোঽর্জুন।
জ্ঞাতুং দ্রষ্টুং চ তত্ত্বেন প্রবেষ্টুঞ্চ পরন্তপ ॥ ৫৪ ॥

**অন্বয় ঃ** – পরন্তপ অর্জ্জুন! অনন্যয়া ভক্ত্যা তু এবংবিধঃ অহং তত্ত্বেন জ্ঞাতুং দ্রষ্টুং চ প্রবেষ্টুং চ শক্যঃ।

**অন্বয়ব্যাখ্যা ঃ**—পরন্তপ অর্জ্জুন=য়েক্নববু মৈঃচাক্ পীবা হে অর্জ্জুন! অনন্যয়া ভক্ত্যা তু=অতোপ্প করিশুমবা অমবু নীংউ-থল্লবা তৌদনা বাসুদেব ভগবান্ এঙোম্বক্তদা পুক্নীং থিংজিনদুনা থমবগী মশক্ ওইবা ভক্তি অদুমক্তনা মরম্ ওইদুনা, এবং বিধঃ অহং—মৃওত্ত অসিগুমবা হায়বদি বিশ্বরূপকী শকতম লৌঃরিবা কৃষ্ণ ঐসিবু, তত্ত্বেন জ্ঞাতুং শক্যঃ = শাস্ত্র—নচিংবা তমবা, তাবদগী

নীংথিনা খণ্ডবা ওমগনি, চ=অমসুং, দ্রষ্টুং তত্ত্বেন=অশেংবা ওইনা শংশওনসু উবা ওমগনি, চ=অদুগা, প্রবেষ্টুং শক্যঃ=মমৈঃথওদা কৃষ্ণ ঐগোন্দ তিনবগী মশক্‌ ওইবা মোক্ষবুসু ফংবা ওমগনি ॥৫৪॥

**অপুম্ব অর্থঃ** – য়েক্রবশিংবু মৈঃচাক্‌ (অরাবা) পীদৈবা হে অর্জুন! অতোপ্প করিগুমবা অমত্তবু নীংউ-খল্লুবা তৌদনা বাসু-দেব কৃষ্ণ ঐগোনমক্তদা পুক্নীং থিংজিনদুনা থমবা ভক্তি অদুমক্তনা মরম্‌ ওইদুনা বিশ্বরূপকী শক্তম লৌঃরিবা কৃষ্ণ ঐসিবু নীংথিনা খণ্ডবা ওমগনি অমসুং শংশওনা উবসু ওমগনি অদুগা শাস্ত্র-নচিংবা তমবা তাবদগীসু নীংথিনা খণ্ডবা ওমগনি, অদুগা মমৈঃথওদা ঐগোন্দ তিনবগী মশক্‌ ওইবা মোক্ষবুসু ফংবা ওমগনি ॥ ৫৪ ॥

## অথুপ্পা

শ্রীভগবানবু ফংনবা অমসুং খণ্ডনবা উপায়শিংগী মনুংদা ভক্তিগা মান্নবা অরায়বা অতোপ্প উপায় অমা লৈতে। ঈবুংঙো মঙোন্দ তৌজরিবা ভক্তি অদুনা মরম্‌ ওইদুনা, ভক্ত অদুগী পুক্নীং শেং-দোক্‌খিদুনা মাগী শেংলবা পুক্নীং অদুদা; শ্রীভগবান্‌ ফোংদোক্লুনা লৈবা মরমনা ঈবুংঙো মাগী অশেংবা তত্ত্ব খণ্ডবা ওমক্নি। ঈবুংঙো মহাক্কি য়ামনা চুংশিনবা আত্মাগী মশক্‌ ওইনা থরায়গানবা পুক্-নক্কী হৃদয়দা লৈরিবনি, অদুবু সংসারগী পোং-চৈংশিংদা অপাম মিহোঃ তৌদুনা লুপ্তুনা লৈরিবা মীশিংনা, ঈবুংঙো মাবু খণ্ডবা ঙম্-দবুনা ওমথে লৈভরা অবাবদা তাদুনা লৈরিবনি। ঈবুংঙো মাবু পুক্নীং অনী লোওদনা মীংজবা অক্কবা ভক্ত ওইবা মীদনা, ঈবুংঙো

মাবু মুংশিরবা আত্মানি হায়বসি খঙবা ওমঙই। মরম্ অসিনা উদ্ধবকী মফমদস্থু শ্রীভগবান্ন অস্থমনা হায়রি —"ভক্ত্যাহহমেকয়া গ্রাহ্যঃ শ্রদ্ধয়াত্মাপ্রিয়ঃ সতাম্।" ( ভাগঃ ১১/১৪/২১ )— "হে উদ্ধব! অফবা সাধু ওইবা মীশিংগী মুংশিরবা আত্মা ঐসি য়াম্না থাজবগা লোয়ননবা ভক্তিতনা মরম্ ওইদুনা ফংবদা মতীক্ চায়॥" মরম্ অসিনা ঈবুংঙো মাবু ফংননবা হোৎনবদা অতোপ্প উপায় থোইনা কান্নদে হায়বসিবুস্থু অস্থমনা তাক্লি—

ন সাধয়তি মাং যোগো ন সাংখ্যং ধর্ম্ম উদ্ধব।
ন স্বাধ্যায়স্তপস্ত্যাগো যথা ভক্তির্মমোর্জিতা॥

(ভাগঃ ১১/১৪/২০)

"হে উদ্ধব। কৃষ্ণ ঐগী ঈফমদা লৈবা অশেংবা ভক্তিনা ঐবু ফংহনবগী মতৌগুম্ন যোগ, সাংখ্য, ধর্ম্মগী মশক্ ওইবা কর্ম্ম, বেদ তমবা তপ অমস্থং ত্যাগ ( থুম-কৈংনচিংবা থাদোকপা ) অসি-নচিংবনা ফংহনবা ঙমদে।" মতৌ অস্থমনা কৈবল্য মোক্ষ (শ্রীভগ-বান্দ তিনবগী মশক্ ওইবা মোক্ষ) ফংনবগীদমক্ ব্রহ্মজ্ঞান ওইনবা হোৎনবদস্থু ভক্তিদনা মকোক্ ওইবা উপায় অমনি। মরম্ অসিনা মসিগী মরমদা শ্রুতিনা অস্থমনা হায়রি "ভক্ত্যা বিনা ব্রহ্ম-জ্ঞানং কদাপি ন জায়তে।" (ত্রিঃ মঃ উঃ ৮/১) - "ভক্তি য়াওদনা ব্রহ্মজ্ঞান কদৌউদস্থু পোক্তে।" "ভক্তি যোগাত্মুক্তিঃ। বুদ্ধিমতামনায়াসেনাচিরাদেব তত্ত্বজ্ঞানং ভবতি।" (ত্রিঃ মঃ উঃ ৮/২) - "ভক্তিযোগ তৌবদগী মুক্তি ওই। লৌশিংশিংবা মীশিংগী য়াম্না লায়না অমস্থং থীন্দনা তত্ত্বজ্ঞান ওই।" মরম্

অসিনা ঐ ভক্তনি হায়বা নাপল তৌদনা য়ামনা নোল-লুক্পগা লোয়নননা তত্ত্বজ্ঞান ফংনীংবা মীনা ভক্তি তৌহনা লৈগদবনি, মতুদা চাউথোক্ত্না অমসুং নাপল তৌহনা লৈরবদি তৌরিবা ভক্তি অহু করিমত্ত কান্নরোই ॥৫৪॥

হৌজিক্ গীতাশাস্ত্র অসিগী অথোইবা শরুক্ ওইবা অর্থ অহুবু শ্রীভগবান্ন মোক্ষ পামবা মীশিংগীদমক্ মথাগী অসুমনা পুনশিন-হনা তাক্পিরি -

মৎকর্ম্মকৃন্মৎপরমো মদ্ভক্তঃ সঙ্গবর্জ্জিতঃ।

নির্বৈরঃ সর্ব্বভূতেষু যঃ স মামেতি পাণ্ডব ॥ ৫৫ ॥

ইতি শ্রীমদ্ভগবদ্গীতাসূপনিষৎসু ব্রহ্মবিদ্যায়াং যোগশাস্ত্রে শ্রীকৃষ্ণার্জ্জুন সংবাদে বিশ্বরূপদর্শনযোগো নামৈকাদশোঽধ্যায়ঃ ॥১১॥

অন্বয়ঃ— পাণ্ডব। যঃ মৎকর্ম্মকৃৎ মৎপরমঃ মদ্ভক্তঃ সঙ্গবর্জিতঃ সর্ব্বভূতেষুনির্বৈরঃ সঃ মাম্ এতি ॥

অন্বয়ব্যাখ্যাঃ পাণ্ডব—পাণ্ডুগী মচা হে অর্জ্জুন। যঃ=মী অহু, মৎকর্ম্মকৃৎ—কৃষ্ণ ঐগী পেন্নবগীদমক্ কর্ম্ম তৌবা, মৎপরমঃ স্বর্গ-নচিংবা পুন্নমকপু নীংবা থাদোক্ত্না কৃষ্ণ ঐমক্তবু ফংগে হায়না লেপ্পবা, মদ্ভক্তঃ=অতৈ অতৈ পুন্নমক্ থাদোক্লগা কৃষ্ণ ঐ-মক্তগী উপাসনা অমসুং ভজন তৌহনা লৈবা, সঙ্গবর্জিতঃ—সংসারগী পোৎচৈঃ পুন্নমক্ত অপান্ন মিহৌঃ থাদোক্লবা, সর্ব্বভূতেষু নির্বৈরঃ থরায়পানবা পুন্নমকী মফমদা করিমত্ত য়েরুবা থমত্রবা ওইরবদি, সঃ—অহুগুমবা মহাক্ অহুনা, মাং=কৃষ্ণ ঐবু, এতি—ফংই ॥৫৫॥

**অপুনৃ অর্থ:**—পাণ্ডুগী মচা হে অর্জুন! মী অতুনা কৃষ্ণ ঐগী পেন্নবা কর্ম তৌবা, স্বর্গ—নচিংবগী অপামবা থাদোক্লুনা কৃষ্ণ ঐমক্তবু ফংগে লেপ্লবা, অতোপ্প পুন্নমক্পু নীংবা তৌদনা কৃষ্ণ ঐমক্তগী উপাসনা অমসুং ভজন তৌতুনা লৈবা, সংসারগী পোং-চৈং পুন্নমক্ত অপাম মিহৌঃ থাদোক্লবা অমসুং থৱায়পানবা পুন্নমক্কী মফমদা করিমত্ত য়েক্লবা থমদবা ওইরবদি, অতুগুমবা মী মহাক্ অতুনা কৃষ্ণ ঐবু ফংই ॥ ৫৫ ॥

## অথূপ্প রা

শ্রীভগবান্ কৃষ্ণবু ফংগে হায়না লেপ্প ভক্ত ওইবা মীশিংনা খায়দগী ঈহান হানবদা ঈবুংঙো মাগী পেন্নবগীদমক্ত, ঈবুংঙো মঙোন্দ পুন্নমক্ কংথোক্তুনা থবক্ পুন্নমক্ তৌগদবনি। থবক্শিং অতুদি ব্যবহারদা চংনরিবা ওইবা য়াই অতুগা শাস্ত্রনা তৌ হায়না তাক্পা থবক্সু ওইবা য়াই। মতু পুন্নমক্ তৌবদা মতুদগী ওইবক্কদবা করিগুমবা মহয় অমত্তবু, ভক্ততুনা মশাগীদমক্ পামলোইদবনি, শুপ্প ঈশ্বুংঙো মাগী চরণদা কংথোক্তুনা ঈশ্বুংঙো মানা পেন্বিরবদি লোইরে হায়না খন্দুনা থবক্ পুন্নমক্ তৌগদবনি। মসুমনা তৌরবতদা শ্রীভগবান্গীদমক্ তৌবা থবক্কি হায়না খঙগদবনি। হায়রিবা থবক্শিং অসিবু হক্চাংনা তৌবদা নত্তমা মীৎ-নাকোং-নচিংবা ইন্দ্রিয় পুন্নমক্সু তৌগদবনি, মতুতদা শ্রীভগবান্ পেনবিগদবনি। মরম্ অসিনা ভক্ত ওইবা মীশিংনা পুক্নীং শেংনা শ্রীভগবান্গী মফমদা অসুমনা হায়জগদবনি—

বাণী গুণানুকথনে শ্রবণৌ কথায়াং
হস্তৌ চ কর্ম্মসু মনস্তবঃ পাদ য়োর্নঃ।
স্মৃত্যাং শিরস্তব নিবাস জগৎপ্রণামে
দৃষ্টিঃ সতাং দর্শনেঽস্তু ভবত্তনূনাম্॥
(ভাগঃ ১০/১০/৩৮)

"চীন্সিনা ঈবুংঙো নহাক্কী নাম অমস্থং নতীক্ নয়াই শঙ্কচ-শোঙ্গহনা লৈবা, নাকোং অনীসিনা ঈবুংঙো নওগী ধারী-বাত্তায় তাংহনা লৈবা অমসুং খুৎ অনীনা ঈবুংঙো নহাক্কী থবক্‌শিং তৌ-হনা লৈবা, অহুগা এথোয়গী পুক্নীং (মন) অসিনা ঈবুংঙো নহাক্কী চরণ অনীমক্ অহুবু মতম পুম্নমক্ত নীংশিংহনা লৈবা, কোক্ অসিনা ঈবুংঙো নহাক্কী লৈফম (মন্দির) ওইবা তাইবঙপান পুম্ন-মক্‌সিবু খুবমজহনা লৈবা, অহুগা মীৎ অনীসিনা ঈবুংঙো নহাক্কী হক্চাংশিংগী মশক্ ওইবা সাধুশিংবু য়েংজহনা লৈবা অসিমক্তবু পীনবিয়ু।"

অস্মুমনা হায়জহনা মহুগী মতুং ইননা ঈবুংঙো মাগীদমক্ থবক্ পুম্নমক্ তৌগদবনি। অহুগা থবক্‌শিং অহু তৌবদা শ্রীভগ-বান্‌গী পেন্নবতা ওইনা থন্দূনা করিমত্ত মহয় পামদনা লৈগদ-বনি। মসিদা নত্তনা সংসারগী পোং-চৈংশিংদা অপামবা পোক্নূনা হুংশিহনা লৈররস্তু শ্রীভগবান্‌গী নীংথিনা ভজন তৌবা য়ারোইগী মরম্ অসিনা অপাম—মিহৌবুগু থাদোকদবনি। মসিগী মরমদা বরাহোপনিষত্ত অস্মুমনা হায়রি "সর্ব্বসঙ্গনিবৃত্তাত্মা স

মামেত্তি ন শংশয়ঃ" (২/৩৬) - "পূক্নীংদা অপাম-মিহৌঃ পূম্নমক্পু পূমথা থাদোক্লবা মহাক্ অত্থুনা ভগবান্ ঐবু ফংই মসিদা কবিমত্ত চিংনবা লৈতে।" "সঙ্গত্যাগং বিদুর্মোক্ষম্" (অন্নঃ উঃ ৫/৪)— "সংসারগী পোৎ পূম্নমক্কী অপাম-মিহৌঃ থাদোক্পা অসিমক্ মোক্ষনি হায়না খঙগদবনি।" মরম্ অসিনা শ্রীভগবানবু ফংনীং লবদি সংসারগী পোৎশিংদা লৈবা অপাম-মিহৌঃসিবুস্নু থাদোক্পা তাই। অত্থুবু মত্থু থাদোক্লবস্নু অতোপ্পগী মফমদা য়েক্লবগী ভাব থমলবদি পূক্নীং শেংবা য়ারোই, পূক্নীং শেংদ্রবদি শ্রীভগবানবু পূক্নীংদা শংশঙনা উবা ঙমলোই। মরম্ অসিনা থব্রায়পানবা পূম্নমক্কী মফমদস্নু য়েক্লবগী ভাব থমলোইদবনি, পূম্নমক্কী মফমদা শ্রীভগবান্গী মশক্মক্ত য়েংগদবনি হায়বদি উরিবা পূম্নমক্ ঈশ্বরগী মশক্মক্নি হায়বা মীৎয়েং থমগদবনি। মত্থুমনা তৌববতদা য়াই-ফবা ওইগনি। মসিবু শ্রীভগবান্না অস্নুমনা হায়রি—

অয়ং হি সর্ব্বকল্পানাং সধ্রীচীনো মতো মম।
মদ্ভাবঃ সর্ব্বভূতেষু মনোবাক্কায়বৃত্তিভিঃ ॥

(ভাগঃ ১১/২৯/১৯)

"হে উদ্ধব! পূক্নীং হক্চাং য়াহয়দগী ওইবা থবক্ পূম্নমক্ত থব্রায়পানবা পূম্নমক্কী মফমদা কৃষ্ণ ঐগী ভাব থমত্থুনা আচরণ তৌগদবনি হায়বদি লমচৎ চৎকদবনি, মসি কৃষ্ণ ঐবু ফংনবা উপায়শিংগী মস্নুংদা খ্বায়দগী অথোইবা উপায়নি হায়বসি কৃষ্ণ ঐগী অরেপ্প মতনি।"

মরম্ অসিনা শ্রীভগবান্ তাকৃপা মতুংইননা ভক্ত ওইবা মীনা অসিগুমবা লমচং চত্তুনা লৈগদবনি, মতুমনা তৌদুনা লৈরবদি শ্রীভগবান্বু ফংগনি হায়বসিদা করিমত্ত চিংনফম থোক্তে ॥ ৫৫ ॥

মতৌ অসুমনা শ্রীভগবান্ শকৃপা উপনিষৎশিংদা ব্রহ্মবিদ্যাগী মশক্ ওইবা যোগশাস্ত্রগী মতুংদা অর্জ্জুন অমসুং শ্রীকৃষ্ণগী ৱাহং পাউখুম ওইনা ঙাওনবদা 'বিশ্বরূপ দর্শনযোগ' কৌবা তরামাথোইশুবা অধ্যায়গী
স্বামী যোগেন্দ্রানন্দ গিরিনা ইবা অথূপ্ল ৱাগা
লোয়নবা অন্বয়ব্যাখ্যা লোইরে ॥ ১১ ॥





# শ্রীমদ্ভগবদ্ গীতা

## তরানীথোইশুবা অধ্যায়

(দ্বাদশোঽধ্যায়)

"ওঁ ভগবতে ভক্তবৎসলায় কৃষ্ণায় নমঃ"

তরানীথোইশুবা অধ্যায় অসিগী মমিং ভক্তিযোগনি। অধ্যায় অসিদা সগুণ অমসুং নির্গুণ ব্রহ্মগী উপাসনা তৌবা ভক্তশিংগী খেন্নবা অমসুং উপাসনা অনী অসিগী তোপ্প তোপ্প সাধন তাক্কনি। মতুদা মথক্কী অধ্যায় ১১ শুবগী মমৈংদা - "মৎকর্ম্মকৃন্মৎপরমো মদ্ ভক্ত"— "ঐগীদমক্ কর্ম্ম তৌবা, ঐ মক্তবু ফংগে লেপ্পবা, ঐগী ভক্তি ওইবা" অসি-নচিংবনা হায়খিবা 'ঐ' হায়বা অসিগী মরমদা চিংনবা পোক্ই—মতুদি নিগু'ণ নিরাকার (গুণ অমসুং মওঙ লৈতবা) ব্রহ্মবু "ঐ" হায়বা ৱাহয়না হায়বরা নত্ত্রগা সগুণ সাকার (গুণ অমসুং মওঙ লৈবা) ব্রহ্মবু "ঐ" হায়বা ৱাহয়না হায়বরা? মরমদি "তেষাং জ্ঞানী নিত্যযুক্ত একভক্তির্বিশিষ্যতে" (গীতা ৭/১৭)—"ভক্তশিংগী মনুংদা সুপ্প ব্রহ্মদা ভক্তি তৌহনা লৈবা জ্ঞানী ভক্ত খ্বায়দগী 'অথোইবনি" অসিনচিংবা ৱাহয় কয়ামুক্ত নিরাকার ব্রহ্মগী উপাসনা মথক্ত হায়রে

মতৌ অহুমনা বিশ্বরূপ-নচিংববু লৌঃহুনা সাকার ব্রহ্মগী উপাসনাস্থু হায়খ্রে। ঙ্কীবম অসিদা উপাসনা অনীসিগী মন্নুংদা অৰ্জ্জুনগীদমক্ করম্বনা মতীক্ চাবগে হায়বসি খঙনীংহুনা অহাম্বদা অৰ্জ্জুননা শ্রীভগবান্‌গী মফমদা হংজে—

## অৰ্জ্জুন উবাচ

এবং সততযুক্তা যে ভক্তাস্ত্বাং পৰ্য্যুপাসতে।
যে চাপ্যক্ষরমব্যক্তং তেষাং কে যোগবিত্তমঃ ॥১॥

**অন্বয়ঃ** - অৰ্জ্জুন উবাচ-এবং সততযুক্তাঃ যে ভক্তাঃ ত্বাং পৰ্য্যুপাসতে, যে চ অপি অব্যক্তং অক্ষরং (পৰ্য্যুপাসতে) তেষাং কে যোগবিত্তমঃ।

**অন্বয়ব্যাখ্যা ঃ**—অৰ্জ্জুনঃ উবাচ—অৰ্জ্জুননা হায়রখি—এবং =মথক্ত হায়খিবগী মতৌ অহুমনা (মৎকৰ্ম্মকৃৎ—অসি-নচিংবনা হায়খিবগী মতৌ অহুমনা), সততযুক্তাঃ=মতম পুম্নমক্ত পুক্নীং থিংজিনহুনা লৈরবা, যে ভক্তাঃ=ভক্তশিং অহুনা, ত্বাং=সগুণ সাকার ওইবা ঈবুংঙো নহাক্কী, পৰ্য্যুপাসতে—নীংথিনা উপাসনা তৌহুনা লৈ, চ—অহুগা, যে অপি—অতোপ্প কাঙবু অমনস্মু, অব্যক্তং= ফোংদোক্তবা মরম্‌দগী ইন্দ্রিয়শিংনা লৌঃবা ঙমদ্রবা, অক্ষরং= অমাঙ-অতা লৈদ্রবা নিৰ্গুণ নিরাকার ব্রহ্মগী মশক্ ওইনা ঈবুংঙো নহাক্কী, পৰ্য্যুপাসতে= নীংথিনা উপাসনা তৌই, তেষাং=মস্তৌ অন্মুমনা উপাসনা তৌবা মখোয় কাঙবু অনীসিগী মন্নুংদা, কে—কনানা, যোগবিত্তমঃ= অথোইবা যোগীনো ? ॥ ১ ॥

**অপুন্ন অর্থ :**—অর্জ্জু'ননা হায়জখি—"মৎকর্ম্মকৃৎ" অসি-নচিংবনা মথক্ত হায়খিবগী মতৌগুমনা মতম পুন্নমক্ত পুক্লীং থিং-জিনহ্নুনা লৈরবা ভক্তশিং অহ্নুনা সাকার ওইবা ঈবুংঙো নহাক্কী নীংথিনা উপাসনা তৌই, অহুগা অতোপ্প কাওবু অননা ইন্দ্রিয়-শিংনা লৌঃবা ঙমদবা নিরাকার ব্রহ্মগী মশক্ ওইবা ঈবুংঙো নহাক্কী নীংথিনা উপাসনা তৌই। মতৌ অসুমনা উপাসনা তৌ-রিবা মখোয়শিং অহুগী মপুংদা কনানা অথোইবা যোগ খঙবা ওইগনি? ॥ ১ ॥

মতৌ অসুমনা অর্জ্জুননা হংলবদা পুন্নমক্পু খঙবিরিবা শ্রীভগ-বান্ কৃষ্ণনা অর্জ্জুনগীদমক্ সগুণ ব্রহ্মগী উপাসনা তৌবসি মতীক্ চায়, নির্গুণ ব্রহ্মগী উপাসনা তৌবদি মতীক্ চাদে খঙহ্নুনা মাবু সগুণ ব্রহ্মগী উপাসনা তৌহনগে হায়বগীদমক্ হৌজিক্ সগুণ ব্রহ্মগী উপাসনাবু থাগত্তুনা অসুমনা হায়রি—

## শ্রীভগবানুবাচ

ময্যাবেশ্যমনো যে মাং নিত্যযুক্তা উপাসতে।
শ্রদ্ধয়া পরয়োপেতাস্তে মে যুক্ততমা মতাঃ ॥২॥

**অন্বয় :**—শ্রীভগবান্ উবাচ—যে ময়ি মনঃ আবেশ্য নিত্যযুক্তাঃ (সন্তঃ) পরয়া শ্রদ্ধয়া উপেতাঃ মাং উপাসতে, তে যুক্ততমাঃ মে মতাঃ ।

**অন্বয়ব্যাখ্যা :**—শ্রীভগবান্ উবাচ—শ্রীভগবান্ন হায়রিবি—

যে=ভক্ত ওইবা মীশিং অহুনা, ময়ি=সগুণ ব্রহ্মগী মশক্ ওইবা পরমেশ্বর বাসুদেব কৃষ্ণ ঐঙোন্দ, মনঃ আবেশ্য=য়ামনা হুংশিবগা লোয়ননা পূক্নীং থিংজিনহুনা, নিত্যযুক্তাঃ=কৃষ্ণ ঐগী পেন্নবগীদমক্ মতম পুম্নমক্ক কন্ন হোৎনহুনা, পরয়া শ্রদ্ধয়া উপেতাঃ= খ্বায়দগী অথোইবা সত্বগুণদগী ওইবা শ্রদ্ধা (থাজবা) গা লোয়ননা, মাং উপাসতে=যোগেশ্বব কৃষ্ণ ঐমক্তগী উপাসনা (ধ্যান) তৌহুনা লৈ, তে=অহুগুমবা ভক্তশিং অহু, যুক্ততমাঃ=খ্বায়দগী অথোইবা যোগীনি হায়বসি, মে মতাঃ=কৃষ্ণ ঐগী অরেপ্প মতনি ॥ ২ ॥

**অপূম্ব অর্থ :**— শ্রীভগবান্ন হায়বিথি ভক্ত ওইবা মীশিং অহুনা সগুণ ব্রহ্মগী মশক্ ওইবা কৃষ্ণ ঐঙোন্দ য়ামনা হুংশিবগা লোয়ননা পূক্নীং থিংজিনহুনা অমস্তুং কৃষ্ণ ঐগী পেন্নবগীদমক্ মতম পুম্নমক্ক কন্ন হোৎনহুনা খ্বায়দগী অথোইবা সাত্ত্বিক শ্রদ্ধাগা লোয়ননা কৃষ্ণ ঐমক্তগী উপাসনা (ধ্যান) তৌহুনা লৈ, অহুগুমবা মথোয়শিং অহু খ্বায়দগী অথোইবা যোগীনি হায়বসি কৃষ্ণ ঐগী অরেপ্প মতনি ॥ ২ ॥

## অথ্পুম্ব

শ্লোক অসিদা হায়রিবা বা অসিমক্ তল্লকগুবা অধ্যায়গী অরোইবদসু শ্রীভগবান্ন হায়খি। উপাসনা তৌহুনা শ্রীভগবান্গী ধ্যান তৌবসি—গুণ অমস্তুং মওঙ লৈবা শ্রীভগবান্গী ধ্যান অহুগা গুণ অমস্তুং মওঙ লৈতবা পরব্রহ্মগী মশক্ ওইবা শ্রীভগবান্গী ধ্যান থেন্নবদগী অনী থোক্ল থায়রি। গুণ অমস্তুং মওঙ লৈবা শ্রীভগবান্গী

ধ্যান ভক্তিযোগগী মন্নুং চললী অদুগা গুণ অমম্নুং মওঙ লৈতবা পরব্রহ্মগী ধ্যান জ্ঞানযোগগী মন্নুং চললী। অনী অসিগী খেন্নবসু উপাসনা তৌরিবা মীশিংগী মতীক্ চাবা-চাদবা খেন্নবদগীনি। গুণ অমম্নুং মওঙ লৈতবা পরব্রহ্মগী ধ্যান তৌবসি মী থুদিংমক্কী য়ামনা সুনা অমম্নুং ৱান। থোক্ই ; জ্ঞানগী লম্বীদা চত্তুনা গুণ অমম্নুং মওঙ লৈবা শ্রীভগবান্গী ধ্যান তৌবা য়ামনা অভ্যাস তৌরবা মতুংদা গুণ অমম্নুং মওঙ লৈতবা পরব্রহ্মগী ধ্যান তৌবা ঙমলক্কনি। গুণ অমম্নুং মওঙ লৈবা শ্রীভগবান্গী ধ্যান তৌবসিবু সগুণ ধ্যান কৌই অদুগা গুণ অমম্নুং মওঙ লৈতবা শ্রীভগবান্গী ধ্যানবুদি নির্গুণ ধ্যান কৌই। জ্ঞানীশিংনা নির্গুণ ধ্যান তৌই অদুগা সাকার ভগবান্গী ভক্তশিংনা সগুণ ধ্যান তৌই। সগুণ ধ্যান তৌবসিবুদি মীপুম্ থুদিংমক্ন খরা হোৎনরগা য়ামনা লায়না তৌবা য়াই। মরম্ অসিনা শ্রুতিনসু অস্নুমনা হায়রি— "সর্ব্বেষা-মধিকারিণাং ভক্তি যোগ এব প্রশস্যতে" (ত্রিঃ মঃ উঃ ৮/১) —"মতীক্ চাবা অমম্নুং মতীক্ চাদবা মী পুন্নমক্কীদমক্ ভক্তিযোগ অসি মোক্ষ ফংনবগী অথোইবা লম্বীনি।" অদুমক্ ওইচুনসু শ্রীভগবান্নদি উদ্ধবগী মফমদা অস্নুমনা হায়রি—

যোগস্ত্রয়ো ময়া প্রোক্তা নৃণাং শ্রেয়ো বিধিৎসয়া।
জ্ঞানং কর্ম্ম চ ভক্তিশ্চ নোপায়োঽন্যোঽস্তি কুত্রচিৎ॥
নির্বিণ্ণানাং জ্ঞানযোগো ন্যাসিনামিহ কর্ম্মসু।
তেষ্বনির্বিণ্ণচিত্তানাং কর্ম্মযোগস্তু কামিনাম্॥

যদৃচ্ছয়া মৎকথাদৌ জাতশ্রদ্ধস্তু যঃ পুমান্।
ন নির্বিণ্ণো নাতিসক্তো ভক্তিযোগঽস্য সিদ্ধিদঃ॥
(ভাগঃ ১১/২০/৬-৮)

"হে উদ্ধব! মীওইবশিংগী য়াইফনবগীদমক্ জ্ঞানযোগ, কর্ম্ম-যোগ অমসুং ভক্তিযোগ অহুম অসিবু কৃষ্ণ ঐনা বেদ-নচিংবা শাস্ত্র পূন্নমক্ত হায়। অহুম অসি নত্তবা মোক্ষ ফংনবা অতোপ্প উপায় অমা লৈতে। কর্ম্মগী মহয়দা অপাম-মিহৌ থাদোকুনা বেদ-নচিংবা শাস্ত্রনা তৌ হায়না তাকপা কর্ম্মশিংবু থাদোক্লবা (সংন্যাস লৌঃরবা) মীশিংগীদমক্ জ্ঞান যোগনি (মখোয় জ্ঞানযোগ তৌবদা মতীক্ চায়), অত্থুগা কর্ম্ম তৌবদা বৈরাগ্য তৌদবা অমসুং কর্ম্মগী মহয় পামবা মীশিংগীদমক্ কর্ম্মযোগনি। অত্থুগা হৌনশা ওইনা কৃষ্ণ ঐগী ৱারী-নচিংবদা শ্রদ্ধা হায়বদি য়ামনা থাজনা পূক্নীং চঙবা পোক্লবা, বৈরাগ্যসু হাক্ল (য়ামনা) লৈতবা অমসুং সংসাবগী বীষযশিংদা পূক্নীংসু হাক্ল চঙদবা মীশিংগীদমক্ ভক্তি-যোগসি সিদ্ধি পীনবা ওই।"

মতৌ অসুমনা শ্রীভগবান্ন হায়রিবা ৱা অসিদগী ঐখোয়না নীংথিনা খঙবা ওমঙ্গ, মত্থুদি বৈবাগ্যসু অত্থুক্ হাক্ল লৈতবা অমসুং সংসারদসু অত্থুক্ হাক্ল পূক্নীং চঙদবা মীশিং, ভক্তিযোগ তৌহুনা গুণ অমসুং মওঙ লৈবা শ্রীভগবান্গী উপাসনা তৌবদা মতীক্ চায়। গুণ মওঙ লৈতবা পবব্রহ্মগী উপাসনা তৌনবা জ্ঞানযোগ তৌবদা মতীক্ চাদে। অয়ামবা মী থুদিংমক্তী ওইনা ভক্তিযোগ

য়ামনা কৈ হায়বসি শ্রীভগবান্‌গী অরেপ্প মতনি। মরম্‌ অসিনা অচম্বা মীপুম খুদিংমক্ক শ্রীভগবান্‌গী মফমদা য়ুংশিবগী মশক্‌ ওইবা ভক্তিযোগ তৌনবা হোৎনগদবনি। মতীক্‌ চাবা মী ওইরবদি জ্ঞানযোগ তৌনবা হোৎনগদবনি। জ্ঞানযোগ খ্বায়দগী হেননা ক্ববনি; অদুবু মতীক্‌ চাদবা মীগীদমক্‌ মদু তৌদনবা শ্রীভগবান্ন তাক্‌পিবনি; জ্ঞানযোগ ফত্তে হায়বা ব্বা নত্তে ॥২॥

মতৌ অমুমনা গুণ অমস্তুং মওঙ লৈবা (সাকার) শ্রীভগবান্‌গী উপাসকশিংগী মরম্‌দা হায়রগা হৌজিক গুণ অমস্তুং মওঙ লৈতবা (নিরাকার) পরব্রহ্মগী উপাসকশিংগী মরম্‌দসু অমুমনা হায়রি—

যে ত্বক্ষরমনির্দেশ্যমব্যক্তং পর্যুপাসতে।
সর্ব্বত্রগমচিন্ত্যঞ্চ কূটস্থমচলং ধ্রুবম্‌॥৩॥
সংনিয়ম্যেন্দ্রিয়গ্রামং সর্ব্বত্র সমবুদ্ধয়ঃ।
তে প্রাপ্নুবন্তি মামেব সর্ব্বভূতহিতে রতাঃ॥ ৪ ॥

**অন্বয়ঃ**—যে তু সর্ব্বভূতহিতেরতাঃ সর্ব্বত্র সমবুদ্ধয়ঃ ইন্দ্রিয়গ্রামং সংনিয়ম্য সর্ব্বত্রগম্‌ অচিন্ত্যং কূটস্থং অচলং ধ্রুবং অনির্দেশ্যম্‌ অব্যক্তং চ অক্ষরং পর্যুপাসতে, তে মাং এব প্রাপ্নুবন্তি ॥

**অন্বয়ব্যাখ্যাঃ**—যে তু=মখোয়শিং অদুনদি, সর্ব্বভূতহিতে রতাঃ=থরায়পানবা পুম্নমক্কী কান্ন-নবা থবক্‌ তৌবদা পুক্নীং চঙলিবা, সর্ব্বত্র সমবুদ্ধয়ঃ=অচৎ-চত্ত তাইবঙ পুম্নমক্কী মফমদা অমত্ত ওইবা চপ, মান্নবা বাখল থমলিবা ওইদুনা, ইন্দ্রিয়গ্রামং সংনিয়ম্য

—মীৎ-নাকোংমণ্ডিংবা ইন্দ্রিয় পূম্নমক্পু লাক্শিনদুনা থমলগা, সর্ব্বত্রগং=মফম পূম্নমক্ত শীন্থুংনা লৈবা, অচিন্ত্যং—পুক্নীংনা খল্ল ওমদবা, কূটস্থং—মায়াগী মশক্ ওইবা তাইবঙপানসিগী চঙজফম (তুংনফম) ওইনা লৈরিবা, অচলং—লেঙদবা, ধ্রুবং—মশক্ মওঙ ওস্থোক্তনা লৈবা, অনির্দেশ্যং=মসিনি হায়না হায়দোক্পা ওমদবা, চ=অমস্থুং, অব্যক্তং—ফোংদোক্তনা লৈবা, অক্ষরং—অমাঙ-অতা লৈতবা পরব্রহ্মগী, পর্য্যুপাসতে—ধ্যান তৌদুনা উপাসনা তৌই, তে—অদুগুমবা মখোয়শিং অদুনা, মাং এব=থাঙ্গেশেংবা পরব্রহ্মগী মশক্ কৃষ্ণ ঐমক্তবু প্রাপ্নুবন্তি—ফংই (কৈবল্য মোক্ষ ফংদুনা ব্রহ্মদা তিললী॥ ৩-৪)।

**অপূম্ব অর্থ :**— থরায়পানবা পূম্নমক্কী কান্ন—নবা থবক্ তৌবদা পুক্নীং চঙলিবা অমস্থুং অচং-চন্ত তাইবঙ পূম্নমক্কী মফমদা অমত্ত ওইবা চপ্ মান্নবা রাখল্ থমলিবা সাধকশিং অদুনদি মীৎ, নাকোংনচিংবা ইন্দ্রিয় পূম্নমক্পু লাক্শিনদুনা থমলগা, মফম পূম্নমক্ত শীন্থুংনা লৈবা পুক্নীংনা লামবা ওমদবা, মায়াগী মশক্ ওইবা তাইবঙপান অসিগী তুংনফম ওইবা, লেঙদনা লৈবা মশক্ মওঙ ওস্থোক্তনা লৈবা, মসিনি হায়দোক্পা ওমদবা, মরম্ অসিনা ফোংদোক্তনা লৈবা অমস্থুং অমাঙ অতা লৈতবা পরব্রহ্মগী ধ্যান তৌদুনা উপাসনা তৌই, অদুগুমবা মখোয়শিং অদুনা, থাঙ্গেশেংবা পরব্রহ্মগী মশক্ ওইবা কৃষ্ণ ঐমক্তবু ফংই॥ ৩-৪॥

অথুপ্প রা

গুণ অমস্থুং মওঙ লৈতবা পরব্রহ্মগী উপাসনা (পূজা তৌদুনা

নীংবা) তৌরম্নি অন্নায়বা নত্তে। মরম্ অসিনা গুণ অমস্তুং মওঙ্ লৈবা শ্রীভগবান্গী উপাসনা তৌবসি খ্বায় পূন্নমক্কী মতীক্ চাবনি হায়বসিবু অক্লাবদা হায়গ্রে। উপাধি (মাগা শমনবা পোৎপু অত্তোম্ব অমা ওইনা উহনবা পোৎ) অমত্ত লৈত্তবা অশেংবা জ্ঞানগী মশক্ ওইবা পরব্রহ্মনি, মহাক্তি নির্গুণ নিরাকাবনি (গুণ অমস্তুং মওঙ লৈত্তবনি)। মতুদা থবক্ পূন্নমক্ তৌবা ঙমনবগী শক্তি ওইদী মায়া উপাধি লাকলবদি মহাক্ (পরব্রহ্ম) সগুণ অমসস্তুং নিরকার ঈশ্বর ওই। মহাক (ঈশ্বর) সর্ব্বজ্ঞ (পূন্নমক্ খঙবা), সর্ব্বশক্তিমান্ (পূন্নমক্ তৌবা ঙমবা) অমস্তুং সর্ব্বব্যাপক (পূন্নমক্ত শীন্থুংনা লৈবা) ওই। অসিগুমবা ঈশ্বব অসিনা মাগী উপাধি মায়ানা মরম্ ওইদুনা অবতার-নচিংবা লৌঃরবদি মহাক্ সগুণ অমস্তুং সাকার ওই। মতম অদুদা মাবু (ঈশ্বরবু) শ্রীভগবান্ অস্তুমনা হায়। হায়রিবা অদুমসিবু অশেংবা জ্ঞানগী মীৎয়েংদা য়েংলবদি মখোয়গী মস্তুংদা করিমত্ত খেন্নদে, তত্ত্ব অমত্ত ওইনা লৈ। মরম্ অসিনা শ্রীমদ্ভাগবত্ত পুরাণদা অস্তুমনা হায়রি—

বদন্তি তৎতত্ত্ববিদস্তত্ত্বং যজ্জ্ঞানমদ্বয়ম্।

ব্রহ্মেতি পরমাত্মেতি ভগবানিতি শব্দ্যতে॥

(ভাগঃ ১/২/১১)

"তত্ত্ববু নীংথিনা খঙবা জ্ঞানীশিংনা অনীগুবা পোৎ অমত্ত লৈত্তবা অশেংবা জ্ঞানবু তত্ত্বনি অস্তুমনা হায়। অদুগুমবা অশেংবা তত্ত্ব অদুমক্তবু ব্রহ্ম, পরমাত্মা (ঈশ্বর) অমস্তুং ভগবান্ অস্তুমনা হায়।"

মসিদা ভক্ত ওইবা মীশিংনা গুণ অমসুং মগুন্ত লৈবা শ্রীভগ-বান্গী উপাসনা তৌতুনা ধ্যান তৌরবদি, মথোয়না তৌবদা খেন্নবা অতুগী মতুংইননা সালোক্য (ভগবান্গা লোয়নবা লোক অমত্তদা লৈবা, সামিপ্য (ভগবান্গী নাক্ত লৈবা), সারূপ্য (ভগবান্গী রূপকা চপ মান্নবা রূপ লৌঃতুনা লৈবা) অমসুং সাযুজ্য (ভগবান্দ তিন-তুনা লৈবা) মোক্ষ মরিসিগী মনুংদা মোক্ষ অমা ফংই। গুণ লৈবা অমসুং মগুন্ত লৈতবা ঈশ্বরগী উপাসনা তৌতুনা ধ্যান তৌর-বদি মী অতুনা ক্রমমুক্তি (শিরবা মতুংদা ব্রহ্মলোকতা চত্তুনা লৈরগা পরব্রহ্মদা তিনবা মোক্ষবু) ফংই। অতুগা গুণ অমসুং মগুন্ত লৈতবা অশেংবা জ্ঞানগী মশক্, ব্রহ্মগী উপাসনা তৌতুনা ধ্যান তৌরবদি মী অতুনা জ্ঞানী ওইতুনা কৈবল্য মোক্ষ (হিংনা-হিংনা মুক্ত ওইতুনা লৈরগা শিবমত্তদা ব্রহ্মদা তিনবগী মশক্ ওইবা মোক্ষ) ফংই। মসি থ্বাযদগী অথোইবনি। মসিগী মরম্দা শ্রুতিনা অস্থমনা হায়রি "ব্রহ্ম বেদ ব্রহ্মৈব ভবতি" (মুঃ উঃ ৩/২/৯)— "ব্রহ্মবু শ্রীমক্কি হায়না খঙবা মী (জ্ঞানী) ব্রহ্মমক্ ওই।" "ব্রহ্মৈব সন্ ব্রহ্মাপ্যেতি" (বৃঃ উঃ ৪/৪/৬)— "হিংনা-হিংনা ব্রহ্মমক্ ওইতুনা লৈরগা ব্রহ্মদা তিললী।" মরম্ অসিনা গীতাদসু শ্রীভগ-বান্ন অস্থমনা হায়রি "জ্ঞানীত্বাত্মৈব মে মতম্" (গীঃ ৭/১৮)— "জ্ঞানীদি কৃষ্ণ এগী আত্মামক্কি হায়বসি অসোম মতনি।"

মতৌ অস্থমনা হায়বিবা নির্গুণ অমসুং নিরাকার ব্রহ্মগী উপাসনা অসিবু "অহংগ্রহ" উপাসনা হায়না কৌই। মরম্দি মসিদা "অহং ব্রহ্মাস্মি" (ঐ ব্রহ্মমক্কি হায়না নীংতুনা ধ্যান

তৌই। মতৌ অসুমনা নীংথিনা ধ্যান তৌরবদা ব্রহ্মসাক্ষাৎকার ওইহনা উপাসক অহুনা মশামকপু ব্রহ্মনি হায়রবসি খঙই। মসিগী মরমদা শ্রুতিনা অসুমনা হায়রি—

দেহো দেবালয়ঃ প্রোক্তঃ স জীবঃ কেবলঃ শিবঃ।
ত্যজেদজ্ঞাননির্মাল্যং সোঽহং ভাবেন পূজয়েৎ॥
অভেদদর্শনং জ্ঞানং ধ্যানং নির্বিষয়ং মনঃ।
স্নানং মনোমলত্যাগঃ শৌচমিন্দ্রিয় নিগ্রহঃ॥

(মৈত্রেয়ঃ উঃ ২/১-২)

"হকচাংসি লাইশঙনি হায়, মহুদা জীব অসি অনীগুবা লৈতবা শিব (ব্রহ্ম) গী মশক ওইবা লাইনি। মহুদা হাননা কং-লমবা অজ্ঞানগী (মশাগী মশক খঙদবগী) মশক ওইবা নির্মাল্যবু থাদোক্কদবনি অহুগা মহাক ঐমক্তি (ব্রহ্মমক্তি) হায়না পূজা তৌ-গদবনি। 'ব্রহ্ম' অমসুং 'ঐ' অসিদা খেন্নদনা খঙবসি জ্ঞান—নী, পূক্নীংদা সংসারগী বিষয় লাকহনদবসিনা ধ্যান-নী, পূক্নীংগী অমোংপা লোঃথোকপসি স্নাননি (ঈরুজবনি), অমসুং ইন্দ্রিয়বু লাকশিনবসি হকচাং শেংদোকপনি।"

অসুমনা হায়রিবা উপাসনা অসি মী খুদিংমক্ন তৌবা ঙমদে। মরম অসিনা নির্গুণ অমসুং নিরাকার ব্রহ্মগী উপাসনা তৌবদা মতীক চায়—চাদে হায়বসিদি উপাসক মশামক্ন লেপ্‌ক্কনবনি। মতীক চায় খঙলবতদা ব্রহ্মগী উপাসনা তৌনবা হোৎনগদবনি; নত্রবদি

সগুণ সাকার ভগবান্‌গী উপাসনা তৌদুনা জীবন (পুনশীবু) মহয় য়ান-নবা হোৎনগদবনি॥ ৩-৪ ॥

সগুণ সাকার ভগবান্‌গী উপাসনা তৌবদগী নির্গুণ নিরা-কার ব্রহ্মগী উপাসনা তৌবসি য়ামনা লুনা অমসুং বানা থোক্‌ই ছায়বসিবু অস্মুমনা তাক্লি—

ক্লেশোঽধিকতরস্তেষামব্যক্তাসক্তচেতসাম্ ।
অব্যক্তা হি গতির্দুঃখং দেহবদ্ভিরবাপ্যতে ॥ ৫ ॥

অন্বয়ঃ— অব্যক্তাসক্তচেতসাং তেষাং ক্লেশঃ অধিকতরঃ হি অব্যক্তাগতিঃ দেহবদ্ভিঃ দুঃখং অবাপ্যতে ।

অন্বয়ব্যাখ্যা ঃ— অব্যক্তাসক্তচেতসাং=নির্গুণ নিরাকার ব্রহ্মগী ধ্যান তৌবদা পূক্নীং চঙদুনা লৈরিবা, তেষাং—মখোয়শিং অদুগী, ক্লেশঃ=কন্ন নোম্বদগী ফংবা অরাবদু, অধিকতরঃ=(সগুণ সাকার ভগবান্‌গী ধ্যান তৌনবা নোম্বদগী ফংবা অরাবা অদুদগী) য়ামনা হেললী, হি=মসিগী মরম্‌দি, অব্যক্তাগতি—নির্গুণ নিরা-কার- ব্রহ্মবু ফংবগী মশক্ ওইবা মহয়, দেহবদ্ভিঃ=হক্‌চাংদা ঐনি ছায়না থল্লিবা মীশিংনা, দুঃখং—য়ামনা বানা, অবাপ্যতে=ফংবা ঙমঈ ॥ ৫ ॥

অপূম্ব অর্থ ঃ— নির্গুণ নিরাকার ব্রহ্মগী ধ্যান তৌবদা পূক্নীং চঙদুনা লৈরিবা মখোয়শিং অদুগী কন্ন নোম্বদগী ফংবা অরাবদু সগুণ সাকার ভগবান্‌গী ধ্যান তৌনবা নোম্বদগী (হোৎ-নবদগী) ফংবা অরাবা অদুদগী য়ামনা হেললী। মরম্‌দি নির্গুণ

নিরাকার ব্রহ্মবু ফংবগী মশক্ ওইবা মহয়, হকচাংদা ঐনি হায়না খল্লিবা মীশিংনা ফংবদা য়ামনা য়ানা থোক্‌ই ॥ ৫ ॥

অথপ্র র।

গুণ অমস্তুং মওঙ লৈবা (সগুণ সাকার) ভগবানবু ফংগে হায়বগীদমক্ ঈবুংঙো মাবু নীংজরিবা মীশিংনস্থু মখোয়না তৌরিবা উপাসনা অতুগী মপুং ফাহন্নবগীদমক্ সংসারগী বিষয়শিংদগী ইন্দ্রিয়শিংবু লাকৃশিনতুনা পুক্নীংবু ফাজিন্দুনা থমবা, ঈবুংঙো মাগী পেল্ল-নবা মতম পূম্নমক্ত অফবা থবক্ তৌবা অসিনচিংবা তৌনবা হোৎনবদা অরাবা য়ামনা ফংই, মতু নত্রবদি ঈবুংঙো মাবু ফংবা ঙমলোই। মতৌ অস্তুমনা মওঙ লৈবা ভগবানগী উপাসনা তৌ থস্সিস্থু অরাযবা নত্তে, পুক্নীং চপ য়ুংনা কন্ন হোৎনববতদা ঈবুংঙো মাবু ফংবা ওমগদবনি। অতুবু নির্গুণ নিরাকার ব্রহ্মগী উপাসনা তৌবদদি মসিদগীস্থু যামনা হেননা কন্ন হোৎনবা মরম্ন অরাবস্থু য়ামনা হেন্ননা ফংই। মরম্দি হকচাংবু ঐনি হায়না খল্লুনা লৈবা সাধক ওইবা মীশিংনস্থু সাকার ভগবানগী উপাসনা তৌবদা থেইনা কায়দে, অর্তুগা নিরাকার ব্রহ্মগী উপাসনা তৌবদি "ঐ ব্রহ্মমক্নি" হায়না ধ্যান তৌগদবা মবম্না হকচাংদগী অতোপ্প কর্তা (অতৌবা) অমস্তুং ভোক্তা (অচাবা) নত্তবা অমস্তুং সংসারগী অরাসুংডাই ফংবা আত্মাগী অশেংবা মশকপু হানলা নীংথিনা খল্লুনা "ঐ হকচাংনি" খল্লবসি (থমবসি) থাদোকপা তাই নত্রবদি ব্রহ্মগী উপাসনা তৌবা য়াদ্রোই। হকচাংস্থু ঐনি হায়না মপাল তৌবা

থাদোক্পসি অরায়বা য়া নত্তে। আত্মাবু নীংথিন্না খঙহন্না পুক্নীং চুপ্‌থবগা লোয়নননা মতম পুন্নমক হুননা-হুননা বিচার তৌদুনা হোনরবতদা নাপ্পল অদু থাদোক্পা ওমগদরবনি। মরম অসিনা সাকার ভগবান্‌গী উপাসনা তৌবদগী নিরাকার ব্রহ্মগী উপাসনা তৌবনা য়ামনা হেননা অৱাবা ওই হায়বনি। মসিগী মরমদা শ্রুতিনস্থু অস্তুমনা হায়রি— উত্তিষ্ঠত জাগ্রত প্রাপ্যবরান্নি-বোধত। ক্ষুরস্যধারা নিশিতা দুরত্যয়া দুর্গং পথস্তৎ কবয়ো বদন্তি॥ (কঠঃ উঃ ১/৩/১৪)— "আত্মতত্ত্ববু খঙনীংবা হে সাধক পুন্নমক্‌, হৌ-গংলো, অজ্ঞানগী মশক্‌ ওইবা তুম্বদগী নমীং পাওথোক্লো, খঙঙমগ্রবা আত্মতত্ত্বসিবু অথোইবা জ্ঞানীশিংগী মনাক্ত চত্তুনা খঙনবা হোৎনরো। (য়ামনা ফেংহনা) থৌরবা ক্ষুরগী মচীন্দ (ময়াদ) থোঙনা চৎপ্রমদবগী মতৌগুমনা আত্মতত্ত্ব খঙনবা লম্বীসিস্থু য়ামনা কল্লী (লুই) হায়না অখঙবা জ্ঞানীশিংনা হায়" ॥ ৫ ॥

মতৌ অস্তুমনা নিরাকার ব্রহ্মগী উপাসনা য়ামনা হেননা ৱাবসিবু হায়রগা হৌজিক্‌ সাকার ভগবান্‌গী উপাসনাদমীস্থু ঈবুংঙো মাবু ফংবা ওমজ হায়বসি শ্লোক অনীনা তাক্লি—

যে তু সর্ব্বাণি কর্ম্মাণি ময়ি সংন্যস্য মৎপরাঃ।
অনন্যেনৈব যোগেন মাংধ্যায়ন্ত উপাসতে ॥ ৬ ॥
তেষামহং সমুদ্ধর্ত্তা মৃত্যুসংসার সাগরাৎ।
ভবামি ন চিরাৎ পার্থ ময়্যাবেশিত চেতসাম্ ॥ ৭ ॥

**অন্বয়ঃ—** যে তু সর্ব্বাণি কর্ম্মাণি ময়ি সংন্যস্য মৎপরাঃ অনন্যেন এব যোগেন মাং ধ্যায়ন্ত উপাসতে, হে পার্থ। ময়ি আবেশিত চেতসাং তেষাং অহং মৃত্যু সংসার সাগরাৎ ন চিরাৎ সমুদ্ধর্ত্তা ভবামি।

**অন্বয়ব্যাখ্যা ঃ—** যে তু=মওঙ লৈতবা ব্রহ্মগী উপাসক নত্তবা হায়বদি সাকার উপাসক ভক্তশিংহুনদি, সর্ব্বাণি কর্ম্মাণি—শাস্ত্রনা তৌ হায়না তাকপা থবক্ পুম্নমক্পু, ময়ি—(সাকার) পরমেশ্বর বাসুদেব ঐঙোন্দ, সংন্যস্য=কৎথোক্লগা, মৎপরাঃ=ভগবান্ বাসুদেব ঐমক্তবু মথোয়গী (ভক্তশিং অত্তুগী) অথোইবা পেন্নবগী মশক্কি লেপ্তুনা, অনন্যেন এব যোগেন—বাসুদেব ঐ নত্তবা অতোপ্প অমদা পুক্নীং চঙদবগী মশক্ ওইবা উপাযনা, মাং—ভগবান্ বাসুদেব ঐহাকপু (নত্রগ) অবতার লৌঃহুনা লৈখিবা রাম, নরসিংহ, বরাহ, বিষ্ণু-নচিংবগী মরক্ত অপামবা নীংনীংবা অমবু), ধ্যায়ন্ত উপাসতে= ধ্যান তৌহুনা উপাসনা তৌই, পার্থ—হে অর্জ্জুন। মতৌ অম্নমনা—ময়ি=কৃষ্ণ ঐঙোন্দ, আবেশিত চেতসাং=পুক্নীং থিংজিনহুনা লৈরিবা, তেষাং — মথোযশিং অত্তুবু, অহং—কৃষ্ণ ঐ (না), মৃত্যুসংসার সাগরাৎ=শোযদনা শিবা নাইনা লৈরিবা সংসার সমুদ্র অসিদগী, ন চিরাৎ= থীন্দনমক্, সমুদ্ধর্ত্তা ভবামি=লাম্থোকহনবিবা ওই ॥ ৬-৭ ॥

**অপুম্ব অর্থ :**—নিরাকার ব্রহ্মগী উপাসক নত্তবা ভক্তশিংশিংহুনদি থবক্ পুম্নমক্পু বাসুদেব ঐঙোন্দ কথোক্লগা কৃষ্ণ ঐমক্তবু মথোয়গী অথোইবা পেন্নবগী মশক্কি লেপ্তুনা কৃষ্ণ ঐ নত্তবা

অতোপ্প অমদা পুক্নীং চঙদবগী মশক্ ওইবা উপায়না বাস্থদেব ঐহাকপু ধ্যান তৌহুনা উপাসনা তৌহুনা লৈ। হে অর্জ্জুন! মতৌ অস্থমনা কৃষ্ণ ঐঙোন্দ পুক্নীং থিংজিনহুনা লৈরিবা মথোয়শিংহুবু, শিবা নাইবা সংসার সমুদ্রসিদগী থীন্দনমক্ কৃষ্ণ ঐনা লান্থোক্হনবি হায়বসি শোয়দবনি॥ ৬–৭॥

## অথ্‌প্প ৱা

হক্চাংবু ঐনি হায়না খঙহুনা "ঐ তৌই" "ঐ মুই" "ঐ ৱাংই" "ঐ নেম্মী" "ঐগী কল্লী" "ঐ শোল্লী" অসি-নচিংবা থন্দুনা লৈরগা আত্মা করিনো? মাগী মশক্ করম্ তৌই? অসি-নচিংবগী ৱাখল্ অমস্থং বিচার করিমত্ত তৌদ্রবস্থ, য়ামনা থাজবগা লোয়নননা থবক্ পুম্নমক্ ঈশ্বর মঙোন্দ কথোক্তুনা ঈবুংঙো মাগী পেন্ন-নবতা তৌহুনা লৈবা ভক্তশিং অহুগী পুক্নীংদা সংসার থাদোক্নীংবা ৱাখল্ পোক্লকই, মহুদা নত্তনা ঈবুংঙো মাগী অশেংবা মশক্ খঙনবা জ্ঞানস্থ মথোয়শিংদা ওইরকই। মবম্ অসিনা শ্রীমদ্ভাগবত পুরাণদা অস্থমনা হায়রি —

**বাসুদেবে ভগবতি ভক্তিযোগঃ প্রযোজিতঃ।**
**জনয়ত্যাশু বৈরাগ্যং জ্ঞানং চ যদহৈতুকম্॥**

(ভাগ: ১/২/৭)

"শ্রীভগবান্ বাস্থদেবদা তৌরিবা ভক্তিযোগসি সংসার ফংনবগী মরম্ ওইদবা বৈরাগ্য অমস্থং জ্ঞানবু য়ামনা থুনা পোক্হল্লী।"

মতৌ অসুমনা ভক্তশিং অতুগী পুক্লীংদা জ্ঞান অমসুং বৈরাগ্য পোক্লবদা ভগবান্ নত্তবা অতোপ্প পোৎ অমদা কদৌঙৈদসু পুক্লীং চঙবা তৌদনা ঈবুংঙো মাগী ধ্যান তৌদুনা উপাসনা তৌদুনা লৈ। অসিগুমবা ভক্তশিং অসি শিরবা তুংদা শোয়দনা ঈবুংঙো মাবু ফংই। মসিবুসু কপিল ভগবান্না অসুমনা হায়রি—

বিসৃজ্য সর্ব্বানন্যাংশ্চ মামেবং বিশ্বতোমুখম্।
ভজন্ত্যনন্যয়া ভক্ত্যা তান্মৃত্যোরতিপারয়ে॥

(ভাগঃ ৩/২৫/৪০)

"অতোপ্প পুম্নমক্পু থাদোক্লুনা ভক্ত ওইবা মীশিং অদুনা বিশ্বরূপ ওইদুনা মায়কৈ পুম্নমক্ত লৈবা ভগবান্ এগী অনী লোঙ-দবা ভক্তি তৌদুনা লৈ, অদুগুমবা মখোয়শিংদুবু শিবদগী (পোক্পা শিবা নাইবা সংসারসিদগী) ঐনা লাম্ভোক্লহনলী।"

অদুবু হায়রিবা য়াসিসু অয়ায়বা নত্তে, মী খুদিংমক্ত তৌবা গুমদে। হৌঃখিবা মপোক্ কয়ামুক্ত তৌখিবা অফবা পুণ্যশিংনা মরম্ ওইদুনা মপোক্ অসিদা ঈবুংঙো মাবুতা নীংজদুনা লৈরবা অমসুং অতোপ্প থবক্ অমা তৌবদা পুক্লীং চঙদ্রবা ভক্তশিংদনা ঈবুংঙো মাবু ফংবা ঙমগদবনি। মরম্ অসিনা মসিগী মরমদসু অসুমনা হায়রি—

মর্ত্ত্যো যদা ত্যক্তসমস্ত কর্ম্মা
নিবেদিতাত্মা বিচিকীর্ষিতো মে।

**তদাহমৃতত্বং প্রতিপদ্যমানো**

**ময়াত্মভূয়ায় চ কল্পতে বৈ॥**

**(ভাগঃ ১১/২৯/৩৪)**

"মী অহুনা অতোপ্প থবক্ পূম্নমক্পু থাদোক্তুনা কৃষ্ণ ঐঙোন্দ মশাবু কথোক্তুনা লৈরগা কৃষ্ণ এগীদমক্ থবক্ পূম্নমক্ তৌহুনা লৈবা পামঙ্গী। মতম অহুদা মহাক্ মোক্ষগী মশক্ ওইবা অমর পদবু ফংহুনা কৃষ্ণ ঐঙোন্দ তিনহুনা লৈবা মতীক্ চায়"॥ ৬-৭॥

মতৌ অসুমনা সগুণ সাকার ভগবান্গী উপাসনাবু থাগত্তুনা হায়রগা হৌজিক্ মতীক্ চাবা ভক্ত মতীক্ চাদবা ভক্ত খেন্নবগী মতুংইননা সাধনশিংগী খেন্নববু অসুমনা তাক্পা হৌই—

**ময্যেব মন আধৎস্ব ময়ি বুদ্ধিং নিবেশয়।**

**নিবসিষ্যসি ময্যেব অত ঊর্দ্ধ্বং ন সংশয়ঃ॥ ৮॥**

**অন্বয়ঃ**—ময়ি এব মনঃ আধৎস্ব, ময়ি (এব) বুদ্ধিং নিবেশয়, অতঃ ঊর্দ্ধ্বং ময়ি নিবসিষ্যসি ন সংশয়ঃ।

**অন্বয়ব্যাখ্যা**:— ময়ি এব=সগুণ সাকার পরমেশ্বর কৃষ্ণ ঐঙোন্মক্তদা, মনঃ আধৎস্ব=পুক্নীং থিংজিনলু, ময়ি (এব)=কৃষ্ণ ঐঙোন্মক্তদা, বুদ্ধিং নিবেশয়=অবেপ্প বাখল্ চঙহন্দুনা থমউ, (মতৌ অসুমনা তৌরবদি) অতঃ ঊর্দ্ধ্বং=শিরবগী মতুংদা, ময়ি এব =পরব্রহ্মগী মশক্ ওইবা কৃষ্ণ ঐঙোন্মক্তদা, নিবসিষ্যসি=তিনহুনা লৈগনি, ন সংশয়ঃ=মসিদা চিংনফম থোক্তে॥ ৮॥

অপুম্ব অর্থ :— পরমেশ্বর কৃষ্ণ ঐডোম্মুক্তদা অরেপ্প রাখল্ চঙহন্দুনা থমউ, মতৌ অস্নুমনা তৌরবদি শিরবা মতুংদা পরব্রহ্মগী মশক্ ওইবা কৃষ্ণ ঐডোম্মুক্তদা তিনহনা লৈগনি. মসিদা করিমত্ত চিংনকম থোক্তে ॥ ৮ ॥

অথুপ্প বা

মওঙ অমস্নুং গুণ লৈবা (সাকার সগুণ) ভগবান্গী করিশুমবা মূর্ত্তি অমদা মন অমস্নুং বুদ্ধিবু সংসারগী বিষয়শিংদগী চিংথোক্লগা লেঙদনা থমবা ওমনবা হোৎনগদবনি। মূর্ত্তিহ শ্রীভগবান্ কৃষ্ণগীসু ওইসনু নত্রগা শ্রীরামগীসু ওইসনু, নীংনীংবা ভগবান্গী মূর্ত্তি অমগী ফোটো অমা মাঙদা থমলগা মহুদা মীৎয়েং অমত্ত ওইনা য়েংহনা মনবু বিষয়শিংদগী লাক্শিন্দুনা থমগদবনি। মতৌ অহুমনা মতম থরদং লৈরগা মাঙদা থমলিবা মূর্ত্তিহবু থম্মোইদা পুশিল-হক্তুনা থমলগা, মীৎ উইশিললপনা ঈবুংঙো মাগী নীংথিরবা মূর্ত্তিহবু নীংহনা লৈনবা হোৎনগদবনি। মহুদা অতোপ্প বিষয় অমা লাক্রবদি মহবু ধ্যান কৌই। মনদা সংসারগী বিষয়শিংবু লাকহনদবসি মোক্ষ ফংনবা (ভগবান্ ফংনবা) খ্বায়দগী অথোইবা উপায়নি। মসিবু অস্নুমনা হায়রি—

মন এব মনুষ্যাণাং কারণং বন্ধ মোক্ষয়োঃ।

বন্ধায় বিষয়াসক্তং মুক্ত্যৈ নির্বিষয়ং স্মৃতম্ ॥

(ব্রঃ বিঃ উ-২)

"মীওইবগী সংসারদা পুনত্থনা লৈনবা অমম্তুং মোক্ষ ওই-নবগী মরম্ মন (পূক্লীং) অসিমক্তি। সংসারগী বিষয়শিংদা চঙ-ত্থনা লৈবা মন (পূক্লীং) পুন-নবা মরম্ ওই অতুগা সংসারগী বিষয়শিংবু থাদোক্তুনা শ্রীভগবান্দ চঙশিল্লিবা মন (পুক্লীং) মোক্ষ ফংনবা মরম্ ওই ॥"

মরম্ অসিনা শ্রীভগবান্নস্তু উদ্ধবকী মফমদা অস্মুমনা হায়—

তস্মাৎ সর্ব্বাত্মনা তাত নিগৃহাণ মনো ধিয়া।
মষ্যাবেশিতয়া যুক্ত এতাবান্ যোগ সংগ্রহ॥
(ভাগঃ ১১/২৩/৬১)

"হে উদ্ধব! মনসিমক্তনা পুন-নবা অমস্তুং মোক্ষ ফংনবা মরম্ ওইবদগী নহাক্ত কৃষ্ণ ঐঙোন্দ অরেপ্প বাখল্ থমত্থনা মনবু লাকৃশিন্নবা হোৎনৌঃ, মসি যোগগী অথোইবা খোমজিন্বনি"॥ ৮ ॥

মতৌ অস্মুমনা ধ্যান তৌবা ঙমদবা মীগীদমক্ অতোপ্প উপায় অমা শ্রীভগবান্ন অস্মুমনা তাক্লি—

অথ চিত্তং সমাধাতুং ন শক্নোষি ময়ি স্থিরম্।
অভ্যাসযোগেন ততো মামিচ্ছাপ্তুং ধনঞ্জয়॥ ৯ ॥

অন্বয় ঃ—ধনঞ্জয়! অথ ময়ি চিত্তং স্থিরং সমাধাতুং ন শক্নোষি; ততঃ অভ্যাসযোগেন মাং আপ্তুং ইচ্ছ।

অন্বয়ব্যাখ্যা ঃ—ধনঞ্জয়—হে অর্জ্জুন! অথ—অতুগা করি-গুম্বা, ময়ি—বাসুদেব কৃষ্ণ ঐঙোন্দ, চিত্তং—পূক্লীংবু, স্থিরং—

লেপ্তদনা, সমাধাতুং=ধ্যান তৌত্নুনা থমবা, ন শক্নোসি=ঙমমোই-দবা, ততঃ=থোক্লবদি, অভ্যাসযোগেন= ধ্যান তৌববু হননা হননা হোৎনবগী মশক্ ওইবা যোগনা মরম্ ওইদুনা, মাং=কৃষ্ণ ঐবু, আপ্তুং ইচ্ছ=ফংননবা হোৎনবা পামউ ॥ ৯ ॥

**অপূর্ব অর্থ** ঃ— হে অর্জ্জুন ! অদুগা করিগুমবা কৃষ্ণ ঐঙোন্দ পূক্নীংবু লেপ্তদনা থমদুনা ধ্যান তৌবা ঙমলোইদবা থোক্লবদি ধ্যান তৌববু হননা হননা হোৎনবগী মশক্ ওইবা যোগনা (অভ্যাস যোগনা) মরম্ ওইদুনা কৃষ্ণ ঐবু ফংনবা হোৎনবা পামউ ॥ ৯ ॥

## অথূপ্প রা

অভ্যাস কৃদাইবু কৌই হায়বদু যোগদর্শনদা অসুমনা হায়-রি—"তত্র স্থিতৌ যত্নোঽভ্যাসঃ" (যোদঃ ১/১৩)— "মনবু ফাজিন্দুনা থমবা অদুদা লৈংতানবগীদমক্ হননা হননা হোৎনবা অভ্যাসনি।" মসিবু মতৌ করমনা হোৎনগদগে হায়বদুবু শ্রীভগ-বান উদ্ধবকী মফমদা অসুমনা হায়রি—

তৎসর্ব্বব্যাপকং চিত্তমাকৃষ্যৈকত্র ধারয়েৎ।
নান্যানি চিন্তয়েদ্ ভূয় সুস্মিতং ভাবয়েৎ মুখম্ ॥
(ভাগঃ ১১/১৪/৪৩)

"মায়কৈ পূম্নমক শনদোক্তুনা (চাইথোক্তুনা) লৈরিবা মনবু (পূক্নীংবু) চিংশিনদুনা (ফাজিনদুনা) করিগুমবা মফম অমদা (ভগবানগী কোটোগুমবা অমদা) লেপ্তনা থমগদবনি। মতুংদা

মতুংদা অতৈ অতোপ্প পোৎশিংগী ৱাখল্ অমত্ত তৌদনা থম্মোইদা কৃষ্ণ ঐগী নীংথিজরবা মোমোন নোক্পা মায়থোংবু ধ্যান তৌগদবনি।"

মতৌ অসুমনা তৌবা ধ্যান অছু মরক্ মরক্ত কায়বা থোক্ল-বসু পূক্নীংবু লাক্শিনহনা হনবা হনবা হোৎনহনা লৈগদবনি। অসুমনা তৌরবতদা তপ্প তপ্প মতম্ কুইনা ধ্যান তৌবা ঙম-লকনি॥ ৯॥

অভ্যাস যোগনা ধ্যান তৌহনা শ্রীভগবান্‌বু ফংবা ঙমদবা মীশিংগীদমক্ অতোপ্প উপায় অমা অসুমনা তাক্লি—

অভ্যাসেঽপ্যসমর্থোঽসি মৎকর্ম্ম পরমো ভব।

মদর্থমপি কর্ম্মাণি কুর্ব্বন্‌সিদ্ধিমবাপ্স্যসি॥১০॥

**অন্বয়ঃ—** অভ্যাসে অপি অসমর্থঃ অসি, মৎকর্ম্মপরমঃ ভবঃ, মদর্থম্ কর্ম্মাণি কুর্ব্বন্ অপি সিদ্ধিম্ অবাপ্স্যসি।

**অন্বয়ব্যাখ্যাঃ—** অভ্যাসে অপি=গুণ অমসুং মওঙ লৈবা পরমেশ্বর (সগুণ সাকার ভগবান্) কৃষ্ণগী ধ্যান তৌগে হায়রহনা হনবা হনবা হোৎনবা অছুবসু, অসমর্থঃ অসি—নঙনা করিগুম্বা ঙমদবা থোক্লবদি, মৎকর্ম্মপরমঃ ভব=কৃষ্ণ ঐগী পোম্ন-নবগীদমক্ত ঐগী মরমদা লীবা ৱারী ৱাতায় তাবা (শ্রবণ তৌবা), কীর্ত্তন তৌবা অসিনচিংবা থবক্ পূম্নমক্পু পূক্নীং চঙনা নথৌ ওইনা তৌহনা লৈয়ু, মদর্থং—মতৌ অসুমনা কৃষ্ণ ঐগী পোম্ন-নবগীদমক্, কর্ম্মাণি কুর্ব্বন্ অপি—শ্রবণ কীর্ত্তন পূজা জপ—নচিংবা থবক্ পূম্নমক্পু তৌহনা

লৈরবস্থু, সিদ্ধিং অবাপ্স্যাসি—মোক্ষগী মশক্ ওইবা সিদ্ধিবু ফংবা ঙমগনি ॥ ১০ ॥

অপূম্ব অর্থ :— কৃষ্ণ ঐগী ধ্যান তৌগে হায়রুনা হননা হননা হোৎনবা (অভ্যাস তৌবা) অতুবুস্থু নঙনা করিগুমবা তৌবা ঙমদবা থোক্লবদি কৃষ্ণ ঐগী পেন্ন-নবগীদমক্ ঐগী মরম্দা হায়বা (লীবা) ৱারী—ৱাতায় তাবা, কীর্ত্তন তৌবা অসি-নচিংবা থবক্ পুম্নমক্পু পূক্নীং চঙনা তৌতুনা লৈয়ু, মতৌ অস্নুমনা কৃষ্ণ ঐগী পেন্ন-নবগীদমক্ শ্রবন (ৱারী তাবা), কীর্ত্তন, পূজা, জপ-নচিংবা থবক্ পুম্নমক্পু তৌতুনা লৈরবস্থু, মোক্ষগী মশক্ ওইবা সিদ্ধি ফংগনি ॥ ১০ ॥

## অথুপ্প ৱা

শ্রীকৃষ্ণগী ধ্যান তৌববু হননা হননা হোৎনবগী মশক্ ওইবা অভ্যাসযোগ য়েংবদা য়ামনা লায়না উরবস্থু সংসারগী থবক্শিংদা অহিং মুংখিল নাইদনা পূক্নীং থিংজিনতুনা লৈরিবা মীশিংগীদমক্ য়ামনা লুনা অমস্থুং ৱানা থোকই। মতম খজিক্কুং ফাওবস্থু শ্রীভগ-বান্দ মথোয়না পূক্নীং থিংজিনতুনা ধ্যান তৌবা ঙমদে; ধ্যান তৌগে হায়না ফম্নমক্তদা মথল্ মথা অয়ামবা সংসারগী ৱাখল্ লাকতুনা মতুদা পূক্নীং চঙতুনা লৈ। মরম্ অসিনা অভ্যাসযোগ অসিবুস্থু তৌবা ঙমদবা থোক্লবদি সংসারগী থবক্ তৌবদগী মতম ফাইথোক্তুনা অহাঙবা মতম অতুদা শ্রীভগবান্গী মরম্দা লীবা ৱারী তাবা, কীর্ত্তন, পূজা, জপ-নচিংবা থবক্শিং তৌবদা পূক্নীং

চঙনা মথৌ ওইনা তৌনবা শোয়দনা হোৎনগদবনি। মত্থনগী শ্রীভগবান্‌গী অথোইবা ভক্তিস্বু ফংহনা শ্রীভগবানবু ফংবা ঙমগদবনি। মসিবু ভগবান্ শ্রীকৃষ্ণ মশামক্ত মনাই উদ্ধবকী মফমদা অস্তুমনা হায়রি -

শ্রদ্ধালুর্মে কথাঃ শৃণ্বন্ সুভদ্রা লোকপাবনীঃ।
গায়ন্ননুস্মরন্ কর্ম্ম জন্ম চা ভিনয়ন্মুহুঃ॥
মদর্থে ধর্ম্মকামার্থানাচরন্মদপাশ্রয়ঃ।
লভতে নিশ্চলাং ভক্তিং ময্যুদ্ধব সনাতনে॥

(ভাগঃ ১১/১১/২৩-২৪)

"হে উদ্ধব! য়ামনা শ্রদ্ধা থম্বগা (থাজবগা) লোয়ননা মী অত্থনা লোকশিংবু শেংহনবা ঙমবা অমস্তুং য়াইফবা পীহৈবা, বাবীশিংবু তাহনা, কৃষ্ণ ঐগী মক্রবা মপোক্ অমস্তুং থবক্‌শিংবু শক্তুনা (কীর্ত্তন তৌহনা), নীংশিংজহনা (মনন তৌহনা) অমস্তুং অভিনয় (মতৌ তমহনা নাটক, লীলা-নচিংবা শান-নহনা) অত্থগা কৃষ্ণ ঐগী পেন্ন-নবগীদমক্ ধর্ম্ম, অর্থ (শেলভানবা), কাম (মচা ফংন-নবগীদমক্ য়ুম পানবা) মসি পুম্নমক্‌সি তৌহনা অমস্তুং কৃষ্ণ ঐঙোন্দ চঙজহনা লৈরগা সনাতন ওইবা কৃষ্ণ ঐগী লেঙদবা অথোইবা ভক্তিহবু ফংই" ॥ ১০ ॥

শ্রবণ কীর্ত্তন-নচিংববুস্থ নীংথিনা তৌবা ঙমদবা মীশিংগীদমক্ অতোপ্প উপায় অমবু অস্তুমনা তাক্লি—

অথৈতদপ্যশক্তোঽসি কর্তুং মদ্যোগমাশ্রিতঃ।
সর্ব্বকর্ম্মফলত্যাগং ততঃ কুরু যতাত্মবান্॥ ১১॥

অন্বয়ঃ— অথ এতৎ অপি কর্ত্তুং অশক্তঃ অসি, ততঃ মদ্-যোগং আশ্রিতঃ যতাত্মবান্ সর্ব্বকর্ম্ম ফল ত্যাগংকুরু।

অন্বয়ব্যাখ্যাঃ— অথ=অদুগা, এতৎ অপি=মথক্ত হায়-খ্রিবা শ্রবণ কীর্ত্তন অসি-নচিংবম্বুস্, কর্ত্তুং=তৌবদা, অশক্তঃ নহাক্ত ঙমলোইদবা, ততঃ=অদু ওইরবদি, মদযোগং আশ্রিতঃ—শাস্ত্রনা তৌ তাকৃপা থবক্ অমস্তুং হৌনশা ওইনা তৌরিবা থবক্ পুম্নমক্পু কৃষ্ণ ঐঙোন্দ কথোক্পগী মশক্ ওইবা যোগ তৌবদা চওজদুনা লৈরগা, যতাত্মবান্=মপানথোংগী মী·নচিংবা ইন্দ্রিয়শিংবু লাক্শিন্দুনা থমবা ওইদুনা, সর্ব্বকর্ম্মফল ত্যাগং কুরু—থবক্ পুম্ন-মক্কী মহয় থাদোক্পদু তৌ॥ ১১॥

অপূর্ব্ব অর্থঃ— অদুগা মথক্ত হায়খিবা শ্রবণ, কীর্ত্তন-নচিংবা অসিবুস্ নহাক্ত তৌবা ঙমদ্রবদি শাস্ত্রনা তৌ হায়না তাকৃপা থবক্ অমস্তুং হৌনশা ওইনা তৌরিবা থবক্ পুম্নমক্পু কৃষ্ণ ঐ-ঙোন্দ কথোক্পগী মশক্ ওইবা যোগ তৌবদা চওজদুনা লৈরগা মপানথোংগী মীৎনচিংবা ইন্দ্রিয়শিংবু লাক্শিন্দুনা থমবা ওইরগা থবক্ পুম্নমকী মহয় থাদোক্পদু তৌ॥ ১১॥

অথ প্রশ্ন।

চক্চাংদা ঐঙি হায়মম থব, তৌরিবা থবক্শিংদা ঐ অতৌ-বনি (কর্ত্তানি) হায়না থওবা অদুগা অতৌবনি হায়না থওবা

মরমদগী তৌরিবা থবক্শিংগী মহয় চাবস্ু (ভোক্তাসু) ঐনি হায়না লেপ্প অহুমশিনা মরম ওইহনা মীওইবশিংনা সংসারসিদা পুনহনা লৈরিবনি। হকচাংদা ঐনি খঙবা অমস্তুং থবক্শিংগী অতৌবনি খঙবা অনী অসিবু অহাম্বদা থাদোক্পা ঙমগ্রবস্ু তৌ- রিবা থবক্শিং অহুগী মহয় পামবা লৈতনা থবক্শিং অহুবু শ্রীভগ- বান্দ কখোক্পা ঙমলবদি পূক্নীং শেংদোক্খিহনা অহাম্বদা হকচাংবু ঐনি হায়না নাপল তৌরমবহু অমস্তুং তৌরিবা থবক্শিংগী অতৌবস্ু ঐনি হায়না খঙলমবা অহু য়ামনা লায়না থাদোক্পা ঙমগনি। মরম্ অসিনা শ্লোকসিদা শ্রীভগবান্ন, তৌরিবা থবক্ পুম্নমক্পু ঈবুংঙো মঙোন্দ কখোক্লগা থবক্শিংহুগী মহয়বুস্ু থা- দোক্লবা হোংনৌ হায়না তাক্পনি। মসিমক্পু শ্রীভগবান্ন উদ্ধবকী মফমদস্ু অস্তুমনা হায়রি —

যত্তনীশো ধারয়িতুং মনো ব্রহ্মনি নিশ্চলম্।
ময়ি সর্ব্বাণি কর্ম্মাণি নিরপেক্ষঃ সমাচর ॥

(ভাগ: ১১/১১/২২)

"হে উদ্ধব। মনবু পরব্রহ্মদা লেঙদনা থমব ঙমদবা থোক্লবদি নহাক্ন মহয়গী ফপামবা থাদোক্নুনা থবক্ পুম্নমক্ কৃষ্ণ ঐগীদমক্ তৌহনা লৈয়ু।"

মতৌ অস্তুমনা ঈবুংঙো মাগীদমক্ থবক্শিংহু তৌবদা পূক্নীংদা অস্তুমনা থন্দুনো লৈগদবনি "থবক্শিংসিবু তৌহনা মহয় চাবদা ঐগী অধিকারী করিমত্ত লৈতে, তৌরিবা পুম্নমক্ ঈবুংঙো মাগী-

দমক্লি।" অচুমনা তৌরবদি পূক্নীং শেংদোক্লক্ত্না থুনমক্ হকচাংদা ঐনি হায়না খল্লমবা অতুগা থবক্শিংগী অতৌবনি খণ্ডলমবা অচু থাদোক্খিত্না ঈবুংঙো মাবু ফংবা ঙমগনি ॥ ১১ ॥

শ্রীভগবান্বু ফংনবা উপায়শিং মথং মথং তাক্লক্পা অসিদা মহয় পামদনা তৌরিবা থবক্ পুম্নমক্পু শ্রীভগবান্দ কথোক্পা অসি অরোইবা পাওতাক্লি, মসিদগী হেনদোক্পা উপায় অমা লৈত্রে, মরম অসিনা থবক্কী মহয় থাদোক্পা অসিবু থাগত্না অম্নমনা হায়রি—

শ্রেয়ো হি জ্ঞানমভ্যাসাজ্জ্ঞানাদ্ ধ্যানং বিশিষ্যতে।
ধ্যানাৎ কর্ম্মফলত্যাগস্ত্যাগাচ্ছান্তিরনন্তরম্ ॥ ১২ ॥

অন্বয়ঃ— অভ্যাসাৎ জ্ঞানং হি শ্রেয়ঃ, জ্ঞানাৎ ধ্যানং বিশিষ্যতে, ধ্যানাৎ কর্ম্মফলত্যাগঃ ত্যাগাৎ, অনন্তরং শান্তিঃ।

অন্বয়ব্যাখ্যা ঃ— অভ্যাসাৎ—আত্মতত্ত্বগী অশেংবা জ্ঞান য়াওদবা শ্রবণ-কীর্ত্তনগী হননা হননা হোৎনবা অচুদগী, জ্ঞানং= আত্মতত্ত্বগী অশেংবা জ্ঞান, হি=শোযদনমক্, শ্রেয়ঃ=অথোইবনি, জ্ঞানাৎ= অসিগুমবা আত্মতত্ত্বগী অশেংবা জ্ঞানসিদগীসু, ধ্যানং বিশিষ্যতে—আত্মতত্ত্বদু শংশঙনা খঙগে হোৎনত্না তৌরিবা ধ্যাননা থোইদোক্পনি, ধ্যানাৎ=পূক্নীং শেংদনা হোৎনরিবা ধ্যানদগী, কর্ম্মফলত্যাগঃ (বিশিষ্যতে)=পূক্নীং শেংনবগীদমক্ শ্রীভগবান্দ কথোক্ত্না থবক্শিংদুগী মহয় থাদোক্পসি হেননা কৈ, ত্যাগাৎ

=থবক্শিংগী মহয় পামদবা অত্তুদগী, অনন্তরং—থীন্দনমক্, শান্তিঃ =পরমাত্মাদা তিনবগী মশক্ ওইবা মোক্ষ ফংই ॥ ১২ ॥

অপূম্ব অর্থ :— আত্মতত্ত্বগী অশেংবা জ্ঞান য়াওদবা শ্রবণ, কীর্ত্তনগী হননা হননা হোংনবা অত্তুদগী আত্মতত্ত্বগী অশেংবা জ্ঞাননা অথোইবনি, আত্মতত্ত্বগী অশেংবা জ্ঞানসিদগীস্থু আত্মতত্ত্ব-ত্তুবু শংশওনা থওগে হোংনত্তুনা তৌরিবা ধ্যাননা অথোইবনি, পুক্নীং শেংদনা তৌরিবা ধ্যানদগী পুক্নীং শেংনবগীদমক্ শ্রীভগবান্না পুন্নমক্ কথোক্তুনা তৌরিবা থবক্শিংত্তুগী মহয় পামদবত্তুনা হেননা ফৈ, অত্তুগা থবক্শিংত্তুগী মহয় পামদবা অত্তুদগী থীন্দনমক্ পর-মাত্মাদা তিনবগী মশক্ ওইবা মোক্ষ ফংই ॥ ১২ ॥

## অথপূপ্প ব্বা

হকচাংনচিংবদগী ঈতোপ্ তোপ্প আত্মতত্ত্বগী অশেংবা মশক্তি সংসারগী অরা-মুংওাই লৈতবা, অকর্ত্তা (অতৌবা নত্তবা) অমস্থুং অভোক্তা (অচাবা নত্তবা) পরব্রহ্মগী মশক্মক্নি। মসিবু খওদবা অত্তুগা হকচাংতবু ঐনি থন্দূনা লৈবা অজ্ঞানীনা শ্রবণ, কীর্ত্তন তৌববু হননা হননা হোংনত্তুনা লৈ। অম্লুমনা হোংনবগী মশক্ ওইবা অভ্যাস অসিদগী আত্মাগী অশেংবা মশক্ চিংনবা লৈতনা খওবসি হেননা ফৈ। আত্মাবু চিংনবা লৈতনা খওবগী মশক্ ওইবা জ্ঞান অসিবু পরোক্ষ অমস্থুং অপরোক্ষ হায়না খেন্নবদগী অনীথোক্ল থায়রি। আত্মাগী অশেংবা মশক্ অত্তু বেদান্তব তমবা তাবা অমস্থুং গুরুগী

কপানী খণ্ডলবস্থ শংশণ্ডবা ওইনা খণ্ডরবদি মহুক্ আত্মাগী পরোক্ষ জ্ঞান কৌই ; অদুগা শংশণ্ডনা খণ্ডলবা মত্তমদা মহুক্ অপরোক্ষ জ্ঞান কৌই। অহাবদা হায়খিবা অভ্যাসদগী হেননা ফবা আত্মাগী জ্ঞানসি শংশণ্ডনা খণ্ডদবা জ্ঞান-নী। মরম্ অসিনা আত্মাগী শংশণ্ডনা শণ্ডদবগী মশক্ ওইবা পবোক্ষ জ্ঞানদগী শংশণ্ডনা খণ্ডবগী মশক্ ওইবা অপবোক্ষ জ্ঞান ফংনবা উপায় ধ্যাননা হেননা ফৈ হায়বনি। অদুবু পূর্নীং শেংদনা কনাগুমবা অমত্তনা অপবোক্ষ জ্ঞান ফংনবা ধ্যান তৌবা ঙমদে, হুননা হুননা হোৎনরবস্থ পূর্নীং চোইতুনা লৈ। মরম্ অসিনা পূর্নীং শেংনবা শ্রীভগবানগী মফমদা থবক্ পূম্নমক্ কথোক্তুনা থবক্‌শিং অদুগী মহয় পামদনা লৈননবা অহাবদা কম্ন হোৎনগদবনি। মতৌ অদুমনা লৈব ঙমলবদি য়ামনা থুনা আত্মাগী অপরোক্ষ জ্ঞান ফংবা ঙমগনি। মবম্ অসিনা ধ্যানদগী থবক্‌শিংগী মহয থাদোকপনা থোইদোক্ ফৈ হাযবনি। পূর্নীং শেংদোক্‌খিতুনা অশেংবা পূর্নীং অদুদা আত্মতত্ত্বগী অশেংবা জ্ঞানতু অপরোক্ষ ওইনা ফোংদোক্লবদি থীন্দনমক্ পরব্রহ্মগী মশক্ ওইবা মোক্ষবু মী অদুনা ফংই। মরম্ অসিনা শ্রুতিনা অমুমনা হায়রি—

**যদা সর্ব্বে প্রমুচ্যন্তে কামা যেঽস্য হৃদি শ্রিতাঃ।**
**অথ মর্ত্ত্যোঽমৃতো ভবত্যত্র ব্রহ্ম সমশ্নুতে ॥**

(কঠঃ উঃ ২/৩/১৪)

"মী অদুগী হৃদয়দা (থম্মোইদা) লৈবা অপামবা পুম্নমক্ মৈথিদবা মতম অদুমক্তদা, মোক্‌পা শিবা ম্যাইনা লৈরবা মী

অহু অমৃত (অপোক্ অশি লৈতবা) ওই, অদুগা মহাক্ হিংন-হিংনবক্ ব্রহ্ম ওইহুনা লৈ" ॥ ১২ ॥

হৌজিক্ শ্রীভগবান্গী অথোই-অথোইবা মুংশিকম ওইবা ভক্ত কনা কনানো হায়বহুবু অধ্যায়সিগী অরোইবা কাওবদা মথং মথং অসুমনা হায়রি –

অদ্বেষ্টা সর্ব্বভূতানাং মৈত্রঃ করুণ এব চ।
নির্ম্মমো নিরহংকারঃ সমদুঃখসুখঃ ক্ষমী ॥১৩॥
সংতুষ্টঃ সততং যোগী যতাত্মা দৃঢ়নিশ্চয়ঃ।
ময্যর্পিত মনোবুদ্ধির্যো মদ্ভক্তঃ স মে প্রিয়ঃ ॥১৪॥

অন্বয়ঃ— যঃ মদ্ভক্তঃ সর্ব্বভূতানাং অদ্বেষ্টা, মৈত্রঃ, করুণঃ এব চ, নির্ম্মমঃ, নিরহংকারঃ সমদুঃখসুখঃ, ক্ষমী, সততং সংতুষ্টঃ, যোগী, যতাত্মা, দৃঢ়নিশ্চয়ঃ, ময়ি অর্পিত মনোবুদ্ধি, সঃ মে প্রিয়ঃ ॥

অন্বয়ব্যাখ্যাঃ— যঃ মদ্ভক্তঃ=কৃষ্ণ ঐগী ভক্ত অহু, সর্ব্ব-ভূতানাং=থরায়পানবা পুন্নমক্কী মফমদা, অদ্বেষ্টা=য়েংথি-নবা লৈতবা (মশাগী অরাবগী মরম্ ওইরবসু কনাগুমবা অমগী ফত্ত-নবা তৌদবা), মৈত্রঃ=পুন্নমক লোয়নননা মরূপ্কী লমচং চংবা, করুণঃ এব চ=অমসুং অরা-অনা ভারবশিংগী মফমদা থৌজাল হৈবা, নির্ম্মমঃ=হক্চাংনচিংবা করিগুমবা পোং অমদা ঐগীনি হায়বা বাখল্ লৈতবা, নিরহংকারঃ= মশাগী অরৈবা অথোইবা (অফবা) পোংশিংগী নাপল তৌদবা, সমদুঃখসুখঃ=অরাবদা য়েং-থিননা অমসুং হুংগাইবা মতমদা পামবা তৌদনা অনীমক্ত চপ্

মান্নরা লৈবা, ক্ষমী—অরানবা তৌবা মীশিংগী মফমদা ঙাকৃপি-হৈবা, সততং সুংতুষ্টঃ—অফং ফংদ পোৎশিংদা মতম পুম্নমক্ক পেন্দুনা লৈবা, যোগী—মনবু (পুক্নীংবু) লেঙদনা ফাজিনহনা থমবা, যতাত্মা—হক্চাং অমস্তুং ইন্দ্রিয়শিংবু লাকৃশিন্দুনা থমবা, দৃঢ়নিশ্চয়ঃ—আত্মতত্ত্ব অমস্তুং শ্রীভগবান্গী মফমদা চেৎনা থাজহনা লৈরবা, ময়ি অর্পিত মনোবুদ্ধিঃ—বাসুদেব কৃষ্ণ ঐঙোন্দ মন অমস্তুং বুদ্ধিবু কথোক্কুনা থমলবা, সঃ—অহুগুমবা মহাক্ অহু, মে প্রিয়ঃ—কৃষ্ণ ঐগী নুংশিবা ভক্তনি ॥ ১৩-১৩॥

অপুম্ব অর্থ ঃ— ভক্ত অহনা থরায়পানবা পুম্নমক্কী মফমদা য়েংথিনবা লৈতবা, পুম্নমক্ক লোয়নননা মরূপকী লমচৎ চৎপা, অরা-অনা তারবশিংগী মফমদা থৌজাল হৈবা, করিগুমবা পোৎ অমদা ঐগীনি হায়বা রাখল্ লৈতবা, মশাগী লৈজবা অথোইবা (অফবা) পোৎশিংদা নাপল তৌদবা, অরাবদা য়েংশিনদনা অহুগা নুংঙাই-বদা মিহৌঃদনা অনীমক্ত চপ মান্নরা লৈবা, অরানবা তৌবশিংগী মফমদা ঙাকৃপিহৈবা, অফং-ফংদ পোৎশিংদা মতম পুম্নমক্ক পেন্দুনা লৈবা, মনবু ফাজিন্দুনা লেঙদনা থমবা, হক্চাং অমস্তুং ইন্দ্রিয়-শিংবু লাকৃশিন্দুনা থমবা আত্মতত্ত্ব অমস্তুং শ্রীভগবান্গী মফমদা চেৎনা থাজহনা লৈবা, বাসুদেব কৃষ্ণ ঐঙোন্দ মন অমস্তুং বুদ্ধিবু কথোক্কুনা থমলবা অহুগুমবা মহাক্ অহু কৃষ্ণ ঐগী নুংশিবা ভক্তনি ॥ ১৩-১৪ ॥

যস্মান্নোদ্বিজতে লোকো লোকান্নোদ্বিজতে চ যঃ।
হর্ষামর্বভয়োদ্বেগৈর্মুক্তো যঃ স চ মে প্রিয়ঃ ॥১৫॥

**অন্বয় :—** যস্মাৎ লোকঃ উদ্বিজতে, যঃ চ লোকাৎ উদ্বিজতে, যঃ চ হর্ষামর্ষভয়োদ্বেগৈঃ মুক্তঃ সঃ মে প্রিয়ঃ।

**অন্বয়ব্যাখ্যা:**—যস্মাৎ—ভক্ত ওইবা মী অদুদগী, লোকঃ—কনাগুমবা মী অমত্তনা, ন উদ্বিজতে—খোঙ্গৈরাও খোঙ্গশাউবা তৌদে, যঃ চ—অমস্তুং ভক্ত ওইবা মী অদুম্ন, লোকাৎ—কনাগুমবা মী অমত্তদগী, ন উদ্বিজতে—খোঙ্গৈরাও খোঙ্গশাউবা তৌদে, যঃ চ—অদুগা ভক্ত ওইবা মী অদু, হর্ষামর্ষভয়োদ্বেগৈঃ—অপামবা পোৎ ফংলগা হয়াউবা, অতোপ্পগী চাওখৎপা উরগা খাওবা ওমদবা, কৈ—নচিংবা শা উরগা কিবা, অমস্তুং অচিকপদা মতোমদা করমনা লৈগনি অসি-নচিংবা খন্দুনা পূক্নীং লাওতক্নবা অসি-নচিংবা পূম্নমক্তগী, মুক্তঃ—তোঙানবা লৈরবা, সঃ—অদুগুমবা ভক্ত অদু, মে প্রিয়ঃ—কৃষ্ণ ঐগী নুংশিবা ভক্তনি।

**অপুম্ব অর্থ :—** ভক্ত ওইবা মী অদুদগী কনাগুমবা মী অমত্তনা খোয়রাও খোঙ্গশাউবা তৌদে অমস্তুং ভক্ত ওইবা মী অদুম্ন কনাগুমবা মী অমত্তদগী খোঙ্গৈরাং খোঙ্গশাউবা তৌদে, অদুগা ভক্ত ওইবা মী অদু অপামবা পোৎ ফংলগা হয়াউবা (হর্ষ) অতোপ্পগী চাওখৎপা উরগা খাওবা ওমদবা (অমর্ষ), অচীকপদা কৈ-নচিংবা শা উরগা কিবা (ভয়) অমস্তুং অহাওবা মকমদা (অচীকপা মী লৈতবা মকমদা) মতোমদা করমনা লৈগনি অসি-নচিংবা খন্দুনা পূক্নীং লাওতক্নবা (উদ্বেগ) অসিগুমবশিং লৈতবা অদুগুমবা মী অদু কৃষ্ণ ঐগী নুংশিবা ভক্তনি॥ ১৫॥

অনপেক্ষঃ শুচির্দক্ষ উদাসীনো গতব্যথঃ।

সর্ব্বারম্ভপরিত্যাগী যো মদ্ভক্তঃ স মে প্রিয়ঃ ॥১৬॥

অন্বয়ঃ— যঃ মদ্ভক্তঃ অনপেক্ষঃ শুচিঃ দক্ষঃ উদাসীনঃ গতব্যথঃ সর্ব্বারম্ভপরিত্যাগী, সঃ মে প্রিয়ঃ।

অন্বয়ব্যাখ্যা ঃ— যঃ মদ্ভক্তঃ—কৃষ্ণ ঐগী ভক্ত ওইবা মী অদু, অনপেক্ষঃ=অতোপ্প মীনা ফংবা পামবা পোৎশিংবু লায়না ফংলবস্তু মতুবু শীজিন্নবা পামদবা, শুচিঃ=মমুং মপাল অনীমক্ শেংনা লৈবা (পুক্নীং অমসুং হকচাং শেংনা লৈবা), দক্ষঃ=য়ামনা হৈ-শিংবা (খঙগদবা অমসুং তৌগদবা অরুবা থবক্শিং লাকলবা মতম অদুমক্তদা মতুবু খঙবা অমসুং তৌবা ঙমবা), উদাসীনঃ=মরূপ মপাং অমসুং য়েরুবশিংগী মমুংদা মীচঙ মীথায় নাইদবা, গতব্যথঃ—অতোপ্পনা পীবা অৱা অনাবু অৱা-অনানি হায়না থল্লবা, সর্ব্বারম্ভ পরিত্যাগী=ইহলোক অমসুং পরলোক-গীদমক্ (হিংলিঙৈগী অমসুং শিরবা মতুংগীদমক্) মহয় পামদুনা করিগুমবা থবক্ অমত্তু তৌদ্রবা, (সংন্যাসী ওইরবা), সঃ—অদুগুমবা মহাক্ অদু, মে প্রিয়ঃ=কৃষ্ণ ঐগী নুংশিবা ভক্তনি॥ ১৬॥

অপুর্ব অর্থ ঃ— কৃষ্ণ ঐগী ভক্ত ওইবা মী অদুদি অতোপ্প মীনা ফংবা পামবা পোৎশিংবু ঈরায় লায়না ফংলবস্তু মতুবু শীজিন্নবা পামদবা, হকচাং মমুং মপাল অনীমক্ শেংনা লৈবা, য়ামনা হৈ-শিংবা, মরূপ-মপাং য়েরুবশিংগী মমুংদা মীচঙ-মীথায় নাইদবা, অতোপ্পনা পীবা অৱা-অনাবু অৱা অনানি হায়না থল্দবা,

হৌজিকী অমসুং শিন্নবা তুংগী মহয় পামহুনা করিগুমবা থবক্ অমত্ত তৌদবা অহুগুমবা মহাক্ অহু কৃষ্ণ ঐগী নুংশিবা ভক্তনি ॥১৬॥

**যো ন হৃষ্যতি ন দ্বেষ্টি ন শোচতি ন কাংক্ষতি।**

**শুভাশুভপরিত্যাগী ভক্তিমান্ যঃ স মে প্রিয়ঃ ॥১৭॥**

**অন্বয়ঃ**— যঃ ন হৃষ্যতি, ন দ্বেষ্টি, ন শোচতি, ন কাংক্ষতি শুভাশুভপরিত্যাগী যঃ ভক্তিমান্ সঃ মে প্রিয়ঃ।

**অন্বয়ব্যাখ্যা**:— যঃ=মী অহুনা, ন হৃষ্যতি= অপামবা পোৎ ফংবদা হরাউদে, ন দ্বেষ্টি=পামদবা পোৎ ফংবদা য়েংথিদে, ন শোচতি=নুংশিবা কায়নবদা পূক্নীং শোক্তে, ন কাংক্ষতি=ফং-ত্রিবা অপামবা পোৎকী মরম্দা খৌরাংবা তৌদে, শুভাশুভপরি-ত্যাগী—নুংঙাইবা অমসুং অৱাবগী মরম্ শুইবা থবক্ পূম্নমক্ থাদোক্লগা, যঃ ভক্তিমান্—ভক্তি তৌহুনা লৈবা, সঃ= অহুগুমবা ভক্ত অহু, মে—কৃষ্ণ ঐগী, প্রিয়ঃ—নুংশিবা ভক্তনি। ১৭॥

**অপুনবা অর্থ**:— মী অহুনা অপামবা পোৎ ফংবদা হরাউদে, পামদবা পোৎ ফংবদসু য়েংথিদে হায়বদি নুংঙাইতবা তৌদে, নুংশিবা পোৎ কায়নবদা পূক্নীং শোক্পা তৌদে, ফংত্রিবা অপামবা পোৎকী মরম্দা খৌরাংবা তৌদে, মতৌ অসুমনা নুংঙাইবা অমসুং অৱাবগী মরম্ শুইবা থবক্ পূম্নমক্পু থাদোক্লুনা ভক্তি তৌহুনা লৈ, অহুগুমবা মী মহাক্ অহু কৃষ্ণ ঐগী নুংশিবা ভক্তনি। ১৭।

**সমঃ শত্রৌ চ মিত্রে চ তথা মানাপমানয়োঃ।**

**শীতোষ্ণসুখদুঃখেষু সমঃ সঙ্গবিবর্জিতঃ ॥১৮॥**

তুল্যনিন্দাস্তুতির্মৌনী সংতুষ্টো যেন কেনচিৎ।
অনিকেতঃ স্থিরমতির্ভক্তিমান্ মে প্রিয়ো নরঃ ॥১৯॥

**অন্বয়ঃ** — শত্রৌ চ মিত্রে চ সমঃ তথা মানাপমানয়োঃ (সমঃ), শীতোষ্ণসুখদুঃখেষু সমঃ সঙ্গবিবর্জিতঃ তুল্যনিন্দাস্তুতিঃ মৌনী, যেন কেনচিৎ সুংতুষ্টঃ অনিকেতঃ স্থিরমতিঃ ভক্তিমান্ নরঃ মে প্রিয়ঃ ॥

**অন্বয়ব্যাখ্যাঃ** — শত্রৌ চ = য়েক্লবদসু, মিত্রে চ = মরূপতসু, সমঃ = চপ্ মান্নবা য়েংলবা, তথা = মতৌ অদুমনা, মানাপমানয়োঃ (সমঃ) = ঈকাইখুমনবা অমসুং ঈকাইখুমনদবা অনীমক্ত চপ্ মান্নবা থল্লবা, শীতোষ্ণসুখদুঃখেষু = অঙৌং অশাদা অমসুং অবা-নুংঙাইদা, সমঃ = চপ্ মান্নবা উরবা, সঙ্গবিবর্জিতঃ = অপাম-মিহৌ করিমত্ত লৈত্রবা, তুল্যনিন্দাস্তুতিঃ = চৈ থাংবদা অমসুং থাগৎপদা অমত্ত ওইনা থল্লবা, মৌনী = বা ঙাংদনা তুমিন্ন লৈবা, যেন কেনচিৎ সন্তুষ্টঃ = করিগুমবা অফংবা পোৎনা পেন্দুনা লৈবা, অনিকেতঃ = লৈন-নবা অরেপ্প য়ুম্ লৈতবা, স্থিরমতিঃ = খ্বায়দগী অথোইবা তত্ত্বনা নীংথিনা খঙহুনা মহুদা বুদ্ধি লয়তানা লৈরবা, ভক্তিমান্ নরঃ = ভক্তি লৈবা মী অদু, মে প্রিয়ঃ = কৃষ্ণ ঐগী নুংশিবা ওইজনি ॥ ১৮-১৯ ॥

**অপুন্ন অর্থঃ** — য়েক্লবা অমসুং মরূপ থিজনা চপ্ মান্নবা য়েংলবা, মতৌ অদুমনা ঈকাই খুমনবা ঈকাই খুম্নদবা অনীমক্তসু চপ মান্নবা থল্লবা, অঙৌং অশা অমসুং অবা নুংঙাইদা চপ মান্নবা

উরবা, অপাম-মিহৌ করিম্নত্ত লৈত্রবা, চৈ থাংবদা অমস্তুং থা-গৎপদা অমত্ত ওইনা মান্নলা থল্লবা, য়া ঈশাঙ ঙাওদনা তুমিন্ন লৈবা, করিশুমবা অফংবা অতুতদা পেন্দুনা লৈবা, লৈ-নবা অরেপ্প য়ুম লৈতবা, খ্বায়দগী অথোইবা তত্ত্ব নীংথিনা খঙতুনা মতুদা বুদ্ধি লৈতানা লৈরবা অমস্তুং ভক্তি লৈরবা মী অতু কৃষ্ণ ঐগী অশেংবা মুংশিবা ভক্তনি॥ ১৮-১৯ ॥

শ্লোক ১৩ শুবদগী হৌতুনা ১৯ শুবা শ্লোক ফাওবদা তত্ত্ব-জ্ঞানী ওইবা অথোইবা ভক্তশিংগী মওঙ মতৌশিং হায়খিবসিবু মোক্ষ ফংবা পামবা অতোপ্পশিংনস্তু য়ামনা চ্যেকশিন্ন, ফংবা ঙম-নবা হোৎনগদবনি হায়বা অসিবু অধ্যায়গী অরোইবদা অস্তুমনা তাক্লি—

যে তু ধর্ম্যামৃতমিদং যথোক্তং পর্য্যুপাসতে ।
শ্রদ্দধানা মৎপরমা ভক্তাস্তেঽতীব মে প্রিয়াঃ ॥২০॥
ইতি শ্রীমদ্ভগবদ্গীতাসূপনিষৎসু ব্রহ্মবিদ্যায়াং
যোগশাস্ত্রে শ্রীকৃষ্ণার্জ্জুন সংবাদে
ভক্তিযোগো নাম দ্বাদশোঽধ্যায়ঃ ॥ ২১ ।

অন্বয়ঃ— যে তু ভক্তাঃ শ্রদ্দধানাঃ মৎপরমাঃ যথোক্তং ইদং ধর্ম্ম্যামৃতং পর্য্যুপাসতে, তে অতীব মে প্রিয়াঃ।

অন্বয়ব্যাখ্যা ঃ— যে তু ভক্তাঃ—মোক্ষবু পামথা ভক্ত ওইবা মথোয়শিং অতুনা, শ্রদ্দধানাঃ—য়ামনা থাজবগা লোয়ননা মৎপরমাঃ—বাসুদেব ভগবান্ ঐমক্তবু মথোয়গী ফংফম ওইবনি হায়না চঙজতুনা লৈরগা, যথোক্তং —" অদ্বেষ্টা সর্ব্ব ভূতানাম্"

অসি-নচিংবা মথকী শ্লোকশিংনা হায়খিবা, ইদং ধর্ম্ম্যামৃতং—ধর্ম্মগী মশক্ ওইবা অমৃত অসিবু হায়বদি মোক্ষগী সাধন অসিবু, পর্য্যুপাসতে=য়ামনা চোকশিননা হোৎনহুনা সাধন তৌহুনা লৈ, তে—অহুগুমবা মখোয়শিং অহু, অতীব মে প্রিয়াঃ=কৃষ্ণ ঐগী য়ামনা নুংশিরবা ভক্তশিংনি ॥ ২০ ॥

**অপূর্ব্ব অর্থ ঃ—** মোক্ষবু পামবা ভক্ত ওইবা মখোয়শিং অহুনা য়ামনা থাজবগা লোয়ননা বাসুদেব ভগবান্ ঐমক্তবু মখোয়গী ফংনফম ওইনা চঙজহুনা লৈরগা ( "অদ্বেষ্টা সর্ব্বভূতানাম্" —"থরায়পানবা পূম্নমক্কী মফমদা য়েংথিবা তৌব্রবা)" অসি-নচিংবা শ্লোকশিংনা হায়খিবা ধর্ম্মগী মশক্ ওইবা অমৃতসিবু ( মোক্ষগী সাধনসিবু ) য়ামনা চোক্শিননা হোৎনহুনা অভ্যাস তৌহুনা লৈ, অহুগুমবা মখোয়শিং অহু কৃষ্ণ ঐগী য়ামনা নুংশিরবা ভক্তশিংনি ॥২০॥

মতৌ অসুমনা শ্রীভগবান্ন শকপা উপনিষৎশিংদা ব্রহ্মবিদ্যাগী মশক্ ওইবা যোগশাস্ত্রগী মপুংদা অর্জ্জুন অমসুং শ্রীকৃষ্ণগী বাহং পাউথুম ওইনা ভাগুনবদা " ভক্তিযোগ " কৌবা তরানীথোইশুবা অধ্যায়গী স্বামী যোগেন্দ্রানন্দ গিরিনা ইবা অথূপ্প বাগা লোয়নবা অন্বয়ব্যাখ্যা লোইরে ॥ ১২ ॥




—ওঁ—

## শ্রীমৎপরমহংস স্বামী যোগেন্দ্রানন্দ গিরিজীনা

### ইবা লাইরিক্শিং

| | | | | |
|---|---|---|---|---|
| ১। | ভক্তিগী লম্বী | মমল | লুপা | ৬৲ |
| ২। | জ্ঞানগী লম্বী | ,, | ,, | ৬৲ |
| ৩। | কর্মগী লম্বী | ,, | ,, | ১২৲ |
| ৪। | ব্রহ্মচর্য্য | ,, | ,, | ৩৲ |
| ৫। | অবতারগী অশুম্বা | ,, | ,, | ২৲ |
| ৬। | শ্রীমদ্ভগবদ্ গীতা ১বা শরুক | ,, | ,, | ২৫৲ |
| ৭। | ,, ,, ১বা ,, | ,, | ,, | ২৫৲ |
| ৮। | অমৃত বাণী ১বা ,, | ,, | ,, | ৪ |
| ৯। | ,, ,, ২বা ,, | ,, | ,, | ৩ |